# শ্রীশ্রীলক্ষ্মণ দিগ্বিজয়

বঙ্গ ভাষাদা

শ্রীজয়চন্দ্র নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্দুনা

পণ্ডিত ভবানিনাথ দাসনা

শ্লোককী থুগাইরগা পয়ার ওইনা লেংবিরবা

গুরুগী য়াথং ইজত্না

মৈতৈলোন্দা হন্দোকচবা

শ্রীইরাবোৎ সিংহ

মণিপুর সরকার শিক্ষা বিভাগকী মতেংনা ফোংজবা

# শ্রীশ্রীলক্ষ্মণ দিগ্বিজয়

অহানবা শরুক

পামজবা

শ্রীনিত্যানন্দ দাস
ইরাবোৎ

মমল লুপা ৫·৫০ নি।

নম্ফম—
দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস,
ইম্ফাল



অহানবা নম্বা ১৯৬৮ ইং
কোপী ১১০০



লাইরিক ফংফম
১। শ্রীশ্রীনিত্যানন্দ আখড়া, ললাম্বুং মখোং
২। শ্রীনাওরোইবম ইবোমচা সিংহ
শগোলবন্দ বিজয় গোবিন্দ অথাম লৈকাই
ইম্ফাল

# কখোকচরি

নৌন সেৎনখ্রবা তৌজনিংবা সেবা অমতা পাংখোকচহৌব্রবা
নিংঙমদবনা ইপোৎ ফারবা নচানা শ্রীলক্ষ্মণ-দিগ্বিজয় কৌবা লাইরিক
অসিবু মৈতৈরোন্দা পদ ওইনা ইথোকচরগা শ্রীপ্রভুরাম-
চন্দ্রগী শ্রীচরণদা কচ্চরি। ননাই ঐনা ইমা লৈবাক্কী
সেবা পামজবগী করিগুম্বা ফল মরিক অমতং
লৈরম্বা খোক্লবদি ঐবু পোকপিরম্লবা
ইমা অমসুং ইপা ইবুংঙোনা
ফংবিসনু হায়না ইমিত্তা
ইপী তাত্থনা পুক্লিং
অনি লোংদনা
নিজরি।

নিংঙমত্রবা নচা
**ইরাবোৎ সিংহ।**

# হায়জরি

লাইরিক অসিবু পাবি য়েংবিরিবা অমসুং মীগী ফনবতা থনবিরবা 'সজ্জন' ওইরবশিংগী মফমদা, ননাইনা থুরুমজহুনা হায়জরি। মরমদি—ননাই ঐ লাইরিকসু থোইনা হৈজদে, ময়েক অমগী 'রস' ফাওবা থঙজদে। নোংমা ঐগী লাইবক ফবা হুমিৎ অমগী মনুংদা 'ক্ষণ' অমতং ফংজরুই। মহুদি—ইমা লৈবাক্কী সেবা পাল্লবা অমসুং ইমালোনবু করম তৌনা চাওখৎহনগনি হায়না খনবনা মাগী মথৌ ওইরবা শ্রীনিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহ ওঝানা ঐগী লাইরিক থিবা ফাওবা মীগী মীরোন তাঙভ্দনা ইবৈবাক্কা ইমালোন্দা 'সংস্কৃত'না লৈতেং ওইরহুনা পয়ার থল্লগা মহুদা লাইরিক থিবা হায়বগী বিষয় পাম্বীরম্মী। ওঝা তোম্বীগী ইমালোনবু হুংশিবা মঙাল তহুগী মরিক অমতং চোংথ্রমাল্লে। হুমিৎ অহুদগী ইমালোনদা পয়ার হাযবা খুৎলেং অসি লৈনব ঐগী খনবা হোৌগ্রে।

অনুবাদ তৌজরিবা লাইরিক অসিনচিংবা মথক্কী লাইরিকসু শ্রীনাওরোইবম ইবোমচা সিংহ ওঝাদা লাইরিক্কী অর্থ থোক্লবা তমজরে। মতুংগী হুমিৎ খবগী মনুংদা নোংমা করিগুম্ব বিষয় অমগীদমক শ্রীরা:কুঃ শীতলজিৎ সিংহ ওঝাগী য়ুমদ ঐগী পাংজদ্রবা ইমালোন্দা পয়ার রাহৈ তরামরিনা শাবা পদ অসি পুথোক্কুনা উচ্চথি। মতমহুদা ওঝানা তোল্লবা লাইরিক হৈত্রবনি হায়না খনবিহুনা পদ অমথক্তুং তাকপিখি। মহুদি—থোক্তা থোৎপী তথোৎপী, লৈগুম্নবু থোংলবী। হায়বা শৈরেং পদ অসি তম্বীরে। হুমিৎ অসিদগী ঐগী হোৎনজবা হোৌগ্রে।

ননাই ঐগী নৌরবা ৱাখলগী কৈরা তাজিনথক্তা ইমালোম্না শ্রীগোবিন্দজীউগী নাম শোঙনিংবগী মন্ন পোকথাইহনা ময়োন চোংলগা মশা মরেং ফন্দোক্লকপগুম ওইখরে। অসিগুম্বা ওঝা অহমগী মতিক চাত্রবা মনাই ওইজগে হায়না কাওজদববু ননাইদা আশির্ব্বাদ হাপ্পিয়ু হায়না মতম খুদিংদা 'সজ্জন' পুম্নমক্কী চরণদা নিজরি।

লাইরিক অসিবু বনাম্নচিংবা কুপ্না য়েংশনবিরিবা দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস,বু থরাইগুম্না নিংবিরবা শ্রীযুক্ত ৱাসবিহারী সিংহ মেনেজরবু ঐগী পুক্লিংনা শ্রীলক্ষ্মণ-গী চরণদা লৈজরগা হন্না হন্না থাগচ্চরি।

শ্রীহৈস্নাম ইবোবোৎ সিংহ
শগোলবন্দ বিজয় গোবিন্দ অথাম লৈকাই
ইম্ফাল

# লাইরিকসিবু মৈতৈরোন্দা থীবা হায়বা তৌনবদা য়াবিরবা ওঝাশিং—

## লাইরিক থিবা

শ্রীপুখ্রম্বম বাপু সিংহ।
শ্রীশগোলসেম কেশো সিংহ।
শ্রীএলাংবম তোম্বা সিংহ।
শ্রীচিংঙাথম তোম্বী সিংহ।
শ্রীপুখ্রম্বম গন্ধ সিংহ।
শ্রীঙাথেম চাওবা সিংহ।
শ্রীয়াংলেম কুল্লো সিংহ।
শ্রীখুমুকচম নয়ন সিংহ।
শ্রীওক্রম সত্র সিংহ।
শ্রীএলাংবম শাজৌ সিংহ।
শ্রীকাইরেম্বম ইবোহল সিংহ।
শ্রীশগোলসেম ইবোতোন সিংহ।
শ্রীলোংজম গৌরমোহোন সিংহ।
শ্রীখুন্দ্রাকপম মৈনো সিংহ।
শ্রীএলাংবম চাওবা সিংহ।
শ্রীচিংথাম তোলতৌ সিংহ।
অসিনচিংবা।

## লাইরিক হায়বা

শ্রীহৈথাম বাপু সিংহ।
শ্রীলুক্রাম তোম্বা সিংহ।
শ্রীঅথোকপম তোম্বা সিংহ।
শ্রীওইনাম লাইঙম সিংহ।
শ্রীরাহেংবম লক্ষি সিংহ।
শ্রীরারেম্বম নোংঙাঙাও সিংহ।
শ্রীলাইশ্রম মঙ্গি সিংহ।
শ্রীহৈথাম বীরমঙ্গল সিংহ।
শ্রীশাপম মনিকচান্দ সিংহ।
শ্রীশাপম বীর সিংহ।
শ্রীথোকচোম লৈরেঙাও সিংহ।
শ্রীপেচিমযুম গৌরহরি সিংহ।
শ্রীযুম্নাম গৌরচান সিংহ।
শ্রীলৌক্রাকপম ইবোতোম্বী সিংহ।
শ্রীনোংথোম্বম কৃষ্ণদাস সিংহ।
শ্রীওক্রম কুলচন্দ্র সিংহ।
শ্রীখুরাইজম তোয়াইমা সিংহ।
শ্রীলাইশ্রম খোইড়ম সিংহ।
শ্রীহুইদ্রোম কলা সিংহ।
শ্রীতখেল্লম্বম শাজৌ সিংহ।
অসিনচিংবা মণিপুরগী ওঝাশিং।

## শ্রীরাম-সীতা-লক্ষ্মণ—আরতি

আরতি করত কত ভগতহি। সম্ভ সন্দ ঘন খুল সর করতালি॥ জানকী সহিতে জয় শ্রীরঘু নন্দন। চরণে সেবয়ে যার অনুজ লক্ষ্মণ॥ শিবের অক্ষয় ধনু যে করে খন্দন। সীতা বিহা কৈলো করে গর্ব্ব বিমোচন॥ দেশ রক্ষ্যা করি ক্রমা পূষা সবগন। রাম দাস অপরাধ খেম শ্রীচরণ॥

## দশাবতার

প্রলয়-পয়োধিজলে ধৃতবানসি বেদম্।
বিহিত-বহিত্র-চরিত্রমখেদম্।
কেশব ধৃত-মীনশরীর জয় জগদীশ হরে॥ ১॥
ক্ষিতিরতি বিপুলতরে তব তিষ্ঠতি পৃষ্ঠে।
ধরণি-ধরণ-কিণ-চক্র-গরিষ্ঠে।
কেশব ধৃত-কূর্ম্মশরীর জয় জগদীশ হরে॥ ২॥
বসতি দশনশিখরে ধরণী তব লগ্না।
শশিনি কলঙ্ককলেব নিমগ্না।
কেশব ধৃত শূকররূপ জয় জগদীশ হরে॥ ৩॥
তব কর কমলবরে নখমদ্ভুতশৃঙ্গম।
দলিত-হিরণ্যকশিপু তনুভৃঙ্গম।
কেশব ধৃত-নরহরিরূপ জয় জগদীশ হরে॥ ৪॥
ছলয়সি বিক্রমনে বলিমদ্ভুতবামন্।
পদনখ-নীরজনিত-জনপাবন।
কেশব ধৃত-বামনরূপ জয় জগদীশ হরে॥ ৫॥
ক্ষত্রিয়রুধিরময়ে জগদপগতপাপম্।

স্নপয়সি পয়সি শমিত-ভব তাপম্।
কেশব ধৃত ভৃগুপতিরূপ জয় জগদীশ হরে ॥ ৬ ॥
বিতরসি দিক্ষুরনে দিক্‌পতিকমনীয়ম্।
দশমুখ-মৌলিবলিং রমণীয়ম্।
কেশব ধৃত-রামশরীর জয় জগদীশ য়রে ॥ ৭ ॥
বহসি বপুষি বিষদে বসনং জলদাভম্।
হলহতি ভীতি মিলিত যমুনাভম্
কেশব ধৃত হলধবরূপ জয় জগদীশ হরে ॥ ৮ ॥
নিন্দসি যজ্ঞবিধেরহহ শ্রুতিজাতম্।
সদয়-হৃদয়-দর্শিত-পশুঘাতম্।
কেশব ধৃত-বুদ্ধশরীর জয় জগদীশ হরে ॥ ৯ ॥
ম্লেচ্ছনিবহ-নিধনে কলয়সি করবালম্।
ধূমকেতুমিব কিমপি করালম্।
কেশব ধৃত-কল্কিশরীর জয় জগদীশ হরে ॥ ১০ ॥
শ্রীজয়দেবকবেরিদমুদিতমুদারম্।
শৃণু সুখদং শুভদং ভবসারম্।
কেশব ধৃত-দশবিধরূপ জয় জগদীশ হরে ॥ ১১ ॥

## মণ-শিক্ষা

সঙ্কীর্ত্তনবু তৌরগা চৈতন্যবু ফংগনি।
জীব লুনা তৌরগা নিত্যানন্দ ফংগনি ॥
ঐগী হায়বা পোৎশক্তো নৈতে মাবু নত্তনা।
জগৎসিদা ঐহাক্না হিংঙি মাগী মগুণনা ॥

পাঙ্গল ওইরি অরেপ্পা হুংভাইবগী শরক্কা।
হিংনগনি শোইদনা নিংজবগী পাঙ্গলনা॥
মঙান্তনা থোকহল্লি শক্তি পুবা ম-ওংবু।
খেৎনহল্লি শক্তিনা জাতি মখল কয়াবু॥
পিরি মানা জগত্তা হুংশিনবা রসবু।
থঙহল্লিয়ে মহাক্না জগৎসিগী মগুণবু॥

## থুরুমজবা

নৈরগা থোকপদি গুরুগী কৃপানি।
য়েংবদা উবদি মহাক্কী থৌজাননি॥
থৌজান্না সমুদ্র ওইজবা মীশক্তো।
ফংজরে লিক্লিনা মণিগী মগুণদো॥
অতুগুম্বা গুরুবু অতৎপা লৈতনা।
থুরুমজরি ননাইনা ইকোকপু নোন্দুনা॥

| হিরম | | লামাই |
|---|---|---|

# লক্ষ্মণ দিগ্বিজয়

## অহানবা অধ্যায়

### মঙ্গলাচরণ

শ্রীরাম জানকীনাথ কৌশল্যানন্দনপ্রভো ।
সংসারসাগরঘোরপরিত্রাহি জনার্দ্দিন ॥

রাম সীতা লক্ষ্মণবু হন্ন হন্ন খুরুমজৈ ।
ভরত শত্রুঘ্নগী চরণদশু খুরুমজৈ ॥
মহাদেব খুরুম্মী ভগবতী খুরুম্মী ।
গনেশবু খুরুম্মী সরস্বতী খুরুম্মী ॥
বিশ্বামিত্র মুনি সদানন্দ ঋসি হায়বা ।
মখোয়গী থৌজান্না মীওইবগী জ্ঞানবু পিবা ॥
নোংমগী নুমিত্তা যুধিষ্ঠির নৈমিষ বন্দা ।
খুরুমহুনা হঙংলি ব্যাসগী চরন্দা ॥
মতৌ করম রামনা অভিষেকপু তৌথিবা ।
চক্রশালা করম্না লক্ষ্মণ-নবু ঊমথিবা ॥

শন্দোক্লবু লিবীযু রারী অত্থু তাজগে।
রারী অত্থু তারগা পুক্লিং অসি মুংঙাইগে ॥
অতাংবনি নহাকসে ব্যাসনা থাগৎখি।
পাপ কোক্লবা রাবীনি মমাংঙৈদা থোক্লখি ॥
নাম লিশিং অমগা রামগী নামগা মান্নৈকো।
অসিগুম্বা নামসিবু পুক্লিং ওপ্পা তারোকো ॥
পুক্লিং অমা লোংগন্নু পাঙ্গীদি মচা-ও।
পুক্লিং অমা লোংবদা ফোনবু পূম্বা মাংনিও ॥
রামগী নামবু তাবিঙে' ভোপ্পা রারী শার'দি।
পর্কতাগী নরোক্তা তানি অর্জুন নথাক্তি ॥
মহাওবুদি য়াওদবা উগুল্লবু ওইগনি।
উ না মহৈ যন্দ্রদি কান্নদবা ওইবনি ॥
মহৈ য়ানগে হায়বদি রামগী নাম্বু তারোকো।
পুক্লিং অনি লোঙ্গনা এবা কান্নদরেকো ॥
রামগী নামবু তাবদ গুঙাইনবু তারবা।
অরাববু বোক্পনা রামগী নামবু তারিবা ॥
যজ্ঞ, দান, হোম বৎপা রামগী নায়া হেনবনি।
অসিগুম্বা নামসিবু ওনংল্লবো শোনবদি ॥
রামচন্দ্র অভিষেক তাজবব মীহুদি।
পুন্যহুনা বৈকুণ্ঠ শোইশরোইকো ফংবদি ॥
নোংমা রঘুনাথনা সোভা ময়াই ফম্লম্মী।
প্রজা মথুং লোন্ননা চপ্ চপ্ লেপ্পা লৈরম্মী ॥
বিশ্বামিত্র গুরুশু রামগী মাংদা ফম্মম্মী।

কল্লবদি ভরতশু ফজনবু ফম্মম্মী ॥
য়াম্না কনবা লক্ষ্মণশু বামগী মাংদা ফম্মম্মী ।
য়াম্না কনবা শত্রুঘ্ন মুংঙাইনবু ফম্মম্মী ॥
রা অমতা ঙাংনদে তুমিন তুমিন লৈবম্মী ।
অক্ষৌহিণী তবামঙা মখুৎ লোন্নে লৈবম্মী ॥
লাইবক ফবা মতমদা লক্ষ্মণ মমায় ওল্লকই ।
মতম তুদা প্রজাশিং রাহৈ থবা হাযবমই ॥
বামচন্দ্র মুংঙ ইনা আসন থক্তা ফম্মম্মী ।
গুরুদেব তাবিযু রাহৈ খবা হায়রম্মী ॥
গুরুদেব হাযবিযু শেংনববা মবমদো ।
মতৌ কবম তৌনখি অভিষেক্কী মবমদো ॥
অভিষেকপু নৎত্রদি পাপ্লু য়াম্না লৈবনি ।
স্বর্গবোমদা চৎলবোই নবোকলোমদা চৎলনি ॥
কুম্ভকর্ণ তাবোব পুকচেল চাওবা বাবণশু ।
মযামশিংসি হাৎপগী লেববনি পাপশিংশু ॥
অভিষেকপু তৌবগা পুন্য অমুক তাল্লগে ।
মতৌ কবম তৌগনি হাযযু মত্থ তাজগে ॥
মাইগৈ তবা ঙাক্রবা লাইযাম পুম্বা ঙম্লুবে ।
মখোযপুম্বা হাৎপগী ইমিংনশু ফাওখ্রে ॥
রাবণগীদি মচানি মেঘনাদ হায়বদো ।
অসিগুম্বা অকনবা লক্ষ্মণসিনা হাৎখিদো ॥
লবন হায়বা নিংথৌদো শত্রুঘ্ননা হাৎলিদো ।
ঐগী মিংচৎ অসিশু মবোল অহুম ফাওইদো ॥

কঞ্জরবা লক্ষ্মণনি লৈজবনা মুংঙাইরি।
মাবু ঙম্বিনবদি মরোল অহুম' লৈতরি॥
লিরুং অমা পায়রগা চপ্প্ু হেক্তা লেপ্পদা।
ঙম্বিনবা লৈত্রবা মরোল অহুম্মকসিদা॥
চরা হেনবা তুমদবা মপা লৈতে ফবদা।
মিংদা ফাওরী ধাতুকি মপাংগনগু কনখ্রেদা॥
বকাগুর হাৎলগা ঐবু কল্লকলিবনি।
মপোক কয়া লমন্দি শিংবা ঙমলোইদবনি॥
পিতৃলোকপু লানখিদো ঐনা উহৌরিবনি।
ব্রহ্মাণ্ডবু ফুক্লগা মনমগন্দা পুবনি॥
মহাদেব দুর্গা গা লোইননা লান্ তৌনখি।
পঞ্চমুখ তেন্না থায মহাদেব ম্বাম্থখি॥
ব্রহ্মলোকী লাইশিংদো মতোমদনা ঙমজখি।
লক্ষ্মণগীদি খুৎলাযনা পূন্নমক্তো রানখি॥
কার্ত্তিক গণেশ চেন্নখি পঞ্চমুখ উবদা।
লাইয়াম পূম্বা চেন্নখি মমাই থিনরবদা॥
অসিগুম্বা কল্লবা ময়ামদগী হেনবনি।
মতিক চাওবা লৈম্বিডৈ ঐনা কবম কিগনি॥
বিশ্বামিত্র গুরুনা তারো মরম হায়রগে।
পুক্লিং তপ্পা তারোকো লক্ষ্মণ নংগু হায়রগে॥
মাইগৈ তরা ঙাক্লিবা নিংথৌশিংবু ঙমগনি।
অভিষেকী ঈশিংবু নিংথৌশিংনা হৈগনি॥
যম কুবের ঙম্নগা পুরক্কনি মখোয়বু।

দেশশিংদা লৈরম্বা পুবক্কনি মুনিবু ॥
মহাদেব দুঃর্গাফাও লাইনচিংবা বরুণশু ।
ব্রহ্মাণীদি ব্রহ্মাণী ব্রহ্মালোকী লাইশিংশু ॥
শোয়ারেম্না চিংলবা শচী অম জয়ন্তা ।
পুন্নমক্তু ওন্নগা পুবক্কনি মসিদা ॥
চক্রশালা নিংথৌশিং লাকওম ফাওমন্দ্রবনি ।
মতৌ করম তৌদ্রনা মখোয়শিংসি ওমগনি ॥
নোংপোকলোমদা লৈববা সহস্র অর্জ্জুন কম্লিদা ।
তমথিরবা নিংথৌশিং তবামডা লৈখ্রিদো ॥
ত্রিভঙ্গ হায়বা লৈবাক্তো মীপুম তিংনা থাগৎলি ।
কোম্নুংদ্রগী অকোইবা চিংশু উনা কোইশিল্লি ॥
লাইনা চিংবা হিংচাবা চওবা ওমদে কোম্নুংদ ।
অহিং হুংথিল অনিদা পুবাণ তানা লৈজৈদা ॥
য়ুমথোং খুদিং অতিথি যজ্ঞ হোমস্থ তৌনৈদা ।
যমবু চওবা ওমদেদা মখোযশিগী মযুমদা ॥
মহাদেব দুঃর্গাবু পুং তরা পুজা তৌই ।
শনজিংগী খা থংবা মাগী পুজা তৌফম ওই ॥
মচাহুপা অহন্না কালর কৌইকো ।
লানফমদদি যমগুমনি মশা য়াম্না কম্লিকো ॥
অঙাং ওইরিবৈঙদগী কৈলাশ হায়বা চিংদ্রবু ।
মহা দুঃর্গা লোইননা ফুকই লাইনা চিংদ্রবু ॥
গাণ্ডিব লিরুং পাযরগা লাইযাম পুম্বা থেংনখি ।
মতোমদগা লানতৌবা মহাদেব মাইথিখি ॥

লাইয়াম পূম্বা মহাক্না খোংখোংপা মক ঙমজখি।
মকোক্তবু নান্দুনা আশীর্ব্বাদ পিবিখি॥
মহাদেবনা পিখি পঞ্চমুখ তেন্দুশু।
বিষ্ণু অংশ নত্তবা ঙমজবোকো অতৈশু॥
রাহৈ অসি হাযবিখি লাইযাম পূম্বা অতুনা।
নুংঙাইবগা লোইনন হল্লকইদা মকাক্না॥
অরা অনা অসিনু দেশ'সিদা লৈতবি।
মাগী লৈবাক চঙলুবা মক্কফংনা মাংনরি॥
ক্ষত্রি মচা পূম্নমক চংনববু ঙক্কদে।
রাবণ নিংথৌ অকনবা মঙোন্দদ ঙমখিদে॥
কল্লববু পূম্নমক মান ঙম্বা ঙাক্তনি।
ঐগী ইমাং অসিদা হোজক নংনা রাশক্লি॥
নোংপোক থংনা নাইকেদা কালদন্ত নিংথৌ লৈ।
মাগী থোং শংলিবত্ত লক্ষতবা প্রজা লৈ॥
অতুগীদি মথংদা সহস্রার্জ্জুন লৈখ্রেদো।
মহাদেব ল ইশি'শু মাগী লান্দা কাইখিদো॥
অতুগীদি মথংদা ত্রিভঙ্গ নিংথৌ লৈখিদা।
মচা অ৬ ফথবে মীওইবগী মপোক্তা॥
অহিং নুংথিল নাইনন দান ধর্ম্ম তৌইদা।
অশ্বমেধ ভবারক তৌখি মচা অতুনা॥
রাজসূয় তৌদন স স বদা ফাওখিদো।
মপাম্বোমগী পাঙল্লা অভিষেকপু তৌখিদো॥
অযোধ্যাদা লাক্ত। পাবুং নিংথৌ ফারৈদো।

নাগপাসনা পুন্দুনা ইন্দ্রজিৎসু ফাখিদো ॥
মাইগৈ তরাগী লাইশিংনা অভিষেকপু তৌগনি।
হায়রিববু দেশশিং থুংনবা চৎকনি ॥
নোংপোক থংবা মাইগৈদা লীলাবতী কোন্নু' লৈ।
শঙ্খধর কল্লবা লিরু' তেন্দা হৈবা লৈ ॥
মহাদেব ত্রিশুল পায কোন্নুং অতু ঙাকপনি।
শিংথাবদা ঙমদ্রবা মগুণ লেবা কোন্নুংনি ॥
অতুদগু নত্তে রাম নোংপোক্তা চন্দ্রসেন লৈ।
পৃথিবীগী নিংথৌনা মাবু পূজা তৌনা লৈ ॥
সুমেরুগী খা থংবা মনোভদ্র নিংথৌনি।
পাঙ্গল কনবা প্রজানা মাগী কোন্নুংশংবনি ॥
ঐখোয়গুম্বা লিশিংনা বেদ পাঠ তৌইদা।
চন্দন মনম নম্লবা লৈনা সেবা তৌইদা ॥
নচিল ননাও অনিশু খুৎলায তম্বা চৎপদা।
মাইখিববু ফংবদাই লান্থেংনবা কান্দুদা ॥
পূন্নমক্কা যেক্লবা তর্মথিরবা ননাইনি।
রাখল শমা তৌরুহু লান্দবুদি ঙমগনি ॥
ইবুংঙোগী শক্তিনা পূন্নমবসে ঙমগনি।
ঙম্বীনবা লৈত্রবা মন্নু ভদ্র নিংথৌনি ॥
সিংহদ্বীপু লৈবাক্তা সিংহাসন্দো কল্লদা।
লান্মী কয়া ঙাকইদ মহাক্কীদি থোংহুদা ॥
মমাংঙৈগী মতমদা লাইহিংচাবা ঙমখিদা।
শোবারেনগী লেবাক্তা অমর সভা ঙমখিদা ॥

পাবুং নিংথৌ অসিগা মাগা লানবু তৌখিদা।
ঙক্তা লিরুং খোংজিনা চিংলহনা লাকনৈদা॥
ইবুংঙোগী অরৈবা সেনাপতি লোইননা।
পুং মরি দশরথকা লান থেংনখি মহাক্না॥
গুণ-না সমুদ্রগুম্বা দশরথ নিংথৌনি।
অৱাবদা ওইবনা লান্দু কাইনখিবনি॥
অমমম্না কনবসি লাকঙম ফাঙমদ্রবনি।
মখোয়শিংসি কনাগী পাঙ্গন্তনা ঙমগনি॥
কর্ম্মসিদা হে রাম রাশক্তদি ঙম্মোয়কো।
লাকঙম ফাঙমদ্রবসে ফংননবা হায়য়ুকো॥
মপাবুংগী লানগী রা রঘুমণি তাবদা।
লৈবাক থক্তা ওল্লক্লে মতম অত্থ মক্তদা॥
রান্থখরে রামচন্দ্র মপাবুং মুংশিরুবনা।
থম্মোয়দবু শুরক্লে হন্না হন্না খুত্থম্না॥
মতমথুদা লক্ষ্মণ-না খুৎপায়হনবু খামখরে।
পুক্নিং তপ্পু প্রভুরাম রাহৈ খরা হায়রক্লে॥
ইবুংঙোনা তাবিরে নিংথৌমচা কল্লবা।
নিংথৌ মচা অমনা শোরারেনগুম ওইরবা॥
ইপা ইপু পূম্বনা ঙমখিদ্রবা নিংথৌশিং।
ইবুংঙোনা লেংলগা মতৌ করম ঙমগনি॥
শোরারেন্না চিংলবা লাইয়াম পূম্বা কিবনি।
মতিক কয়া চাফাত্তে মখোয়শিংগা লান তৌবা॥
দশরথ পাবুংগু পূজা তৌনৈ জগত্তা।

পাবুং নিংথৌ ফারুবা অভিষেক্কী দমক্তা ॥
মথোয়শিংবু ঙম্বদা হুমিৎ কয়া হৌথিনি ।
রাজ ভোগ-তি চাহৌরোই পুকচেল চাওবা থনবিনি ॥
ঐনা চৎপা কান্দুদা রঘুনাথ য়াওরনি ।
নোংপোক মাইকৈ নিংথৌদি লান্দা কনবা ঙাক্কনি ॥
ইচিল ইনাও মাইথিখি মনোভদ্র লান্দুদা ।
কমদৌনবু কপ্পিনি ইপাগী দি মরূন্দা ॥
নিংথৌ অচৌ অচৌবা অভিষেকপু তৌনখি ।
থনবীহৌকো প্রভুরাম শাগৈ তুম্না ম্যাংনখি ॥
কালদণ্ড নিংথৌনা অভিষেকপু তৌবদা ।
সেনাপতি লক্ষ মণ্ডা লান্দা তুম্না মাংখিদা ॥
লাম্না কনখিবত্থনা মচা চামা মাংখিদা ।
মাগী লান্মী লোইননা মনাও চাক্রুক শিখিদা ॥
সনানা শাবা কোন্থুংফাও মৈনা কোগোক চাকখিদা ।
লৈজরিবা নিংথৌগী অভিষেক্তা তুমখিদা ॥
রাশকপবু তৌবদা শোইরোই ঐসে শিগনি ।
অভিষেক্তা মবমদা শোইরোই লান্মী তুমগনি ॥
নোংপোক মাইগৈ ঙম্নবা মীওইবনা উদরি ॥
যেংবিয়ুদো হৎথনা প্রভু রাম্না উবিরি ॥
রাহৈ পুষ্পা তাবদা রাখল চাওবা রামচন্দ্র ।
মতিক চাদে হায়রিদো ভারতী লক্ষ্মণ ফাওখিদ্রা ॥
ব্রহ্মলোকপু ঙম্লগা নংনা ইপা কনবনি ।
লাইয়াম পুষ্পা নহাকপু থাগৎপবু ওইবনি ॥

ফত্রবব্ু মাংনবা শুমিত্রানা পোকপনি ।
ঐনা নংগী সারথি ওইবা মীনা কিবনি ॥
লিক্লং অমা পায়বদা পৃথী অসি ঙমলিবা ।
ব্রহ্মলোক্না নহাকপু অমৃত ভারতী থোল্লিবা ॥
মরোল অহুমমকসিদা নংগুম্ব'সি লৈতবা ।
রঘু মচা নহাক্না করিগীবু কিরিবা ॥
ইচিল ইনাও মরিগী পাঙ্গলতনা ফাওরীদো ।
নাকোংসিদা তারগে রাশক্তুনা হায়রোদো ॥
রামগী রাবু তাবদা মচিল মনাও অম্মাম্বা ।
ভরত অমদি শত্রুঘ্ন মরু লোইনা লুক্লম্বা ॥
অক্ষৌহিণী তরামাথোই লুকখরে মরু পুন্না ।
রামচন্দ্র প্রভুদো রাখল তৌই লুকৃথনা ॥
যোগীশিংনা শোনবদা ফংঙমত্রবা রামহুনা ।
অরাবগী ইপাক্তা তারে অতোনবগুম্না ॥
মাইথোং মকপা বামগী উরহুনা ভরতনা ।
মথুং অনি লোন্নরে হঙ্গচ্চরে নিংথৌদা ॥
লঙ্কা নিংথৌ রাবণবু ঙম্বীরকপা অকনবা ।
লানবু কন্না তৌহুনা বাবণচিংবা হাংখিবা ॥
পুন্নমকপু ঙম্বাবা মরোল অহুম অসিদা ।
অকনবশিং ঙম্বদি মায়া তৌব্রা লক্ষ্মণ-না ॥
অসিগুম্বা অকনবা লান্দা মমাই লৈথোকপা ।
করিদবু হায়সিগে তেঙ্গোল ময়াম লৈরিবা ॥
পাঙ্গলদগু থোইদোকপা বিষ্ণুমক্তা মান্নবা ।

মাইয়োক্নবা মীশিংদো মমাই থিবা ওইজবা ॥
তমথিরবা রাহৈনা শাওরে লক্ষ্মণ হায়রক্লে।
ঐনা শিরে হায়রগা নংনা নি'থৌ ওইনিংলে ॥
চক্রি তৌই নমানা ঐবু বন্দা থাখিদো।
চক্রিগীদি পুক্কুদা চক্রি পোকই চুমইদো ॥
নপাঙ্গলগু কল্লিদো য়েংবদস্তু নিংথিদো।
চহি তরামরি কোইরিঙৈ রাজভোগ চাখিদো ॥
রাম্না নিংথৌ ওইরগা যুবরাজ নং ওইরো।
নিংথৌ পূম্বা ঙম্নগা পুবিরক্কে য়েংজরো ॥
রাহৈ অসি হায়ত্তুনা মমিৎ ঙাংনা য়েংলক্লে।
অক্ষৌহিণী তেঙ্গোলদো মমিৎ ঙম্না উইশিল্লে ॥
শাওখিবনা লক্ষ্মণ-দি মশা থক থক নিক্লক্লে।
খুত্তা লিরুং তেন পায়রে ফনবু হেক্তা চোংথোক্লে ॥
সিংহনাদ লাউত্তুনা তেঙ্গা হেক্তা থোংলক্লে।
উরে ভরত কল্লবা থরাই পাইথোকখিদৌরে ॥
বিশ্বামিত্র উবদা থুনা য়াংনা হৌগৎলে।
লক্ষ্মণ-গীদি মখুত্তা চেজেৎনবু পায়শিল্লে ॥
মীওইবগী চঙনফম মতিক চ'দে শাওবীবা।
নয়াম্বগী মফমদা অরেম্বনি শাওরুবা ॥
ঐগী ইমাই য়েংলোকো তেন্দু খামজিনবিরোকো।
বৈষ্ণব অস্ত্র থাম্বীয়ু য়াইফববু পিবিখো ॥
গুরু য়াথং তাবদা রা ঙাংখিদ্রে কল্লবা।
পুক্লিং রাখল তৌরগা চরন্দবু তুরকপা ॥

রাহৈ খরা হায়রক্লে যুবরাজ লক্ষ্মণ-না ।
ইয়াম্বদা শাওরুবা ঐদি পাপ্পু লৈরেনা ॥
ঐনা শাওরুবসিদি গুরু হাৎপা মান্নরে ।
অচৌবা পাপ ওইবেদো অমাংবগুম ওইখরে ॥
রাম-না হায়— হে লক্ষ্মণ পাপ লৈতনবা হায়গে ।
নোংপোক মাইগৈ চৎলগা হাযম্ নংনা জয় তৌগে ॥
ঐনা নিংথৌ নহাক্না যুবরাজ ওইযুকো ।
নংনা চৎলে হাযবগা নিংথৌ পূম্বা ঙম্মুকো ॥
মথুৎ পাযবে হাযরক্লে প্রভু রামচন্দ্রনা ।
রাশক্তুনা হাযবোকো ইনাও লক্ষ্মণ নহাক্না ॥
ঐনা হায়বা যাথংসি হিক্তোকরু ঙসিদি ।
নম্রবদি নমাংদা প্রাণসি থানি ঐহাক্তি ॥
হাযজবকই লক্ষ্মণ না বামগী চরণ পাযত্না ।
নোংপোক মাইকৈ ঙম্নগে সত্য সত্য ঐহাক্না ॥
ভরত-নবু চিংলবা রাজ সভা মযাইনি ।
শোবাবেনগা মান্নবা বিশ্বামিত্র মুনিনি ॥
মশিং থাবা ঙমদ্রব মুনিশিংস্মু য়াওরবা
মশিং থাবা ঙমদরে প্রজাশিংনা য়ামখ্রিবা ॥
জগৎকাঁদি মপুনি প্রভু রাম চন্দ্রসু ।
রাশকপসি তাবিয়ু লিরুং পায়বা ময়ামসু ॥
ঐনা হৌজিক নো পোক্কী লান্দা ম্যাইবু লৈরʼদি ।
যুগ তরেৎ নোরোক্তা তারগেদা লেপ্পদি ॥
ইচিল ইনাও অনিবু কদাইরাইদা মাইথিনি ।

নংবু নিংবা পাঙ্গলনা য়েক্লবশিং ঙমগনি ॥
ঐগী পাঙ্গল নাপলগু থংলিবনি লাইশিংনা ।
কৈলাসদা মহেশ্বর ঙমখি লক্ষ্মণ ঐহাক্না
ঐনা নোংপোক মাইগৈদা লান্দ জয়বু তৌগনি ।
মতমহুদা প্রভুনা পুক্নিং তানা য়েংবিনি ॥
রামচন্দ্র থাগৎলে তাংলে তাংলে থাগৎলে ।
মনাও চেৎনা কোনশিল্লে ওন্না ওন্না চুপ্নক্লে ॥
ভরত্তা অমুক হায়রক্লে নংনা মথা চৎলোকো ।
যমরাজ ঙম্নগা নংনা মহু পুরকখো ॥
রামনা হায় ঐহাক্না নোংচুপলোমদা চৎকনি ।
নিংথৌ মুনি অয়াম্বা ঙম্নগদি পুরকনি ॥
শত্রুঘ্ননা হায়রকই রামচন্দ্র তাবিয়ু ।
অরাংথংবা মাইগৈসে ঐনা চৎনি থংবিয়ু ॥
মহাদেব ঙম্নক্কে থারক্কেদা মাংসিদা ।
ইচিল ইনাও পুন্নমক হরাওনবু লৈসিদা ॥
লক্ষ্মণ-না হায় হে ইনাও তারো ঐগী রাহৈসে ।
মহাদেব ঙম্নগা সিদা অমুক হল্লকসি ॥
লাইবু ঙম্বা হায়হুনা মরোল অহুম ফাওসন্নু ।
ঐগী য়াথং অসিনা নংগী মঙ্গল ওইসন্নু ॥
তারো ইনাও শত্রুঘ্ন ইয়াম্বা রা হায়গেকো ।
নোং ঙানবগা লাম্মীশিং শাজেল ঙম্না তৌরোকো ॥
প্রভু রামগী চরণবু নিংজহুনা লেংজরি ।
প্রভু রামগী চরণদা হুংশিবিয় হায়জরি ॥

লানবুং যৈরো য়াথং তৌ ঙসি সন্ধ্যা মতমদা।
তাহল্লুকো লাক্লবা অযোধ্যাগী মীশিংদা॥
শগোল শামু তোংলবা খোংনা চৎপা কয়াগু।
হয়েং নোং হেক ঙানবদা থুংলত্রবা কনবগু॥
তারো তাবো শত্রুঘ্ন ঐগী অরেপ্পা রাশক্কি।
পুং তরা ফাওবদা য়োবক্ত্রবা হাৎকনি॥
ইনাও ইচা ওইসনু মরুপ মপাং ওইসনু।
নোং ঙানবগা লাক্ত্বা মবান্তনা মাংসনু॥
তাদ ভরত নহাক্তী ঙস্তানবু লাকউদা।
হায়জগেকো ঐহাক্না থবক পূস্বা তাদদা॥
নোং ঙানবগা ঐখোযনা নিংথৌ ময়াম ঙমগনি।
পৃথিবীগী মহুংদা ঐখোযনা মকোক ওইগনি॥
অহুমক্তি ওইরগা রাবা অমা লৈরেদো।
ইতোমতবু করম্না চৎলসিগে লানসিদা॥
চন্দ্রসেনবু অকনবা ঐগী রাসি তারোকো।
শ্রীরামগী সারথী পূম্নমক্না থঙিঙকো॥
মিৎকুপ্পদা হাযনিংঙাই লৈতনবু চেল্লিদো।
লাম্থেংনবা কান্দুদা মাইওনফদে রথীদো॥
লান্দা মমাই ওল্লবা অহুগুম্বা রথীনা।
স্বর্গরোমদা চত্তরে শিববগু মীহুনা॥
থুৎলাইনা মচেৎ ফক্লগু চেনফদেকো নিংথৌদি।
মাইওন্দবা হায়বদো নিংথৌ মাগী থবক্কি॥
ঈনা সমুদ্র ওইসনু দোলায ফাওবা তাওসনু।

দোলায় মমাই লৈহনা সারথিনা চেনগনু ॥
হায়রিবসি তৌরোকো রামচন্দ্র সেবাদো।
ইপাপ চেনবা মরম্না লান্দা সেবা ফংব্রেদো ॥
লক্ষ্মণ-না অমুক হায়রকই ঐনা পামজরিবদি।
রামগী চরণ থাজরোই ঐনা মতম পুম্বদি ॥
লৈদা খোয়মু অতুনা লৈহি চুপচবগুম্না।
রামগী চরণ সেবাদা স্মুংঙাইজরী ঐহাক্না ॥
স্মুংশি মীৎয়েং ফংবদা য়োকপিববু ওইনরি।
পাপ্ন কোটি কোক্তুনা বৈকুণ্ঠদা কানরী ॥
অকি মীৎয়েং ফংবদা মাংনববু ওইনরী।
পাপ্ন কোটি পোক্তুনা নরক্তবু তানরী ॥
লক্ষ্মণ রাহৈ তাবদা রাম রঘুমণিনা।
বদন চন্দ্র চুপ্নক্লে চেজেৎনবু কোন্দুনা ॥
চামরক হন্না চুপ্পি কল্লবদি লক্ষ্মণবু।
মঙকশমদা হুকপিরে নিলকান্ত মণিবু ॥
রামনা হায় শত্রুঘ্ন তারো ঐনা হায়গেকো।
নংনা চৎলে হাযরগা সীতাদবু হায়রুকো ॥
হুপী মথোক কারকপী তরামাথোই লৈতেংলো।
লক্ষ্মণগীদি মাইগৈদা জানকীনা পিরুরো ॥
শক্তি কয়া লৌশল্লু ওঁস অহিং অসিদা।
হয়েং নোং ঙাল্লবদি লানগী যাত্রা তৌনিদা ॥
পুক্লিং অসি রাবনা ঐবু শিগদোরেনা।
লান্দা ঐনা নতোমদা থারসিগে করম্না ॥

করি হায়নি খওদরে সুমিত্রাদি ইমানা ।
নংবু উদরবদা খাংবা ওয়লোই সীতানা ॥
নংগীদমক কৌশল্যা ইমানা প্রাণ থাগনি ।
ইনাও মুপী ঊর্মিলা করম্নবু খাংগনি ॥
নংনা শিবা মফমদা, রাম ঐশু শিগনি ।
ঐনা শিখরবদি রঘুবংশ মাংলনি ॥
চরণ কোম্লে লক্ষ্মণ-না অমুক হন্না হায়রকই ।
নংগী কৃপা লৈরদি জগৎ ওম্নি শোররোই ॥
ইবুংঙোদি লৈবীহৌ মুংঙাইনবু অসিদা ।
তাদ ভরত থাবীয় নোংচুপ থংবা মাইকৈদা ॥
মাগী সহায় তৌহল্লু শত্রুঘ্ন ইনাওশু ।
চক্রশালা ওয়গা ওমজরুগে কুবেরশু ॥
রাহৈ অসি তাবদা ভরত অমুক হায়রকই ।
লক্ষ্মণ নংনা ঐঙোম্দা মতু করি হায়রকই ॥
দেশ খু[illegible] চত্তুনা খুৎলাই তম্বা নহাক্নী ।
ইরৈবাক্কা তমজবা চৎথোক্তবা ঐহাক্নী ॥
শত্রুঘ্ন ইনাওশু নংনা তম্বী হৈরেদা ।
করিগীবু নহাক্না চৎলো হায়রী ঐঙোম্দা ॥
লক্ষ্মণ নংনা ইমাগী দোষ অত্থ হাপ্লিবা ।
তেম্না থাবা হকচাংদা ওমজদেদা থাংজবা ॥
হুংশিবা রাহৈ তাবদা রঘুমচা লক্ষ্মণ-না ।
মথুৎ অনি লোম্লনা ভাবিয়কো হায়খিদা ॥
নোংচুপ চৎপা হায়বসে তাদনবু কির'দি ।

হল্লক্লগা ঐহাক্না ঙাক্কে লৈবাক অসিদা ॥
ভরতনা মুক হায়রকই ঙম্লক্লগা নহাক্না।
লানবু তৌবা চৎলগে অমুক ঐখোয় অহুম্না ॥
নংনা লানবু চৎপদা ঙম্লক্কবা থোক্লদি।
ঐখোয় অহুম চৎপগী করি কাম্নরুগনি ॥
নোংচুপ মাইগৈ অসিস্থ অকনববু লৈরিদো।
নোংপোক মায়গৈ অসিস্থ কনানগু ঙম্মোইদো ॥
রাহৈ অসি তাবদা লক্ষ্মণ অমুক হায়রকই।
পুক্লিং তপ্না তাবিয়ু রঘুমণি হায়রকই ॥
অতোপ্পা রা থম্বিখো লানগী আজ্ঞা পিবিরো।
ঐনা নোংপোক চৎনবা আজ্ঞা অতুক তৌবিরো ॥
তারবদা রাম-না অমুক হায়গে তারোকো।
শাগৈসিগী মতুংদ ঐখোই মরি লৈরেকো ॥
অমুক হম্না রাশকসি ঐখোই মরি মান্নসি।
সিংহনাদ তৌহ্না জগৎ অসি নিলহনসি ॥
অতুৈঙৈ লঙ্কাদা খঙ্ঙে নংগী নগুণদি।
জানকীগী হাকতক্তা মহুপুবা লিনগুম্নি ॥
তাড়কাগী লান্দুদা নংগী তেনশৎ উথিদো।
লাইয়াম পুম্বা নহাকপু কিনবনা নিকথিদো ॥
রামচন্দ্র প্রভুগী পুক্লিং উবা লক্ষ্মণ-না।
মথুৎ অনি লোন্নরে মুনিরাজ মমাংদা ॥
নোংপোকথংবা মাইগৈসে ঐনা ঙমগে হায়হ্না।
রাশকপসি তাবিয়ু অরেপ্পবু ময়াম্না ॥

চক্রশালা ঐহাক্না ঙম্মক্তবা থোকপদা।
শুক্লা মম্বা নরক্তা যুগ তরেৎ তাগেদো॥
শত্রুঘ্ন হায়রকই ঐনা অরাং চৎপদা।
"লান্দা ঙম্মক্ত্রবদি ব্রহ্মবধ ফংগেদা॥
ভরতনা অমুক হায়রকই ঐসু অমুক রাশক্কে।
"ঐনা লান্দা চেল্লদি অযোধ্যাবু থাদোক্কে"॥
রামচন্দ্র হায়রকই নোংচুপ ঙম্মুরগেদা।
লক্ষ্মণগীদি মশক্তো ঙমদ্রবদা উরোইদা॥
রামগী রাশক তাবদা মঙ্গোল ওইনি থনখরে।
বেদ-পাঠ ব্রাহ্মণনা মন্তমত্নদা তৌরক্লে॥
বিশ্বামিত্র মুনিনা গঙ্গাজলবু খিকলক্লে।
সিংহনাদ রামনা লাউই পূম্নিন নিনখরে॥
লক্ষ্মণ-না মুক লাউরকহ শঙ্খাইসেন্না পাইগুম্লে।
লাইয়াম পূম্বা তাবদা রাথোক্লবা ওইরক্লে॥
ভরত শত্রুঘ্ন অনিশু সিংহনাদ লাউরক্লে।
অকন-অথৌ পূম্বশু লিরি তঙ্কার তৌরক্লে॥
সিংহনাদ তাবদা অযোধ্যাবু কিনরে।
আকাশ পাতাল সনজিং খোৎ খোৎপা নিকথরে॥
ফম্মিন্নবা জানকী উর্ম্মিলাশু ঙকখরে।
ওইরোম থংবা নাকন্দা সুদক্ষিণা ফম্মম্মী॥
মনাই চা-মবি লোইননা তুম্মিন্নবু লৈরম্মী।
সিংহনাদ তাবদা থরাই ঙম্না পাইদৌরে॥
ইচে সীতা তাবিযু উর্ম্মিলানা হায়রক্লে।

খণ্ডহৌদনা ঙংখ্রিবা শঙঙাইশেনবু পাইবরা ॥
সীতানা হায়— লৈতরে সংসারদা উর্ম্মিলা ।
মরোল অহুম মবুংঙো নপুরোইবা ওইজবা ॥
সিংহনাদ লক্ষ্মণগী তারেদনা ফজবা ।
মীওইবদি লৈসত্থু লাইবু ফাওবা নিকলেদা
রাহৈ তাবা উর্ম্মিলা মপুরোইবগী মরমদা ।
ফিনা মাইথোং খুল্লগা মোমোন মোমোন নোকচরি ॥
রঘুনাথ প্রভুনা মতমসিদা হৌগৎলি ।
লক্ষ্মণ লান্মী লোয়ননা কোন্নুংলোমদা লেঙঙকই ॥
মাংদা লৈবা মন্ত্রিশিং চামা চামা খুরুমই ।
বিদায় পিরে তেঙ্গোলশিং ময়ুম ময়ুম হন্নখি ॥
রামগী চরণ খুরমখি লক্ষ্মণবুশু খুরমখি ।
পুন্নমকপু হন্নখি ময়ুম ময়ুম য়োনখি ॥
অমুক হন্না ব্যাসনা তারো অর্জ্জুন হায়বিখি ।
রাহৈ অসি তাবদা কৌরব ঙম্বা ওইগনি ॥
ব্যাসগীদি চরন্দা ধনঞ্জয়না হঙ্গৎলি ।
করম তৌরে অহিংগী হায়বিয়কো তাজগে ॥
ব্যাসনবু হায়রকই তারো অর্জ্জুন লীরগে ।
রামচন্দ্র প্রভুসে মন্দিরদা লেংলম্মী ॥
জানকীদি উর্ম্মিলা অনি পুন্না লৈরম্মী ।
রামচন্দ্র উবদা মথোয় অনি লৈথোকই ॥
শয্যা থক্তা চেপ্তুনা প্রভু রামনা লৈরমই ।
চরণ থম্বাল অনিদো জানকীনা থৌগলই ॥

প্রভু রামচন্দ্রনা নোক্লত্থনা হায়রমই।
অভিষেক্কী মরমদা ঐস্নু রাশক্লম্মেদো॥
মহাবীর লক্ষ্মণস্নু সিংহনাদ লাওখিদো।
নোংঙানবগা ইনাওদি নোংপোক ঙম্বা চত্তোরে।
ঐদি ইনাও উববোই খল্লুবদা রাখয়ে॥
হায়যু সীতা নহাক্লা কনাগী মচা লৈরিবা।
তৌগদৌরি লক্ষ্মণ-না অচৌববু ওইরবা॥
মুপী তরামাথোইদো লৈতেংউদো ফজনা।
লক্ষ্মণগীদি মনাক্তা পিরুচৎলো নহাক্লা॥
মতমত্থদা শত্রুঘ্ন মথোক্লাবী ফজবী।
সনা-লুপা লৈতেংবী য়েংবদস্নু চংখোনবী॥
কাব্রংশাবী শেৎলবী লাইবক সিন্দুর নম্লবী।
মথোয উবা মীশিংদো মুনিফাওবা ঙক্লবী॥
জানকীনা লেংবদা নাক্তা যেত্তা থৌগনবী।
মনাইশিংদো জানকী খুদক্কুদা লোইনবী॥
নোক্লা নোক্লা লাকপনা লক্ষ্মণ লৈফম য়ৌরক্লে।
সনা তাংবল থক্কুদা লক্ষ্মণ অসি লৈরম্লে॥
উর্ম্মিলানা পানা-তপ লৈনা হিপ্ফম শেম্লম্মি।
হৈগী লৈগী মনম্মা হা হা হা হা নম্মম্মি॥
লিক্লাই য়ুম্বী ফজবা থাংমৈনঙ ঙাল্লবা।
উজবদা জানকী থাক্লা থাক্লা নোকচবা॥
মতমসিদা লক্ষ্মণ-দা জানকীনা হায়রকই।
মুপীশিংসে পুরকই রামগী য়াথং ইল্লকই॥

রামগী থৌজাল লৎনয় হরাওনবু লৌহৌরো।
ননাইশিংগী সেবাসে লৎনদনা লৌহৌরো।
লক্ষ্মণ-না অমুক হায়রকই ইমা শকপী ইতৈমা।
মচাগীদি মফমদা পরিহাস তৌবীবা॥
ইয়াম্বগী মুপীনি জগৎকীগু মমানি।
নংগী থৌজাল পিবীবা পুকচেল মিংশেল মানবীনি॥
জানকীনা হায়রকই তারো লক্ষ্মণ মুংশিবা।
পৃথিবীবু ওম্নবা খন্দুনবু লৌরোবা॥
রাহৈ অসি তাবদা সিতা চরণ থুরুম্বা।
নিংথৌগী মচা কল্লবা কয়ামরুম লৈরম্বা॥
নংগী রাহৈ অসিনা হাৎচববু ওইজগে।
নারায়ণগী কৃপানা নোংপোক মাইগৈ ওমজগে॥
চরণ পায়না লক্ষ্মণ-না বর অমুক লৌজরে।
থুনা য়াংনা জানকী অন্তঃপুর য়ৌখরে॥
মুংঙাইবগা লোইননা অহিং অসি লেনখরে।
অহিং অসি হৌখরে নোংপোক মুমিৎ থোরক্লে॥
মথোংগী পুংজাওদো থিল্লে তারে প্রজানা।
ম্নান পূজা লোইনরে মাগী মাগী ময়ুমদা॥
শ্রীরাম-না হায় জানকী নোং ঙাল্লেদো হৌজিক্কি।
লক্ষ্মণগী মঙ্গল প্রজাশিং তৌহল্লোকো হৌজিক্কি॥
লাইবক ফবী চাম-না ঈশিং মঙ্গল তৌহল্লো।
থুনা য়াংনা ইনাওদো ঈরুজথোকহল্লুরো॥
ঐগী কোম্লুং অসিদা জগোইশাবী কয়ানা।

কৌখত্তুনা জগোইদো শাহল্লুকো নহাক্লা ॥
ঐগী থরাই অমদি ওসি লানবু চত্তোরি।
ঐদি মাবু লৈবনা ঐগী থরাই হিংজরি ॥
রাহৈ অসি হায়রীঙৈ ভরতবীর থুংলরে।
রামগী চরণ খুরুম্মী জানকীগু খুরুম্লে ॥
মতম সিদা শত্রুঘ্ন লক্ষ্মণ য়ুমদা চৎলম্মী।
লিরুং পায়বা লক্ষ্মণ-না আলিঙ্গনবু পিরম্মী ॥
রামগী চরণ খুরুম্বা মচিল মনাও চৎলক্লে।
মাংওইনমা রামগী মুর্ত্তি অহু উরক্লে ॥
লাপ্তক্লবু উবদা পঞ্চাঙ্গদা খুরুম্মী।
মনাক মক্তা চঙশিল্লি চরণ উফুল লৌরম্মী ॥
ওইথংবদা চঙশিল্লি জানকীবু খুরুম্লে।
মখুৎ পায়বি প্রভুনা চংশিন্দুনা ক্ষমহল্লে ॥
নোক্লহুনা হায়রকই মতমহুদা লক্ষ্মণ-দা।
স্নান পুজা তৌরুরো মতম অসিমক্তদা ॥
নংনা লানবু চৎখ্রগা ঐনা করম লৈহৌনি।
নংবু নত্তরবদা কনানা ঐবু ঙাকপিনি ॥
খনবিরম্লু রাফমদো পাঙ্গল কনবা নহাক্লা।
নিংথৌমচা কয়াগু থুংলরেদো মপান্দা ॥
পুং তরাগীদি মহুংদা যাত্রা তৌনি ঐহাক্লা।
তাথ্রবনি প্রভুনা রাশকপহু ঐহাক্লা ॥
মতমসিদা হৌগৎলে স্নান পুজা লোইখরে।
ব্রাহ্মণ মুনি পুন্নমক চারে পুজা হৌরক্লে ॥

অহানবদা মপান্দা রঘুপতি লেংথোকই।
ভরত শত্রুঘ্ন অনিশু রামগী সেবা ইল্লকই॥
অযোধ্যাগী মীশিংদি ওল্লরোইদো শিংথাবা।
তেঙ্গোল মখোং উফুলনা অতিয়াসি মল্লবা॥
শগোল লাক্ষ মগুানি মপাঙ্গলদা কল্লবা।
শাম্‌ লক্ষ মরিনি চিংগুল্লবু কল্লবা॥
চীংদা লৈবা প্রজাশিং লক্ষ তবা লাক্লে।
লোইননবা লক্ষ্মণগী ধুম্রকেতু য়োরক্লে॥
চন্দ্রধর চন্দ্রকেতু চন্দ্রসেনচিংবশু।
কালদন্ত লগ্নজিৎ বিধর্ব্বনচিংবশু॥
নিংথৌ মচা অয়াম্বা শোরারেনগা মাল্লবা।
রঘুমণি য়াথংপি লোইনতুনা চৎনবা॥
সুগ্রিব অঙ্গদনচিংবশু থুংলরেদো ময়ামশু।
হনুমন্ত কল্লবা নুংশিংকীদি মচাশু॥
য়োংগী তেঙ্গোল থুংলবে য়ামখিবনা ঙক্লবা
শওম তেঙ্গোল য়াওরেদো মথল মখা য়াম্লবা॥
নুংথিল অমগী লম্বীদা লানমীনবু থনথরে।
মহারথী অয়াম্বা শিংথাববু ঙমদরে॥
হনুমানবু কৌশিল্লি রঘুমণি রামনা।
উচ্চৈশ্রবা দোলায়দো পুথোরকউ নহাক্লা॥
বালী মচা অঙ্গদ নখোয় অনি লোইননা।
দোলায় অদো পুরকউ নগুণ চাওবা নখোয়না॥
থুরুমহুনা চৎখরে দোলায় থম্বা মকমদো।

কোইনা কোইনা থিরক্লে থেংনরক্লে দোলায়দো ॥
হনুমান্না কোক্তা থোং সভা ময়াই য়ৌরক্লে।
রামনা কন্বা সভাদা দোলায় অসি থমখরে ॥
উরবদা হৌগৎলে রাম লক্ষ্মণ অনিনা।
হৌগৎলকই কান্দুদা অকনবা লক্ষ অমনা ॥
লিরুং পায়বা যমগুম্বা লক্ষ তরা হৌগৎলে।
শ্রীরাম লেংশিল্লি দোলায় অতু শেম্মক্লে ॥
য়েংগী নিংথৌ সুগ্রিব খুদক্তুদা চঙলক্লে।
অঙাংদগী অহলফাও হুংঙাইনবু য়েংলক্লে ॥
দোলায মনাক লেপ্তুনা রঘুমণি প্রভুনা।
নিংথৌমচা পূন্নমক দোলায় চামসি ঈশিংনা ॥
ঈশিং অতু পুরক্লে দোলায় অতু চাম্মক্লে।
ফজরবা ফিতুনা দোলায় অতু তৈথোক্লে ॥
অঙাংবা ফিনা দোলায়দা ফজনবু কোইশিল্লে।
দোলায় চিথেক মরিদা ফিরানশিংনা ফজরে ॥
মখা থংবা অমুবা অরাং থংবা মেমানবা।
তুং থংবা সনা মচু খোইনা হেন্না ফজবা ॥
চিথেক মরি ফিরান্না মচু মরি ফজরী।
খ্বাইগী মযাই মতোন্দা বিজয বানা ফজরী ॥
দোলায়গীদি মথক্তা মুক্তা পোহাল যাম্বরে।
মণি-মুক্তা পবেংদো প্রভু বামনা শেম্বীরে ॥
প্রভুমক্তা শেম্বীরে লক্ষ্মণগীদি দোলায়দো।
নিংথৌশিংনা পুরকই মণি পরেং পিরৈদো ॥

শ্রীরাম-না লৌহ্না দোলায়হুদা য়ানশিল্লি।
দোলায় শেম্বী প্রভুনা শক্তি লৈবা হেলহল্লি॥
য়েক্লবনা ফুক্তুনা হুনবা ঙমদনববু।
পুন্নমকশি হাপ্তুনা সেম্বিবনি দোলায়বু॥
হে কুন্তী মগা অর্জ্জুন খুৎলাইগী মগুণ তারোকো।
থাঙ্গৎলিবা খুৎলাইসে মশিং থিবা ঙমদেকো॥
পুক্লিং অনি লোংদনা মুন্ন তারো হায়রক্লে।
ব্রহ্মাস্ত্র খুৎলাইনা কোটি অমা থাঙ্গৎলে॥
পশুপাত খুৎলাইনা কোটি তেম্দোং থমখরে।
হনুমান্না পুরকই দোলায় থক্তা থাঙ্গৎলে॥
পরশুপাটি গডানে ভিণ্ডিপাল হায়রিবা।
মৈগী তেন্না কোটিনি মতমগুদা থাঙ্গৎপা॥
শক্তি অঙ্কুশ হায়রিবা খুৎলাই লক্ষ লক্ষনি॥
লক্ষ তরা জাঠিনা দোলায় থক্তা থাঙ্গৎলি।
খুৎলাই মপৈ অয়াম্বা শিংথাহুনা ঙম্নরোই।
দোলায় থক্তা থাঙ্গৎপা খুৎলাই ভারি ভারি ওই॥
জগৎকী মপু রাম-না শ্রীহস্তনা শেম্বীবা।
দোলায় তেনগী মগুণবু করি করম হায়সিবা॥
দোলায় লক্ষ তরানি সাজন তৌরক্লিবসে।
উচ্চৈশ্রবা দোলায়না ময়াই থংনা থম্লেসে॥
মাংদা ঈশিং অথনবা পরেং পরেং থিনথিবা॥
চফু মঙক অহুদা হৈনৌ মনা কিশিনবা॥
বিশ্বামিত্র মুনিনা দোলায় পুজা তৌরক্লে।

য়েংবা থোইনা ফজরে ধুমকেতু শুমক্লে ॥
যুবরাজ মতমসি দোলায় নাক্তা থুংলরে।
মণি মক্তা শুইগ্রবা অলঙ্কার ফজরে ॥
পীতধরা শেৎচল্লে কপচগু লিংশিল্লে।
শ্রীঅঙ্গ ফজবা চন্দোন মনম নম্মক্লে ॥
শিঙ্কা পুল্লি নমগন্দা তেন্দোং থৌরী পুস্থিল্লে।
লৈহাও মনম নাগেশ্বর মনম হা হা নম্মক্লে ॥
লীরুং পায়রে অকনবা মমা পুম্বা খুরুম্লে।
লক্ষ্মণ গুপী পূম্নমক মঙ্গোল ঙম্না তৌরক্লে ॥
মতমসিদা অকনবা সভা ময়াই থোরক্লে।
সিংহনাদ ইঙ্গিত্তো তৌরহুনা লাউরক্লে ॥
মতমহুদা খঙহোদে সভা ময়াম নিনখরে।
তেঙ্গোল পূম্বা হৌগৎলো রাম-না য়াথং পিরক্লে ॥
ইনাও অনি চত্তুনা লানমীশিংসে পুথোকউ।
লক্ষ্মণ অদো ওত্তুনা মাংওইননা পুথোকউ ॥
নয়াম্বনি খন্দুনা নাপল তৌরোইদবনি।
তেঙ্গোল সভা পুহুনা নখোয় অনি চৎকনি ॥
ভরত শত্রুঘ্ন অনিদো চৎলে তেঙ্গোল পুহুনা।
পুংনে সেম্নে য়ৈরক্লে মুংঙাইবগা লোইননা ॥
উরক্লেদা লক্ষ্মণ-না নিংথৌ প্রজা পূম্নমক।
অমমম্ব লক্ষ্মণ-না মখুৎ পায়রি ঙম্নমক ॥
নিংথৌ ময়াম সন্ত্রাস তৌরকইদা লক্ষ্মণ-না।
মখুৎ জোর তরেৎলক ভরত মাংদা তৌইদা ॥

শত্রুঘ্ন অঙ্গদ আলিঙ্গনবু তৌখিদো।
হনুমানগী খুজেং পায় চঙলক্লেদো লক্ষ্মণ-দো॥
পৃথ্বী নিক্লে চৎপদা তেঙ্গোল সভা নিকথরে।
নোকথোকপদা ফজবা শ্রীঅঙ্গন নিংথিরে॥
মতম'সিদা লেংশিল্লি সভা ময়াই মক্তদা।
লক্ষ্মণ-না হেক থুরুম্মী শ্রীরামগী চরন্দা॥
কোনবিরক্লে শ্রীরাম-না মনাকমক্তা ফমহল্লি।
মতমসিদা দোলাযদো পূজা অমুক হৌরক্লি॥
ব্রাহ্মণশিংনা পূজাগু তৌবা য়াবা তৌরক্লে।
চেং-থোইদিং লৈশুনচিংবা ব্রাহ্মণ-না কোক্তা হাপ্লে॥
নোংনা চুবা মতৌগুম লৈনা কোক্তা চাইথরে।
মাইথোং থম্বাল অহুনা থাগুম্নদি লংথরে॥
কোম্নুংদগী থোরক্লে ইবেম্মশিং ফজবী।
অলঙ্কার নিংথীবা থোনবদবু পকচবী॥
সধবা হুপী লিশিংনা ঈ শং পূন্দি থল্লবা।
কোক্তা ভম্না থোংহুনা মহৈ মহৈ পুরকপা॥
কোম্নুংদগী লেংলক্লে মমাশীজ কয়াগু।
খোংনা অসুম লেংলকই সুমিত্রাবু কৈকেয়ীগু॥
মগুণ লৈবী কৌশল্যা মনাইশিংগা লেঙঙকই।
মথোংকাবী কয়ানা মাগী সেবা তৌরকই॥
ফজরবী জানকী উর্ম্মিলাগা লোইননা।
ফিজেৎ লৈতেং ফজবী লাইবক শিন্দুর নমহুনা॥
থক্তা সেকপিন অঙৌবা আরঙ্গিগা লোইননা।

শক্তম ফবী অনিনা চামোরবু হুমছ্না ॥
নাক্তা য়েক্তা মুনিনা বেদ পাঠ তৌরক্লে।
খমব্রাংচাক্লা চৎপগুম অনিমক্তো লেংলক্লে ॥
শারী ফিজি অপাবী হুংশিত্তা জগোই শারেদা।
ময়াম্নবু উরগা হরাও ঙমখৈ লৈত্রেদো ॥
রাম-না হায়—হনুমান পুক্লিং তপ্না তারোকো।
লাকলিববু মুপীসে দোলায় নাক্তা পুরোকো ॥
মসিগীদি তুংহুদা ভরতকী মুপী লাক্লেদো।
কোম্নুংদগী নিপাশিং পুম্নমকশু লাক্লেদো ॥
রঘুনাথ লেংখৎলে সভা মীয়াম মরক্তা।
নিংথৌ মচা পুম্নমক চৎলো মতম সিমক্তা ॥
চৎলে বাপু হনুমান পুম্নমকসি পুহ্না।
নিংথৌমচা কালজিত চৎলো লক্ষ্মণ লোইননা ॥
য়োংগী নিংথৌ অঙ্গদ চৎলো য়োংবু পুহ্না।
য়োংগী তেঙ্গোল পুম্নমক লোইনরোদো চেকশিন্না ॥
মেঘবর্ণ ভরতকী মচানিপা নহাকস্থু।
চৎকদবা লক্ষ্মণ-গা তেঙ্গোল ময়াম পুম্বশু ॥
জয়ছন্দ নিংথৌগী মরৈবাক্কী ব্রাহ্মণ-নি।
শ্লোক্কী মরৈ য়েংহ্না পদ ওইনা ইবনি ॥
রামগী ইতিহাসবু তাবা পাম্বা মীশিংদি।
পাপ্লু ঙম্না কোক্তুনা শিরে ফংনি স্বর্গদি ॥

## লক্ষ্মণ-বিদায়

মুংশি ৱাহৈ কয়ানা রামচন্দ্রনা হায়রকই।
ঐগী প্রাণসে কমদৌনা পুরসিগে খল্লকই ॥
লক্ষ্মণ খুজেং পায়রগা চিংনা চিংনা য়েংহ্লনা।
ঐগী নিংবা থুংহল্লু প্রাণভায় লক্ষ্মণ-না ॥
দেশ খুদিং চৎপদা নবুক অনি লোংগন্নু।
অপাম মুংশি পুম্নমক নংনা মহু নিংলুন্নু ॥
ক্তুরবা মীহুনা নংগী সেবা তৌর'দি।
য়েক্লবনা শোইদনা নংবু ঙম্বা ওইগনি ॥
নংনা ঐবু কাওদৌদি অস্তুম চৎপা কান্দুদা।
পৌলস্তগী বন্দুদা লৈরমগনি অহুদা ॥
সনাতনা লৈতেংবী কন্যা অহু উবদা।
ঐবু কাওখিগনিকো মহুতবু খনবদা ॥
কন্যাহুগী শক্তমদি মরোল অহুম ঙম্বীনি।
মহাক্তুবু উবদা পুক্লিং শুমহৎলিবীনি ॥
অথোইববু ফংলগা যতন কয়া তৌরোকো।
সংসারবু কোইবদা লোইনহুনা চৎলুকো ॥
নিংথৌ মচা কয়াস্নু লোইনহুনা চৎনিকো।
মপাঙ্গলদি কল্লবা হনুমানস্নু য়াওনিকো ॥
মাগী পাঙ্গল উবদ। রাবণ নিংথৌ কিবনি।
ৱাবণ মচা ইন্দ্রজিৎ খোংপাক্লবু কাওবনি ॥
যুবরাজ অঙ্গদ মহারাজ কাল্লজিৎ।
নিংথৌ মচা পুম্নমক লোইনহুনা চৎলুদা ॥

নিংথৌ মচা চন্দ্রধর 'সিনচিংবা ময়ামগা।
মতিক মতিক চারবা নিংথৌমচা ময়ামগা॥
শোরারেনগা মান্নবা নিংথৌ লিশিং পুরোকো।
পূন্নমকসে নহাক্না লোইনহুনা চৎলোকো॥
রাহৈ অসি তাবদা যুবরাজ লক্ষ্মণ-না।
হঙ্গচ্চরে কান্দুদা রামগী চরণ য়েংহুনা॥
নারায়ণনা হায়বিরি পুক্লিংদবু রাহুনা।
রাবিরহু হৌজিক্তি রাখল অমা তৌহুনা॥
শোরারেনদি ব্রহ্মাসু মহাদেব ওইসনু।
মমাই ওন্না থিহনগে চিন্তা পোৎলুম পুবিহু॥
ফুক্তোকউরা পৃথ্বীসে যমগী দণ্ডগুম্বনি।
মিকুপকীদি মনুংদা পূন্নমকসে ঙমগনি॥
লক্ষ্মণ রাহৈ তাবদা রামচন্দ্র পেনখরে।
হরাওবগা লোইননা মনাও চেৎনা কোনখরে॥
নিংথৌমচা অমমম কোক্তা ঈশিং হৈরক্লে।
যুবরাজ অভিষেক মতৌ অসুম তৌথরে॥
রামচন্দ্র প্রভুনা চেং-থোইদিং পায়খৎলে।
মঙ্গল ওইরো লাওহুনা কোকথক্তবু হাপ্লক্লে॥
উর্ম্মিলানচিংলবী ইবেম্মশিং চঙলক্লে।
চেং-থোইদিং পায়খৎলে মঙ্গল ওইরো চাইথরে॥
জয়ধ্বনি নিনখরে রামগী সভা ময়াইদা।
মুনিশিংগী মরাপ্না বেদ পাঠ তৌরেদা॥
সীতা অমুক চঙকই লক্ষ্মণ মনাক মক্তদা

শাগৈ মৈতাল অরাবা মঙ্গল ওইরো হায়ত্থনা ॥
মমাংঙৈগী মতমদা বন্দা চৎপা কান্দুদা ।
নংবু উত্র' কান্দুদা ঐনা লৈবা ওমদেদো ॥
হুমিৎ অনি মরিদং রাম-না নংবু উত্রবা ।
থরাই পাইথোকখিবগুম ঐনা করম য়েংশিবা ॥
অযোধ্যাগী রাজভোগ নংবু নত্তুরবদা ।
অনাবগুম ওইবনি নংবু কাইনরবদা ॥
নংবু লৈতরবদি রামসু লৈনি থাজদে ।
রামসু নংসু লৈত্রদি ঐসু লৈনি থাজদে ॥
অসি হায়না সীতাদো অরাবনা হেল্লক্লে ।
মিৎলু অনিমক্তুগী পিনা তরং শিন্থরে ।
মীৎকী পিবু উবদা খাংবা ওমদ্রে লক্ষ্মণদো ।
সনা হকচাং চেপখরে সীতা চরণ থক্তুদা ॥
অপাবা নমথাং মচিনা মনাওগী পি লৈথোক্লে ।
সীতাদেবী লক্ষ্মণ-বু খুজেং পায়রে চিংখৎলে ॥
মতমসিদা উত্থনা প্রভুরাম-না হায়রক্লে ।
জানকীদি নহাক্না করি অমুক পলহল্লে ॥
হৌগৎলোকো লক্ষ্মণ নং দোলায়ত্থদা তোংখৎলো ।
জয়ধ্বনি লাওত্থনা ঐগী নিংব থুংহল্লো ॥
রাহৈ অসি তাবদা মহাবীর লক্ষ্মণ-না ।
মন্ত্রি বর্গ য়েংত্থনা খুরম্মক্লে মহাক্না ॥
শত্রুঘ্ন কোনবীরে মুনিগনগু খুরুম্লে ।
দোলায় পুরকউ হায়না ওংত্থনবু হায়রক্লে ॥

মতমত্নদা সারথী দোলায় অত্নু পুরকই।
দোলায় অসি য়েংবদা হুমিংকুম্না লংলকই॥
য়েংওইননা তরেংলক শ্রীরামবু কোইজরে।
রামগী চরণ পায়ত্নুনা মনাও ইবুংঙো থুরুম্লে॥
রামনা কোল্লে মনাওবু হুমিং অমুক থুরুম্লে।
সিংহনাদ ধ্বনিনা দেব সভা নিকথরে॥
দোলায় মথক লেংখংলে সিংহনাদ লাউরক্লে।
মরোল অহুম তাবদা রানববু ওইখরে॥
লক্ষ্মণ দোলায় কাবদা য়েক্লবশিং রাথরে।
লাই-হিংচাবা পূম্নমক করম তৌনি নিকথরে॥
দিগ্বিজয় ফিরাম্না হুংশিত্তবু ফজবা।
নাক্তা য়েত্তা দোলায়না লিশিং লিশিং ফজবা॥
কনা অমা ঢন য়ৈবা ঈশৈ শকই কনানা।
সিংহনাদ লাউরকই কনা কনাগুম্বনা॥
যুবরাজ মনাক্তা জগোই শাবী লিশিংনা।
হরাওনা জগোই শাররে মনিং তম্না ফজনা॥
থৌগঞ্জরি মনাইশিং চামরবু পাইত্নুনা।
ইংলপ মেংলপ য়ৈহল্লি হুমিং মঙান অত্নুনা॥
তেঙ্গোল অক্ষৌহিণী তরামরি চৎপদা।
মখোং উফুল অত্নুনা সমুদ্রবু কংগুম্না॥
মগুন লৈবা নিংথৌনা চরণ সেবা তৌখিদা।
লক্ষ্মণ-গীদি মনাক্তা পূম্নমক্তা চঙনৈদো॥
অসুক চাওবা শাঙ্গোন্দি .থাকখিদরি মমাংদা॥

পূন্নমকসি চৎপনি লক্ষ্মণ-গবু লোইননা ॥
ইতিহাস রামগী তাবা পাপ্পু কোকপনি ।
হন্না হন্না তারগা পুণ্য হেনবা ওইবনি ॥
ভক্তি তৌনা তারগা সংসারদগী লানবনি ।
শিরবদা চৎকনি বৈকুণ্ঠবু য়ৌগনি ॥

## অনিশুবা অধ্যায়
### ( কাঞ্চনপুরী বিকর্ণ-গী ৱতাং )

নোংপোক মাইগৈ ওন্দুনা সিংহনাদ লাউরক্লে ।
অসুম .তৌনা লাকপনা কাঞ্চনপুরী য়ৌরক্লে ॥
কোন্সুংহ্নুনা ফজবা করিদবু হায়সিবা ।
উরবদা হংঙকহু হনুমান্না খঙনিংবা ॥
তারো তারো খুঙ্গংগী ইচিল ইনাও নখোয়বু ।
করি মাসিং কৌবগে কোন্নুং সিগী মমিংবু ॥
নিংথৌ করি কৌবগে পাঙ্গল কয়া কনজবা ।
লৈবাক ঙাকপা শাওরক্লে রাহৈ অসি তারকপা ।
হায়রকই্দ। মন্ত্রিনা মরম হায়গে তাজোকো ।
কাঞ্চনপুরী কোন্নুংদা বিকর্ণনা পাল্লিকো ॥
শিনিংহ্নুনা লাকপরা দেশসিদা নহাকপু ।
কনা কনা লোইননা লাক্লিবনো নখোয়বু ॥
রাহৈ অসি তাবদা হনুমানদো শাওরক্লে ।
শাওবা উবা মীশিংদো থরাই পাইথোকখিদোরে ॥

হনুমান্না হায়বকই পাপী লমচৎ ফত্তবা।
হনুমান্নি ঐহাকসে তাদরনে নখোয়বো॥
বিষ্ণু মক্না পোক্লবা লক্ষ্মণ প্রভু লেঙলক্লে।
মাগী তেন্না থাদুনা ইন্দ্রজিৎসু হাৎলক্লে॥
মাগী তেনগী মমাংদা রাবণ নিংথৌ মাইথিথি।
লান্দা কিবা ফংদুনা মহাদেবসু চেনখি॥
অকনবদি পূন্নমক মানা লোইনা ঙম্বনি।
শোরারেম্না উবদা কিদুনবু চেনবনি॥
জানকী স্বয়ম্বরদা ঙমখি অকনবশিংসু।
হর গৌবী লোইননা ফুকখি কৈলাস মণ্ডনসু॥
লোৎলি চিংদো শমখোংদা মানা ঙম্বা শক্তিবু।
মত্তিক চাওবা লক্ষ্মণ-নি হাৎখি বকাসুরবু॥
মণ্ডণ যাম্না চেল্লবা অতুগুম্বা লক্ষ্মণ নি।
সুমিত্রানা পোল্লবা ঙমফদ্রবা প্রভুনি॥
অসিগুম্বা অকনবা ণাক্লে নংগী দেশদা।
নোংপোক মাইগ নিংথৌশিং ঙম্না জয়বু তৌনিদা
খঙহল্লুচো নিংথৌদা অওহ্নবু রাফমনি।
দিগ্বিজয় লাকপানি সুমিত্রাগী মচানি॥
মন্ত্রি অমুক হায়বকই নাপল তৌনু কান্নরোই।
ঐগী থোংদা লৈবি'সে লক্ষ্মণ-গুম্বা চামা ওই॥
নংগুম্বসি কযা ওই ঐগী ইনাই ওইরিবা।
রাহৈ অসি তাবদা হকচাং থক থক নিক্লকপা॥
মমিৎ কোবী বাদুনা হনুমান্না হায়রকই।

লক্ষ্মণ থৌওইদবা নং খঙঙু হাযনা ঙংলকই ॥
শাওখিবনা হনুমান মশম অত্থু পায়খরে।
থাংগত্তুনা লৈবগা লৈবাকথক্তা থাধবে ॥
মথবাক্তা খোংপাক্লা অমুক হন্না কাওশিল্লে।
থল্লুরগা হনুমান থোইনা হেন্না শাওরক্লে ॥
নচিল পাপী অত্থুনা লক্ষ্মণ বুদি চৈখিবা।
খোংপাক চারো হায়ত্থুনা হন্না হন্না কাওরকপা
থুদকসিদা নগবপালদি তুখিবসি উবদা।
চেনশিল্লক্লে পাওপিবা তম্মে নিংথৌ মফমদা ॥
মহারাজ তাবিযু হঙ্গচ্চগে ননাইনা।
মফমসিদা থুংলবে অযোধ্যাগী লক্ষ্মণ-না
হনুমানবু কৌববা মনাই অমা লাকইদো।
মতমসিদা হাৎখরে নগবপালদি ননাইদো ॥
দূতকী মরা তাবদা বিকর্ণদি নিংথৌনা।
চৎলো চৎলো চিত্রসেন হৌজিকসিদা নহাক্লা ॥
হনুমান্দো পুল্লগা ইনাকসিদা পুরকউ।
সেনাপতি থিল্লন্থু থুনা যাংনা পুবকউ ॥
পুংগা শেনগা যেত্থুনা যাত্রা তৌরে চিত্রসেন।
লক্ষ তরা লান্মীনা শাজল তৌই চিত্রসেন ॥
হনুমানগী মমাংদা লাক্লে তঙ্কার তৌত্থুনা।
ময়াম অসি ঙকখবে হনুমানবু উবদা ॥
থুদকসিদা হনুমান তেঙ্গোল সভা য়েংলক্লে।
সিংহনাদ খোঞ্জেলনা লাই হিংচাবা ঙকখরে ॥

খোংনা চৎপা লক্কামা শগোল চামবি হাৎলে।
শামু লক্ষ অমগা লোযনহুনা হাৎখরে॥
লক্ষ অমা অকনবা হাইহৎতুনা তুখরে।
তুরিবগী মথক্তা দোলায ফৈনা থৌজল্লে॥
মতমসিদা অকনবা তেন কাপসিন্নরক্লে।
নাগ পাস কাপ্তুনা হনুমানবু পুনখবে॥
হুরানবগী মতৌগুম নিংথৌ নাক্তা পুবক্লে।
যতন তৌনা অহিংসি মতৌ অসুম থম্মক্লে॥
হনুমানবু ফাখবে পাও অসি য়েৌখরে।
য়েক্লবনা হনুমান ফাখরেবু তমখরে॥
দুতনা তম্বা তাবদা লক্ষ্মণ পুমঙক ঙকখরে।
লক্ষ্মণ বাখল তৌবকই অমুক হন্না হাযবক্লে॥
তারো তারো অঙ্গদ অহিংসিগী মতমদা।
হনুমানবু ফাখবে তাবা থোইনা রারেদা॥
তাশোন্নদি কৈদৌনি চৎলো তেঙ্গোল পুহুনা।
হিংচাবনা মমাংদৈ লাইদা কোইখিবগুম্না॥
অমত্তা ওইনা তেঙ্গোলসে সিংহনাদ লাউবোকো।
কাঞ্চনপুরী কোনুংসে চেকশিন্নবু কোইরোকো॥
বাল্লিমচা নহাক্লা নোংপোক থোংদা লৈকরো।
কঙ্কেশ্বর নিংথৌনা মখা থোংদা লৈক্রো॥
কালজিৎ অকনবা অন্নাংথোংদ লৈকরো।
ঐনা নোংচুপ থোংসিদা লৈগে নখোয চৎখরো॥
কনাগীদি শক্তিনা ভমফত্রবা ওইরক্লে।

উরক্লেদা হনুমান পুক্লিংদদি হুংঙাইরে ॥
চোংশিনখরে হনুমান মহারাণী মনাক্তা।
মশম পায়রে চোংলক্লে চৎকে লক্ষ্মণ মনাক্তা ॥
খোংমী লক্ষ অমনা চেনশিন্দুনা কোইশিনবা।
মাইকৈ মরি কোইখরে হনুমান্দি কল্লবা ॥
চেনবা ঙমক্লে অকনবা তেঙ্গোল ময়াম কোইখরে।
পায়বতদা শিরেদো উরে নিংথৌ কিবক্লে ॥
মওং অসি উবদা চিন্তা ঙম্না তৌনরে।
মাখল তৌরে নিংথৌদো তেঙ্গোল পুরে চঙক্লে ॥
লান্মী কয়া কয়াদো হায়জরক্লে খোংহৃদা।
ঐখোয় নিংথৌ লোইননা চঙগে লক্ষ্মণ চরন্দা ॥
তারে ময়াম হরাওরে লিরুং তেনবু থাদোক্লে।
লক্ষ্মণ চরণ অহৃদা চঙঙে নিংথৌ খুরুম্নে ॥
সংসারদা নংগুম্বা মরুপ অমা লৈতরি।
মীওইবগী মবুংঙো কনবীয়ুকো চঙজরি ॥
মহারাণী ঐহাক্কী হনুমান্না হাৎপনি।
পাঙ্গল শোনবী মুপীবু হাৎপা দোষ লৈগনি ॥
হনুমান্না হায়রকই কিরগন্থ হৌজিক্তি।
লক্ষ্মণ সেবা তৌত্নবা দেশ চৎপা য়াওগনি ॥
কিরগন্থ নবুক্তা লক্ষ্মণ-না অমুক হায়রকই।
ঐগী খুৎলাই অসিনা নংগী তেঙ্গোল থাররোই ॥
ঈনা সমুদ্রহৃদা পাপী স্নানবু তৌদরে।
ক্ষত্রি ধর্ম্ম হায়বদো নংদি করি থন্দরে ॥

কিরগনু হৌজিক্তি লোইনহুনা চৎলসি।
নংগী লৈবাক অসিদি চগুলোই কনা কিগুমসি॥
অমুক হন্না রাণীবু হিঙেঙা বর পিবিরে।
বর ফংলে হিংগৎলে হৌগত্তুনা ফমখরে॥
যুবরাজ অহিংসি কাঞ্চনপুরীদা পল্লে।
তেঙ্গোল ময়াম পুহুনা নোংঙানবগা চৎলক্লে॥

**শ্রীপ্রভু রামচন্দ্রগী অভিষেকীদমক্তা। শ্রীযুবরাজ লক্ষ্মণনা নোংপোকমক্তা॥ দিগ্বিজয় লেংলকপা অহানবমক্তা। থেংনবা বিকর্ণগী লায়া লোইবদা। মতাং অসি লিরগা তাহল্লি যুধিষ্ঠিরদা। শ্রীব্যাসদেব মুনিনা॥**

## অষ্টমগুবা অধ্যায়

### ( চন্দ্রকলাগা লক্ষ্মণগা উনবা )

মফমসিদগী চৎপনা কয়ামরুম লাপক্লে।
গুরু শোংবা তপবন মাংওইননা উরক্লে॥
রথিপুম্বা হুংঙাইনৈ বন অতু উবদা।
হুংঙাইবেদা লক্ষ্মণগু বন অতু উবদা॥
তপ্‌বনবু উবদা হুংঙাইহুনা পোথানৈ।
তপ্না হুম্মি হুংশিংনা উনা রানা নোম্মিন্নৈ॥
উহৈগা লৈগা ফজবা মহৈ মহৈ তান্নরি।
উফৈথক্তা কোকিল্লা কুহু কুহু খোংজরি॥
তপ্না তপ্না হুংশিংনা লৈগা জগোই শামিন্নৈ।

লৈকাশিংদা খোইমুনা ঙঙনা জগোই শামিন্নৈ ॥
উগী মনা অনৌবা থোৎনা নৌনা ফজরি।
উনা মশা য়াওদ্রবা উনা কয়া নিংথিরি ॥
মখোক লোইবা লৈশিংনা লৈরিক চোইনা চাইথরে।
কোকিল সুর হুংশিবা তাবা পুক্নিং হুখরে ॥
উরুবদা প্রজাশিং পুন্নমক্তো পেনখরে।
মচি মচি খুদিংদা পুথ্রীশিংনা নিংথিরে ॥
ঈশিংদা লৈবা উচেক্না তনিক তঙক ফজরী।
রঘু মচা লক্ষ্মণ-দি উরুবদা পেঞ্জরী ॥
থম্বাল শাস্তে পুখ্রীদো থেংনরুরে লক্ষ্মণ·না।
খোইমু ইনবা উবদা পুমঙক চেক্তা ঙকইদা ॥
সনানা সিরী চল্লবা নাক্তা খোংনাং হোইদা।
যুবরাজ লক্ষ্মণ-না দোলায়দগী কুমথৈদা ॥
হনুমান্না চিংলবা নিংথৌ সভা কুমথরে।
দোলায়দগী কুমথরে য়েংঙে বনবু পুন্নমক ॥
খুত্তা লিরুং পায়শল্লে লক্ষ্মণ খোংনা লেংলকই।
য়েৎকী খুৎপু পায়হনা হনুমান্না চৎলকই ॥
ওইদা চৎলি অঙ্গদ তু'দা প্রজা ইল্লকই।
হুংঙাইবগা লোইননা তপবনবু চঙঙকই ॥
মতমসিদা চন্দ্রকলা শোরারেনগী মচানি।
শান্না হৈবী ঈশিংদা শান্নরুগে লাকপনি ॥
মনাই মুপী চামনি ফজবনা থাগুম্নি।
শংবান্নবা নোংগুম্বা মথোক কাবা লক্ষ্মণ নি ॥

কামেশ্বর কৌরবা পুত্রী অমা লৈরম্মী।
চন্দ্রকলা হুংঙাইনা শাম্নহুনা লৈরম্মী॥
মাইথোং থম্বাল অহুদা লাবণ্যামৃত চেল্লবী।
মিংকী মিংচি অহুনা খোইমুশিংবু শুমহৎপী॥
থোৎনা মেংনা ফজবী চিনবান তয়ানগুম্নবী।
সনাগী লফু নেমত্রাগুম খুবোমদনা ফজবী॥
মঙাম্হনা অরুণগুম থাগুম্নবু ঈংলবী।
মাগী মশক মতৌনা মুনি মনবু হুরবী॥
নাতোন তারকপহুনা গরুরবু ঙমজবী।
রাঙাংবদা মেংলবী অথুম্বদা ওইরবী॥
উরুবদা লক্ষ্মণনা ঙকখরেদা পুক্লিংবু।
মিংয়েং চোইদ্রে লেপখরে ম্নেংঙকলেদা কৈন্যাবু॥
শক্তম ফবী উবদা অপাম্ববু পোকখরে।
অসিগুম্বী হুপীদি জগৎসিদা লৈতরে॥
উরুবদা লক্ষ্মণ-দো অপাম্বনা চাওখৎলে।
রাঙাং হুংশিরবনা থম্মোয় অহু কাইদৌরে॥
অসিগুম্বী ফজবী হুপী অসি উদরি।
খঙেঙ লক্ষ্মী লাক্তুনা সংসারদা পোক্লরি॥
রতী শক্তম ঙমজবী শাবান নোংশা ইকাইরে।
মহৈ মহৈ অনিদো উনবদা ঙাওনরে॥
হুংশিনবা রাখন্না মহৈ মহৈ লৈনখি।
মহৈ মহৈ অনিসে পাম্নহুনা রানখি॥
অতোপ্পনা উখিনি মাইথোং অহু খুম্মিদো।

হকচাংতনা ঈশিংদা লুপ্লে পুক্লিং সুংঙাইদো ॥
অত্থদগী মন্'ইশিং উরে য়েংই লক্ষ্মণ-দা ।
উরে নিপা অথোইবা কামগী মূর্ত্তি ওইত্থনা ॥
চন্দ্রকলা ইবেম্মা চৎসি মুমবু য়োনবা ।
মগুণ লৈবা নিপাসে উরে নংগী ফজবা ॥
নংগী মূর্ত্তি ফজবা লাই কাওববু ঙকপনি ।
যুবরাজ অসিস্থ অঙকপবু মীৎয়েংনি ॥
চন্দ্রকলানা অমুক হায় তারো সখি ফজবী ।
সূর্য্যবংশদা পোকপা মাল্লি ইতা চান্নবী ॥
লাইবু হাৎপা ঙম্নবা ইন্দ্রজিৎসু ঙমখিবা ।
অকনবসি উবদ' থরাই লৈবা ঙমদবা ॥
রাহৈ অসি হায়দুনা চন্দ্রকলা চৎথরে ।
যেংহৌত্থনা লৈহৌই হনুমান্দা য়েংলক্লে ॥
তারো তারো হনুমান নিংশিংলক্লে ঐহাক্না ।
রামনা তাকপিরকপদো হৌজিক য়োরে বনসিদা ॥
কন্যা অসি উবদা তপথদরে থরাইসে ।
ঐগী থরাই পুথরে লৈহোরেদো হকচাংসে ॥
য়েংউ তপবনসিদা য়েংথি য়েংথি মাইকৈদা ।
ঐগী প্রাণসে চাক্লক্লে কন্যাগীদি মরমদা ॥
অরেম্বনি রাজভোগ কান্নদরে ফজবা ।
হৌজিক ঐনা হল্লরোই উরোই রামগী ফজবা ॥
চন্দ্রমুখি কদোমদা উখিদরে ঐহাক্না ।
পোকপদগী ঐহাক্না করি পাপ্প তৌত্থনা ॥

নহানমুক্কী মপোক্তা করি চিঙ্গাক চাহুনা।
চন্দ্রকলা উত্রবা লক্ষ্মণ ঐনা হৌজিক্তা॥
কান্নদরে ঐহাক্কী মথোক কাবা ফজবা।
চৎলে: নয়ুম য়ৌনবা তেঙ্গোল নথোয় অপূম্বা॥
তপসিবু ওইহুনা ঐনা বন্দা চৎকেকো।
রাম-সীতাগী চবন্দা রারমপূম্বা তম্মুকো॥
সন্যাসবু ওইহুনা লক্ষ্মণ চৎখ্রে তম্মুরো।
চৎলো চৎলো অঙ্গদ কিষ্কিন্ধ্যাদি য়ৌখরো॥
নথোই পূম্বা চত্তুনা বামগী সেবা তৌরুদো।
লক্ষ্মণ লিক্বাং থমখরে লবাক থক্তা ফমথৈদা॥
লক্ষ্মণ অমুক হৌগৎলে লিক্বাং অমুক লৌখৎলে।
স্বর্গ চৎকে হাযত্তুনা যুবরাজ থৌরাংলে॥
শোরাবেনগী মচারা মহাদেবগী ওইসনু।
লান তৌহুনা ঙম্লগ পুবল্লগেকো হনু॥
কবিগুম্বা ঙমদ্রণা লান্দা ঐসে শিসনু।
কন্যা মাগী মবমদা লান্দা শিবে হায়সনু॥
রাহি অসি হাযত্তুনা ব ঙাংখিদে লক্ষ্মণ-দো।
মতমহুদা হনুমান মখুৎ লোন্নে হঙ্গৎলি॥
পুক্লিং তপ্পা তাবয়ু যুবরাজ হায়জরি।
কামবস অসিদা পুক্লিং চংবা সিদদি॥
রঘুবংশ মণিনা চেকাইজৈদা ঐদদি।
জগৎকীর্দি মপুনি মৌয়ামাসনা খণ্ডনরি॥
কাম-রস অত্তুনা চঙবা মতিক ওইদরি।

রঘুনাথ অভিষেক রাজসভা ময়াইদা ॥
করম তৌনা হঙ্গৎনি রঘুনাথ চরন্দা ।
লৈতবা নত্তে য়ুমদস্থু জগৎ শুদ্ধাৎনরবী ॥
হৌজিক প্রভু কমদৌনা কাওরে মাগী ফজবী ।
পুক্লিং তপথবিত্থনা লৌখৎপিয়ু লিরুংদো ॥
নহানমুক্তা তম্নকপা ওইরবদি ফংনিদো ।
লক্ষ্মণ অমুক হায়রকই রাহৈ অসি তাবদা ॥
মীয়াম পূম্বা থিরকউ মাইগৈ মরি নখোইনা ।
খোংনা চৎপা কয়াগা ঐনা থিগদবনি ॥
চৎলো হন্থু অকনবা ময়াম অসি পুগনি ।
লক্ষ্মণ রাহৈ তাবদা ময়াম অসি থিরক্লে ॥
চেন্নরক্লে ময়ামসি মাইগৈ মরি চাইথোক্লে ।
পুক্লিং রাবা লোইননা অঙ্গদস্থু থিরক্লে ॥
য়োংয়াম পূম্বা থিবসি উন উপ্পা লোংলক্লে ।
মীয়াম মকোক চিংত্থন কালজিৎস্থু থিরক্লে ॥
লক্ষ্মণ লিরুং পায়খৎলে থিগে হায়না লেংলক্লে ।
অপাম্বগী মৈত্থনা চাকপা দেহে ওইরক্লে ॥
খোংথাং খোংথাং থূদিংদা পৃথ্বী থক থক নিক্লক্লে ।
লাইনচিংবা গন্ধর্ব বিচার ভম্না তৌরক্লে ।
অগস্ত্যগী আশ্রম অমা মাংওইননা উরক্লে ॥
য়ুমগী মাইগৈ মরিত্থ লফূগী বন লৈরগা ।
য়ুমত্থগী মন্নুংদা মুনি তোপপু তৌরগা ॥
মুনি শিষ্য চামান মাগী মতৌ তমলম্বা ।

মখোয় অহু উবদা নিংথৌ সভা কিন্নকপা
অকনবা অমা চঙলকই লক্ষ্মণ নাক্তা খুরুম্মী।
মথুৎ অনি লোন্নরে লাপ্তরুদি হায়রম্মী॥
মুনি আশ্রম অমদি লৈরে মাংওইনহনা।
চৎলু মুনি মনাক্তা হায়রক্লেদা লক্ষ্মণ-না॥
হনুমান্না হায়রকই লেংবীরকউ ইত্তুংদা।
লোইনবীয়ু ময়ামগা ঐনা চৎচগে মাংদা॥
ব্রাহে অসি হায়হনা হনুমানগা চৎলক্লে।
থোঙ্গাল য়োবে মুনিগী মতমসিদা উরক্লে॥
থোংদা লৈবা মনাইদা হায়জরকই নোল্লুক্লা।
ঐসে মুনি উজগে খরা খঙহনবীয়ুনা॥
অসি হায়না চঙলক্লে দ্বারীহুগা লোয়ননা।
খুরমহনা হঙ্গৎলে কল্লবদি হনুমান্না॥
পুকচেল চাওবা তাবিয়ু হঙ্গচ্চগে ননাইনা।
নংগী থোঙ্গাল অসিদা লেংবিরক্লে নারাণনা॥
নারাণ মাগীদমক্তা নিংক্ষরিবা নহাক্লা।
থাঙ্গৈশেংনা লাক্নুনা লেপ্পরেদা নমাংদা॥
ঐগী মিংদি হনুমান নুংশিৎকীদি মচানি।
হন্নাওরেদা তাবদা হনুমানবু কোনবনি॥
কদাইরাইদা হায়রগা মুনি য়াংনা চেল্লক্লে।
মতমসিদা লক্ষ্মণ-দো থোঙ্গান্দুদা লৈরম্লে॥
হনুমান্না থঙহল্লি লক্ষ্মণ মশক মুনিদা।
মন্ত্র কৎলে মুনিনা চানবীরক্লে লক্ষ্মণ-না॥

খুৎ পায়তুনা চিংশিল্লে প্রেম তৌনা কোনবীরে।
মুনি চরণ উফুন্দো লক্ষ্মণ-নবু লৌরক্লে॥
তারো মুনি ঐগী রা হঙ্গে খুন্মু নহাক্সা।
ঐনা লাক্লিবসিবু রাখল তৌরো নহাক্সা॥
মুনিনা হায় ঐহাক্কী হকচাং অসি শেংজরে।
মাইথোং থম্বাল উজবা হৌজিকসিদা ফংজরে॥
লেঙঙক্লিবা মরমদো নিংবা থুংহল্লরনি।
রাখল অহু থাদোক্লো মরমতুগী রাবদি॥
নংগী মরমগীদমক বিধাতানা শেম্বনি।
মাবু ফংলে হায়রগা নিংথৌ কয়া ভমগনি॥
অসিগুম্বা মুপীসে বিধাতানা শেম্বনি।
নংনা উরুরিবদো শোরারেনগী মচানি॥
অমুক হম্না হংঙক্লে যুবরাজ লক্ষ্মণ-না।
বন্দা করম লৈরম্বা শোরারেনগী মচানা॥
মুনিনা হায় বনসিদ শোরারেন্না লাকপদি।
দানব অমা হিংচাবা হাৎকে থিবা লাকপনি॥
মতম কয়া লৈরক্লে তপবনবু অসিদা।
শজিলাবা অমোম্না অনি পুনবা উবদা॥
মতমতুদা শোরারেন পুক্লিং লৈকা শাৎলম্মী।
খঙহৌদনা লৈকাদা কন্যা অমা পোক্লম্মী॥
কন্যা উরে শোরারেন করম তৌনি খল্লক্লে।
তপবন্দা লাকপদি থবক মহৈ য়ান্দরে॥
কন্যা অসি থনম্মে ব্রহ্মালোগপু য়ৌথরে।

মন্নম অসি তম্মুরে ব্রহ্মা যাম্মা হন্নাওরে ॥
ব্রহ্মানা হায় কন্যাদো অতুম থম্মু বনতুদা।
নংনা নযুম পুবগা মুপীশিংনা হার্ংনিদা
কন্যাতুবু লৌনবা বর অমা লাকনি।
লিকং পাযবা হৈরবা লক্ষ্মণ বীর থুংলনি ॥
জগৎসিগী মন্নংদা ওন্বীনবা লৈত্রবা।
লক্ষ্মণ অতু কন্যাগী বব ওইনি অন্নেপ্পা ॥
ব্রহ্মাগী ন্না তাবদা খুকমতুনা হল্লক্লে।
তপবন্দা থনম্লে যুমদা চৎকে নিংলক্লে ॥
শোরাবেন্না হাযবকই জগৎকী মপু ফংলনি।
বব পিম্বে ব্রহ্মানা শোইবোই নংনা ফংগনি ॥
চন্দ্রকলানা হাযজৈ বব পিযু ইপানা।
ঐগী ইপুবোইবাদ জগৎসিগী মন্নুংদা ॥
নিংথৌ মচা ব্রহ্মাণ্ড পুন্নমকপু ওমজগে।
বর পিযু ইপানা পুম্নিং অসি মুংঙাইগে ॥
শোরারেন্না হাযবকই নংনা নিংবা থুংজবো।
জগৎকীদি ঈশ্বর নপুক্লিংদা নিংজবো ॥
মপাগী চরণ খুকুম্মী চন্দ্রকলা লৈহৌরে।
শোবাবেন্দি চৎখবে মবৈবাকপু যৌখরে ॥
মতম অতুদনীনা হৌজিক ফাওবা লৈবনি।
নংগী নবমগীদমক ব্রহ্মানা সি থর্ম্বন ॥
ঐগী আশ্রম অসিদা লৈবিবম্মু বঘুনা।
ঐনা কন্যা মনাক্তা চৎকে পুক্লিং তপ্পনা ॥

ঐদি চৎচরুখিগে লোইনজগে হনুগা।
বালি মচা অঙ্গদ লৈবীহৌয়ো ময়ামগা॥
নোক্লা নোক্লা হাযবক্লে যুবরাজ লক্ষ্মণ-না।
ঐস্‌ু নতুং ইশ্বগে তেঙ্গোল সভা লোইননা॥
ম্নাথং পিরো মুনিনা নতুং ইন্নি খুদক্তা।
তপথজবা যাদবে রাখল অস্ুম খনবদা॥
থম্নাদবু হাপ্পংা ঈশিংগুম্না নিক্লক্লে।
ঐগী পুক্লিং খওবিযু তাবিযুকো হায়রক্লে॥
লেংবিরসি ইবুংঙো শাজল তৌবা লোইবীরো।
সত্যা কন্যা পিজগে গুসি কন্যা ফংবীরো॥
হরাওবনা লক্ষ্মণ-দো চৎপা পৃথ্বী নিক্লক্লে।
যুবরাজ লক্ষ্মণ-না তেঙ্গোল সভা লোইনরে॥
পাঙ্গল কনবা অঙ্গদ নুংশিৎ মচা হনুমান।
সুধা মন্ত্রি কঙ্কেশ্বর বঘুমংা লক্ষ্মণ॥
ময়ামসিগা লোইননা মহামুনি থুংলরে।
অকনববু মযামদো বন্দ থম্মে চঙলক্লে॥
সোমদা কন্যা মযুনদা নিম্নবসি তাবক্লে।
খোংদ সভা থনম্নে মুনি ইগ্নং চঙলক্লে॥
চন্দ্রকলা তুবসে মহামুনি থেংনরে।
মমিত্তা মপী তাতুনা বপ্রম্বসি থেংনবে॥
মুনিন হায ইবেম্মশিং নবেম্মসে কৈদৌবে।
জ্ঞান লৈত্রবা মওংগুম চন্দ্রকলা কৈদৌরে॥
সনা লুপা ফিজেৎকা করিদৌরে তুরিসে।

মনাইশিংনা খুম্মকই করিনোদা খঙত্রেসে ॥
ঈরুজবা চৎচরুই হল্লকপগা তৌরিসে ।
হংবীরগা মুনিনা খঙবিবদা তারেসে ॥
মুনিনা হায় ইবেম্মা চন্দ্রকলা কৈদৌরে ।
অন্নাবগী মওংগুম লৈবাকথক্তা কৈদৌরে ॥
ফিজেৎ লৈতেং নিংথিবী রাখল পুম্বা থাদোকপা ।
মরম করি লৈহুনা পিনা তরং শিন্নবা ॥
জয়ছন্দ নিংথৌগী মরৈবাক্কী ব্রাহ্মণনা ।
শ্লোক্তগী থুগাইরে লেংজররকই পদদা ॥
রাহৈ অসি ভাবদা চন্দ্রকলা খুম্লকই ।
হঙ্গচগে তাবিযু মহা মুনি হায়রকই ॥
ঈরুজবা চচ্চরুই সখিশিংগা পুখ্রীদা ।
হুংঙাইনবু শান্নজে পুখ্রীত্তগী মঙ্গুংদা ॥
উজবম্মী ঐহাক্না যুবরাজ ওইরবা ।
মাগী মাইথোং থম্বালনা হুমিৎ কোটি ঙমজবা ॥
ঙক্তা শিবা মালানা পুর্ণিমাগী মতৌগুম ।
কুচুহুনা ফজবা ফুইনা হৌবকপা নোংগুম ॥
মুংঙাইবগী মওংগুম থাক্লা থাক্লা নোক্লম্বা ।
মাগী মিৎযেং ফজবা ঐগী প্রাণসে হুখিবা ॥
ঐনা খনবা রাখন্দি হঙ্গচ্চগে তাবিনি ।
হুবু চাবে হায়বগা শিবসিবা খনবনি ॥
থা কোটিবু ঙমজবা মাইথোং অতু উজবা ।
খঙহৌদনা বিধিনা হুহুনবু পুখিবা ॥

নিংথিরবা মাইথোংনা জগৎপুদি ঙমজবা।
উরুবদা ঐহাক্কী পুক্নিং অসি হুখ্রবা॥
ফুইনা হৌবা নোংগুম্বা মাগী কুচু নিংথিবা।
মওং অহু ইমাংদা উহুনতা লৈরবা॥
মহামুনি তাবিয়ু কান্নদরে মপোকসে।
মাগী মাইথোং উদ্র'দি কান্নদরে ঐহাকসে॥
মুনিনামুক হায়রকই চন্দ্রকলা নহাক্না।
নিংজবদো ফংলনি নারায়ণনি খঙলোনা॥
শোরারেন্দা হায়রকপা বর পিবা ব্রহ্মানা।
হন্দক উবা ফংলিবা নারায়ণসি শোইরোইনা॥
নিংথৌ মচা পুন্নমক ঙম্লহুনা মহাক্না।
দেশসিদা থুংলরি পুন্নমক্না লোইননা॥
মাগী লম্বী থোকপনা তপবনসি য়ৌরেদো।
নংবু হেক্তা উবদা মহাক অহু ঙাওরেদো॥
নংনা তৌবা মওংগুম মানা হেল্লে থনবীসি।
ননাই খরা থারগা শোরারেন্দা খঙহনসি॥
লাইয়াম পুম্বা লোইননা লেংবিরকউ হায়থিসি।
কৌশন্দুনা হায়রক্লে কলানবু মনাইশিং॥
দেবসভা য়ৌহুনা খঙহল্লুরো হায়রক্লে।
য়াহৈ অসি তাবদা ইন্দ্রসভা য়ৌরক্লে॥
মখুৎ জুর তৌহুনা শোরারেন্দা হঙ্গৎলে।
লক্ষ্মণ লাক্লে তাবদা শোরারেন্দো হরাওরে॥
লাইয়াম পুম্বা লোইনা ঐস্মু লাকনি হায়রক্লে।

ঐখোই লাইবক ফবনা লক্ষ্মণ অদো ফংজরে ॥
অতাংবনি ইচানা নারায়ণবু ফংজবা।
শাগৈ য়াওনা ফরনি মহাক্তবু ফংজবা ॥
চৎলো চৎলো দেবগণ নারায়ণগী মনাক্তা।
মর্ত্ত্য লোক্তা লৈরব তপবনবু অহুদা ॥
চৎলো চৎলো সখিশিং লাইয়ামশিংগা লোইননা।
লাক্লগনি তম্মুরো ইচাগীদি মনাক্তা ॥
চন্দ্রকলা মফমদা রারম অসি তম্মুরো।
লাইয়াম পুষ্প লোইননা ঐমু লাক্লি তম্মুরো ॥
শোরারেনবু খুরুম্মে সখি ময়াম হল্লক্লে।
চন্দ্রকলা মনাক্তা চিংগৈ হেক্তা থুংলরে ॥
শোরারেম্না ঙাংলকপা পুন্নমক্তো তমখরে।
রাহৈ অসি তাবদা চন্দ্রকলা হরাওরে ॥
মাগুপ খনগে হায়তুনা লাইয়াম পুষ্পা থুংলরে।
য়াথং পিরো ইবেম্মা মাগুপ খনবা লাকচরে ॥
রাহৈ অসি তাবদা মহা মুনি খুম্লকই।
মফমসিদা খনবীয়ু হায়না মফম তাক্লকই ॥
মাগুপসিগী মওংদি খন্দুনবু তৌবিয়ু।
বর কন্যা অনিগী ফজনবা তৌবিয়ু ॥
মুনি য়াথং ফংবদা লাইয়ামশিংনা শেম্মক্লে।
ফজবদা প্রেমান্দি লৈতে পুক্লিং হরাওরে ॥
মুনি অমুক হায়রকই চন্দ্রকলা ইবেম্মা।
লৈবীরম্মু চৎলগে যুবরাজ উনবা ॥

নংগী নপাও তম্লগা যুবরাজ পেনসন্থু ।
অশিবগুম লৈহৌই অহিংবগুম ওইসন্থু ॥
মুনি ৱাহৈ তাবদা চন্দ্রকলা থুম্মকই ।
ৱাহৈ থৱা হায়জগে তম্বিৱম্মু হায়ৱকই ॥
বসন্ত হায়বা ঋতুনা ঐগী কালবু ওইৱরে ।
ৱাহৈ অসি তম্বীবা ননাই ঐনা পামজৱে ॥
মুনিনা হায় ইবেম্মা নপুক্লিংদো তপথৱো ।
ঙসি সন্ধ্যা মতমদা নবুংঙোদো ফংজৱো ॥
শ্রীরামচন্দ্রগীদি ইতিহাস ৱারীনি ।
মসিমকপু তাবদা পাম্পু শোইদনা কোকনি ॥
অমুক হন্না ভীম-অর্জ্জুন মথুং জুব তৌবক্লে ।
শোরারেন্না লাকপদো তাজরগে হঙ্গৎলে ॥
লাইগী সভা অমদি নিংথৌ সভা তিন্নবা
যুবরাজ কমদৌনা শোরাবেনগা উনবা ॥
মুনিনা হায় তপথরো ৱারা অহু লিগনি ।
নপুক অনি লোংগন্থু শোইরোই নপাপ কোকনি ॥
মুনি অমুক হল্লক্লে হঙ্গৎলেদো লক্ষ্মণ-দা ।
মরোল অহুম মবুংঙো দেবনিরঞ্জন্নিদা ॥
ঐনা করি খঙগনি নংগী থবক নগুন্দো ।
নংগী নরমগীদমক ইবেম্মদো ৱাখ্রেদো ॥
সন্ধ্যাগীদি মতমদা শোরারেনম্থু থুংলনি ।
অকন অথৌ পূন্নমক লোইনা শাজন তৌবিনি ॥
ঐদি চৎলে মাগুপ্তা লাইগী ফমফম শিন্নুগে ।

খরা ওল্লপ লেংলকউ ফজবত্থ য়েংজগে ॥
নংদি মীগী মশক্কি দেব নিরঞ্জন্নিদো।
পাঙ্গল কনবা ফজবা পূন্নমক্না উনিদো ॥
হায়রন্নগা মুনিদো লুহোংফমদা য়োৗন্নক্লে।
মাগুপ অত্থু য়েংবদা থোইনা হেন্না ফজরে ॥
লাইয়াম পুম্বা লোইননা শোরারেন্দো থুংলরে।
মফম চান চানবু শোরারেনসু ফম্লরে ॥
চামরদি অঙোবা তপ্পা থোৗগল তোৗখরে।
য়ুম্বী খুদিং অত্থুদা মৈনা পরেং ফজরে ॥
অকোইবদা দেউটি চামা চামা নিংখিরে।
ফজবত্থ উবদা দেবরাজ নোকচরে ॥
শোরারেন্না হায়রকই মহামুনি তাবিয়ু।
চন্দ্রকলা ইচাবু কৈদা লৈবা হায়বীয়ু ॥
ব্রাহ্মণীনা ইচাবু মঙ্গল অত্থক তোৗরগা।
মাগুপ্তবু থোক্নবা থোৗরাংবিয়ু মুনিগা ॥
অত্থুদগী বরস্থ ব্রাহ্মণ-নীনা ওকহনসি।
মঙ্গল কয়া লাউত্থনা ফননবা তোৗরসি ॥
ঈশৈ হুংঙাইহনসিকো মঙ্গল তোইনা লাউসিকো।
মাগুপ্তুগী ময়াইদা সনাগী য়ুম্বী য়ুংসিকো ॥
রঘুনবু উরগা সনা ঙাক্তা উহনসি।
খুদক্তুদা শেমখরে মাগুপ্তুগী মওংসি ॥
রাহৈ পুম্বা হায়রগা মচা মনাক চঙিঙদা।
চন্দ্রকলা হঙ্গোইজৈ মপা লাকপা উবদা ॥

মরম পুম্বা খণ্ডহনা শোরারেন্না হায়রক্লে।
নবুংঙোসে কাওরম্ব ঈশ্বরনি হায়রক্লে॥
মপা উরে হায়ছনা হঙোইনদি খুরুমজ্জে।
শারী ফিজি অত্থনা মাইথোং থম্বাল খুমজক্লে॥
লেঙসনখরে ইবেম্মা মতাশিংগা চাইথরে।
শারী শেৎলে মতানা ফিজেৎ লৈতেং লোইখরে॥
লাইবক্তদি নিংথিরে শিন্দুরগী বিন্দুনা।
স্বয়ম্বর য়ৌনবা লাক্লে সখি লোইননা॥
পুংগা শেনগা মোইবুংগা যুকারধ্বনি লাউনরে।
ইশৈ শকই সুপীনা তাব থোইনা সুংশিরে॥
পীনাক অমা ডমরু শিঙ্গানচিংবা তব্লা।
তারকপদা সুংঙাইবা যন্ত্র অমা কপিলা॥
ঢাক-ঢোন পুংনচিংবা নোংন তৌগুম নিল্লক্লে।
চন্দ্রকলা ইবেম্মা মাগুপ অসি য়োরক্লে॥
অসোমদসু কল্লবা যুবরাজ লেংলক্লে।
মনাই অকন অথৌনা সিংহনাদ লাউরক্লে॥
হনুমন্ত কল্লবা য়োংগী নিংথৌ সুগ্রিব।
চৎসি ময়াম ঙসিদি শোইরোই লাইবু উনবা॥
হনুমানগী খুজেংবু যুবরাজ পায়রক্লে।
ঙসি ঐগী থবকসে য়েংউ হায়না শিন্নরে॥
স্বর্গদগী লাইনিদো মর্ত্ত্যদগী মীনিদো।
পুক্লিং য়াম্মা তপথরো তফিং-তফিং তৌরোইদো॥
শোরারেনগী সারথী মাতুলিদা হায়রক্লে।

নংনা বর লৌক্ষরোতারে দোলায় পুরক্লে ॥
রাজধানী পূম্বনা সিংহনাদ লাউরক্লে।
খোংনা চৎপা ধ্বনিনা পৃথ্বী নিকপা ওইরক্লে ॥
অমমন্না কনবনা মরোল অহুম ঙমগনি।
লম্বী নাকন অনিদা মৈনা পরেং ঙানবনি ॥
শগোল শামু মনিন্না থরক থরক নিকখরে।
খোংবা লাউবা মখোন্না মরোল অহুম নিকথরে ॥
খোংনা চৎপা কয়ানা যুবরাজ থৌগল্লি।
থাঙ্গ তা-গা পুমলং-লং দোলায় পরেং থৌগল্লি ॥
অতুগীদি মথংদা শগোল শামু লেংখরে।
মঙ্গল ওইরি ধ্বনিনা পৃথ্বী থক থক নিকথরে ॥
জগোই শাবী কয়ানা যুবরাজ থৌগল্লি।
চামরবু পায়রগা নাক্তা য়েত্তা থৌগল্লি ॥
থা কোটিবু ঙমজবা লক্ষ্মণ-গীদি মাইখোংনি।
লক্ষ্মণ য়েংগে হায়রুনা লাকই কয়া ব্রাহ্মণী ॥
নোক্ন নোক্ন লাকপনা মাগুপ ময়াই য়ৌরক্লে।
খংহৌদনা শোরারেন তগুপ তরাং হৌগৎলে ॥
মখুৎ অনি লোম্নরে হায়রক্লেদা লক্ষ্মণ দা।
যুবরাজ লেঙখৎসি সনাগী আসন থক্তুদা ॥
লাইয়াম পূম্বা থুরুম্মে লক্ষ্মণ-গীদি চরন্দা।
শোরারেনগা লক্ষ্মণ-গা খুৎকা খুৎকা পায়নৈদা ॥
মহৈ মহৈ মাগুপ্তা ফজনবু ফম্মরে।
জগোই শাবী কয়ানা জগোই কয়া শারক্লে ॥

পুং য়ৈরিবা কয়ানা তান চানদি য়ৈরক্লে।
ধুপ থাউমৈ থাখরে মনম কয়া সুংশিরে॥
মত্তমসিদা শোরারেন চন্দ্রকলা পুথোক্লে।
মরোল অহুম ঙমজবী মচা অহু উরক্লে॥
খুত্তা বত্তি পায়রগা য়েৎওইননা কোইরক্লে।
খুত্তা পানা পাইরগা চন্দ্রকলা থুরুম্লে॥
লৈগী পরেং লৌখত্তুনা ঙকশমদবু হুকখরে।
চেং-থোইদিংসু লৌখত্তুনা চন্দ্রকলা হাপথরে॥
কাঙও মরুম পুবীনা চৎপবুদি ঙমজরে।
তরেৎলকপু কোইখ্রবে সুপীশিংনা থাগৎলে॥
পুংগী শেনগী মখোন্না তাবদসু সুংশিবে।
সুপীশিংগী ইশৈনা খোঞ্জেন থোইনা সুংশিরে॥
সেনাপতিশিংহুনা মঙ্গল ধ্বনি শাউরক্লে।
লাইযামশিংনা পেন্দুনা পাবিজাৎপু থিকথরে॥
ইশৈ শকপী পুং য়ৈবা আবের চন্দন চাইথরে।
অশিল অবাং কাংবুনা পানা খুদপ পাইথৎলে॥
হনুমানদি অঙ্গদ হান্না পানা পিররে।
অহুগীদি তুংহুদা নিংথৌ কয়া য়েনখরে॥
শোরারেন্না মচাবু শিন্নববু হৌরক্লে।
মরোল অহুম ঙমজবী ইচা অসি শিন্নরে॥
ঙসিদগী হৌহুনা ননাই ওইবিখরেকো।
ঐনা কিবা অমত্তং লৈজরিসে হাযগেকো॥
য়েক্লবনা লাক্তুনা ইফম শিনগে থৌরাংবা।

মতমত্থদা নহাক্না ঐগী কোম্নুং ঙাকপীবা ॥
লক্ষ্মণ-না মুক হায়রকই সত্য সত্য ঙাক্কনি ।
কনানস্থ ঙমফরোই রাজভোগপু মুনবদি ॥
বাহৈ অসি তাবদা ইন্দ্র থোইনা হুংঙাইখি ।
চন্দ্রকলা মচাবু য়েংলত্থনা হায়বিখি ॥
জগৎসিগী মমাবু নংনা ওইবা ফংজরে ।
লাইবক ফবী নহাক্না মাম্নববু লৈতরে ॥
নবুঙেঙাবু ওইজরে জগৎকীদি মপুবু ।
রঘুবংশ ওইজরে ঙসিদগী নহাকপু ॥
বিজয় অস্ত্র পিরক্লে শোরারেম্না মমাক্তা ।
মথুৎ লোন্নৈ লক্ষ্মণ-না হঙ্গৎচরে মকুদা ॥
ইকুগীদি খুৎলাইনা অর্জ্জুনগী মচা ঙমজগে ।
অকনববু লান্দুদা বর পীয়ু ঙমজগে ॥
নিংলিবত্থু থুংজরো শোরারেম্না পিথরে ।
পুকচেল চাওবা ওইখরো জগৎসিদা হায়খরে ॥
অভিষেকপু তৌরগা নমিং খঙবা ওইসনু ।
মরোল অহুম অসিদা তুংদা মমিং লৈসত্থু ॥
শোরারেম্না অমুক হায় মরোন অহুম ঙম্বদা ।
ঐনা বর পিরেকো চিংনববু লৈম্নুদা
নিংথৌশিংনা খঙত্রবা অম্থগুম্বা খুৎলাইদা ।
হৈরনিদ' তম্মুকো চন্দ্রকলা ননাইদা ॥
হনুমান্না হায়রকই ইন্দ্র অজ্ঞা তাজগে ।
রাজধানী পুন্নমক পোথানবা তৌজগে ॥

শোয়ারেন্না হায়রকই ময়াম পূম্বা হনবিরো।
ব্রাহ্মণশিংনা ইচাদা আশীর্বাদ পিবিরো॥
রাহৈ অসি তাবদা আশীর্বাদ পিরক্লে।
মহৈ মহৈ হনখরে শোরারেনস্তু হনখরে॥
পোত্থাকমবু জাগাদা মপু মনাই লৈজরে।
লক্ষ্মণ মাংওইনত্থনা চন্দ্রকলা লেপচরে॥
হনুমান্নচিংলবা ময়াম অসি লাংনরে।
ময়ামদবু য়েংলগা লক্ষ্মণ-সিনা হায়রক্লে॥
ঙসি অহিং অসিদি তপবন্দা লেল্লসি।
নোংঙাল্লগা পুল্লপ্না ঐখোয় পূম্বা চৎলসি॥
রাহৈ অসি তাবদা লাম্মী পূম্বা লৈনখি।
লক্ষ্মণ-সিনা কৌত্থনা হনুমান্দা হায়রকখি॥
করি মরমগীদমক চন্দ্রকলা লেপ্লিবা।
মরম অত্থ হনুমান হঙঙ্দনা অওইবা॥
ঈঙ্গিৎ অত্থ খঙজরে হনুমান্দি কল্লবা।
চন্দ্রকলা মাংত্থদা হনুমান্না হায়রকপা॥
রঘুবংশ ইবুঙেঙা অকনবসে লৈরেদো।
নাক্ত থোগল লেংশনবা ফজবতা ওইনিদো॥
মহামায়া খুরুমজৈ জগৎকীদি মমানি।
নহাক অসি জগৎকী মুংঙাইবতা ওইবীনি॥
নহাক অসি শেংলবা জগৎকীদি মমানি।
নহাকীদি লমচৎসে জগৎসিনা খঙবনি॥
ঐনচিংবা অকনবা নংগী য়াথং ইনগনি।

অরন থম্বাল অনিনা থৌগল পুক্লিং চঙবিন্থু ॥
রঘুবংশ বীরগা রাজা রাতাই শাখিন্থু।
লেংশত্রুদি ইমানা ইকোক চাবা শকচক্লি ॥
চন্দ্রকলা শাউরক্লে কৈনো য়োংলাও হায়রক্লিবা।
করি খোক্লে হায়তুনা হায়জববু শাক্লিবা ॥
নশা পূম্বা নতুচোম নশক ইথি থিত্নুনা।
রঘুবংশ শাগৈদা নংগুম্বদি উদেনা ॥
হনুমান্না হায়রকই চুম্মি য়োংনি ঐহাক্তি।
উহৈ রাহৈ চিংজুম থক উকৈথক্তা লেনবনি ॥
অনিগুম্বা প্রভুসে রামসীতা লোইনবা।
বন্দা কোইনা চংলক্লে কুবুজিগী খোঙ্গিন্না ॥
পঞ্চবতী বন্দুদা য়োরকপবু কান্দুদা।
লঙ্কা রাবণ নিংথৌনা সীতা ইমা হুখিবা ॥
সীতা ইমা থিডৈদা ননাই ঐগা থেংনখি।
ইচামক্লি হায়তুনা সীতানবু হায়খিখি ॥
অশোকবনগী মনুংদা শিংসপগী মখোংদা।
সীতা ইমা লৈরম্মী ননাই ঐনা থিবদা ॥
অথণ্ডনবা খুদম্না ননাই ঐবু কোনখিখি।
মচামক্লি হায়তুনা অমৃতবু ইনখিখি ॥
লঙ্কা মৈবু থাতুনা তুমহনথরে কোজুংদো।
ইমা সীতা' বর-পি রঘুনাথ' তম্মৈদো ॥
সমুদ্রবু পম্বিংলে তেজোল সভা লানখিদো।
মীগা য়োংগা লোইননা লঙ্কা কোনুং ওমখিদো ॥

লিংখোবদা ওয়রোই ঐনা করি হায়রিদা।
খোরাহেন্না ওমত্রবা রাবণ নিংথৌ তুখিবা॥
জানকীগী মচা ঐ মহাকীস্থ মচানি।
ইমা নংগী চরন্দা অওইবত্থ হায়বনি॥
রাঙ্গুহ অমি তাবদা চন্দ্রকলা হুংঙাইরে।
লক্ষ্মণ চরণ সেবাদা নিংবা মহৈ য়াজরে॥
ইচাময়ক্কি হায়ত্থনা মথুৎমক্কা নানবিরে।
লোংঙাম্লবা কান্দুদা মিকপ ওমা থোক্করে॥
তেঙ্গোল সভা তিন্নরে সাজন তৌবা হৌরক্লে।
যুবরাজ লক্ষ্মণ-না চিঙৈঙ মাগুপ য়োরক্লে॥
খোয়ারেন্দা থুরুম্মে বিদায় লৌরে লক্ষ্মণ-না।
চিঙৈঙ হেক্তা চংলক্লে তেঙ্গোল সভা লোইননা॥

মতাং অমিদা শ্রীরামচন্দ্রগী অভিষেকী দিগ্বিজয় চংপদা লক্ষ্মণ-না চন্দ্রকলা লুহোংবা লোইরে॥

## মরিশুবা অধ্যায়

### নারদক অর্জ্জুনগী মতাং

অসুক হয়া হুক্কংলি ভীমার্জ্জুন অনিনা।
কময়দা লানথেংনৈ যুবরাজ লক্ষ্মণ-না॥
যুমিনা হায় তারোকো উচ্চৈঃশ্রবা তোংথংলে।
চন্দ্রকলা লোইননা মপু মনাই ওানথরে॥
সিংহনাদ লাউত্থনা মোইবুং খোংলে তেঙ্গোলশিং।

মমাই নোংপোক ওল্লক্লে দোলায় তোংবা লাম্মীশিং ॥
অসুম থাপ্না লাকপনা লৈবাক অমা খেংনরে।
সহস্র অর্জ্জুন কোন্নুংদো মাংওইননা উরক্লে ॥
কোন্নুং অদু উবদা যুবরাজ হওক্লে।
কপিমণি কনাগী কোন্নুংনোদা হায়রক্লে ॥
লৈপন মথক অসিদা উরে ত্রিশূল মওংগুম।
কনাগীদি লৈবাক্লো উরি তমথি মতৌগুম ॥
মতম খুদিংমক্তুদা রামগী নামবু শোল্লিদা।
যুম-যুম খুদিংদা পুরাণ ওাক্তা তানৈদা
মবুক হিংসা লৈতনা মুংওাইনবু পাল্লিদা
মরম অদু শন্দোক্না হনুমান নংনা হায়রুদা ॥
হনুমান্না হায়রকই রঘুবর তাবিয়ু।
সারসত লৈবাক্কি অর্জ্জুনগীনি য়েংবিয়ু ॥
মাগী কোন্নুং অসিদা মহাদেব ওাকইদা।
মাগী মগুণ হায়রকে পুকচেন চাওবা তাসিদা ॥
কালঞ্জর কিত্থনা মহাদেব' ওাকপনি।
লক্ষ লক্ষ অকনবা কোন্নুং অসি ওাকপনি ॥
মচা তরামাথোইনি মগুণ য়াম্না চওখোনবা।
প্রমাণ লৈতে কনবদা কালঞ্জরগুম্লবা ॥
মতিক চাবা অদুমক থনবিয়ুকো প্রভুনা।
অর্জ্জুন মমিং তাবদা তপথববু য়াদেদা ॥
দোলায় মথক অদুদা মরু লুকথখরেদা।
অকনবদি পুম্বনা সিংহনাদ লাউইদা ॥

যুবরাজ লক্ষ্মণ-না লিরি তক্কার থিংঙিদো।
হনুমানবু কৌরগা হায়বিরক্রে রারমদো॥
কনা কণা অকনবা চৎহনগনি নথাক্লা।
ঐহাক লাকপা মরমসে খঙহল্লুচো' নিংথৌদ'॥
অকনবা লাক্মী পূম্নমক রা ঙাংদনা লৈনখি।
চৎকেমত্তা হায়নদে মরু ঙম্না লুক্লখি॥
ময়াম্না খুমদবসিবু উরে হনুমানসিনা।
ঐহাক হেক্তা চৎলগে অর্জ্জুনগীদি মনাক্তা॥
অর্জ্জুন চামা লৈসনু করি তৌনি ঐঙোন্দা।
রাহৈ অসি হায়রগা চরণ উফুল লৌইদা॥
চরণ উফুল অসিনা রামফক ফুরৌৎ ওইজগে।
চৎখিববু মতমদা ঐনা মঙ্গল ওইজগে॥
রাহৈ অসি হায়রগা দণ্ডবৎপু তৌজরে।
চন্দ্রকলাদ' খুরুম্মি মঙ্গল ওইরো হায়বিরে॥
জয় রাম হায়রগা হনুমান্না চৎলক্রে।
দোলায় মথক কম্বদি অকিবগুম ওইরক্রে॥
স্বর্গ খেৎপগুম্নিদা কোক্তোন্দুনা রাংবদি।
মৈতান অরাবগুম্বা মূর্ত্তি অদু য়েংবদি॥
অকনবা লক্ষ লোইননা শন্নথোংবু য়োরক্রে।
থোংদা লৈবা মীওইশিং কয়া কয়া উনরে॥
হনুমানবু উবদা রাখল কয়া তৌনখি।
উনিংবা মীওই কয়ানা মচা লৈবা কাওনখি॥
অঙাং অহন কয়ানা কোইশন্দুনা য়েংনরে।

লক্ষ্মণ অহ্ উবদা হনুমান্না লংবরে ॥
মসিং খঙউই উইরগা অমুক খংপাং পাংথোক্লে ।
কিন থংব চেন্নরে অঙাং কথা নেংখায়রে ॥
মা থা লাউবা ধ্বনিনা লানগাইনবগুমথরে ।
উরে হারি চেনশিল্লি নিংথৌদবু তম্মরে ॥
হঙ্গচ্চগে মনাইনা মহারাজ তাবিসি ।
দোলায় অমা তোংহ্নুনা অকনবা'মা লাক্পসি ॥
মকোক লোমদা য়েংবদা অতিয়াদি খেংখরে ।
ঐখোয় লাম্মী অপূম্বা কাইরে লোইনা চেনখরে ॥
থুজং কয়া থুগাইরে অহানবদা মহাক্কা ।
খয়াল শাংপা মরক্তা ময়াই কাবা শামুনা ॥
নৈহক্তুনা মাংহনগুম নিংঙাইববু লৈতনা ।
নংগী লাম্দা সোরারেন কাইহ্নুনমক চেনখিনা ॥
কালঞ্জর নচাম্হ্ যমগুম্বা নচানি ।
ননাও ইবুংঙো কয়াম্হ্ মীনা কিনরিবনি ॥
অসিমক্তা করম্না মাইথিগনি নিংথৌনা ।
লৈবাক থুগাইরক্লিবা নিপা অসি কল্লিদা ॥
মুংশিংকী মচা হনুমান হায়রিঙৈদা থুংলৈদা ।
মানা তৌবা ঙমদবা পৃথ্বীসিদা লৈতেদা ॥
খোং ঙাক্লম্বা প্রজাশিং কাইনহ্নুনা চেন্নরে ।
দোলায়দগী কুমথরে সিংহনাদ লাউরক্লে ॥
খোঙকাপ মঙা কানবদা রাজ সভা য়ৌরক্লে ।
মখুং জুর তৌরগা দণ্ডবৎ তৌনা খুরুম্লে ॥

লাক্লিবরা কৌদরে ব্যবহার অচু উবদা।
চংশন্দুনা কমথরে নিংথৌমক্কী আসন্দা॥
হনুমানা হায়রকই তারো নিংথৌ ঐ লাক্লে।
ঙমফত্রবা জগৎনা লক্ষ্মণ সিদা য়োৎলে॥
দেশ কয়া ঙমথুনা মফমসিদা লাকপনি।
মুনিশিংগী তপবন ঙম্লক্লবা লক্ষ্মণ-নি॥
চঙজরবদি নিংথৌনং কনবিগনি লক্ষ্মণ-না।
রামচন্দ্রগী অভিষেক য়াওরুরসি চক্তুনা॥
নোংপোক মাইগৈ নিংথৌশিং ঙমগে রাশক্লথুনা।
লাক্লিবনি ঙমথুনা মফমসিদা লক্ষ্মণ-না॥
মানবু পাম্মে হায়রগা হায়য় নিংথৌ চৎলগে।
তৌরোই হায়বা লৈরগা চৎসি ঐসু হায়রিগে॥
ইমিং খঙনিংলবসু নুংশিৎমক্কী মচানি।
লঙ্কা মৈবু থাখিবা হনুমান্দো ঐহাক্লি॥
হাক্তক্তুদা ইন্দ্রজিৎ হাৎলিদনা লক্ষ্মণ-না।
জানকীগী স্বয়ম্বর নহাকমকসু উইদনা॥
তেন অনি চাবদা লঙ্কা রাবণ চেনবনি।
নথরাই শিবা কিথুনা নহাকমকসু চেনবনি॥
নিংথৌ ময়াম পুম্নমক মরৈবাক্তা চেনখিদা।
ঐনা কনবা ইপাঙ্গল তারিগনি নহাক্লা॥
অমৃতগী বন্দুদা অক্ষয়কুমার হাৎখিদা।
প্রভু রাম-চন্দ্রগা ঐগা লোইনবথুনা॥
চামা পাকপা সমুদ্র থিংখিবদো তাদরা।

অহুগুম্বা অকনবা ঐহাক অসি উদরা ॥
স্যায়সত অর্জ্জুনদো মরু লুকথখরেদা ।
হৌজিক লাক্লে ইমাংদা লঙ্কা-থাবা য়োংহুনা ॥
অনি মরি রাখলবু খল্লুরগা অর্জ্জুন্না ।
হনুমান্নি খল্লুবা থোইনা হেন্না কিহুনা ॥
রাহৈ খরা হঙ্গৎকে য়োংগী লক্তা অথোইবা ।
ঐগী লৈবাক অসিদা লাক্লে লক্ষ্মণ অকনবা ॥
করি অমুক হায়গনি ঐগী লাইবক ফবনি ।
করি লৈতে রাজভোগ ইচা ইরন মাগীনি ॥
থাবু মানবা লক্ষ্মণ-বু উজববু ফংবদো ।
ঐগী লাইবক ফবহুম থোইনা হেন্না ওইরেদো ॥
রাহৈ অসি হায়হুনা হনুমান্দো চৎখবে ।
পাত্র-মিত্র কৌশল্লে নিংথৌনবু হায়রক্লে ॥
তারো-তারো মন্ত্রিশিং ঐহাক্কীবু রাহৈসে ।
উরেদনা যমগুম্বা হনুমানগী মতৌসে ॥
মৈতান অবাবগুম্বা বালীমচা অঙ্গদ ।
মথোয়শিংদো ঙম্মক্লে দেশ কয়া লক্ষ্মণ-না ॥
অকনবা মী কয়াসু লোইনহুনা লাকপনা ।
অমরগুম্ব শোরারেন ঙম্মক্লেদো মহাক্না ॥
অহুদসু নত্তনা ঙম্মক্লেদো লক্ষ্মণ-না ।
করি অমুক হায়রিবা মন্ত্রি নথোই পুম্বনা ॥
নিংথৌ' রাহৈ তাবদা মন্ত্রিশিংনা হায়রকই ।
মহারাজ তাবিয়ু হঙ্গৎচগে ননাইথোই ॥

হায়বিরিবা পুন্নমক ঐখোই পুম্বা য়াজরে।
য়োং অমদি লাকপদা মীয়াম পুম্বা নিক্লরে॥
লক্ষ্মণ হায়রা অকনবা বিষ্ণু অবতারনি।
ফত্তরবা মীশিংবু মাংননবা পোকপনি॥
অহ্নগবু লোইননা মতিক চাদে তৌগুমসি।
চিথৈঙ চঙজরহ্নুনা হুংশিননা লোইনসি॥
অহল মতম গুইরদি হরি সেবা তৌগনি।
বেদদবু য়াওখিবা মতাং চারে খনবীনি॥
লাইবক ফবা মরম্না ঐখোই কোহ্নুং অসিদা।
রাদনবু ফংলনি লেংবিরক্লে প্রভুনা॥
চেং থোইদিংবু লোইননা পূজা কৎসি পেল্লবা।
লক্ষ্মণ-নবু পেল্লগা দোষ পুম্বা কোক্লবা॥
মন্ত্রি রাহৈ তাবদা থাগত্তুনা য়াবিরে।
ঐনা নিংবা অপুম্বা মন্ত্রি নংনা হায়রক্লে॥
ঐগী ইচা অপুম্বা কৌবিরক্লো ইমাংদা।
ঐগী ইনাও কয়াস্থ চিংথৈ লাকউ হায়রুদা॥
শগোল শাম্মু অয়াম্বা লৈবাকসিদা লৈরিবা।
চিংথৈ হেক্তা তিল্লরে খোঙমী লান্মী অপুম্বা॥
তারে দূতশিং চেনখরে কালঞ্জর মনাক্তা।
মথুৎ লোন্নে হঙ্গচৈ নিংথৌগী রা মঙোন্দা॥
রাজ সভা ময়াইদ লাকউ য়াথং পিরক্লে।
হঙ্গচ্চরি তাবিনি নিংথৌ য়াথং পিরক্লে॥
ননাই ঐদি চৎলগে প্রজা মীয়াম খোমজবা।

মচা ইবুঙেঙো লেংবিরো নিংথৌ মনিং থুংনবা ॥
হায়রম্লগা দূত অদো চিংঙৈ হেক্তা চৎলক্লে।
কয়ামরুম মচাশিং দূতনা ঙম্না তাক্লক্লে ॥
পাও অসিবু তাবদা লাম্মী প্রজা থুংলরে।
কালঞ্জরনচিংবা মচা কয়া লাক্লরে ॥
সোমদণ্ড বিশালাক্ষ সুধর্ম্ম মদম্নচিংবা।
অক্ষৌহিণী কুন্নি যম্মকবু মান্নবা ॥
শঙ্গাই থোংজিন অহুদা ময়াম অসি থুংলরে।
মতমসিদা নিংথৌনা মচাশিংদো কৌশল্লে ॥
তারো-তারো ইচাশা ইপানা হায়বা রাহৈসে।
ঐগী লৈবাক অসিদা লেংবিরক্লে লক্ষ্মণ সে ॥
হনুমান্দি অঙ্গদ অকনবশিং লোইননা।
নিংথৌ মচা কয়াসু পুরক্লিদো ঙমহনা ॥
শ্রীপ্রভুরামচন্দ্রগী অভিষেকা দমক্তা।
নোংপোক মাইগৈ অসোমদা ঙসি রাশক্লহনা ॥
যুবরাজ লক্ষ্মণ-না লেংবিরক্লি তশেংনা।
মাগী চরণ চঙহৌসি ঐগা লোইনরহনা ॥
লৈবাক প্রজা হুংঙাইনি লক্ষ্মণ-সিনা পেল্লদি।
ঐনা হায়বা ইল্লদি নখোই ঙম্না হুংঙাইনি ॥
মহাক্তনা পেল্লদি পাপসু ঙম্না কোকনি।
অচম্বসু নত্তেকো বিষ্ণু অবতারনি ॥
পৃথিবীগী জীবনা মঙোন্দবু চঙবনি।
মুনি ঋষি কযানা মাগী চরণ চঙবনি ॥

অমর সভা কয়ানা মাবুতবু নিংবম্মি।
মেঘনাদ ইন্দ্রজিৎ লক্ষ্মণ-সিনা হাৎপনি ॥
রঘুবংশ শাগৈদ্বা অনি পোকই বিষ্ণুনা।
ক্ষেত্রিবংশ ফম্ভবা মাংহল্লিদো লক্ষ্মণ না ॥
মেঘনাদ ইন্দ্রজিৎ মাংহল্লিদো মহাক ।
মীনা লাইনা কিরবা রাবণ নিংথৌ মাংথিনা ॥
ঐনা হায়বা ইচাশা ইল্লু চরণদা চংজসি।
পুন্নমক্কী চঙফম্মি রাম লক্ষ্মণ অনিসি ॥
শ গৈগী মৈতাল অরাবা কালঞ্জর ইচানি।
ময়ামদগী হেল্লবা লান্দা থৌবা হৈবনি ॥
ইপানা হায়বা ইল্লদি থোইনা হেন্না ফনিদা
ইপাগীবু ইবুংঙো ইপানা হায়বা ইল্লুদা ॥
মপাগী রাহৈ তাবদা তমথিরবা মচানা।
অশুক য়াম্বা তেঙ্গোলসি উরবদা কমদোনা ॥
লক্ষ্মণ চামা লাকসন্থু করি তৌবা য়াগনি।
রাম লিশিং য়াওসন্থু লান্দা করি তৌগনি ॥
ঐগী তেনগী মমাংদা লাইয়াম পুম্বা চেল্লিদা।
কৈলাসন্ত থুগাইখি ঐগী তেনগী চৈথেংদা ॥
তেন মঙানা থাতুনা মহাদেব শুম্বনি।
লিক্লুং তেনগী বিত্তাদো খঙবা তারে হন্দক্কি ॥
লাই হিংচাবা ঐহাক্না ঙমগে রাশকথিবদি।
পোক্রপা মহৈ য়াঙরে হন্দক্কীবু লানসিদি ॥
লাইগী লৈবাক চত্তুনা ঐনা ইহৈ তম্বদি।

মমিং থিংনা য়েংহনগে তেঙ্গোল সভা ঙসিদি ॥
মমিং থিংনা উহনগে রঘুমচা লক্ষ্মণ দো ।
শোয়ারেন্দ চত্তুনা তমলুরবা খুংলাইদো ॥
ফত্তবশিংবু মাংহনগে ঐনা ধর্ম্ম কায়দ্রদি ।
দশরথকী মচানি যুবরাজ লক্ষ্মণ নি ॥
হন্দকীসি শোইবোইদো মমাই থিবা ওইনিদো
ঐগী খুংলাই হন্দক্তি ঈ-পিথক্কে খঙনিদো ॥
ঙসি শোইরোই উন্ননি অকনবশিং থেংননি ।
হনুমান্নচিংলবা নিংথৌমচা কয়ানি ॥
অঙ্গদনচিংলবা নিংথৌমচা কয়াসু ।
চিংদা লৈবা অমদি নিংথৌ মচা কয়াসু ॥
লাক্লিমথৈ ঙসিদি যমগী থানা য়োৌহনগে ।
শওম তেঙ্গোল অকনবা কল্লি কন্দে য়েংঙগে ॥
মিংনা কুপ্পা মতমদা যমগী থানা যৌনিদো ।
ময়াম পূম্বা য়ে'জোকো ঙসি ঐগী লানসিদা ॥
ঙসি ঐগী লানসিদা লক্ষ্মণ মমিং মাংহনগে ।
রামচন্দ্র' নত্তনা শোবাবেন ফাও য়েংনগে ॥
ডাকচবদা ঙম্নরোই ঙসি ঐগী লানসিদা ।
মহাদেব দুর্গা ফাও য়াওরবসু মসিদা ॥
সাবিত্রীগা ব্রহ্মাগা লোইনদুনা লাকসনু ।
লক্ষ্মী সরস্বতীগা নাবাযণসু লাকসনু ॥
মথোয়শিংনা কোইদুনা ময়াইদা মা লৈসনু ।
লক্ষ্মণ ডাকপা ঙমহনলোই মথোই ঙম্মা য়েংসনু ॥

রঘুবংশ শাগৈদা অকনবমা থন্নরোই ।
মসে ঐগী রাশক্তি তারো ময়াম হায়রকই ॥
ঙসি ঐগী কোম্নুংদা থুংলরিবা মখোয়সে ।
যমগী লৈবাক য়োহনগে লক্ষ্মণ কৌবা মীওইসে ॥
হায়রি' রাহৈ থিবিকসে নিংথৌ খঙননবগী ।
থারক্লেদো দূত অমা কালঞ্জর মহাক্কী ॥
রারম পুম্বা দুত্তুনা হনুমান্দা তম্মক্লে ।
লান তৌনি হায়তুনা অর্জ্জুন মচা লাকহৌরে ॥
হায়রম্নগা দূত অদো মযুম্মক্তা হনখরে ।
হনুমানদো হল্লক্লে লক্ষ্মণ মনাক য়ৌরক্লে ॥
লক্ষ্মণ অদো ফম্নম্মী মমাই নোংপোক ওন্দুনা ।
মশা ফবা অকনবা ময়ামত্তুগা লোইননা ॥
মতমসিদা থুংলরে মগুণ লৈবা হনুমান ।
লাপ্তক লৈরিঙৈদগী খুরুম্মিদা হনুমান ॥
উরবদ লক্ষ্মণ-না হনুমানবু কৌশিল্লে ।
তম্মু নপাও নিংথিবা হনুমান্দা হংলক্লে ॥
নিংথৌমচা পুন্নমক্ক লেপ্লে মথুৎ লোম্ননা ।
হায়বিরকউ তাজগে মযামলক্ত থোইরবা ॥
রাহৈ অসি তাবদা হনুমন্ত হায়দৌরে ।
অঙ্গদনা তানিংলে হায়যু তম্মু হায়রক্লে ॥
হনুমান্না হায়রকই রঘুমণি তাবিয়ু ।
তমথিরবা অর্জ্জুননি লান্দা পুক্রিং চঙবিয়ু ॥
ঙসি লানওং উবদা হিংনি হায়বা খন্দেদো ।

মতৌ করম তৌরগা লানবু ঙমনি খল্লিদো ॥
রাহৈ অসি তারদা হায়বিরকই লক্ষ্মণ-না ।
পাঙগন কনবা য়েক্লবা য়োরে মাগী দেশদা ॥
নংসে রামগী মচানি ঐহাক্কীস্থু ইচানি ।
মতৌ করম তৌহনা লান অসি তৌগনি ॥
বাপু নংনা শিল্লুকো লিরুং পাইবা লান্মীদো ।
রঘুবংশ শাগৈদা রাম ফাওবা শিল্লিদো ॥
অহিং মতম অসিদা লানসি শোইরোই তৌবতাই
ঙসি অহিং অসিদি লানসি নংনা শিনবা তাই ॥
অমুক হন্না হনুমান মথুৎ জুর তৌরকই ।
মরম অহুগীদমক রাবিগন্থু হায়রকই ॥
করি থবক তৌজোগে অজ্ঞা পিরো ননাইদা ।
অসিগুম্বা ঙসিগী ফত্তরবা লানসিদা ॥
পৃথ্বী ফুক্তোক্লবস্থু কৃপা পিয় ঙমগেদো ।
উবিরেনা ঐহাক্লা সমুদ্রবু থিংবদো ॥
অহিংসিগী মতমদা লান্দা করি তৌজোগে ।
মাগী নাপন ঐঙোন্দা করি তৌবা য়াদগে ॥
হায়রকইদা লক্ষ্মণ-না তারো বাপু ঙসিদি ।
নংনা ঐগী সারথি ওইরবদি ঙমগনি ॥
করি লৈতে মাগুম্বা মীগী লক্তা অতোনবা ।
ইমিৎসিনা য়েংবদা ঙম্মি উফুল ওইহনবা
যমকার ব্যুহদো শানি কালঞ্জরনা ।
অহিংসিমা ঙমগনি মহাদেব য়াথংনা ॥

মাইগৈ মরিমক্তুদা যমগী মশক উগনি।
নংগা ঐগা মত্থদা মথকলোমদা চঙগনি॥
ব্যুহ মম্পুং চঙলবদি লাম্মী কয়া উগনি।
লাম্মী কয়া হাৎকনি ইপা-ইচা শুরদি॥
হনুমান্না সারথি ওইগে সত্য তৌরক্লে।
করম তৌনা ঙমগনি কালঞ্জর খল্লক্লে॥
ভারো তারো লাম্মীশিং ঐগী ব্রাসে ঙসিদি।
ঙসি কালঞ্জরগা লক্ষ্মণ-গবু অনিদি॥
অনিসিগী লানসিদা অতোপ্পা ব্রা ভাংলকপা।
খুব্বাকসিনা থাবদা শোইরোই মঙক থদৎপা॥
পুংদো য়ৈম্ব হায়ত্থনা হনুমান্না লাউবনি।
নমায় লৈগে খল্লবা ইকোক চাবা শকচনি॥
তেঙ্গোল পূম্বা শাজন তৌ লানবু তৌবা তারেদো।
দোলায় তোংবা অমনা শোরারেনগুম চাওবদো॥
ঙসি অহিং থোকপা তাই প্রজা 'পূম্বা শাজন তৌ।
শিবা নাকা য়াওসত্থ হায়বা য়াদে যতন তৌ॥
ব্রাহৈ অসি তাবদা নিংথৌ সভা নিকখরে।
যুবরাজ লক্ষ্মণ-না শাজন তৌরো লাউরক্লে॥
হনুমান্নচিংলবা য়োংগী সভা ময়ামশিং।
অঙ্গদনচিংলবা রাজ সভা ময়ামশিং॥
মখোইশিংগী হৌনবী লোইনা শাজন তৌরক্লে।
কালঞ্জর অকনবা ঙম্না শাজন তৌরক্লে॥
প্রহর'মা রাংবথোং মায়াজাম্না কোইশল্লে।

মাগৈ মরিমক্তুদা যমগী মূর্ত্তি লেপখরে ॥
কালঞ্জন অকনবা ব্যূহত্তুদা লৈখরে ।
ব্যূহত্তুগী মমাইনা স্বর্গরোমদা ফাৎখরে ॥
শামু তেঙ্গোন কয়ানি শিংথাবদা ওমত্রবা ।
মশিং থাবা ওমত্রবা শগোন তোংব' অয়াম্বা ॥
সেনাপতি মক্তনা কোটি তরা য়াওবনি ।
দুন্দুভিগী মখোন্না শওঙাইশেনমক পাইগুম্নি ॥
অহিংসিদা তিনখিবা শিংথাবদা ওন্নরোই ।
ধূমকেতু থোকপদো মচি অমদা উরকই ॥
কনামনা মন্না উই কনামনা কিরকই ।
ম'কাক ওইবা সারথি চেন্নবদা তুরকই ॥
ওন্না-তৈন উবদা অর্জ্জুন নিংথৌ কিরক্লে ।
অমঙ্গল উবদা পুক্নিং রাবা হৌরক্লে ॥
থাদোক্লেদো অকিবা সিংহনাদ লাউরক্লে ।
মহারথী পুম্বনা তুমিন তুমিন লৈরক্লে ॥
নোংপোকলোমদা অর্জ্জুন লৈ সোমদত্ত ওইথংলে ।
তমথিরবা অকনবা নোংচুপলোমদা শিঞ্জল্লে ॥
হেক্তা ঙ্গেংবা মতমদা মীনা কিবা ওইরক্লে ।
মতৌ অসুম অর্জ্জুন্দো লানগী শাজন তৌরক্লে ॥
ভবানীনাথ পণ্ডিতনা পায়ারদা ইজরি ।
তাবদা পাপ কোক্তুনা সংসারদা লাম্নরি ॥
মখুৎ অনি লোন্দুনা ভীমার্জ্জুন্না হঙ্গৎলি ।
যুবরাজ লক্ষ্মণ-না মতৌ করম লান চৎলি ॥

করম্ববু রথীনা কবম শাজন তৌবগে।
করম্ববু রথীনা করম্না লান চঙংগে॥
আকাশকী থোংত্নদা কবম তৌনা চঙখিবা।
মখোইশিংগী মতিক্তো তাজবগে অওইবা॥
তেম্না করম কাপ্নবা তাজ্জরগে শুগাইনা।
মগুন লৈবশিংত্নগী রারী তাবা পামজৈদা॥
ব্যাসনা হায় ধনঞ্জয় পুন্যগী রা হাযরগে।
পুন্যগী ফল অত্ননা কুরুশিংবু মাংহনগে॥
জযছন্দ নিংথৌনা মবৈবাক্কী ব্রাহ্মণবু।
শ্লোক্তগী থুগাইবগা ইহল্লি পদ ওইনবু॥
বামগী ইতিহাসবু তাদরবা দেশদো।
পুন্য চেনবা লৈতবে অত্নগুম্বা দেশদো॥

## 'লাগাড়ী"

তাবো তারো ধর্ম্মবাজ, অকনবা লান্মাগী শাজ;
অকনবা সিংহনাদ লাউনরে।
ডঙ্গ তরা ঢোলগা যৈবে, বরাহবিনাক য়েরে;
কপিলা মন্দিবাস্থ য়ৈরক্লে॥
দোলায় তোংঙিবা কযানা, লিরুং খিঙঙি মযামত্ননা;
তারবদা যেক্লবা ঙরূরে।
নিংথৌ মৈ পায়রগা য়েঙিঙ, দোলাইগী মনাক্তা চঙিঙ;
লাপ্তরুা পুম্নং লংনা উবক্লে॥
দোলায়গী মাইগৈ মরিদা, মচু মরিগী ফিরান্না;

লৈতেংলে হনুমান্না থৌরক্লে।
দোলায়থক্তা ফজবা, করিদবু হায়রসিবা ;
মণিগী য়ুম্বীগুম্না ফজরে ॥
চন্দ্রকলা লক্ষ্মণ অনি, ময়াইদা ওান্না লৈবদি ;
থোৎনা নৌনা ফিরান ফজরে।
লক্ষ মঙা দোলায়না, চৎলক্লে মাইগৈ মরিদা ;
মন্ত্রিশিংসু ফজনা লোইনরক্লে ॥
পুকচেন চাওরবা অঙ্গদ, অঙাংবা লৈতেংবা দোলায়দ
য়োংয়ামশিংনা চোংতুনা চৎলক্লে।
অঙাংবা দোলায়না চৎলকপা, মতোম্না শনজিংমুক রাংবা
মমায় নোংপোক ওন্দুনা চৎলক্লে ॥
সুমন্ত মচা দোলায়দা, মেমানবা ফিরান থেৎলিদা
সিংহনাদ লাউতুনা চঙলক্লে।
নিংথৌমচা পুষ্পগী ফিরান্দি, মেমানবা থেৎলি লান্দদি
শগোল অঙৌবনা দোলায় চিংলে ॥
শওমগী তেঙ্গোন চৎলক্লে, হেক য়েংবদা কিরক্লে ;
অকনবা খোল্লাউ ফুইনা লাউনরে।
কাশি নিংথৌসু থৌজিল্লি, অঙাংবা ফিরান থেৎলদি
মাইগৈ মরিদা ফিরান লৈতেংলে ॥
চঙঙক্লে চন্দ্রধরনা, সারথিনা ইশৈ শক্লা ;
মেমানবা মচুগী দোলায় তোংলে।
মতমসিদা লক্ষ্মণ-দো, ময়ামগা সাজন তৌইদে
লান্দা মাইয়োক্নতুনা চঙলক্লে ॥

হনুমান্না সারথি ওই, থৌরকপদা মুংশিংকুমই ;
দোলায় উবা থাগুম্না লংঙক্লে ।
লৈবাক্তা লাম্মী চৎলক্লে, সিংহনাদ ফুইনা লাউরে ;
লিরুং পায়বশিংনা লিরী থিংলে ॥
সিংহনাদ তাবদা, মীয়াম পুম্বা কিরকইদা ;
তাবদা অর্জ্জুন নিংথৌ নিকইদা ।
শ্রীরামগী ইতিহাসনি, তাবদা পাপ্ন্ কোকনি ;
গ্রহনসু য়েংবদা ঙম্মোইদা ॥
অধ্যাত্ম রামায়ণ তারদি, পুন্য চেনবা মী ওইগনি ;
শিরগা মাদি যমদা চৎলোইকো ॥
মানা মানা নিংজরবা, মহুতবু পিবিরবা ;
শ্রীরামপ্রভুগী রারীনিকো ॥

লান্দা তমথি হৈরবা অর্জ্জুন মচা লাক্লেদা ।
লাম্মীশিংবু কোইশল্লে সরজাল কোবা থুংলাইনা ॥
বরিসাগী মতমদা ফুইনা চুবা নোংগুম্না ।
কুপশিনবসে উরক্লে য়েক্লবগী লাম্মীনা ॥
য়োংগী নিংথৌ অঙ্গদ মৈনা চাকুম শাওরক্লে ।
মুংগা উগা লংসল্লি নোংগুম্নমক তারক্লে ॥
বলিমচা অঙ্গদ অকনশিংদা লৈত্রবা ।
দোলায় তোংবা লঙ্কামা হাৎলক্লেদো য়েক্লবা ॥
শগোল শামু লক্ক'নি মতমসিদা তুরক্লে ।
মহারথী কয়াসু পৃথ্বীথক্তা ওল্লক্লে ॥

তেঙ্গোন তুবা উবদা যম মায়া তৌহ্না।
অঙ্গদগী মথক্তা তেন্না থাবে নোংগুম্না ॥
বালিমচা অঙ্গদ উববদা শাওবক্লে।
নাক্তা যেক্তা চোংহ্না তেন ফাহ্না থুদেক্লে ॥
অকনবা অনিগী লান প্রমাণ লৈত্রে কনখিবা।
ঙম্নদরে অমনা বরিদবু হাযসিবা ॥
বালিমচা অঙ্গদ মাযোক্নবা ৱারক্লে।
অকিবগা লেইননা যংগী তেঙ্গোন কাইরক্লে ॥
শগোল লক্ষ তুবক্লে শামু কোটি হাৎখরে।
মথুক্তা থুৎলাই পাযম্বা লক্ষ অমা তুরক্লে ॥
তেঙ্গোল মাংবা উবদা বলিমচা শাওরক্লে।
সুমন্তগী মচাগা লোইনহ্না চঙলক্লে ॥
অরেপ্পবু নাইদনা যম্গা লান হেক তৌরক্লে।
সুমন্তগী মচাসে পাঙ্গল যাম্না কল্লক্লে ॥
পাঙ্গল কনবা অনিগী লান্দা কনব ওইরক্লে।
লান্দা কনবা উবদা কাল যমবু ওইবক্লে ॥
মতমসিদা লক্ষ্মণ না হনুমান্দ হায়বকই।
আকাশদা পুখৎলো দোলায অসে হায়বকই ॥
মানা শাবা ব্যূহগী থোংদো যেংগে ঐহাক্না।
থোগৎলক্লে হনুমান আকাশগী লম্বীদা ॥
ব্যূহথোংদা যেংলক্লে যুবরাজ লক্ষ্মণ-না।
উরবরা থোং অসে নংগা ঐগা চঙহ্না ॥
চেকশম্না দোলায় থোরগা ঐনা কন্না লান তৌনি।

ঙসি ঐগা অর্জ্জুনগা লোইনত্না লান তৌনি ॥
অতোপ্পা রা অমগা হায়গে তারো হনুমান ।
ঙসি ঐনা লান'সিদা শিরবদি হনুমান ॥
ঙসি নংনা কমদৌবা হায়যু নংনা তশেংনা ।
প্রভুরামচন্দ্রদা কবি তম্নি নহাক্না ॥
চন্দ্রকলা নহাক্না দেশ কৈদা লৈগনি ।
লান্দা ঙসি ঐহাক্না শিহৌবদা তারদি ॥
চন্দ্রকলা' হঙ্গৈচ্চে রাশকচরি ননাইনা ।
প্রভু দশা তারদি ইমাই লৈরোই লানসিদা ॥
ঐগী মায়া পিতুনা পুন্নমকসে হাৎকনি ।
নংগী হকচাং পুরগা প্রয়াগতবু লুপকনি ॥
সমুদ্রদা চোংথনি ঐগী প্রাণবু থাগনি ।
হয়েংমুক্কী মপোক্তা নংগী সেবা ফংগনি ॥
থে ইদোক্লবা রারম'এ তাবিয়ু প্রাণনাথা ।
চিংনবিন্থ ইবুংঙো হঙ্গচ্চরি নমাংদা ॥
নংগী ঐগা হকচাংসে অমত্তুনি খনজরি ।
ইবুংঙোবু কনানা ঙম্বিনববু লৈরি ।
হনুমান্না হায়রকই ঐস্ু র শকলবনি ।
ইমাংসিদা য়েক্লবা করম হুন্দোক্লমগনি ॥
লিরুং তেনবু য়াওদ্রগু মহাক্তদি হাৎকনি ।
ইমা পুরে হায়রগা অযোধ্যাদা হনগনি ॥
শ্রীরামগী মমাংদা য়োগে প্রভু তসে না ।
ননাই সত্য তৌজরি ইবুংঙোগী মাংসিদা ॥

ব্লারম পূম্বা হঙ্গংলে হৌজিক লানবু চঙলসি।
উরসমু লাই হিংচাবা নৈদুনবু হাৎলসি॥
খোংনা চৎপা শগোল তোংবা মহৈ মহৈ খেংননি।
শামু তোংবা অকনবা অশিংবনা কয়ানি॥
শগোল তোংবা লান্মীশিং শিংথাবদা ঙমত্রবা।
খোংন চৎপা কয়াগী মনিস্তনা নিকলিবা॥
য়োংগী তেঙ্গোন য়ামখিবা শিংথাবদা ঙমত্রবা।
সারথিগী মনাক্তা রথী কয়া লৈরিবা॥
ঈনা সমুদ্রগুম্নে অঙ্গদসি তাওরক্নে।
করিদবু হায়সিগে লিরুং কয়া তাওরক্লে॥
পোইনু থাগী মতমদা লৈচিন শুক্লা থাবগুম।
তেঙ্গোন সভা তুরক্নে অমম্বগী মতৌগুম॥
ঈচেলনাইনা চেল্লক্নে ঈনা লৈখোম থোক্লক্নে।
লঙজা কাক লমছইনা ইরোইতুনা শান্নরে॥
নিংথৌমচা অয়াম্বা গতি লৈনরক্তরে।
নুংশিংবী মচা দোলায়দো থৌজল্লদা হায়রক্নে॥
ঐগী তেঙ্গোন তুনরে উদরনে মাংসিদা।
মতিকমকসু চাত্রবা অর্জুন মচা' লানসিদা॥
লাকঙম ফাঙমত্রববু তমথিরবা লানওইরে।
থুদকসিদা হনুমান নুংশিৎকুম্না থৌরক্নে॥
কালগী মাংদা য়ৌনবা চিংথৈ হেক্তা পূরক্নে।
ঙসি তেঙ্গোন অপূম্বা গতি লৈনরক্তরে॥
মীৎনা কুপ্পা অমদা লাপ্না দোলায় থুংলরে।

মীৎকুপ্পগী মহুংদা কালগী নাক্তা লেপ্পরে ॥
মৈরম্মুকো হায়ত্থনা গাণ্ডিব লিক্রুং খিংলক্লে।
ধ্বনি অসি তাবদা কানগী সৈন্য মিপাইরে ॥
ঙাইখো হায়না তেনশংলি ঙবঙ ঙংঙি তেন্দুনা।
ঙাইখো ঙাইখো লাউবকই লানয়াইত্থদা লক্ষ্মণ-না ॥
ঐগী তেঙ্গোন য়ামখ্রেদা কাল নংনা হাৎলম্বা।
ব্যহগী থোং চৎলুভৈ সোমদা নংনা হাৎলম্বা ॥
অহাংববু য়েংত্থনা তেঙ্গোন মাংহল্লম্বদি।
লৌথোক্কেদো নহাক্কী অধিকাব ঙসিদি ॥
খুদোংথিবা পিরম্ব পুকচেন ফত্তে নহাকসে।
ঐগী খুৎলায় চাবাতাই খঙঙ্দনা ঙসিসে ॥
লঙ্কা রাবণ নিংথৌনা নংবু ঈশিং হোলহল্লি।
রাবণ নিংথৌ হাত্তুনা নংগী রাবকোকহল্লি ॥
হায়রম্নগা তেনকাপ্লে বিষ্ণু অস্ত্র চামনি।
তেঙ্গোনশিংগী মথক্তা মৈগুম্নবু চাকপনি ॥
যমগী মতৌগুম্নবা খুৎলায় ঙাকনি লক্ষ্মণ-গী।
কক্তুনবু থাধরে তেঙ্গোন সভা অর্জ্জুনগী ॥
পশুপাত খুৎলায়না অর্জ্জুনথক্তা থাজল্লি।
থারবদা মশাদো থক থক হেক্তা নিক্লক্লি ॥
ইকাইবগা লোইননা অর্জ্জুন তেন্দো শৎতোক্লে।
গাণ্ডিব লিক্রুং পাইখৎলে তেন্দো সন্ধান তৌরক্লে ॥
লক্ষ্মণ-গীদি তেন্দুনা পাইশন্দুনা ককথৎলে।
অমুকহম্না লক্ষ্মণ-না অর্দ্ধচন্দ্র কাপ্লক্লে ॥

ফংঙমদ্রবা নিংথৌগী লিরুং অনি থোক' কল্লে ।
অতোপ্পা লিরুং পায়থৎলে তেনহু হেক্তা কাপ্লল্লে ॥
অমুকস্তুহন্না ককথৎলে যুবরাজ লক্ষ্মণনা ।
করি অমুক হায়গনি পাণ্ডুমচা নখোয়দা ॥
লিরুং অমুক লৌথৎলি সন্ধান তৌগে তেনশৎলে ।
রঘুমচা লক্ষ্মণনা অমুকহন্না ককথৎলে ॥
মতৌ অস্তুম অর্জ্জুনগী পায়বা নিংবা ককথৎলে ।
অকাশদা লাইয়াম্না যুবরাজ থাগৎলে ॥
নিংথৌগী লানওং উবদা বিশালাক্ষ চণ্ডলল্লে ।
হেক্তা থৌজিল্লকপনা লানবুংদবু লেপ্পরে ॥
বিশালাক্ষ লাউরকই তারো তারো লক্ষ্মণ নং ।
ঐসে লাকলি অর্জ্জুনগী মচানিকো খণ্ডলো নং ॥
থম্মু পাবুং নিংথৌদো ঐগা অত্তক শোক্লসি ।
লাম্বা ঐগা চানৈকো লাহবক খেৎনা য়েংনসি ॥
উরবোইকো নহাক্তি রামগী রূপপু ফজবা ।
ফংজররোই নহাক্তি অযোধ্যাগী নিংথিবা ॥
উরোই মাইথো৲ থাগুম্বী জানকীগী ফজবা ।
শৃঙ্গার রস ফংলবোই উর্ম্মিলাগী অথোইবা ॥
চন্দ্রকলা উবরোই হায়বিহোগেকো তাজৌ ।
পুরক্তুনা ঐঙোন্দা চন্দ্রকলাদো কচ্চৌ ।
বিশালাক্ষগী রাঙাং তারে লক্ষ্মণ হায়রল্লে ।
মিকুপ্প'গী মন্তুংদা পিবিগেকো হায়রল্লে ॥
চন্দ্র সূর্য্য খণ্ডশম্মু শোইবোই নংসে হাৎকনি ।

বিশালাক্ষ নহাক্লা ঐবু থিনা হায়বদি ॥
রাশকপসে ময়ামস্থ খণ্ডবিহৌরো ঐহাক্তী ।
তেনবু অহুম অসিনা মণ্ডক কক্কে মহাক্তী ॥
রাশক্লিবা অসিনা ভমদববু থোক্লদি ।
যুগ তর' চুপ্পা ঐ নরক কুণ্ড' তাগনি ॥
রাহৈ অসি হায়হুনা লিরি তঙ্কার খিংহুনা ।
চিঙৈঙ হেক্তা তেন শৎলে অঙাং হাৎকে হায়হুনা ॥
ঙঙলহুনা তেন কাপলে পৃথ্বী থক থক নিকখরে ।
খণ্ডহৌদনা তেন অদো বিশালাক্ষনা ককখরে ॥
উরে তেঙ্গোন পুম্বনা সিংহনাদ লাউখরে ।
পুং শেন যন্ত্র অয়াম্বা য়ৈরে তেঙ্গোন নিনখরে ॥
উরবদা লক্ষ্মণ-না শাউরে কিবা লৈতনা ।
অমাং অতা লৈত্রবা তেনগা থোংলে শত্তুনা ॥
বাস্থকীগা মান্নথ্রে মৈনা ফ্রি ফ্রি কাপ্লকই ।
মাইগৈ শিনবা থুংনবু তেনগী মৈনা ঙাল্লকই ॥
তেন উবদা লাইয়ামশিং. কিরে থক থক নিক্লরে ।
জগৎ অসে চাকথ্রম্রা ময়াম পুম্বা হায়নরে ॥
রাম-না জয়ওই হায়হুনা গাণ্ডিব লিরি চিংলে ।
লমখাংদা তেন অদো অনি থোক্লা ককখরে ॥
তেন্দো মাংবা উবদা লক্ষ্মণ বীর শাওরক্লে ।
লুহোংবদা ফংলকপা খুৎলাই অহু শৎলক্লে ॥
চন্দ্রকলা' হঙ্গৈচে ননাইগী র' তাবিয়্ ।
কালঞ্জর হাৎনবা তেন্নি মহু খণ্ডবিয়্ ॥

চিঙৈঙ মচু থম্বীনি ননাই ঐনা হায়জরি।
য়াথংদবু পিবিয়ু ননাইগীদা লৈজরি।
রাহৈ অসি হায়তুনা কপ্পা শম্বুল থোক্লক্লে॥
মক্তুরবা তেন অমা শমখোংদগী থিরক্লে।
মচিন্দা মৈ থোক্লবা তেনশক্তুনা পিরক্লে॥
চিঙৈঙ লৌবে লক্ষ্মণ-না তেন্দো শন্ধান তৌরক্লে।
নোংথাংকুপ্পা মতৌগুম দোলায অদো থৌবক্লে॥
তেম্না লানবুং অত্তদা মণ্ডানগুম্না পাইবক্লে।
বিশালাক্ষ থুদক্তা মডক তুবৎ ককথৎলে॥
শঙ্ডাইশেন্না পাইবগুম অহিংত্তুদা ঙঙখরে।
নিংথৌ মচা অত্তুনা তুববদা কাইনবে॥
লবন সমুদ্রগুম্নে লান্মী কয়া কাইরকপা।
লানযাইত্তুদা লক্ষ্মণ-ন যমগুম্নদি ওইবকপা॥
তেন অমনা কল্লকপা লিশিং লিশিং ককখরে।
তেঙ্গোন সভা কযানা সিংহনাদ লাউরক্লে॥
মাইগৈ মবিমক্তুদা লান্মী কযা সিঙ্খল্লে।
হনুমান্না স বথি মপা লৈত্রে ফবদা॥
লক্ষ্মণ বাব লান্দুদা থোইন হেন্না কনব্রেদা।
সন্থ সভা মযামদো নোক্না নোক্না হাৎলক্লে॥
শামু তেঙ্গোন মাইয়োক্লে বঘু-মচা লক্ষ্মণ-না।
হনুমান্না হঙ্গৎলি বঘুমণি মসিদা॥
মতিক চাদে লেংলসি রাজসন্থ ময়াইদা।
হনুমান্না থৌবক্লে দোলায় চিঙৈঙ লান্দুদা॥

নিংথৌ লাম্মী লৈফমদা দোলায় অতু থুংলরে ।
লিরি নাকোং ফংনচি' লক্ষ্মণ বীর কাপখরে ॥
মচিন পাবা তেন্দুনা নোংঙম্নবু চুথবে ।
পোইম্নু থাগী লৈচিনগুম তেন্তনা মমখরে ॥
তেঙ্গোন সভা নিংথৌশী কাইতুনা হেক চেন্নরে ।
মাইগৈ মরি কাইরক্লে মহৈ মহৈ চেন্নরে ॥
নাগ পাস তেন্দুনা মাইগৈ মবি থৎখরে ।
কালগী মশক ওইছুনা মাইগৈ মরি হাৎল্লক্লে ॥
মকোব ওইবা লিশিংনি অর্জ্জুন' তেঙ্গোন তুন্নিবা ।
মফম কয়া কযাদা অকনবশীং চেন্নবা ॥
নাগপাস উবদা কিনছুন চেন্নরে ।
তেনগা লাইন লোইননা অকনবশিং তুন্নক্লে ॥
কাইনছুনা চেন্নরে নিংথৌমচা কযাম্নু ।
লক্ষ্মণ-গী তেন থাজল্লি মাইগৈ মবিমক্তম্নু ॥
ঈনা তুরেনগুম্নক্লে লম্মী কয়া তুনরে ।
মতমসিদা যম অদো চিংৈঙ হেক্তা থুংলরে ॥
উরবদা লক্ষ্মণ না সরজালবু শংলক্লে ।
কালগী ন্যস অয়াম্বা খুদক্তুদা তুনরে ॥
অনিসিনা কনবা চাং মরোন অহুম য়োৎপতাই ।
অমম্বদা শোক্নবা লান কিনবনা নিক্লকই ॥
মিকুপ অমা অনিদি মায় লৈনদে লান্দুদা ।
মিকুপ 'মণী মম্নুংদা লক্ষ্মণ তেঙ্গোন তুখিদা ॥
লক্ষ লক্ষ তুবসে উরক্লেদা হনুমান ।

ক্ষণ অমগী মন্নুংদা মশা চাওরে হনুমান ॥
ঈশিং থকপা মতৌগুম তেনফাহ্না য়োৎশল্লি ।
হনুমান্না কনবসে করিদবু হায়গনি ॥
লক্ষ্মণ-না হায় বাপুও নিংশিলক্লে ঐহাক্না ।
লান তৌগে থুম্দরে ঙসি অহিং ঐহাক্না ॥
কালঞ্জর হায়বসে ব্রহ্মা' বর ফংবনি ।
অহিং নংগা তৌবা লান জগৎ ঙমজৌ হায়বনি ॥
শোরারেনবু নত্রগা নারাণমকপু ওইসনু ।
অহিং অমা লমদদি নংনা ঙম্বা ওইসনু ॥
অতুগুম্বা তমথিবা অহিং অতু থোক্লরে ।
মুংশিৎ মচা হনুমান উপায় হায়য়ু হায়রক্লে ॥
হনুমান্না হঙ্গৎলি প্রভু করম কিবিবা ।
চিকথাইরগে তেনশিংসে তেন্দোংদগী থারকপা ॥
কনবীয়ুকো ননাইবু শোক্তনবা প্রভুনা ।
মাংদা লৈবা অকনবা মাংহনগেকো ননাইন। ॥
রাহৈ অসি হায়রগা ময়া অতু কাথোক্লে ।
মাগী মবুক মন্নুংদা তেন্না ভারি য়োৎলক্লে ॥
মতমসিদা কালগীতেন্ মাইগৈ মরি থারক্লে ।
তেন্তনা হেক মমথরে পৃথ্বী মশক উদরে ॥
মতোমতনা হনুমান ঙাকপা ঙম্লক্তরেদো ।
মতমসিদা লক্ষ্মণ-দো অকনবা লান হোৌরেদো ॥
তেঙ্গোন সভা মথক্তা তেন্না নোংগুম চুথরে ।
তেনগী চৈনা ফংবদা তেঙ্গোন সভা কাইনরে ॥

চামা চামা তুরক্লে লক্ষ্মণ' তেন্না থাবদা।
শগোল কোটি অনি তুই শামু কয়া রাম্বৈদা ॥
শাওরত্থনা লক্ষ্মণ-না বজ্রবানবু শৎলক্লে।
মহারথী লঙ্কামা তেন্না মঙক ককখরে ॥
কালগী মশা অত্থদা তেন মঙানা য়ৈন থাই।
তেনগী চৈনা ফংবদা কালদো রানা লেপ্লকই ॥
বিষ্ণু অস্ত্র শত্তুনা লক্ষ্মণ' অমুক থারক্লে।
কালগী থবাক অত্থদা সন্ধান হেক্তা থারক্লে ॥
তেন অসিবু উবদা তেঙ্গোন সভা মিপাইরে।
তেনগী মগুণ অসিনা মাইগৈ মরি ঙাপ্লক্লে ॥
নারাণমক্কী মূর্ত্তিগুম বিষ্ণু অস্ত্র পাইরক্লে।
কালগী তেন্দো থুদক্তা নিপান থোক্না ককথৎলে।
অশাওবগা লোইননা কাল-না ডগু লংলক্লে ॥
ডগু চৈথেং ফংবদা লক্ষ্মণ অসি তুরকলে।
লুমথরকপা হকচাংগী ভারি পৃথ্বী নিকখরে।
হনুমন্ত বীরনা খুৎনা দোলায় থাঙ্গৎলে ॥
যুবরাজ রাম্বরে রণগঙ্গা ময়াইদা।
রাম্বুবসে উবদা যমরাজ হুংঙাইদা ॥
অক্ষৌহিণী লান্মীনা তরাহুমদোই লক্ষ্মণ গী।
চেনবা হোৌরে কাইত্থনা লান্মী কয়া লক্ষ্মণ-গী ॥
হনুমন্ত অকনবা লাউরত্থনা কপ্পক্লে।
চন্দ্রকলা কপ্পক্লে প্রভু কৌরে কোপ্লক্লে ॥
ঐবু থাদোক্লম্লগা মকমকৈদা লেংগ্রবা।

নংবু নত্তরদা ঐগী করি কান্নবা।
জয়ছন্দ নিংথৌনা রস খঙবা ওইবনা।
পদ ওইনা ইহল্লি যতন তৌনা নিংথৌনা॥
মুংশিরব' সুরদা কন্যাসিনা কল্লকপা।
লাচাড়ীগী খুৎলেংদা লেংঙো মীয়াম পেন্নবা॥

## 'লাচাড়ী'

"শোরারেনগী মচানি কপ্পক্লিবসি"

মশম-মনা ইকা ফাবে, অঙাওবীগী মতৌগুম্নে;
লক্ষ্মণ-গী খোং কোন্দুনা কপ্পক্লে।
নিংথৌ কয়া ঙস্বীত্থনা, তপ্পবন্দা লেঙউক্তুনা;
ঐবু লৌবিত্থুনা পুবিবক্লে॥
যমরাজগী লানসিদা, নংগী তেঙ্গোল ময়াইসিদা;
মুমিৎমকসু থোক্ত্রিবা মতমদা।
ময়াম্বুং ইবুংঙো রামনি, লাইগুম্বা ইপুরোইবনি;
শত্রুঘ্ননা ইনাও মুপা নিদা॥
পৃথীবীগী মথকসিদা, অসুক য়াম্বা তেঙ্গোনসিদা;
খোঙমী লান্মীনা নংবু যেংলিবা।
নংগী পক্ষদা হনুমান, বলিমচা অঙ্গদ;
কল্লবা বথী কয়া লোইনবা॥
অসিগুম্ববু ভুবসে, লৈবা তাই দোষসে;
শিরগেদা ঐসু হু চাহ্না।
হনুমানসু কপচরক্লে, অঙ্গদসু রাজক্লক্লে;
কপলক্লে রথী চামা চাম্মনা॥

চন্দ্রকলাগী অকোইবা, তেঙ্গোনশিংনা কপচরকপা ;
অৱাবদা তারে চন্দ্রকলা ।
লক্ষ্মণ-গী লিরুং তেন লৌরে, চন্দ্রকলা হৌগৎলে ;
দোলায় থৌরো হায়না লাউরে কলা ॥
হনুমন্ত বীরহুনা, দোলায় অত্থ থৌরে ফুইনা ;
থম্মি নাক্তা যতন তৌনা ।
হাৎকেকো ঙসি ঐহাক্না, অর্জ্জুনগী মচাশা ঐন ;
শাগৈ পূম্বা মুৎহনগে ঐহাক্না
কলাগী মা তারবদা, দোলায় থৌরে অমুক হন্না ;
চন্দ্রকলা সিংহনাদ লাউরে ।
মোইবুং কয়ানা খোংলকপা, তারবদা পৃথ্বী নিকপা ;
যমদো মশা থক থক হেক নিকখরে ॥
অর্জ্জুনগী মচা পূন্নমক, নিকখরে মশা ঙন্নমক ;
মহারথী পূম্বা মাইথোং লাংখি ।
লিরুং তেন পায়খৎলহুনা, চঙঙক্লে নোংপোক ওন্দুনা ;
লিরুং পায়খত্তুনা কলানা খিংখি ॥
মক্তুবা থুংলায় শৎলে, কলা নোংগুম্না কাপ্লক্লে ;
অর্জ্জুনগী তেঙ্গোল কাইহুনা চেল্লে ।
ইপুরোইবা হাৎপা নংনা, কালগী মুর্ত্তি লৌরহুনা ;
চন্দ্রকলানি থঙঙু হায়রক্লে ॥
সিংহনাদ কন্না লাউরে, অকিববু লৈরক্তরে ;
যম কালগী তেঙ্গোল কাইহুনা চেল্লে ।
থাদোকলকপা তেনগী মথৈ, কলানা ককলে তেনমথৈ ;

লক্ষ লক্ষ সারথি তুরক্লে ॥
শগোল তুরে চাম্মা চাম্মা, শামু তুরে চাম্মা চাম্মা ;
রথীশিংদি মপৈ ওইনা তুরে।
অকনবা লানবু ওইখরে, তপথববু য়ারক্তুরে ;
মপুরোইবগী প্রেম্না কনখরে ॥
মতমসিদা শোরারেন উরে, খুদোং থীবা অসি থওলে ;
মচা কলানা লান তৌবসি উই।
লান্দা মন্ধাক্লা তুরিবা, মচা কলানা লান তৌবা ;
হুমাং তপ তপ তানা লান তৌবা উই ॥
খুদক্তা মাতুলি কৌই, শোরারেম্না হেক হায়রকই ;
দোলায় লোইনন। নং চৎলো লান্দা।
চিঙৈঙ মাতুলি থারক্লে, শোরারেন ঈশিং পাইখৎলে ;
মন্ত্র শোল্লে চাইরক্লে মথক্তা ॥
জল অসি হেক ফংবগা, হৌগৎলক্লে খুবাক খুরগা ;
লৈরম্মু লৈরম্মু কাল তমথিবা।
চন্দ্রকলা উরবদা, পূক্লিংদবু ইকাইদা ;
থঙশাও শাওহুনা লিরুং পায়খৎপা ॥
মতমসিদা লাইয়াম্না পারিজাৎ চাইরে হয়াওনা ;
মঙ্গোল পিরে লক্ষ্মণ-গী থক্তুদা।
সিদগী কলা খুরুম্মী, হয়াওরে হনুমান খুরুম্মী ;
হয়াওজরে মঙ্গলহু ফংবদা ॥
রাজ সভাস্থ খুরুম্মী, খোংমী লাম্মীস্থ খুরুম্মী ;
অঙ্গদনচিংলবা খুরুম্মী।

মতমসিদা মাতুলিদো, দোলায় লোইননা থুংলৈদো ;
লক্ষ্মণ-গী চরন্দমক খুরুম্মী ॥
যুবরাজ মতমসিদা, হায়রক্লে ময়ামগী মাংদা ;
সংসারদা কলাগুম্বা লৈতে ।
ঐগী চন্দ্রকলাসিনা, মথন্দা চঙলম্বা লান্দা ;
ঐবু নিংজবনা ঙাওরিবনে ॥
নখোয় ময়াম্না য়াওরমদে, মতোমতা চঙিঙ নখোয় য়াওদে ;
শত্রুঘ্নবু য়াওরক্লম্লবদি চঙলোইদো ।
লানগী মকোক্লি ঐহাকসি, ঐগী ওইবী কলাসি ;
হোজিক ইকাইবা পিবা ওইখ্রেদো ॥
তোল্লি হনুমান অকনবা, কনবগী করি কান্নবা ;
সুগ্রীসিনা লান চঙবা ইকাইদা ।
যুবরাজনি অঙ্গদ, নিংথৌমচানি তোল্লিদা ;
সূর্য্যবংশগী মিংচৎ থিহল্লিদা ॥
নিংথৌমচাশিং তোল্লিদা, লিরুং পায়বশিং পাঙদেদা ;
মরোন অহুমদা মিংচৎ থৌরনি ।
মতৈনা রামচন্দ্রনি, ঐহাক্না মপুরোইবনি ;
শত্রুঘ্ন-নদি মনাও নিপানি ॥
মপুরোইবা লৈত্রে হায়দুনা, লান চঙেঙদো সুগ্রীসিনা ;
অর্জ্জুনগী তেঙ্গোল পূম্বা হাৎলম্মী ।
মতমসিমক্তদা লক্ষ্মণ-না, অজ্ঞা পিরে কৌহুনা ;
মাতুলি সারথি খঙহল্লম্মী ॥
নোংঙাল্লমদাইগী কালসিদা, ঐনা চঙগনি লানসিদা ;

চন্দ্রকলাসিগা লৈবিরম্মু।
মাগা ফম্মিন্নরবদি, অকাইববু ওইরনি;
রঘুবংশদা ইকাই লৈরম্মু॥
কলাগী সম্বন্ধ ওইবা, শোরারেনগী সখা ওইবা;
করম্না লান্দা ফম্মিন্নগনি।
মাতুলি সাজন তৌদুনা, চন্দ্রকলা দোলায়দা হাপ্তুনা;
লান্মীশিংগী তুংদা লৈ মখোয়নি॥
যুবরাজনা হায়রকই, নববঙ্গ সাজন য়েংঙকই;
কালগী তেঙ্গোল মাংহনগে যেংঙকলে।
সিংহনাদ ধ্বনি তৌরে, রঘুবংশগী মণি ওইরে;
দোলায মথক্তা ফম্মক্লে॥
লক্ষ্মণ-না লিরুং তেন লৌবে, নোংপোক ওন্দুনা চৎলক্লে;
উবদা অর্জ্জুন নিংথৌ কপ্পক্লে।
অমুক তেন অমা কাপ্পিদা, নিংথৌগী মনাও অনিদা;
থাবে মকোক কক্তুনা কেল্লক্লে॥
নোংপোক থোংদা-ঙন্নক্তুনা পুং-শেন যন্ত্র য়ৈরহুনা;
অমুক লক্ষ্মণ মখা থোংদা থুংলে॥
দোলায় মুংশিং মাং থাখবে, গরুড়গী মতৌগুম্নে;
গাণ্ডীব লিরুং পাযহুনা খিংলে॥
ব্রহ্ম অস্ত্র কাপ্পক্লেদো, মচা অহুম রাম্বিরেদো;
তেন অমা নোত্তুনা মঙক কক্লে।
অর্জ্জুনগী মচা অথোইবা, অহুম শুবে লিরুং পায়বা;
মকোক কেন্দুনা লৈবাক্তা তুরে॥

মথাথোংস্থ ঙম্নবদা, সিঙ্হনাদ লাউরক্লেদা ;
মাংদমুক হনুমান্না থোরক্লে।
দোলায় অহু হেক উবদা, লক্ষ্মণ লাক্লে হাযনহুনা ;
সারথিনা দোলায় হুন্দোক্তুনা চেম্নরক্লে ॥
খুৎলায় মপৈ থারক্তুনা, শামু মঙক ককথংলিদা ;
শগোল ময়ামস্থ তুরে চেম্নরে।
তেন মঙা লৌথৎলহুনা, অর্জ্জুনদা থাই রাম্ন্বরেদা ;
তেন অমা নোৎশল্লি মশাদা থারে।
বৈষ্ণব বান অমুক শত্তোক্লে লক্ষ্মণ-না কালবু তম্মক্লে ;
কালগী হৃদিদা হেক্তা থারক্লে।
বৈষ্ণব বান্না থারবদা, মশা থক থক নিক্লে কাল-না ;
মফম কয়াদা চেন্দুনা খাঙক্লে ॥
মানা লৈবা মাইগৈহুদা, লক্ষ্মণ হেক্তা লেপ্পকইদা ;
মফম কয়াদা চেনফম খঙদরে।
গতি লৈত্রে হায়জরক্লে, লক্ষ্মণ-দা স্তুতি তৌজরক্লে ;
ধনুর্দ্ধর ঙাকপিয়ু হঙ্গৎলক্লে ॥
লক্ষ্মণ-না হাম্নরকই কাল-হুদা, ঐনা লানবু তৌরিঙৈদা ;
ঐগী লান্দা অমুক লাক্লমুকো।
কাল-না হায় সত্য লাক্লরোই, খুৎলায় লেপ্পো চক্লরোই ;
নিংথৌমচাশিংদো চেম্নখ্রেকো ॥
কাল-যম্না চেনশ্রবদা, লাম্মী কয়া কাইরক্লেদো ;
অর্জ্জুন মিপাইহুনা চেল্লক্লেদা।
মচা তুরে মনাও তুরে, লাম্মী কয়া চেক্লে তুরে ;

ফুমিৎ মঙান লাক্লে মতমসিদা ॥
চেন্নখ্রে লক্ষ্মণ-গী লান্দা, লেপখিদ্রে লাম্মী অমত্তা ;
কাইহুনা মক্ষম কয়াদা চেনখি ।
মতমসিদা সূর্য্য নারাণ-না, থোরক্লেদো অতিয়াদা ;
ব্যুহগী ময়াইদা থৌজল্লকখি ॥
থুবাম শত্তুনা থারে, ব্যুহদো মচেৎ ককথরে ;
কালঞ্জরদা তেম্না থাজল্লে ।
দোলায় লিরুং ককথৎলে লান্দা থোইনা ইকাইরে ;
লান তৌরো হনুমান্না লাউবক্লে ॥
কন্নিগীদমক চেল্লিবা, লক্ষ্মণ করম কিরিবা ;
ঐবুনা করি খঙদ্রি নহাক্না
ভবানিনাথ ব্রাহ্মণ-না, বামচন্দ্র থুরুমহুনা ;
লেংজৈ শ্লোক্তগী থুগাইহুনা ॥

কালঞ্জর হায়রকই তারে লক্ষ্মণ ভারতী ।
ধর্ম্ম যুদ্ধ তৌনসি পুকচেন চাওবা নহাক্কি ॥
ঐখোই অনিগী লানসিদা ময়াম ফমহুনা য়েংসম্বু ।
মিকুপ মিকুপ খুদিংগী পুংগা শেনগা য়ৈশম্বু ॥
কোক্কী লুহুপ তারদি মহু হাৎনগনুসি ।
মমায় ওন্দুনা চেল্লবা লাম্মী হাৎনগনুসি ॥
অসুম থেংনবা লান্দো মীনা থাগৎনগনি ।
লুচিংবনা তুরবা লান লোইরে খঙগনি ॥

কালঞ্জর ফরেদা হায়না লাউই লক্ষ্মণ-না।
মহাদেব থুংলরে রণগঙ্গা ময়াইদা॥
শোয়ারেন্নচিংলবা লাইয়াম লাক্লে হরাওনা।
লাই অনি ওইখরে মখোইনিগী পক্ষদা॥
মহাদেব চঙখরে কালঞ্জরগী পক্ষদা।
শোয়ারেননা চঙখরে লক্ষ্মণ-গীদি পক্ষদা॥
মাগী মাগী ধর্ম্মবু য়েংনগনি ফম্মক্লে।
ক্ষণ অমগী মনুংদা দোলায় তোংবা মাম্নরে॥
কুইনা কুইনা অনিদো সিংহনাদ লাউরক্লে।
দেব সভা ময়ামসু তারবদা নিক্লক্লে॥
অহানবদা লক্ষ্মণ-না তেন অমা হেক কাপ্পক্লে।
পাইশল্লকপা তেন অদো অর্জ্জুন মচানা কক্লে॥
অমুক হন্না লক্ষ্মণ-না তেন অহুম কাপ্পক্লে।
কালঞ্জর কল্লিদা অনিথোক্লা ককথৎলে॥
কালঞ্জর তেন শৎলে নাখোং ফংনা লি' চিংলে।
ময়াইহুদা লক্ষ্মণ-না কক্তুনবু থাদরে॥
পশুপাত খুৎলাইদো লক্ষ্মণ-না মুক কাপ্পক্লে।
কালঞ্জর কল্লবা ব্রহ্মাস্ত্রনা ককথৎলে॥
কার্ত্তিকবান থারক্লে কালঞ্জর কল্লবা।
থারক্লিবা তেন অদো কক্লে লক্ষ্মণ অকনবা॥
পার্ব্বতী হায়বা তেন্দো লক্ষ্মণ-নমুক কাপ্পক্লে।
কাপ্পক্লিবা তেন অদো কালঞ্জরনা ককথৎলে॥
তেন শৎপগী ধ্বনিনা তারকপনা নিনখরে।

পোকপদগী উনদ্রি তানদরি হায়নরে ॥
পুংগী শেনগী মনিন্না মীনা ঙাংবা তাদরে।
মাইগৈ মরি লাইয়ান্নশিং ফম্মি হুংঙাইনরক্লে ॥
খুৎলাই শৎনৈ অকনবা শব্দতনা নিনথরে।
অতিযাদা তেন অনি মুখা-মুখি লৈনরে ॥
লিরুং পায়বে নাখোং ফং লিরি চিংলে লক্ষ্মণ-না।
ঙংলদুনা পাইরক্লে পঞ্চমুখ তেন্দুনা ॥
লোংথাংকুপ্পা মতৌগুম তেন্দো হেক্তা পাইরক্লে।
কালঞ্জব' লিরুংদো তুবৎ হেক্তা ককথৎলে ॥
মতুপ নিপান থোক্ল কক দোলায অতু থাদরে।
কালঞ্জব অকনবা রান্থদুনা তুখবে ॥
লাইগী নিংথৌ শোবাবেন খুবাক খুরে নোক্লক্লে।
য়েংউ যেংউ তুরেদো অর্জ্জুন নিংথৌ লাউরক্লে ॥
কালঞ্জব তুবদা ময়াম অতু চেন্নরে।
তারবদা অর্জ্জুনদো অরাববু ওইরক্লে ॥
শোবারেন্দো হরাওরে বিজয় শঙ্খ খোংলক্লে।
লক্ষ্মণ পূক্লিং অতুদা হুংঙাইদুনা লৈরক্লে ॥
কালঞ্জব হোগৎলে সিংহনাদ তৌরকই।
যমনা দণ্ড পায়বগুম গদা পাযরে চঙ্ঙকই ॥
মিপাইদুনা লৈরকই যুবরাজ লক্ষ্মণ-না।
চন্দ্রকলা চঙ্ঙকই. খঙলদুনা কান্দুদা ॥
মখুৎ অনি লোন্নরে প্রাননাথ তাবিযু।
শমসে হায়দোকপিরগা প্রভু গদা লোরিয়ু ॥

ঐসে তেনগী মশক্তি ইবুংঙোনা খণ্ডবিনি।
ঐগী ইশম পুম্নমক তেনগী মশক ঙাক্তনি ॥
শম-না অমা থাঙ্গৎলো গদা চাম্মা ফংগনি।
খণ্ডদত্নুা ননাইবু হেক্তা খৌওইদবনি ॥
তারবদা লক্ষ্মণ-না শম' থাঙ্গত্নুা য়েংলে।
শমখোং খুদিংমক্তুদা গদা ঙাক্তা লৈরক্লে ॥
মণ চামা হেক লুম্নবা গদা অমা লৌরক্লে।
লাম তৌগে হায়তুন মাংওইননা চঙশিল্লে ॥
মখুত্তা গদা পাইতুনা কালঞ্জর চঙশিল্লে।
মথুৎ অনি কম্না পায় লক্ষ্মণ কোক্তা তম্মক্লে ॥
আকাশদা হাইরকপা গদাতুগী শব্দদি।
সমুদ্র ঈথকহৌবনি গদাতুগী মুংশিত্তি ॥
অতুক কনবা গদাদো লায়না থোমখ্রে লক্ষ্মণ-না।
গদা অতু খঙ্গোকই গরুড়না পাইগুম্না ॥
লক্ষ্মণ নাপ্ন ফংনা লৈ গদা অমুক ফুবক্লে।
কালঞ্জর মকোক্তা গদা হেক্তা ফুবরে ॥
গদা চৈথেং ফংবদা অর্জ্জুন মচা নিকখরে।
ঈনা পুমঙাং ঙাংতুনা মশা পুম্বা শিম্খরে ॥
অঙাওবগী মতৌগুম মাইগৈ শলাই খণ্ডদরে।
ময়াইকাবা মীগুম্না বুদ্ধি জ্ঞানশু য়াওদরে ॥
মতৌ অতু উবদা কপ্লে অর্জ্জুন নিংথৌদো।
নংবু উত্র কান্দুদা ঐনা করম লৈসিদে ॥
ঐনা হায়বা ইন্দবা মরমতুনা রারেদো।

গদা চৈথেং ফংলদা অঙাওবত্থম মাল্লেদো ॥
অমুক হন্না গদা পায় কালজয় চঙগক্লে ।
লান্দি তৌগে মথল্লি চুম্না লেপ্পা ঙমদরে ॥
গদাগী চৈথেং অত্থনা ঙাওবা ওইরমক্তদা ।
গদা পাইরে খুদক্তা হাইরে নাপল তৌত্থনা ॥
অমুক হন্না লক্ষ্মণ-না গদানমুক ফুরক্লে ।
গদা চৈথেং ফংবদা ঙাওরে লেপ্পা ঙমদরে ॥
লক্ষ্মণ-না-মুক হায়রকই তারো অর্জ্জুন মচা নং ।
অসিমক্তদা নহাক্লা হিংনি হায়না থনত্রা নং ॥
ননাও মঙা নহাক্কী মঙক তৎপা উরেদো ।
করি লনবু পুরগা নয়ুমদবু চঙনিদো ॥
ইচিন ইনাও হায়বসে প্রাণ মক্তা মান্নেদো ।
থনম্নগা মখোযবু করম নয়ুম হন্নিদো ॥
চন্দ্রকলা নচিন্না ননাই ওইগে হায়খিবা ।
গদাসিনা নচিন্দো ফুদেক্কেদো য়েংউবা ॥
নংগী মহাদেবসি করি তৌনি ঐঙোন্দা ।
তেন অনিদং চাবদ। কৈলাসদা চেনখিদা ॥
ঐগী লান্দা মহাক্তি কয়া কয়া চেনবনি ।
অত্থনা মিচং ওইরগা করি নাপল তৌগনি ॥
শিবনা হায় তারোকো হে লক্ষ্মণ নহাক্লা ।
ঐবু থিনা চৈরিবা করিগীনো নহাক্লা ॥
ঐদি ইনাই ভক্তনা খুত্থম চল্লি জগত্তা ।
লানসে ঙম্মে হায়রগা মকোক ওইয়ু নহাক্তা ॥

রাহৈ অসি হায়রগা কালঞ্জর নাক্তা চণ্ডলে।
গদা থম্মু শিরুং পায়য়ু শাওহুনা হায়রক্লে॥
ঐ সারথি ওইগে নং খুৎলাই পায়থৎলো।
দোলায় চিৈঙ্ভ তোংখৎলো তেন্দো হেক্তা থাজল্লো॥
শাওরে মহাদেবদে দোলায থক্তা কাখৎলে।
তেন্দো মপুন মপুন্নি দোলাযথক্তা থাঙ্গৎলে॥
জগৎ' মপু মহ ক্রা সারথিবু ওহরকপা।
করি অনুক হায়সিবা নোংথাংগুম্না থৌরকপা॥
শোরারেন্না হায়রকই বঘুমচা তাবরা।
হৌজিক ঐনা সারথি ওইনি নংগী খণ্ডবরা॥
মহাদেবনা সারথি কালঞ্জরগী ওইথ্রনি।
তারো পুকচেন চাওরবা ঐসে নংগী পক্ষনি॥
লক্ষ্মণ না হায তাবিয়ু দেবরাজ অচৌবা
রঘুবংশ' ইকাইজৈ মাচং যাংনা লান তৌবা।
মীচং য়াওনা লাংডম্না নিনথ্রগনি জগত্তা।
কৈদৌঙ্গুংদা তৌরোইকো অতুগুম্বা মিংচত্তো॥
পত্নীগীবু মপাদি ঐহাক্তাসু ইপানি।
দোলায় অমত্তদবু করম ঐগা ফমগনি॥
দোলায় তোংলে হায়রগা ডাকপিরম্মু তেঙ্গোলসি।
হাৎকে ঐনা লানসিদা কালঞ্জর হায়বসি॥
অতোপ্পা রা'মা হঙ্গৎকে পুকচেন চাওবা তাবিনি।
মঙ্গল ওইবা ওইদবা বিধাতানা তম্বনি॥
রাহৈ অসি হায়বগা দোলায়থক্তা কাখরে।

লিরী নাখোং ফংনচিং পুকচেল চাওব চঙঙক্লে ॥
লৈগী মনম নম্নবা তেন অমা হেক কাপ্পক্লে।
হুংশিরবা লৈনম্না ময়াম অহু শুমহৎলে ॥
চন্দ্রকলা লক্ষ্মণ গা দোলায থক্তা ভানমিন্নৈ।
পুক্লিং তপ্পা শোরারেন তেঙ্গোল সভা লৈমিন্নৈ ॥
থাদোক্লক্লে খুৎলায়শিং যুবরাজ লক্ষ্মণ-না।
য়েংজারদো শোরাবেন লক্ষ্মণ-গীদি লান্দুদা ॥
সূর্য্যবানবু কাপ্তুনা লান্মী কযা মাংহল্লি।
রথী কয়া অচৌবা মশিং নাইদ্রে মাংহল্লি ॥
অমুক হম্না শাওহ্নুনা পশুপাত তেন কাপলে।
তেন্দো মহাদেবনা অনিথোক্না *কথংলে ॥
উববদা লক্ষ্মণ-না হায়বে মহাদেবদ।
ঐগী তেন্দো ককথংলে উহন্দনা নহাক্না ॥
ক্ষত্রি মচাগুম্না নং মাংদা লেপ্পু লান তৌসি।
ভক্তনা খুহুম চন্দুনা উদ্রে নংন ঐহাকসি ॥
ব্রাহৈ অসি হায়হ্নুনা হুমাং ঈশিং লৌরক্লে
মহাদেব পানসন্নু অসি হায়না হুল্লক্লে ॥
অহু উবকপহৃদা মহাদেব চিংনরে।
* মহাবিন্দু নিংবগা মহাবিন্দু ওইথবে ॥
উরে চন্দ্রকলাদো মথুৎ অনি লোম্নরে।
মহাদেবগী মনাক্তা চিঙৈঙ হেক্তা চঙশল্লে ॥

---

*প্রলয়দগী লেমহৌবা মাঙোন্দগী হানাবিনবা লৈত্রবা বুহৎবস্তু অদু মহাবিন্দু কৌই।

শোরারেন্না হায়রকই মথুৎ অনি লোন্দুনা।
ঙসি ইক্ষাক নিপাসে পিবিরম্মু ঐরোন্দা॥
চন্দ্রকলা হঙ্গৎলি ইপুরোইবা নিঙ্গরি।
লক্ষ্মণ না হায় কিদবা পিনবিয়ু হায়ঙ্গরি॥
লুহোংবগী মতমদা শোরারেন্না পিরকপা।
তেনবুসিন ঙমজগে কালঞ্জর অকনবা॥
নংগী নিংবা থুংজরো মহাদেব লাউরক্লে।
রাহৈ অসি তাবদা যুবরাজ হরাওরে॥
অমুক হন্না তেন শংলে খৌনাফবা লক্ষ্মণ-না।
পৃথ্বী অসি উদরে পাইথোক্লকপা তেন্দুন'॥
কালঞ্জর মতমসি পঞ্চমুখ তেন শংলে।
মহাদেব শাওরক্লে চৈরত্থনা হায়রক্লে॥
পঞ্চমুখ থুংলায়দো নঙোন্দবু পিবদি।
বিষ্ণু অংশ নত্তবা ঙমজরোকো জগৎতি॥
হৌজিক বিষ্ণু অংশদা করি নংনা তেনথাবা।
যমগী লৈবাক য়োরনি খঙেঙা ন'না অওইবা॥
ঐদি চৎলে লৈহোরো কৈলাসদা য়োরগে।
নংনা করম তৌবগে অমুক ঐনা য়েংঙগে॥
অশাওবগা লোইননা কালঞ্জর তেন কাপ্লে।
লক্ষ্মণ' কাপ্লে ইন্দ্রবান তেন্দোংদগী শত্তোক্লে॥
পাইথোক্লকপা তেন অনি আকাশদা খুক্রমনৈ।
আতিয়া খেৎনা অনিসে তান্নবগুম পাইখৎনৈ॥
তারা লোক্তা য়োরক্লে অনিসিনা পাইরকপা।

ঙকপা ফংলে যেংবদা অনিসিনা শোক্লবা ॥
চন্দ্রলোকসু সূর্য্যলোক আনিসিনা কোইরক্লে ।
ইন্দ্রবান্না ঙমহুনা অমুক হন্না পাইরক্লে ॥
ইন্দ্রবানসি পাইশল্লি কালঞ্জব তমহুনা ।
মঙক তুবৎ কক্তুনা থাধখরে পৃথ্বীদা ॥
অককপা কোক অহুনা ওন্সল্লক্লে লক্ষ্মণ-দা ।
শাফু কন্না থেংলরে লক্ষ্মণ মাগী দোলায়দা ॥
মকোক্তুনা থেংবদা দোলায় অহু নিকখবে ।
মকোক অহু লক্ষ্মণ-না চিঙৈঙ হেক্তা ফারক্লে ॥
চেজেৎ কোল্লে হৃদিদা আকাশদা লংখৎলে ।
মোইবুং পায়বে লক্ষ্মণ-না কাম্লহুনা খোংলক্লে ॥
বথী পম্বা হরাওবে সিংহনাদ লাউরক্লে
পুংসু শেলসু যৈনক্লে নি থিবদা ওইবক্লে ॥
দোলায়দগী কুংথ.ব ক্ম্ব বংশ পাতনা ।
শোরারেনবু খুরুমগে লাক্লে পুক্লিং হরাওনা ॥
লেংশিল্লক্লে মতমসি য়োংনা জগোই শারক্লে ।
শওম তেঙ্গোল জগোয় শায় থোইনা হেন্না ফজরে ॥
যুবরাজ লক্ষ্মণ-দো খোঙনা লেঙিঙ মুংঙাইনা ।
মোইবুং খোংলে শোরারেন মঙ্গল ওইরে হায়হুনা ॥
শোরারেনবু উবদা লক্ষ্মণ বীর খুরুম্মি ।
মথুৎ অনি পায়হুনা আলিঙ্গনবু তৌরম্মি ॥
শোরারেন্না হায়রকই শোকচবদা শেংজরে
ঐবু নংনা শোকপদা পাপসু ভন্না চৎখরে ॥

নংগী অঙ্গ অসিদি শ্রীরামমক্কী অঙ্গনি।
মরমসিনা শোকপদা মহৈ য়াল্লে ঐহাক্তি॥
মতমসিদা লক্ষ্মণ-না সভা মযাই' ফম্মক্লে।
মচা মমৌ অর্জ্জুনগী কয়া মক্কম কপ্পক্লে॥
মচাশিংবু কোল্লগা অর্জ্জুন নিংথৌ কপ্পক্লে।
অরাবনি ইচাশা মথংশিংনা কৌরক্লে॥
কপ্প অসি তারক্লে কালঞ্জর' মচাশিং।
লান্দা কযা হৈরবা মপাঙ্গনদগু কনবশিং॥
ঐগী ইপা হাংখিবা অবন্যবত্থ কনানো।
চোংথোক্লকউ ইমাংদা হাংলগেদা কনানো॥
অর্জ্জুননা হায় ইশুশা মতিক্ চাদে লান তৌবা।
ঐখোয় পূম্বা চঙজসি রঘুবংশ অথোইবা॥
প্রজা পূম্বা খঙনবা লাউথোক্কনা তাক্লু।
অচা-অথক্ পুনবা অকন অথৌ চঙ সল্লু॥
তাবক্লেদো পাউ কযা কোম্নুংগী মী কয়াশু।
লালবু য়েংনিংমন্দুনা লাক্লে মুপী কয়াশু॥
মহাবাণী নিংথৌগী কালঞ্জর' মুপীশিং।
খুঠমনা শুই লাইবক্তা কল্লে নিংথেমৃমুবীশিং॥
মুপী ময়াম কপ্পরে, রণগঙ্গা ময়াইদা।
মচা কৌরে কপ্পক্লে কালঞ্জর' মমানা॥
জয়চন্দ নিংথৌনা মরৈবাক্কী ব্রাহ্মণদা।
লাচাউীদা লৈহল্লি নিংথৌসিনা কপ্পদা॥

কপ্পক্লে রসবতীনা, মবুংঙোগী চরণ কোন্দুনা ;
প্রভু করিগী থাদোক্পিরম্লে।
নংগী মুপীনা চামনি, লৈবাক্তা করম চেপ্কনি ;
মক্তুবা শয্যা থাদোকপিবম্লে ॥
নচা ময়াম্মা কপ্লিবা, করিগী নংনা খুমত্রিবা ;
ওন্দুনা রসবতী কপ্পক্লে।
তপসী লক্ষ্মণ-গী তেন্দা, কক্তুনা তারে লৈবাক্তা।
মরোন্ অন্থমদা নিনথ্রনি খঙ্লে ॥
নংনা লান্দা শিরবদা, তেঙ্গোন ময়ামসে কাইবেদা
ইকু নিংথৌ ঙাওহনা কপ্লেদো।
কোন্থংগী মীয়াম্মা কৌবা, প্রভু নংনা তাবিত্রবা ;
বিধিনা ওইওইনৌবু তাম্লদো ॥
নংঙোন্দা ঐনা হায়বনি, লক্ষ্মণ অসি গুণ লৈবনি ;
নংনা হায়খিদো সেবককুম্বনি।
হৌজিক্তি লানাসদা ভুরে, ঐগী রাবদা ওইজবে ;
সিদবু করম নাপন্ তৌগনি ॥
চন্দ্রকলা লাইবক্ ফৈদা, জগৎকী মপু ফংজৈদা ;
রঘুবংশদা মকোক্ ওইগ্রেশে।
মতমসি অর্জ্জুন নিংথোদো, তেঙ্গোন্ সভা লোয়নরেদো
লক্ষ্মণ চরণ চঙজবা লাক্লেদো ॥
ময়ামগী মাংদা নিংথৌনা, চৎলিদো মচা কোন্দুনা ;
ভুংদা মহারাণীশু ইঞ্জেদো।

দোলায়দগী কুমথরক্লে, প্রজাশিংগা লোইনরক্লে ;
অথেমপোৎ পুবা মাংদা চৎলিদো ॥
লক্ষ্মণ-গী মাংদা য়োবগা, তরেৎলক্ হন্না কোইরগা ,
ঙাকপিয়ুকো হায়না হায়জরকৃই ।
ইচা মুংশিবগী প্রেম্না, ঐসে খাঙ্বা ঙমৃদ্রহৃনা ;
নত্তুং ইনগে ঐসে লাকচরকই ॥
জয়ছন্দ নিংথৌ ওইরবা, রসদা খঙ্বা ওইরবা ;
পদদগী লাচাডৌদা লেংঙকপা ।
ভবাণীনাথনা লেংবা, রসনা পূন্‌বা ওইরবা ;
তাবদা যম-না চঙবা ঙমৃদ্রবা ॥
পুণ্য চেল্লবা মীতৃনা, অধ্যাত্ম রামায়ণ সিদ ।
নাকোং পেন্না তাজবা মীতৃনা ।
লনশু মচাশু ফংজবা ; মানা মানা নিংজখিবা ;
লেপ্ন পিবি মীতৃগী প্রভুনা ॥

হনুমান্না হায়রকৃই অর্জ্জুন নিংথৌ খঙ্লোদা ।
ঙাকৃপিরনি অরান্‌ৎ, রঘুমচা লক্ষ্মণ-না ॥
লক্ষ্মণ-না হায় তাববা অর্জ্জুন নিংথৌ নহাকপু ।
চঙ্জরবা নহাক্তি কিরগনু ঐহাকপু ॥
রাহৈ অসি তাবদা অর্জ্জুন নিংথৌ খুরুম্লে ।
লক্ষ্মণ-মক্কী মথৃৎনা পানা খুদপ্ পিবিরে ॥
রসবতী শাওহৃনা লক্ষ্মণ-দা 'মুক্ হায়রক্লে ।
করি মতৌ কৌবগে, ঐবু নংনা মাংহল্লে ॥

নোংশাগুম্বা মহাক্কী মনাই ঐসে মাংজবে ।
ঐগী ইচা মুপানা নিংথৌ ওইবা পামজরে ॥
চরণ সেবা তৌড়ুনা লোইনবিযু ননাইনি ।
নিংথৌ ওইবা ইচানা পুন্নমকসে নংগীনি ॥
রসবতী' হাযরকৃই বযুমণি লক্ষ্মণ-না ।
কপ্পা তোক্লো সতী নং নযুম্ যৌরো চত্তুনা ॥
নংনা থনবা রাখন্দো ঐনা ভন্না খঙলেদো ।
রাখল অমা ঐহাক্না খল্লবোইকো জগত্ত ॥
চন্দ্রকলা মাংসিদা লৈবিবসি উদবা ।
অরাবড়ুম ফংগনি কবি তৌরি কিদবা ॥
রাহৈ অসি হাযড়ুনা, বিদায পিবে লক্ষ্মণ-না ।
রসবতী মচাগা হল্লক্লেদো মযুমদা ॥
শোবাংনেশু হনখবে মাগী কোহুং যৌখবে ।
সিংহাসন্দা নচ দো অভিষেকপু তৌবিবে ॥
অর্জ্জুন নিংথৌ হল্লক্লে লক্ষ্মণ বীর মন ক্তা ।
মফমসিদা অহিংসি লেল্লে তেঙ্গোন হুংঙাইনা ॥
রামগী ইতিহাসসে থাজনবু তাববা ।
ব্রাহ্মণ তবা হাৎপগী পাপ্তো কোক্পা ওইববা ॥
ইতিহাস রাবাসে নিংথৌ জয়ছন্দনা ।
মাওইবনা খঙনবা লেংঙি পদ ওইড়ুনা ॥

লোইরে মতাং অাসদা, শ্রীপ্রভু রামচন্দ্রগী অভিবেক্তোদমক্তা যুবরাজ লক্ষ্মণ-না, নোংপোক্ বিজয় লাকপদা, সারসত দেশগী অর্জ্জুনগী মচা কালঞ্জর হাত্তুনা লান লোইবগী মরিত্তবা মতাং ।

# মঙাশুবা অধ্যায়

## কালদন্তগা লান তৌবা মতাং

যুধিষ্ঠির নিংথৌনা অমুক মথুং লোম্নৈজে।
তোপ্পা খরা লানগী রা তাজগেকো হঙ্গৈচে॥
মথুং লোম্না লোম্ননা ভীম ধনঞ্জয় হঙঙকই।
কালদন্তগী লানগী রা হায়বিরকউ মহাশয়॥
অমুক হন্না হায়রকই মহামুনি ব্যাসনা।
নোংঙানবগা স্নান তৌরে সন্ধ্য সভা লোইননা॥
চাবা থকপা লোইনবে সাজন ঙম্না তৌনরে।
মচু কয়া লৈতেংবা দোলায কয়া থৌরক্লে॥
সিংহনাদ তৌরক্লে নিংথৌ মচা ময়ামদে।
যুবরাজ লক্ষ্মণ-গী থৌগল ঙম্না তৌইদো॥
খরা চৎলে য়ৌরক্লে কালদন্ত দেশদা।
সন্ধ্য সভা হরাওই কোম্নুং অহু উবদা॥
অসিগুম্বা কোন্নুংসে করি হায়নি ফজবা।
যুবরাজ ঙকখরে কোন্নুংথুগী ফজবা॥
খুদক্তুদা লক্ষ্মণ-না সহস্র অর্জ্জুন কৌরকই।
অর্জ্জুন নিংথৌ তাবগা চিঙৈঙ হেক্তা মরাকই॥
মথুং অনি লোন্দুনা মাংদা হেক্তা লেপ্পরে।
কাবগীবু কৌবিবা তাকপিয়কো হঙ্গৎলে॥
লক্ষ্মণ-না হায় হে অর্জ্জুন তারো ঐগী রাহৈসে।
মাংদা লৈবা কোন্নুংসে নিংথৌ কনাগীনোসে॥
কোন্নুংসিগী মীওইসে পুণ্য চেনবা লাইগুম্নি।

উরবদা অভকপা পোকখয়েদো ঐহাক্তি ॥
অর্জ্জুন-না হায় ভাবিয়ু যুবরাজ অকনবা ।
কালদন্ত নিংথৌগী লৈবাকনিকো অথোইবা ॥
মাগী মগুণ রারমদো খরা হায়গে ভাবিনি ।
মাগী লানগী মায়োক্তা লাই হিংচাবা চেনবনি ॥
ঐসু মাগী লান্দুদা মায়থিখিদো মমাংদা ।
মাগী থোংদা অকনবা কয়ামরুম থম্মিদো ॥
শোরারেম্না ভমত্রবা অসিগুম্বা কোম্নুংনি ।
ঐখোই লাইবক থিবনা কোম্নুংসিদা থুংবনি ॥
লানসে চঙবা হায়বহু ঐগী শক্তি লৈজেদা ।
অহানবদা ননাইনা হঙ্গচ্চরি প্রভুদা ॥
সুমিত্রাগী মচানা রাহৈশিংসি তারক্লে ।
স্বর মপী হোন্দুনা নয়ন অনি উইশিল্লে ॥
হনুমানসু রা ভাংদে অঙ্গদসু রা ভাংদে ।
মন্ত্রি অকন অথৌশিং ভুমিন লৈরে রা ভাংদে ॥
কনা মত্তা রা ভাংদে তেঙ্গোল সভা ময়াইদা ।
নয়ন অনি পাংলক্লে যুবরাজ লক্ষ্মণ-না ॥
চন্দ্রকলা হঙ্গৎলি প্রভু করি শুঙবঙবা ।
মাগা তৌবা লান্দবু করি পুক্লিং কিবিবা ॥
মহারথা অপুম্বা পাঙ্গল শোন্না উরেদো ।
রঘুবংশ শাগৈদা করি মিংচৎ থিনিদো ॥
ময়াম্বুংনা রাম-নি বিষ্ণু অংশ নংনিকো ।
তেনগী মশক ঐহাক্না নংগী নতুং ইজিকো ॥

তেনগী মথৈ রাংলরোই সংশারবু ওয়িদা।
শমদা নত্তে ইবুকন্সু তেন্না ভারী লৈরিদা॥
চহি চামা লানতৌবা তেন্দি রাংপা লৈহল্লোই।
ইবুংঙোবু ওম্বা মী পৃথ্বীসিদা লৈররোই॥
ইপানা ওই শোরারেন ইমা শচী সতীনি।
মাগী মচা ঐহাক্কি করি চিংনবিগনি॥
ঐগী হকচাং অপুম্বা তেনগী মশক ঙাক্তনি।
লিরুং পায়বা চংখোনবা ননাই ঐবু খঙবিনি॥
দোলায় থক্তা ননাইনা কাল দৃষ্টি য়েংগনি।
চামা চামা অকনবা লান্দা শোইরোই হাংকনি॥
লিরুং তেন্দো পায়হুনা সঙ্কাস্ত হেক্তা তৌবিয়ু।
কালদস্ত নিংথৌসে মাঙহনগেকো য়েংবিয়ু॥
পৃথ্বীসিদা রাম-না পোক্লমদাইগী মতমদা।
রামচন্দ্র প্রভুনা হায়বিখিদো ঐঙোন্দা॥
* অজনিসম্ভব ওইনা লৈরম্মুকো বন্দুদা।
লৌরসমু লক্ষ্মণ-না লুহোংহুনা লান্দুদা॥
নংগীদমক ঐহাকসে তেনগী মশক ওইরিদো।
য়াম্বুং রামচন্দ্রনা ঐখোই মীচং ওইরিদো॥
শত্রুঘ্ন-না ইনাওনি লিরুং তেন্দা হৈরবা।
খুংলায় কয়া রাংলরোই ঐসে নংগী ওইরিবা॥
বিষ্ণু অংশ ইবুংঙো মরোল অহুম ফাওরিদো।

* মমা রাওনা পোকপবু অজনিসম্ভব কৌই।

লানবু তৌরো ইবুংঙো থাদোকপিরো রাখলদো ॥
মোমোন নোক্লে লক্ষ্মণ-না চন্দ্রমুখী তারোদো।
পৃথ্বী অসি বিন্দুগুম ঐগী মিত্তা উরেদে। ॥
তেন অমনা ঙম্লগে পাতাল ভুবন লোইনমক।
উচেকুম্না উরেদো অকনববু পুম্নমক ॥
স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতালফাও ঐগী ইখ ঙাক্তনি।
জগৎ অসি ঐহাক্কী ইখা থাবা ঙাক্তনি ॥
খুৎলায় অম' জগৎসে ঙম্লগনি ঐহাক্না।
শংসারদা পোকপদি অমুক শিনি শোইদনা ॥
ঙসি সিমা হোৌখরে হয়েং অমুক ফংলনি।
জগৎ ঙম্মি থনবদা মতিক চাবা ঐহাক্নি ॥
মরম অসি লৈবনা কবি কিনি ঐহাক্না।
চন্দ্রকলা' হঙ্গৎলি শাপ্না মরম ওইবনা ॥
জ্ঞান্দো অমুক মাংবনি হঙ্গচ্চবি ননাইনা।
লক্ষ্মণ-না মুক হায়রকই তাও চন্দ্রকলা নংনা ॥
করি শাপ্পু লৈথিবা হাযযু প্রিয়ে খঙলদি।
চন্দ্রকলানা হঙ্গৎলি সত্যযুগকী কান্দদি ॥
অবতার তৌবিখি নরসিংহ রূপ ওইনা।
নোংশাগী লালাউ লাউবকই শাওরহ্ননা প্রভুনা ॥
গর্ভাবতী ব্রাহ্মণী গর্ভপাত ওইখরে।
উরবদা ব্রাহ্মণ-না শাওরে শাপ্পু তৌখরে ॥
মরম অহু লৈবনা কাওই প্রভু রামনা।
ভগবান্নি হায়বদো কাওই প্রভু নহাক্না ॥

রামগী অংশ তঙ্খাইনি মরমত্থনা কাওবনি।
লক্ষ্মণ-না হায় হৌজিক্তি নিংশিংলক্লে ঐহাক্তি॥
নংবু নত্তরবদি মহৈ য়াল্লম্মোইদৌই।
নংসে থোইদোকপা মায়া ঐগীনিকো হায়রকই॥
কাওখ্রবনি থৌথোকসে নংনা ঐবু খঙহল্লে।
হন্দকী লান অসিদা নংনা ঐবু কনবিরে॥
নংনা রারী শাত্থনা শন্দোক্লবু খঙহল্লে।
ময়াদগী তেন অনি চন্দ্রকলা' শস্তোক্লে॥
শস্তোক্লকপা তেন অদে মৈগুম্নমক ঙাল্লক্লে।
স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতালফাও য়োৎকদগুম তৌরক্লে॥
উরবদা ময়ামদো হাহাকার লাউনরে।
হনুমানসু ঙকখরে অঙ্গদসু ঙকখরে॥
থৌথোক অসি উবদা লাইয়াম পুম্বা ঙকখরে।
থরাই য়াওনা লক্ষ্মণ না তেন অত্থমক লৌবিরে॥
থৌজাল মিৎয়েং য়েংবিবে চন্দ্রকলা তেঙ্গোন্দা।
অঙকপগা লোইননা হুংঙাইবক্লে তেঙ্গোম্না॥
সন্য সভা ময়াম্না থাগৎনবে দেবীবু।
লক্ষ্মণ-না মুক হায়রকই য়েংবিত্থনা অর্জ্জুনবু॥
হনুমান্দো কৌরকউ ঐহাকী মাং অসিদা।
কৌরে হনু অর্জ্জুন-না থুংলরেদা মাংত্থদা॥
তেঙ্গোল সভা লক্ষ্মণ-দা চপমান্নানা থুরুম্লে।
মথুৎ লোম্নৈ ময়ামদো লক্ষ্মণ মাংদা লেপ্লক্লে॥
লৈগী পরেং পাম্বা উই পিরে কন্যা লক্ষ্মণ দা।

লৈগী পরেং লৌরগা হুকহনখরে অর্জুনদা ॥
হনুমন্ত অঙ্গদ লৈগী পরেং হুকখরে।
অহুদগী নিংথৌশিং মথুৎমক্তা পিবিরে ॥
ময়াইহুদা লক্ষ্মণ লৈ নিংথৌমচা' কোইশল্লে।
থল্লানগীচাক মরক্তা পূর্ণিমা থা ঙানগুল্লে ॥
নিংথৌ সভা য়েংলগা হায়রকইদো লক্ষ্মণ-না।
কালদন্ত লানসিদি কনগদৌরি থোক্টদোক্লা ॥
লান তৌরকপা কান্দদি পুক্লিং কিরোইদবনি।
লানগী বার্ত্তা খঙহনবা নথোই কনা চৎকনি ॥
ল্লাহৈ অসি তাবদা তুমিন মরু লুকনল্লে।
বালিমচা কল্লবা রাশক্তুনা হায়রক্লে ॥
সত্য ঐহাক চৎচগে কালদন্ত কোম্লুংদা।
রাশক্তুনা হায়জরি রঘুমণি মাংসিদা ॥
অঙ্গদগী রাশকপা তারবদা লক্ষ্মণ-না।
অঙ্গদবু কোনবিল্লে শ্রীহস্তদি অনিনা ॥
সারথিনা দোলায়দো সাজন তৌরে নিংথিনা।
দোলায়থক্তা কাখৎলে চিঙৈঙ হেক্তা অঙ্গদ ॥
তেঙ্গোল লক্ষ অমনি মাগী মতুং ইল্লিবা।
সিংহনাদ লাউরক্লে তেঙ্গোল সভা অপূর্ব্বা ॥
লৈরম্লিবা খুঙ্গংগী মীয়াম পূম্বা কিনল্লে।
খুঙ্গং প্রজা অয়াম্বা কাইহুনা হেক চেম্লরে ॥
মতৌ অসুম প্রজাশিং পূম্লিন নিম্নরক্লেদো।
প্রহর অনি হৌথরে নিংথৌ থোংগাল য়োরেদো ॥

য়োংগী তেঙ্গোল অপুম্বা চিংকারনাদ তৌরক্লে।
থোংশংবনা থিংখরে থোংদা চঙহনখিক্করে॥
য়োংগী নিংথৌ চোংশল্লি বালিমচা অঙ্গদ।
ফুক্তুনা হেক লংশিল্লি নাক্ত হৌবা উশিংদো॥
হা হা কার লাউহুনা থুঙ্গং প্রজা নিনখরে।
মফম থণ্ডবা লৈতনা প্রজা কয়া চেম্নরে॥
অহানবা থোং কাইহুনা অনিগুবা থোং য়োরে।
ঙাক্লল্লিবা রথীশিং খুদক্তুদা হাংখরে॥
য়োংগী তেঙ্গোল ময়ামদো লৈপল থক্তা চোংখৎলি।
মুমদা লৈবা পুম্নমক য়োংবু য়েংগে চেল্লক্লি॥
কোম্নুং মুপী অঙাংশিং য়েংনিংহুনা থোরক্লে।
য়োং য়েংনিংবা মুপীশিং শঙ্গু ওইনা থোরক্লে॥
মশম পুনবা নংদরে চেম্নরক্লে মুপীশিং।
মচা লৈবা কাওনৈদো চেম্নরকপা মুপীশিং॥
মুপীশিংগী মাইগৈদা য়োংগী তেঙ্গল চোংশল্লি।
মমাইশিংদো খোদৎলে নাতোন কয়া খোদৎলি॥
কনাগীনা মায়োক্তা চোংশন্দুনা খোদৎলি।
কনাগীনা মশম পায় লাক্তুনদি চিংশল্লি॥
নিংথেম মুবী কয়াস্থু কুমৈ য়েংবা থোক্লম্মি।
মতমহুদা প্রজাশিং কাইহুনা হেক চেল্লম্মি॥
অঙ্গদনা লাউরকৃই চৎলো চৎলো কোম্নুংদা।
লক্ষ্মণ লাকই হায়হুনা তমজক্লচো নিংথৌদা॥
লাউনবসি তাবদা সমকাস্ত থোরক্লে।

দোলায় হেক্তা তোংখৎলি খুদক্তুদা থুংলরে ॥
লিরুং তেনবু পায়খৎলে শদ্ধান হেক্তা তৌরক্লে।
নাগপাস কাপ্তুনা য়োংয়াম হেক্তা পুল্লক্লে ॥
সমকান্ত শাওতুনা অমুক হন্না তেনশৎলে।
অঙ্গদগী হকচাংদা তেনবু চামা থাখরে ॥
নাগপাস কাপতুনা অমুক হন্না পুল্লকই।
নিংথৌ মনাক য়ৌনবা পুল্লতুনা পুরকই ॥
নংবু কনা ওইবনো সমকান্ত' হংঙকই।
উশিত্তুনা নহাক্লা ঐগী লৈবাক চঙঙকই ॥
ঐগী লৈবাক থুগাইবা মরম করি লৈগনি।
অঙ্গদনা খুম্মকই ঐসে বালি মচানি ॥
লৈবাক্ কয়া ঙম্তুনা থুংলরেদা লক্ষ্মণ না।
লৈবাক্সিদা থুংলরে অযাম্বা জয় তৌতুনা ॥
প্রভু রামচন্দ্রগী অভিষেক্কৌদমক্তা।
সহস্র অর্জ্জুন্ হনুমান লে'ইনরক্লি খুদক্তা ॥
শিংথাবদা ঙমত্রবা নিংথৌমচা য়ামখ্রেদা।
পুজবক্পা নিংথৌনি ঙম্লক্তুনা লান্দুদা ॥
লানবু তৌবা নত্রগা চঙজসিরা খন্নরো।
নিংথৌ য়াখং লৌরগা ঐঙোন্দা মুক হায়রবো ॥
রাহৈ অসি তারগা অঙ্গদ লোইনরকই।
মখোঙ থাংবা থোকখিদে পুম্নমকসে খল্লকই ॥
মায়থোং লাংশল্লতুনা নিংথৌনাক্তা চঙলকই।
সুমিত্রাগী মচাদো দেশসিদা য়ৌরকই ॥

লাক্লিবসে অঙ্গদ বালি নিংথৌ মচানি।
লৈবাকসিদা য়োং অসি ছত্ত ওইহনা লাকপনি ॥
থোংশঙবা কয়া মহাক্না হাৎখ্রবনি খুদক্তা।
কোম্নুং জুপী কয়াস্থ চেম্নরকপা কান্দুদা ॥
তায়হুনা ঐহাক্না চৎলে মাগা থেংনৈদা।
নাগ পাস' পুন্দুনা পুরক্লিদো মাংসিন্দা ॥
মরম পুম্বা খঙহনা লানগী রারম হায়খ্রসি।
কিরপ তৌনা উরক্লে সমকাস্ত মচাসি ॥
তারবদা হায়রক্লে নাপন তৌনা নিংথৌনা।
মচা' রাঙাং অপুম্বা খল্লুরগা নিংথৌনা ॥
ঙসি লানবু তৌরগা রঘুবংশ ঙমগেদো।
হনুমান্না চিংলবা লান্দা ঙম্না হাৎকেদো ॥
ঙসি যমগী থানাদা মখোই পুম্বা থাগনি।
ঐগী শাগৈ অপুম্বা লক্ষ্মণ-সিনা হাৎপনি ॥
হনুমান-না মৈ থাথি লঙ্কা কোম্নুং ফজবা।
মাবু হাৎকে হন্দক্তি খঙগনিদো মৈথাবা ॥
লক্ষ্মণ মকোক অহনা ভবাণী পুজা তৌনগে।
রাম নারাণ লাক্কনি মহুদা ঐ থেংনগে ॥
রাম-গবু লোইননা শক্রুঘ্নস্থ লাক্কনি।
মকোক অহু কক্তুনা মহাদেব কৎকনি ॥
মহাদেব পেনগনি মঙ্গল বর পিগনি।
সমকাস্ত' হঙ্গৎলি ওইথোক্তবা রাফম্নি ॥
জগৎসিঙ্গী মপু রাম মতিক চাদে লানগিদা।

পাবুং নিংথৌ চণ্ডজসি ঐনা অসুম খনবদা ॥
মাবু শুম্বিনবদি লৈতে পৃথ্বী মপোন্দা ।
জগৎসিগী মপুনি পূজা তৌনৈ জগত্তা ॥
সনা লুপা লোইননা কৎসি মানা পেন্নবা ।
নত্ত্রবদি ঐহাক্তি চৎনি দেশ অতোপ্পা ॥
তাবিদবা তৌবিমু যমগী থানা য়োজনি ।
য়োং অমদি উবদা থক থক নিক্লে খণ্ডবিনি ॥
কনা থাংনি লক্ষ্মণ-গী গাণ্ডিবগী মমাংদা ।
অহল ওইরে হরিগী সেবা ইরি বেদদা ॥
থুংবিররে শ্রীহরি ইমাংসিদা লেপ্পরে ।
মচাগী রা তাবদা নিংথৌনমুক হায়রক্লে ॥
ঐগী যুমদা ফত্ত্রবা ইচা অসি লৈররে ।
পামুইদকো নহাকসে খল্লুবদা চাকখরে ॥
ক্ষেত্রি ওইনা পোকপা নং কারি লক্ষ্মণ কিরিবা ।
লৈরিভৈদা গর্ভদা শিখিবদি কৈদৌবা ॥
বন্দা চৎলো লিরুং তেন থাধখরো ঈশিংদা ।
পাপী চৎলো হৌজিকমক লৈবিরমু অম্বায়দা ॥
মন্ত্রিনা হায় তাবরা মচা ইবুংঙো নহাকপু ।
অকনবনা হায়হৈদে পাপকী রানি নহাকপু ॥
য়োং অমা হেক উবগা অতুক য়াম্না কিরিবা ।
নংদি নিংথৌমচানি শাগৈ সিগী ওই মাংবা ॥
নিংথৌনা হায় নহাক্তি মফমসিদা লৈরমু ।
শগোলশংদা পুল্লুকো অঙ্গদসি থাখিমু ॥

রাহৈ পুম্বা তারেদো বালি মচা অঙ্গদ।
তারো নিংথৌ ঐগী রা হায়রক্লেদা অঙ্গদ॥
নংগী কননবতা হায়বা নংনা লৌদরে।
পূজা তৌনি ভবাগী য়েংগেদনা হায়রক্লে॥
ঐবু পুম্মি হায়বদো পাঙগন কনবা কনানো।
মহারাজ আজ্ঞা তৌ চৎলগেদা করিনো॥
রাহৈ অসি তাবদা ছুতনা থৌরী পুরক্লে।
অঙ্গদগী মশাদা থৌরীহুনা পুল্লক্লে॥
পুল্লিবদো থদংলে বালিমচা অঙ্গদ।
থৌরী অমুক পুল্লক্লে অমুক হন্না পুল্লেদ॥
অমুক হন্না থদংলে বালিমচা অঙ্গদ।
খিরকপদা থৌরীদো লৈরক্তরে কোন্থংদ॥
লৈবাক্তুদা লৈরিবা থৌরী গুন্না লোইরক্লে।
পুল্লুবগা থদংপা থৌরী মতা লৈতরে॥
মিপাইনরে লানমীশিং অঙ্গদবু উবদা।
সমকান্ত নোক্লেদো করিদোরে য়োংহুদা॥
য়োং অমবু পুন্নবা থৌরী অমতা লৈতরে।
লান তৌনি হায়বিবা য়োংরামদদি কমদোরে॥
নিংথৌনা হায় চৎলো নং সভাসিদা য়াওরহু।
জগৎসিদা উদরি য়োংসে সিদ' থম্লহু॥
থৌরী লৈত্রে পুন্নবা ঐগী লৈবাক অসিদা।
লান তৌবদা তারেদো থগুহল্লুরো লক্ষ্মণ-দা॥
বিদায় তোরে অঙ্গদ রাহৈ অসি হায়হুনা।

হন্নক্লেদা অঙ্গদ মাইথোং ইমক মকসিন্না ॥
অঙ্গদবু য়েংত্থনা তেঙ্গোল সভা লেপ্লম্মি।
উন্নবদা মুংঙাইরে খল্লুবদা ব্রায়ম্মি ॥
মাইথোং নোংপোক ওন্দুনা যুবরাজ কম্নমই।
শ্রীমুখদো উবদা চিংঙৈ হেক্তা চওঙকই ॥
শ্রীচরণবু শোক্তুনা প্রণাম তৌনা খুরুম্মি।
মখুৎ অনি লোন্দুনা তাবিযুক্তো হায়রম্মি ॥
কালদন্ত লোইননা লানসে তৌবমতারে।
অহানবগী থোংত্থদা ননাইগা লান তৌজরে ॥
দ্বার পালদো থাখরে যমগী লৈবাক য়ৌখিদো।
মনাইশিংগা থোক্লকই ঐবু য়েংবা রাণীদো ॥
সুপী অঙাং খাক্তনা ওন্না থোরকপনিদো।
লাম্দা ঈথক হৌত্থনা অত্থম হেক্তা চঙিঙদো ॥
হাৎনবত্থু উবদা সুপী ময়াম কাইনরে।
চেন্নবগী মরমসে মহারাণী খঙলক্লে ॥
লাউনা নিন্নবত্থদা সমকান্ত থোরক্লে।
নাগপাস' পুন্দুনা ঐসে মানা পুশল্লে ॥
তারবদা হায়রকই কালদন্ত নিংথৌনা।
ভবাণী পূজা তৌগনি লক্ষ্মণ মকোক অত্থনা ॥
রামগী মকোক অত্থনা মহাদেব কৎকনি।
পূজাগী ফল অত্থনা মরোল অত্থম ওমগনি ॥
সমকান্ত মচানা রাঙাং পূম্বা ককথৎলি।
উশিত্তনা ঐহাকপু থৌরী ময়াম পুনশল্লি ॥

ঐগী পাম্বোম পাঙ্গম্না থদত্তু্না লংথোক্লে ।
অমুক হন্না থৌরীনা ঐহাক অন্দি পুনশিল্লে ॥
থদত্তু্না হুন্দোক্লে সভা ময়ায় অতুদা ।
থৌরী অমত্তা লৈতরে মাগী কোম্নুং অতুদা ॥
সুংশিংকী মচা হনুমান রাঙাং অসি তারক্লে ।
শাগৈ মৈত্তান অসিবা অঙ্গদদা হায়রক্লে ॥
পূজা তৌগে ভবাণী হায়বা মচিন অতুবু ।
থম্মমতুনা লাক্লিবা অতুগুম্বা মীতুবু ॥
নংগী নমাং অতুদা রাম লক্ষ্মণ চৈবমক ।
তারক্লিবা নাকোংদো থদংকনি হৌজিকমক ॥
অঙ্গদনা হঙ্গংলি রঘুমণি তাবিয়ু ।
অসুক থিনা নমাংদা হায়রিবসে য়েংবিয়ু ॥
লক্ষমণ-না হায় বাপু নং মতিক চাদে নিংথৌনি ।
বালি মচা অঙ্গদ লান্দা পণ্ডিতকুম্বনি ॥
মতিক চাদে মহাকা য়েংনবহু কত্তেদা ।
মখুং পায়রে লক্ষ্মণ-না ক্ষমহল্লিদো অঙ্গদ ॥
নিংথৌশিংনা হায়রকই য়েঙগু্ য়োংগী লাইবকসে ।
মখুং পায়বি লক্ষ্মণ-না ক্ষমহল্লিদো তৌরিসে ॥
মীওইনদি পোক্লগা ঐখোইসিদি তোল্লিদা ।
য়োংদি ওইরে হায়রগা লাইগুম্নমক ওইরেদো ॥
অতুদগী লক্ষ্মণ-না য়াথং পিরে ময়ামদা ।
মকোক ওইবা রথীশিং ওন্না শাজন তৌরেদা ॥
অর্জ্জুন-না হায় তাবিয়ু মহামুনি লৌবিয়ু ।

খজিক শমগে নিংবদা ইকোকচাবা শকপিথু ॥
ব্যাসনা হায় ঐহাকস্থ বিশ্বামিত্রদা তশ্মি।
মানা তাকপা চিথরোই নারাণ-দা শাখি থশ্মি ॥
অকনববু পুন্নমক লোইনা সাজন তৌনরে।
শঙ্খ ঘণ্টা সিংহনাদ তেঙ্গোল সভা লাউনরে ॥
মতমসিদা লক্ষ্মণ-না হুমিৎ কৌরে হায়রক্লে।
নংগী হুংশা মেংহল্লু ঙসি লানসি হায়রক্লে ॥
হুংশিৎ কৌরে হায়রক্লে যুবরাজ লক্ষ্মণ-না।
ঙসি লানবু অসিদা তপ্পা শিৎলু নহাক্না ॥
গঙ্গা কৌরে হায়রক্লে যুবরাজ লক্ষ্মণ-না।
ঐনা ঈশিং থৌরাংবা চিন্দা ইল্লু নহাক্না ॥
চীং কৌরে সমুদ্রস্থ হায়রক্লেদা লক্ষ্মণ-না।
ঙসি লানসে ঙমসিকো নখোই পুম্বা য়াওহনা ॥
মাইগৈ মরি লাইশিংবু কৌরে হায়রে লক্ষ্মণ-না।
ঙসি লানসে ঙমসিকো নখোই পুম্বা য়াওহনা ॥
লঙ্কা রাবণ নিংথৌনা নখোই থিনা লাক্লেদো।
মেঘনাদ হাশুনা নখোই নয়ুম হল্লিদো ॥
তারবদা ধনঞ্জয় অমুক হন্না হায়রকই।
মখুৎ অনি লোন্দুনা নোল্লুক্লবু হায়রকই ॥
ওইথোক্লবা রাফম্থু তাজরেদো নাকোংদা।
সমুদ্র চীং হুমিৎস্থ কৌই রাবু হায়বিদা ॥
জগৎসিদা মহাক্কী থৌরাং অসি লৈররোই।
যুগ খুদিং ঐহাক্না মাগী চরণ খুরমই ॥

অনন্তদা চেপ্লিবা গরুড়বু তোংবিবা।
সংসারদা পোকপিবা কল্পবৃবু লানবিবা॥
তারো পার্থ হে অর্জ্জুন মতৌ অসুম তৌহ্না।
সাজন তৌরে তেজোলশিং লৈরে হনু হুংঙাইনা॥
বালিমচা অঙ্গদ য়োংয়াম পৃষ্ঠা লোইনরে।
কনা অমা চামর হুম্মি কয়া নিংথিরে॥
য়োংয়াম অহু লঙ্কাদা চোংনরক্লে হুংঙাইরে।
লঙ্কা নাকল অনিদা হৈনম লৈনম হুংশিরে॥
কালজীত নিংথৌগী শগোল মচু অঙৌবা।
দোলায় মাইগৈ মরিদা ফিরান থেৎলি অঙৌবা॥
ধূম্রকেতু নিংথৌগী ফিরান মৈথু মচুনি।
মাগী শগোল অহুনা হুংশিৎকুম্মা য়াংগনি॥
চন্দ্রধরা অকনবা মাগী শগোল ঙাংঙিদো।
দোলায় হুনা চীংগুম্মি ফিরান্তনা কোইরেদো॥
চন্দ্রকেতু নিংথৌগী ফিরান থাবন্ মচুনি।
মেঘবর্ণ দোলায়দো মৈরিককুম্মা লংবনি॥
শ্রীচন্দ্রসেন অকনবা কৌশল্যাগী মোপ্‌্যাদো।
থম্বাল মনা মাল্লবা ফিরান থেৎলি দোলায়দো॥
লগ্নজীত নিংথৌদো লাম্মী কয়া পুরকই।
নিংথৌমচা ময়ামদো উরবদা নোক্লকই॥
দোলায়শিংসু অমুবা ফিরানশিংসু অমুবা।
ইচিন অমা অসিনা ঙম্নরোইকো শিংথাবা॥
সুদাম কৌবা অকনবা থুংলরেদা হুংঙাইনা।

তেজোল ময়াম নিম্নরি সমুদ্র ঈথক কাণ্ডন্না ॥
পর্ব্বতীয়া নিংখৌদো মাগী বাহন অহুনা।
নাপু মচু মাল্লবা দোলায় তোংঙি মহাক্লা ॥
শগোল অহুগী মচুদি সনা মচু মেমান্বা
মক্তুরবা ফিরাম্না হাইনা হুম্না ফজব ॥
দোলায় তোংবা অকনবা লিরুং পায়বা রথীনা।
দোলায় মাইগৈ মরিদা লেপ্পি লক্ষ অনিনা ॥
পঞ্চ সন্ধি পুংজাওনা য়ৈরক্পবু মখোন্না।
লান্মীশিংগী নাকোংদা তারক্লেদো মুংশিনা ॥
জগোই শাবী চামানা শারে ইশৈ লোইননা।
বীণা যন্ত্র অয়াম্বা নিম্নখরে য়ৈহুনা ॥
অতোপ্পদগী লাকপা তেন কাপ হৈবা য়ামখ্রেদা।
করি অমুক হায়গনি পাণ্ডব মচা নখোইদা ॥
শামু, শগোল ময়ামদো শঙ্গু শঙ্গু চৎলিবা।
ঐনা হায়বা লোইররোই খোঙগী লান্মী অয়াম্বা ॥
কলানা হায় তাবিযু নিল্লক্লিসি করিনো।
যন্ত্র মখোল তারিবা থৌরকলিসে কনানো ॥
লক্ষ্মণ-না হায় তাবরা চন্দ্রকলা ঐগীরা।
ভরথ কিদিমচানি তারো হায়গে মাগীরা ॥
মেঘবর্ণ কৌইদো অঙাং য়াম্না ওইরিনা।
মাবু লুনা তৌবিয়ু অযোধ্যাগী অঙাংনি ॥
ঐখোই' কোহুং মহুংদা মতোমদনি অঙাংদি।
হায়রিভৈদা থুংলরে লক্ষ্মণ কলা মাংদদি ॥

দোলায়দগী কুমথরে সিংহনাদ লাউরক্লে।
তারবদা ময়ামদো পুক্লিং লাওতক্লরক্লে॥
মফম মঙা শোক্তুনা ভক্তি তৌনা খুরুম্লে।
কৌশনবিরে লক্ষ্মণ-না ফম্ফম পিরে ফমহল্লে॥
নোক্না নোক্না হায়রকই যুবরাজ লক্ষ্মণ-না।
চন্দ্রকলা নন্দোন্নী উদ্রবরা মেঘবর্ণ॥
চন্দ্রকলা মাংহুদা উরবদা চঙশিল্লি।
মেঘবর্ণ অঙাংনা খুরুমহুনা হঙ্গৎলি॥
সূর্য্যবংশ ভরথগী মচা ওইবা ঐহাক্নি।
তশেং তশেং নমাংদা হায়জরিবা অসিনি॥
রাহৈ পুম্বা তাবদা চন্দ্রকলা মুংঙাইরে।
মথুৎ পায়রে চিংশিল্লে মতম্বাক্তা কোনবিরে॥
মক্তরবা তেন অমা শৎলহুনা পিবিরে।
লাই হিংচাবা মাংনবা খুৎলায় ওইরো হায়বিরে॥
তেন অসিমগী গুণনা পৃথ্বী অসি ঙমজরো।
হৌজিক লানগী মতম্মি নংসু সাজন তৌরুরো॥
দোলায় পুরকউ লক্ষ্মণ-না হন্না হন্না লাউরক্লে।
উচ্চৈশ্রবা দোলায়দো হনুমান্না পুরক্লে॥
মচু মঙা লৈতেংবা ফিরান থেৎলি থাগুম্নি।
হেক উবদা নিংথৌশিং মশা ঙম্না নিকপনি॥
অম্বারিনা ফজবা নোংথাং কুপ্পা মাল্লিদো।
মাইগৈ মরিমক্তুদা পুংগা শেনগা য়েরেদো॥
ঠন ঠন লাউনা লিরিথং মখোস্তনা নিনখরে।

লৈনমতনা হারবা লম্বীছুদা চৎলক্লে ॥
মাংদা টাঙ্কা য়ৈরক্লে তুংদা ঢোলবু য়ৈরক্লে।
মৃদঙ্গ মন্দিরস্থ থরাই য়াওনা য়ৈরক্লে ॥
খুত্তা পায়রে চামর লক্ষ মরি অকনবা।
দোলায় চিথেক মরিদা থোইমুগ্না ঙংলকপা
বিজয় তৌবা ফিরান্না থর থর হাইরকপা।
লিনগী মরৈ তম্বগুম দোলায়থক্তা হাইরকপা ॥
লৈগী মনম সুংশিবা দোলায়থক্তা চাইরক্লে।
কিরক্তরে রথাশিং ইশৈ ঙম্না শরক্লে ॥
জগোইশাবী জগোই শাই ব্রাহ্মণ মঙ্গল লাওরকই ;
নবরঙ্গ সাজননি ফজবদা ওইরকই ॥
ময়াম অসি পুত্থনা মেঘবর্ণ চৎলক্লে।
সিংহনাদ লক্ষ্মণ-না লাউরে দোলায় কাখৎলে ॥
রথী চামা চামনি দোলায় কাখৎনরক্লে।
দোলায় থৌবা হোৌরক্লে রথী কয়া চৎলক্লে ॥

## "লাচ ড়ী"

যুবরাজ লক্ষ্মণ চৎলে * নবরঙ্গ সাজন তৌরে ;
উবদা শোরারেনগুম নিংথিরে।
সুংশা মঙান্না মেংনা শাই, দোলায়ন' ফজনা লংঙকই ;
সুংশিৎনা তপ্না তপ্না হুম্মক্লে ॥

---

* নবরঙ্গ হায়বদি—শামু তোংবা পরেং অমা, শগোল তোংবা পরেং অমা, পুং য়ৈবা সেন য়ৈবা অসিনচিংবা লোইননা চৎপবু কৌই।

করি অমুক হায়গনিদা, কালজীৎকী সারথিনা ;
ক্ষণ অমা অকাশদা পুখৎলি ।
নোংগী ময়কপু অহুদা, নোংথাংনা কুপ্পগুম্লিদা ;
শগোলনা য়াংনা দোলায়দো চিংলি ॥
মাগী তুংদা মেঘবর্ণ, দোলায়থক্তা নোক্লহুনা ;
তুংদা * অর্জুন নিংথৌ লোইনরকই ।
মখোইগী তুংদা অঙ্গদ, চন্দ্রসেন্না মখোই' তুংদা ;
চন্দ্রকেতুসু তুংদা ইল্লকই ॥
চীংদা লৈবা নিংথৌ চৎলে, মাগী মনাই কয়া ইল্লে ;
খোঙগী ধ্বনিনা পৃথ্বী নিকখরে ।
তুংদা শামু তেঙ্গোল ইল্লে, শগোল তেঙ্গোলসু য়াওরক্লে ;
লিরুং পায়বা খোঙনা চৎপা ইল্লে ॥
দেশহুগী লান তৌফমদা, নিংথৌশিং লক্ষ্মণ তুংদা ;
খোঙমী লানমী কয়ানা লৈখরে ।
লানগী সিংহনাদ ধ্বনি, কনাবু কিত্রবা ধ্বনি ;
কালদন্তগী নাকোংদা তারে ॥
রামচন্দ্রগী ইতিহাসবু, তারুবদা পাপ কোকপবু ;
ওইহুনা ফংলগনি শ্রীহরি ।
জয়ছন্দ হায়বা নিংথৌনি রস পাম্বা অকবনী ;
পদ লাচাড়ী ওইনা ইবিরি ॥

---

* অর্জুন নিংথৌ হায়বসে পাণ্ডবকী অর্জুন নত্তে সায়গত লৈবাকী থৌ অমগী মমিংনি ।

## "শৈরেং পদ্দ"

কালদন্ত অসোমদা লানগী সাজন তৌরক্লে।
শগোল শামু কযানি দোলায় তোংবা থুংলয়ে॥
থোরক্লেদো তেঙ্গোলশিং শিংথাবদা ঙম্লরোই।
মেঘবর্ণ অঙাংদা লক্ষ্মণ হুনা হায়রকই॥
হন্দক উবা ব্যুহসে ঙমখিদ্রবা লাইশিংনা।
তমথিরবা বুাহসে কনানা চঙবা ঙম্লিদা॥
তারে হনু রা ঙাংদে অঙ্গদসু থুমখিদে।
মন্ত্রি বিদগদসু তুম্‌গিন তুমিন থুমখিদ্রে॥
ঐনা হৌজিক চঙঙগে বুাহসিগী মন্থুংদা।
মেঘবর্ণ নহাক্লা তেঙ্গোল অসি চাকউদা॥
রাহৈ অসি তাবদা অঙাং মখুৎ লোম্লরে।
হঙ্গচ্চরি ননাইনা নিংথৌ কয়া য়াওবিরে॥
মথ্বাই পিকপা মপাঙ্গল শোনবা নিংথৌ ঙাক্তনি।
অহুমনদি ওইবগা ঐদি ঙাকপা ঙমগনি॥
অনিশুবা জগত্তা রাম-নি হায়বা খঙনবা।
নংনা চঙথ্ররবদি লৈহৌরনি অথিবা॥
মতমসিদা শোরারেন লাক্লবসু ওইসনু।
লাইহিংচাবা গন্ধর্ব্ব মখোই পুষ্পা লাকসনু॥
তেঙ্গোল কয়া পুহুনা লাক্লসনু ব্রহ্মান'।
মতিক চারে লান তৌবা মতমহুদা নহাক্লা॥
পাংগন কনবা হনুমান অহুমক্তি ওইরবা।
য়োংগী জাৎনি মহাক্তি করম লানলোং খঙঁগবা॥

মতিক চাওবা নিংথৌশিং লোইনরকপা কৈদৌনি ।
কনা ব্যূহ চঙহনা করম লানবু তৌগনি ॥
ব্যূহ চঙবা মন্ত্রদো ঐঙোন্দবু তম্বিয়ু ।
কাপথাইগেদো ব্যূহদো চঙজগেদো তাকপিয়ু ॥
রাহৈ অসি তাবদা মন্ত্র পিরে লক্ষ্মণ-না ।
মন্দোন খুড়া অনিবু খুরুম্মে খোঙ পায়হনা ॥
দোলায় তোংলে চঙলক্লে মেঘবর্ণ অঙাংনা ।
ব্যূহতম্না চঙলক্লে সিংহনাদ লাউহনা ॥
লক্ষ্মণ-না হায় অঙ্গদ নংসু চৎলু তুংইল্লু ।
হনুমন্ত অকনবা যোংয়াম পুহনা চৎলু ॥
নখোই চৎলোকো লান্দা কিবা লৈগনু ।
অঙাং মতোমদনিকো থওইদবা তৌগনু ॥
অকল অথৌ অপূম্বা মতুং ইল্লু চেকসল্লু ।
মেঘবর্ণ তুরদি করিদৌনি চেকসল্লু ॥
লক্ষ্মণ রাবু তাবদা মহারথী অপূম্বা ।
তোংখৎনরে দোলায়দা চৎনরক্লে অয়াম্বা ॥
চপ মান্নবা চৎলকই কোটি অহুম দোলায়দো ।
ব্যূহথোংগী মমাংদা ভরত মচা লেপখ্রেদো ॥
সারথিনা শাজৈদো নমথা থারে শগোলদো ।
দোলায় হেক্তা থৌহনা ব্যূহ থোংদা খুগাইদো ॥
পায়খৎলেদো গাণ্ডীব তেন মঙা হেক কাপ্লক্লে ।
লোংপোক থোংগী অকনবা কয়া কয়া হাৎলক্লে ॥
শগোল তোংবা চামনি কককথত্তুনা চঙক্লে ।

খোঙমী লানমী পুংয়ৈবা চাম চামা ককথংলে।
অমুক লান্মী কয়ানা কোইশল্লক্লে অঙাংবু।
মেঘবর্ণ মথন্তা ককথংলক্লে ময়ামবু॥
পরশুপটিস গদানে অমা ভিণ্ডিপাল হায়বা।
মুষল মুড়্গর জঠিনে লংশল্লক্লে অথৌবা॥
তেঙ্গোল মথক তারকপা পুমলং লংলে মৈশুম্না।
খোঙনা চংপা কোটিনি মথ্‌াই লৌরে কক্তুনা॥
তেন চাম-য়ৈনা থায় হিংচাবগী নিংথৌদা।
মচিন পাবা থৌরবা তেন্না চামা কাপ্লিদা॥
পশুপাত খুৎলায়না হিংচাববু হাৎলিদা।
অমুক হন্না থৌজল্লি ব্যূহতুগী ময়াইদা॥
সুংঙাইবগা লোইননা সিংহনাদ লাউরকই।
তারবদা লক্ষ্মণ-না পুক্লিং অতু হরাওই॥
হনু থোংদা লৈহৌরে থল্লুবদা সুংঙাইতে।
মেঘবর্ণ কদোমদা ঐদি মাবু উহৌদে॥
কালদন্ত নিংথৌদো মতমসিদা তারক্লে।
মহারথী অমনা ব্যূহ কাপথাই চণ্ডক্লে॥
যমমক্কা মান্নমা তেঙ্গোল হাৎপা তারক্লে।
ব্যূহ মনুং চণ্ডহনা তেঙ্গোল হাৎপা উরক্লে॥
মেঘবর্ণ মতমসি নোংথাং কুপকুম থৌজল্লি।
মিৎনা কুপ্লি অমদা তেঙ্গোল কয়া হাৎলক্লি॥
লিকং অতুমা পায়হুনা তেঙ্গোল কয়া হাত্তোক্লে।
লিংথাহনা ঙম্লরোই ব্যাসনা হায়রক্লে॥

কালদন্ত খোঁদোক্নে পঞ্চ শঙ্খি য়ৈরক্নে।
খোঙমী লাম্মী অপূম্বা সাজন ঙম্না তৌরক্নে॥
কালদন্ত লিরুং পায় লিরী চিংবা হোঁরক্নে।
তেনবু তন্না শস্তোক্নে জয় শিব থারক্নে॥
মেঘবর্ণ অঙাংনা তুবৎ হেক্তা ককথৎলে।
শামু তোংবা চামঙানি খুদক্তুদা ককথৎলে॥
কালদন্ত শাওরক্নে অমুক হন্না তেন শৎলে।
অঙাং হৃদি অত্নদা তেন মঙা য়ৈনা থারে॥
তেনবু অমা কাপ্তুনা লিরী অত্ন ককথরে।
খুরবানবু কাপ্তুনা দোলায়দমুক থাথরে॥
লিরুং অমা লোত্থুনা তেন অমুক্তা কাপ্নক্নে।
অমাং অতা লৈত্রবা নিংথৌ লিরুং ককথৎলে॥
করি হায়নি অকনবা অনিসিগী লানসিদি।
তেঙ্গোল সভা ঙকথরে মখোইনিগী লানসিদি॥
সহায় লৈতে অঙাংদো মতোমতবু ঙাইরেদো।
অঙাং থক্তা নিংথৌনা কাপ্পি তেন্না উপশ্নেদো॥
থা-মচেৎ শাবা তেন্না ঙংথুনা পাইরক্নে।
নোংথাং কুপ্পা মতৌঙম অঙাং মঙক ককথৎলে॥
দোলায়দগী লৈবাক্তা অঙাং মঙক কেনথরে।
কালদন্ত নিংথৌনা সিংহনাদ লাউথরে॥
সিংহনাদ লাউরকপা তারে তেঙ্গোল থোংহ্নদা।
তারে হনু ঙকথরে বালিমচা অঙ্গদ॥
মেঘবর্ণ তুরে হায়' সন্য সভা নিল্লক্নে।

হনুমন্ত কল্লবা ইকাইরক্লে য়েংঙক্লে ॥
তাররবদা অঙ্গদ হা হা কায় লাউরক্লে।
মাংদা চৎলি অঙ্গদ হনুমান্না তু' ইল্লে ॥
* অক্ষৌহিণী অহুমনি অমুক্তদা চঙলকপ ।
মেঘবর্ণ তুবসে লক্ষ্মণ হেক্তা তারকপা ॥
হা হা হায়না লাউরক্লে অৱাবগা লোইননা।
রাম্বুহুনা তুরেদো লৈবাকথক্তা লক্ষ্মণ-না ॥
খুহুমশীংনা শাউরক্লে বঘুমচা লক্ষ্মণ-দো।
করম ঐনা চত্তুনা বামগী মাংদা চঙনিদো ॥
চৈরকনি জানকী শাউরক্লি উর্ম্মিলানা।
করি হায়না থেমগনি পুণ্ডরিক ইনাওনা ॥
মচা হুংশি মৈহুনা শাপ্পুম তৌনি ভবত-না।
হায়রুরগ শাউরক্লে মৈগুম্না লক্ষ্মণ-না ॥
মেঘবর্ণ খল্লুবা মিক্তা পিবু শিন্থরে।
দোলায় থক্তা কাখৎলে চিঙৈঙ হেক্তা থৌরক্লে ॥
চন্দ্রকলা কপ্লক্লে ইচা কদাইরাইদনো।
মাগী মরমগীদমক থরাই পুবা য়াদ্রেদো ॥
চন্দ্রকলা চেল্লক্লে শোরারেনগী মচাদো।
দোলায়তুগী মনাক্তা চিঙৈঙ হেক্তা থুংলৈদো ॥
মপু মনাই দোলায় তোং' শঙঙাইশেনবু পাইগুম্নি।

---

* অক্ষৌহিণী (স্ত্রী) মশিংনি মতুদি—তেঙ্গোল ২১৮৭০, দোলায় ৬৫৬১০, খগোল ১০৯৩৫০, খোংমী ২১৮৭০০ নি।

ধুম্রকেতু থোকপদি মাংদা উরে মথোইনি ॥
কালজীতপু সারথি দোলায় থৌবা হৈরবা।
শিরী নাকোং ফংনচিং লক্ষ্মণ তেনবু কাপ্লকপা ॥
লাইগী সভ মণ্ডদা লৈবা ইন্দ্র কিরক্লে।
থওবা ওমদ্রে ওসিদি লক্ষ্মণ য়াম্না শাওরক্লে ॥
মাহৈ অসি হায়দুনা লাইয়াম পূম্না থঙ্নখি।
ক্ষণ অমগী মনুংদা ব্যূহ মনুং চণ্ডলকখি ॥
উরক্লেদো লক্ষ্মণ-না মচা নুপা তুবসে।
সনাগী লিক পরেংনা শুকশমত্নদা লৈবসে ॥
আকাশগী থাদুনা পৃথ্বীথক্তা তাগুম্না।
থওহৌদনা কপ্লক্লে খোঞ্জেন রাংনা কৌদুনা ॥
জয়ছন্দ নিংথৌনা পুণ্য চেনবা ওইবনা।
লাইরিক হৈবা ওইরবা ভবাণিনাথ ব্রাহ্মণদা ॥
মা'ওান্দবু হায়দুনা পদ ওইনা ইহনবা।
লাচাড়ীগী খুৎলেংদা ইয়ু হায়না তাক্লকপা ॥
পাপ্প কোক্লবগীনি রামগী ইতিহাসসে।
পুং তরাদং তাজবা ব্রহ্ম বধ কোকপনিসে ॥

## "লাচাড়ী"

( তোল্লি হায়দুনা লক্ষ্মণ-সিনা কপ্লকপা )

ইপাগী ইবুংঙো হায়না, কপ্পী মিৎলুদা তাই পিনা;
তোল্লিদা ঐনা গাণ্ডিব পায়বা।

তোল্লিদা ঐসে জগত্তা, স্বর্গ মর্ত্ত্যবু অসিদা ;
ঐবু কিহ্না লাইফাও চেল্লিবা ॥
অসি হায়না লানফমহুদা মচাগী কোক কোনখৎলিদা ;
হ্নদিদা হেক কোন্দুনা কপ্পক্লে ।
প্রমান্দি—সতী ওইবীনা, মপুরোইবা শিরবদা ;
মকোক কোনগুম লক্ষ্মণ' কোল্লক্লে ॥
মথোক্কারকপা মতমনি, ইচা নিংবা থুংত্রিবনি ।
মেঘবর্ণ নংবু কদাইদনো ।
হা হা বাপু মেঘবর্ণ, নং লৈত্রবদা ইতোম্না ;
অযোধ্যাদা কনা যেংগবনো ॥
ঐগীদি নতোমদনিকো, অনিশুবা নচ্চদেকো ;
কনা যেংহ্না ঐ হিংহৌগনি ।
খুদোং চাত্রবা কানসিদা ইচা বিধিনা হুখ্রেদা ;
ঐগী কর্ম্ম ফল না ফংজবনি ॥
লঙ্কাগী রাবণ লোইননা, অহিং হুংথিল লান তৌহ্না ;
ঐদি মহুদা য়ারক্লবনি ।
অঙাং ওইনা লান য়াওরকপা, লাইহিংচাবা লান তৌরকপা ;
মেঘনাদবু ঐনা হাৎপনি ॥
অতিকায়বু কল্লবদো, ঐগী তেন্না মাংহল্লিদো ;
রাবণ নিংথৌস্ন নিক্ত্না থাংখি ।
কিচকপু ঐনা হাৎখিদো, লাইয়াম ফম্বগী মাংহুদা ;
শ্রীরামগী মাংমক্তদা ওইখি ॥
শ্রীরাম-না ঐবু কোনবিখি, ইন্দ্র বরুণ-নস্নু কোনখি ;

কুবের দিগপন্না থাগৎখি।

হিংচাবশিং হাৎলবদা, ঐগী পাঙ্গল উরবদা;
পেল্লহৃনা লাইয়াম্না থাগৎখি ॥

লিরুং তেন অমা পায়রগা, জনক নিংথৌ'দা চৎলগা;
নিংথৌ ময়াম ঙমখিদো ঐহাক্না।

নিংথৌ ময়ামনা কাপ্পকপা, তেন্তনা নোংগুম থারকপা;
মাইগৈ মরি মম্না থাই তেন্তনা ॥

লঙ্কাগী রাবণ নিংথৌনা, মথুক্তা লিরুং পায়হৃনা;
তেন্না নোংগুম থাখিদো ইথক্তা।

সীতানা হায় মতমহৃদা, রামচন্দ্র য়েংবিয়ুদা;
ঙমবিনবা লৈতে ইনাওদা ॥

চিঙৈঙ হেক্তা তেন্না থারে, রাবণ নিংথৌনা চেনথরে;
শ্রীরামচন্দ্রনা ঐবু থাগৎখি।

মক্তুবা তেন্না থাহৃনা, ঐনা লান কন্না তৌহৃনা;
নিংথৌ ময়াম কিহৃনা চেন্নখি ॥

নিংথৌ ময়াম্বু ঙমহৃনা, রামগী নাক্তা চঙজহৃনা;
পদধূলি লৌজেদো ঐহাক্না।

মতৌ অস্সুম তৌহৃনা, ফত্তুবা কয়া হাত্তুনা;
অফববু য়োক্লকপনি ঐনা ॥

ইচাসিবু ঐগী মাংদা, তুরবনিকো খুদকসিদা;
তোল্লিদা ঐনা লিরুং তেন পায়বা।

কপ্পনা লেপ্পা ঙমদরে, শ্রীঅঙ্গদো চেপথখরে;
ইবুংঙো মেঘবর্ণ লাক-ওবা ॥

নংবু পোকচবী নমানা, হংলক্কনিকো মহাক ;
ঐনা কমদৌনা খুমগনি।
ইয়াম্বা ভরতনা হংনি, ঐনা করম্না খুমগনি ;
করি রাহৈনা মাবু থেমগনি ॥
সুমিত্রাগী চরণত্থদ', কৌশল্যাগী মনাক্তদা ;
কৈকয়ীনচিংবা ইমাশিং শাওনি।
মথোইশিংগী মফমত্থদা ঐনা করম তমগনিদা ;
তোল্লিদা ওম্থোকপগী রাথোক্লি ॥
মথুং অনিমক অত্থুনা, মকোক অত্থ কোনখত্তুনা ;
চুপ্নক্লেদো মচাবু হুংশিনা।
মচাবু চুপ্লি লক্ষ্মণ-না, থোইমুনা লৈহি চুপকুম্না ;
থাদোক্তে হুংশিবগা লোয়নননা ॥
অরাবনিদা রাম চন্দ্র, অরাবনিদা রাম চন্দ্র ;
ঐগী গতি লৈতরে কনবিয়ু।
জগৎকী ইমা সীতানি, ননাইন' রাবা কনবিনি ;
ইতৈম' চঙজরি ঐ চানবিয়ু ॥
ঐগী মপোক তোল্লি তোল্লি পাঙ্গন কনবা কদাই তোল্লি ;
ঐগী করি গতি হৌজিক লৈরি।
প্রাণগা মান্নবী তাও কলা, করি গতি লৈরি কলা ;
উপায় অত্থ হায়য়ু ঐঙোন্দা করি ॥
রামচন্দ্র-গী অভিষেকনি, তারবদি পাপ কোক্কনি ;
রাম-গী নামনিকো পূক্লিং চঙবিয়ু।

জয়ছন্দ নিংথৌনা, রামগী চরণ লৌখত্তুনা ;
পদ ওইনা লেংজরি লৌবিয়ু ॥
মগুণ লৈবা ভবানিনা, রামগী চরণ খুরুমত্তুনা ;
লেংজরক্নি অমৃত্ত শুম্বসি ॥

লক্ষ্মণ-না হায় তারোকো চন্দ্রকলা নং খল্লু ।
ভরতগী মচাসে নংনা থরা হিংহল্লু ॥
চন্দ্রকলা খুদক্তা ঈশিং খবা লৌখৎলে ।
মন্ত্র শোল্লে অঙাংগী মকোক্তুদা হাপ্লক্লে ॥
মন্ত্র শক্তি অত্তুনা মেঘবর্ণ হৌগৎলে ।
উরবদা লক্ষ্মণ-দো থোইনা হেন্না হরাওরে ॥
তেঙ্গোল সভা পূম্নমক চপ মান্নবা হরাওখি ।
হনুমান্না চিংলবা য়োংয়াম পূম্বা সুংঙাইখি ॥
তেঙ্গোল সভা তুবশিং জল খিক্লেদা হৌগৎলে ।
সিংহনাদ লাউরক্লে পুং-শেনস্নু য়ৈবক্লে ॥
সুংঙাইবগা লোইননা অমুক তেঙ্গোল চঙলক্লে ।
হনুমন্ত অকনবা চীংগুম্না হেক চাওবক্লে ॥
সুংগা উগা পায়থৎলে মাংওইননা চঙঙক্লে ।
অশাওবগা লোইননা লক্ষ্মণ লিরুং খিঙঙক্লে ॥
মচিন পাবা তেন তরা শৎলে মৈগুম ঙাল্লক্লে ।
লিনগুম্না তেনশিং অদো চিঙৈঙ হেক্তা পাইরক্লে ॥
অমাং অতা লৈত্রবা নিংথৌ লিরুং ককথৎলে ।

অমুক হয়া তেন কাপ্পি ফিরান চৈখোক ককথৎলে ॥
মানা পায়বা লিরুংদো নাপী গুয়া ককথৎলি।
তেন অমমুক নোত্তুনা লুহুপ নাইন ককথৎলি ॥
নিংথৌ চেল্লে কান্দুদা তেঙ্গোল সভা কাইরক্লে।
যুবরাজ শাওরক্লে যমগুম্ন হাৎলক্লে ॥
তেন্না খুবাম কাপ্পক্লে মপৈ মপৈ তুরক্লে।
বিশ্বামিত্র মুনিনা পিবা তেন্দো কাপ্পক্লে ॥
লৈবাক নিক্লে সমুদ্র সনজিংস্থ নিকথরে।
তেনগী মুংশিৎ অহুনা সমুদ্র ইথক হোরে ॥
পৃথ্বী মরোন অহুমক থরক থরক নিকথরে।
তেন অসিবু ককপদি কনামতা ঙমদরে ॥
লান্মী চামা চামনি লানয়াইহুদা তুরকপা।
নিংথৌ মনাও তরানি খঙহোদনা তুরকপা ॥
শামু তোংবা লান্মীদো লক্ষ অমা তুরকপা।
লক্ষ অনি অকনবা লক্ষ্মণ তেন্না থারকপা ॥
লঙজা, ৱাকোন, উমাইবী, লমহুইনা শহুম চারে।
ঈনা সমুদ্রগুম্নে দোলায় থৌবা স্নাদরে ॥
অকল অথৌ পুম্নমক মপৈ মপৈ তুরক্লে।
লানবু থাদোক্লহুনা মহৈ মহৈ চেম্নরে ॥
লক্ষ্মণ হায়বা মমিংসে যমগুম্নবু থল্লিদা।
হনুমন্ত বীরনা য়েংঙি মখুৎ খল্লহুনা ॥
মহারথী অপূম্বা ঈথক্কুদা তাওরক্লে।
মরোন অহুম অসিদা অকনবা লান ওইরক্লে ॥

অসিগুম্বা লানসিদি উত্রি মরোন অহুমদা।
কাক্লা ময়া কাখৎলে ঈনা মবুক থল্লিদা॥
হিংশা তৌবা শাশিংনা শত্রুম চারে মুংঙাইনা।
পৃথ্বী অসি নিকখরে তেঙ্গোল কাইবা মনিম্না॥
লক্ষ্মণ গমক মান্নবা জগৎসিদা লৈতরে।
অকনবগী শব্দদো পৃথ্বী সিদা লৈতরে॥
লক্ষ্মণ গুম্বা লৈতেদা তেঙ্গোল পুম্বা থাগৎলে।
ঈনা শমুদ্রগুম্লে মীকোক লুহুপ তাওরক্লে॥
লঙজা কাক উমাইবীনা ইরোইত্থুনা শাম্নরে।
শগোল শামু মকোক্লা কোঙ্গোনগুম্না তাওখরে॥
লিরুং তেন্দি অককপা লিনগুম্না তাওখরে।
লিরুং পায়ব অকনবা ঈরৈ নাইনা চেম্থরে॥
ব্রহ্মা-নবু শেম্লবা কয' হাৎলে লক্ষ্মণ-না।
অঙ্গদসু তাওথরে ঈচেনত্থুনা কনবনা॥
কয়ামরুম তাওরগা হনুমানগা থেংনৈদ।
হনুমানবু উবদা হায়বক্লেদা অঙ্গদ॥
বিশ্বামিত্র মুনিনা পিবা তেন্দো লক্ষ্মণ-না।
ফুইনা ফুইনা কাপ্লক্লে শাওরত্থুনা লক্ষ্মণ-না॥
হাৎলেদো তরাহুমদোই অক্ষৌহিণী লক্ষ্মণ-না।
মক্ষমকৈদা লৈত্রবা অত্থুগুম্বা লক্ষ্মণ-না॥
তারো তারো হনুমান অঙ্গদ ঐ র়া হায়গে।
মীগীলক্তা অথোইবা মক্ষমকৈদা লৈবগে॥
মেঘবর্ণ অঙাংনা উত্রে কৈদা চৎপ্রবা।

অসি হায়না কপ্পক্লে য়োংনচিংবা অয়াম্বা ॥
কয়ামরুম চৎলগা মেঘবর্ণ থেংনরে।
ময়াম পূম্বা খুরুম্মি মেঘবর্ণ মুংঙাইরে ॥
অঙাংনা অমুক হায়রকই ইতোন কৈদা লৈবগে।
তেঙ্গোল সভা পুম্নমক তাকপিয়ুদা উজগে ॥
হনুমান্না হায়রকই ঐস্ লক্ষ্মণ থিবনি।
অঙ্গদগা লোইননা তেঙ্গোল ঙাকউ নখোইনি ॥
হায়রম্নগা চিঙৈঙ হেক খঙহৌদনা চৎলক্লে।
কালদন্ত মতমসি তেঙ্গোল কয়া থারক্লে ॥
শামু তেঙ্গোল কয়াসু থাজল্লক্লে নিংথৌনা।
হনুমন্ত চৎলকই যুবরাজ থিজুনা ॥
মফমসিদা লৈরেদো মেঘবর্ণ অঙাংগা।
অমুক হন্না হাত্তোক্লো তেঙ্গোল কয়া পুরগা ॥
মচানিপা মদনগা লোইনজুনা চঙহল্লে।
তেঙ্গোল লক্ষ মঙানি কালদন্ত' থারক্লে ॥
মেঘবর্ণ মাইয়োক্লৈ লানবু তৌবা হৌরক্লে।
উরবদা অঙ্গদ লান্দা কয়া শাওরক্লে ॥
মেঘবর্ণ শাওরক্লে খুত্তা লিক্লং লৌখৎলে।
য়োংগী তেঙ্গোল লোইননা মাংওইননা চঙশল্লে ॥
লিরী নাকোং ফংনচিং তেন্দো শন্ধান তৌরক্লে।
যুবরাজ মদোনসু মাংওইননা থৌজল্লে ॥
মেঘবর্ণ শাওজুনা লাউরজুনা হায়রক্লে।
লক্ষ্মণ তেম্না ককপগী ইনা তুরেন ওইরক্লে ॥

লক্ষ্মণ-গীদি শাগৈদা পোকপ মেঘবর্ণনি।
গুসি লানবু অসিদা নংগী তেঙ্গোল হাৎকনি॥
রাহৈ অসি হায়ত্থনা তেন্না নোংগুম চুরক্লে।
শিংথাবর্ বু গুমদনা তেঙ্গোল ময়াম তুরক্লে॥
শামু তেঙ্গোল অত্থদা য়োংগী নিংথৌ চোংশল্লি।
উজাও অমা লংশল্লি শামু তরা তুহল্লি॥
উজাও অমা লংশল্লি লান্মী কুন কুন তুহল্লি।
কল্লববু অঙ্গদ বালিগীদি মচানি॥
শাওরত্থনা মদোম্দো লিরুং চেৎনা পায়শল্লে।
মেঘবর্ণ কল্লবা থুৎলায় অত্থ ককথৎলে॥
তেন অমা নোত্তুনা লিরুং তুবৎ ককথৎলে।
খোংমী লান্মী পুন্নমক মশিং লৈতে তুরক্লে॥
অমুক্তদা চঙঙক্লে বথী মঙা অকনবা।
কালমুখ, চন্দ্রমুখ, অগ্নীমুখ অকনবা॥
স্থূর্য্যমুখ, অসিমুখ হায়বিবা মঙানি।
ঈশৈ শকই চঙঙকই থোওইদনা মঙানি॥
যুবরাজ মদোনগা লোইনত্থনা চঙঙকই।
মেঘবর্ণ মাংত্থদ মথোইশিংসি লেপ্পকই॥
বালিমচা অঙ্গদ অমুক হন্না শাওরক্লে।
মহারথী চামনি খুদক্তুদা হাৎলক্লে॥
যম না দণ্ড পাইগুন্নি বালিমচা অঙ্গদ।
অকনববু মঙানি থুংলরেদো মমাংদ॥
অঙাংগীদি মমাংদা কল্লেদকো নথোইসে।

উদরা হায় নমাংদা য়োংগী নিংথৌ ঐহাকসে ॥
রাহৈ অসি হায়হুনা উজাও অম লংশিল্লি ।
মহারথী চামনি পুল্লপ হেক্তা তুহল্লি ॥
উরবদা মদোম্না তেনবু অমা কাপ্পক্লে ।
পুক্তা থারে অঙ্গদ মেঘবর্ণ হায়রক্লে ॥
মথোইনিসি লেপ্পা রাই তেন মঙাসি চাবদা ।
চেন্নরক্লে লক্ষ্মণ-গী লাম্মীশিংদো কানসিদা ॥
লক্ষ্মণ নৈবা মাইগৈদা শামু তেঙ্গোল থাজল্লি ।
মতমসিদা হনুমান লক্ষ্মণ-নাক্তা চঙশল্লি ॥
মথুৎ অনি লোন্দুনা হঙ্গচরে লক্ষ্মণ-দা ।
অপরাধ ঙাকপীয়ু ননাইনা লানবা পুম্বদ ॥
নংগী লানগী ঈথক্তা তাওথরুরে মথাদা ।
য়োজরক্লে ননাইবু চরণ নাকপু অসিদা ॥
মেঘবর্ণ, অঙ্গদ মথোই অনি নৈহৌই ।
নংগী লানগী ঈথক্তা লেপ্পা ঙমদে তাওথরুই ॥
রাহৈ অসি তাবদা লক্ষ্মণ য়াম্না শাওরক্লে ।
য়োংনি নংসে ঐহাকপু কিদরবরা হায়রক্লে ॥
অমর পি ব্রহ্মানা অহুনা নং কিদরে ।
রাম-না নংবু হুংশিনা অমরবু পিবিরে ॥
মরম অহু নৈবনা নাপল তোরে ইমাংদা ।
ঐনা নংবু হাৎপদা কনানবু কননিদা ॥
রাহৈ অসি তাবদা চরণ কোল্লে খুরুম্লে ।
অপরাধ ঙাকপীয়ু লানবা ঙাক্সি কঙৎলে ॥

প্রভু নংগী সেবক্নি অপরাধ লৌবিন্থু।
শামু-লানসে পিবিয়ু ঐনা লানবা লৌবিন্থু॥
মতমসিদা থুংলরে কপতগজরাজদো।
মাগী লানগী মমাংদ শোরারেন ফাও চেনখিদো॥
মাগী খোংথাং খুদিংদা পৃথ্বী নিক্না থাংজিদো।
শামু লক্ক অমগা লোইনহুনা লাকইদো॥
লক্ষ্মণ দোলায় মতমসি শামুশিংনা কোইরকই।
দোলায় নাক্তা হনুমান লেপ্লহুনা লৈরমই॥
শামু নাতোন অহুনা দোলায় অহু কোনখরে।
চোংশন্দুনা হনুমান দোলায় অহু থামখরে॥
মিংনা কুপ্পি অমদা দোলায় মুল্লে হনুমান।
অহাংববু কানসিদ লিরি খিংডি লক্ষ্মণ-না॥
বিশ্বামিত্র' পিরকপা তেন্দো মন্ত্র শোল্লক্লে।
তেনগা থোংলে চিঙৈডমক নাপ্পা ফংনা চিংডক্লে॥
কপতগজরাজ মঙক তুবৎ ককথৎলে।
গঙ্গ স্নানবু তৌরুরগা তেন্দোংদা তেন হঞ্জল্লে॥
গজরাজ তুবদা তেঙ্গোল কয়া চেনখরে।
লবন সমুদ্রহুদা ইথক হৌবগুমখরে॥
মতমসিদা লক্ষ্মণ-না অঙ্গদবু উরক্লে।
মেঘবর্ণ মখোইনি লান্দা কনবা উরক্লে॥
হনুমান্দা শিন্নরে যুবরাজ লক্ষ্মণ-না।
মেঘবর্ণ কল্লুগে নংনা ঙাকউ সোমদনা॥
হায়রল্লগা লক্ষ্মণ-দো শামু তেঙ্গোল থাদোক্লে।

লক্ষ্মণ উবা মতমদা তেঙ্গোল পূম্বা কাইরক্লে ॥
রথী দোলায় থাদোক্নৈ মহৈ মহৈ চেল্লক্লে।
কালদন্ত নিংথৌদো দোলায় অমুক থৌরক্লে ॥
সেনাপতি য়ামখ্রেদা খোংগী উফুল মমথরে।
পঞ্চ শব্দি চিংলবা মুংশিনবু য়ৈখরে ॥
লক্ষ্মণ লাকই লাউরকই কিয়গমু তেঙ্গোলশিং।
মেঘবর্ণ উনবা লাক্লিবনি লান্মীশিং ॥
রাহৈ অসি লাউত্নুনা দোলায় হেক্তা থৌরকই।
রাম না জয় ওইরে হায়না ব্রহ্ম অস্ত্র শস্তোকই ॥
লিরী তেনগা থোংত্নুনা নাপ চিংনা থারক্লে।
লক্ষ অহুম অকনবা লিরুং পায়বা ককথংলে ॥
লক্ষ অনি অকনবা লিরুং পায়বা চেন্নরে।
অঙাং উগে হায়ত্নুনা থৌজল্লক্লে থেংনরে ॥
থেংনৈ লান্দো অঙাংনা অকনবগা লোইননা।
কক্লে তেন্দো লক্ষ্মণ-না ইতোন লাক্লে হায়ত্নুনা ॥
লক্ষ্মণ উবা মতমদা মেঘবর্ণ ইকায়রে।
দোলায়দগী কুমথরে লক্ষ্মণ চরণ খুরুম্লে ॥
অঙ্গদসু চঙঙকই লক্ষ্মণ চরণ খুরুম্লে।
খুড়া লানসে কনখ্রেদা মেঘবর্ণ হায়রক্লে ॥
হকচাং পূম্বা তেম্না থায় ঙসি লানসে কনখ্রেদা।
মেঘবর্ণ অঙাংগী রাহৈ অসি তাবদা ॥
ইতোন চঙগে পোত্থাক্লো ঙসি লানসে তাকপিরে।
স্বর্গদগী মতমসে দোলায় অমা থুংলরে ॥

সারথিনি মাতুলি মথুং লোৱৈ হঙ্গংলে।
মহাবীর ইবুংঙো রঘুমণি হঙ্গংলে॥
শোরারেনগী সারথি ননাই ঐনি হায়রকই।
চন্দ্রকলা লোইননা লেংবিরকউ হায়রকই॥
শচীনবু চিংবনা উনিংতুনা চাক্কৌরি।
শচীশ্বরী শোরারেন য়াথং পুনা লাকচরি॥
ময়া উনিংবগুম্না শচীশ্বরী থনবোইনা।
রামগী মনাই ওইরবা শ্রীভবাণি দাসনা॥
জয়ছন্দ নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্দুনা।
লাচাড়ী ওইনা ইরক্কে পদদগী থুগায়না॥

## "লাচাড়ী"

মাতুলিনা হায়জরকই তারে লক্ষ্মণ-না থল্লকই;
করম থুমসিগে হায়না থল্লকই।
হৌজিক্তি লানগী মতমনি, চৎপস্থু ঙম্মোই কমদৌনি;
চন্দ্রকলা থারগে থল্লকই॥
ঐদি মীগী মপোক্নিদে, শচীনদি উনিংঙিদো;
চন্দ্রগা করি ওইনি খঙদরে।
চন্দ্রকলাসি থারগে, ঐস্থু লান লোইরগা চৎকে;
রাথলসি মসিনবু মক্তরে॥
চন্দ্রকলা মথুং পায়রে য়েংঙে লক্ষ্মণ না হায়বিরে;
হায়য়ু প্রিয়ে হৌজিক করি থল্লি।

শোরারেন্দা নং চৎথিনি, উত্রবদা ঐস্নু শিনি ;
করম চৎলু হায়সিগে ঐ খল্লি ॥
ঐগী নং নত্তনা লৈতে, ঐনা হিংবসে অতে নত্তে ;
মরোল অছমগী মীনা কৈদৌনি ।
নংনা স্বর্গদা চৎথ্রবদি, ঐ বন্দা শোইরোই চৎপদি ;
নংবু উত্রবদি ঐদি কৈদৌনি ॥
রাজ-ভোগসে অরেম্বনি, নং নত্রবদি নাবগুম্নি ;
ঐগী পুক অসিদদি চুপ্তম খল্লে ।
জানকী উর্ম্মিলাগুম্না, নংস্নু লৈনি মখোইগুম্না ;
রঘুবংশদা তোন্দে হায়রক্লে ॥
তাবদা চন্দ্রকলানা, হঙ্গৎলে খুৎ লোমহুনা ;
ঐগী হায়বা প্রভু নহাক্তনি ।
নং নত্তনা লৈতে ঐসে, চৎলরোই হৌজিক স্বর্গসে,
হৌজিক চরণসে থাররোইদবনি ॥
রামচন্দ্রগী রারী ওইবা, তাবদা পাপ কোকপা ওইবা,
রামগী নামবু তত্তনা শোনগনি ।
মানা মানা নিংজবদো, মত্নুতবু ফংহনবিদো ;
পুক্লিং চঙনা নামবু তানি ॥

"পদ্ম বন্ধ"

মুনি য়েংঙে হায়রগা হঙ্গচ্চরে অর্জ্জুন না ।
কমরি হায়না হায়রগা চৎখিবগে কলানা ॥
ব্যাসনা হায় মঙামক চন্দ্রকলা কপ্পক্লে ।

করি ওম্মোই রূপতা তাকপীবুকো হৌংলে ॥
সংসারগী মপুনি রামদো নংগী য়াম্বুংনি।
প্রভু ঙীরে হায়রগা রামগী রাবা কোক্তনি ॥
নংবু রাম-না হায়দেদো বন্দা লেংবা কান্দুদা।
অরাম খোরাং পুম্নমক কোকই নংবু ঊবদা ॥
অশোকবন অহুদা সীতা থম্মী রাবণ-না।
মেঘনাদ হাত্তুনা সীতা লৌরুই নহাক্লা ॥
নংগী ওইবা ঐহাকপু করি চিংনবিরিবা।
ইপা উমজরুগে পামজে কৃপা পিবিবা ॥
অঙ্গদগা লোয়নগে নংগী য়াথং পিবিনি।
রাথল অমা খনবিনু ঐহাক অসি নংগীনি ॥
রঘুবংশ শাগৈগী সতীনিকো সত্যনি।
কালদন্ত নিংথোসে নংনা হাৎপিরমগনি ॥
পুং তরাগী মনুংদা লানসে শোয়রোই লোইগনি।
অমর সভা অহুদা উগে নংবু লাকপিনি ॥
মন্ত্র লুকই লক্ষ্মণ-দো থল্লুবদা কপ্পকই।
নংবু চৎলো কমদোনা হায়রসিগে থল্লকই ॥
নংনা নিংবা মতোদো ঐনা কৰি হায়গনি।
নংদা ধর্ম্ম ঙাকচোকো ঐদি রঘু মচানি ॥
সুপী পুকচেন খঙদেদো মহৌশানা তয়াংঙি।
ঐবু য়াওদ্রবনিনা নবুক খর ময়াংঙি ॥
চন্দ্রকলা হঙ্গৎলি অতোপ্পদা চৎচরোই।
ইপা ইমা অনিদো উগে অতৈ খজরোই ॥

লক্ষ্মণ-না হায় প্রিয়া নং চৎলো চৎলো স্বর্গদা।
য়াহৈ অসি তাবদা কলা দোলায় তোংখৎলে ॥
অঙ্গদগা লোইনরে স্বর্গ তাম্না চৎলক্লে।
শাওরম্লুনা লক্ষ্মণ দো গাণ্ডিববু পাইখৎলে ॥
খুত্নম চেৎনা পায়রগা লিরী খ্রিঙ-খ্রিঙ খিঙঙক্লে।
লিরী নাকোং ফংনচিং তেনয়াম পুম্বা থাক্লে ॥
চামা চামা রথীশিং ককথন্তুনা তুরক্লে।
রাক্ষক ফুরিৎ ককথৎলি কনা দোলায় ককথৎলি ॥
রথা লক্ষ অমনি খঙহোদনা ককথৎলি ॥
কালদন্ত নিংথৌগী ফিরাল চৈথোক ককথৎলি।
লক্ষ্মণ বীর শাওহুনা তেঙ্গোল কয়া মাংহল্লি ॥
নিংথৌ মনাও মঙানি খুদক্তুদা হাণ্ডোক্লে।
যুবরাজ সুদামদো মতমসিদা তুরক্লে।
নিংথৌ মশেন তুখরে দোলায় মনাক অহুদা ॥
উরবদা নিংথৌদো থরাই য়াম্না য়ারেদা।
পরশু পটিগদা সিনচিংবা খুৎলায়না ॥
থারে লক্ষ তুরক্লে উরক্লেদো নিংথৌনা ॥
ককথরকপা ঈহুনা তুরেলগুম্না চেল্লক্লে।
হনুমন্ত হরাওরে চোংভি জগোয় শারক্লে ॥
হনুমন্ত সারথি ওইরহুনা থৌইদো।
করি অমুক হায়গনি পাণ্ডব নখোই মঙাদা ॥
অর্জ্জুন্না মুক হায়রকই লক্ষ্মণ-সিদি কনথ্রেদা।
জগৎসিগী মপুনি রামচন্দ্র প্রভুনা ॥

মানা বয় পিহুনা লক্ষ্মণ সিনা কনবনি।
মেঘনাদ রাবণগী মচা হাৎপা ঙম্বনি॥
যুধিষ্ঠির ইয়াম্বা লান্দা করিস্সু হৈতেদো।
ভীম অর্জ্জুনদা কৈদৌনি কৌরবশিংগী পাঙ্গলদো॥
শ্রীব্যাসনা হায়রকই ধনঞ্জয় তারোকো।
নংগুম্না কনবসে লৈতে হায়না থল্লিকো॥
পুক্লিং চঙনা তাশল্লু লানগী মওং কয়াসে।
কালদন্ত মনাক্তা থৌজল্লকই লক্ষ্মণ-সে॥
শাওখিবনা মমিত্তো মৈগুম্নদি ঙাংঙক্লে।
চিনবান মথক মখাদো চোংঙি যমগুম ওইরক্লে॥
পাম্বোম থ্রি থ্রি তিংলগা ময়া ক্রক ক্রক চিক্লক্লে।
উরবদা নিংথৌদো থক থক নিরু কিরক্লে॥
ঙাইহাক লৈরে হায়রগা লাওরহুনা হায়রকই।
অযোধ্যাগী প্রজাশিং নখোই নয়ুম য়ৌররোই॥
রামচন্দ্র নিংথৌনা দোষ লৈবা মরম্না।
লৌরুরব রাবণনা সীতা অহু লৌহুনা॥
নিংথৌ ওইবা দোষনা হৌজিক লক্ষ্মণ হিংলরোই।
গদাধর শ্রীরামদে অমুক উবা ফংলরোই॥
লক্ষ্মণ-না হায় অপংবা তাজৌ নংসে মাংলনি।
শ্রীরামবু চৈবদি দোষ লৈরে মাংলনি॥
ঐগী ইমাং অসিদা করি নাপল তৌরিবা।
জানকীবু নহারু নোরুববু ওইরিবা॥
মরোন অহুম অসিদা ঐবু কিনরিবনি।

মিথিলাবু লৈবাক্তা রাজ সভা কায়বনি ॥
ঙসি ঐগী রাশকসে তারো নিংথৌ অপঙবা।
তেনজৈ মঙা অসিনা শোইরোই নঙক ককথৎপা ॥
মতমসিদা শোরারেন স্বর্গরোমদা রাতাম্রৈ।
জয়ন্তবু মচাদো কৌশন্দুনা রাতাম্রৈ ॥
লক্ষ্মণ অসে ব্রহ্মাগা লানথেংনবা তারেসে।
চন্দ্রকলা মফমদা খঙহল্লুচো মরমসে ॥
তারবদা জয়ন্ত চিঙৈঙ হেক্তা চৎলক্লে।
চন্দ্রকলা মফমদা রারম পুম্বা তম্মক্লে ॥
মতমসিদা লক্ষ্মণ-গী প্রিয়া ওইবী কলাদো।
খুৎনিংথৌগী খুদোপ্তো লোথোক্তুনা পিরেদো ॥
তারো তারো ইবুংঙো রা'মা হায়গে ইচেনা।
খুদোপ অসে প্রভুগী ফম্ফম থাদা থমতুনা ॥
মথক্তুদা ফম্নগা থেংনবিয়ু হায়জরি।
মরোল অহুম মীশিংনা ঙম্মরোইকো নিংজরি ॥
খুদোপ পুরে জয়ন্ত লাক্লে লক্ষ্মণ মনাক্তা।
দোলায় হেক্তা থারেদা লক্ষ্মণ-গীদি লাল্লক্তা ॥
মাতুলীদি সারথি মখুৎ লোম্লৈ হঙ্গৎলে।
লাক্লিবসে শোরারেন মচানিদে হায়রক্লে ॥
মতমসিদা চঙলকই জয়ন্তনা খুরুম্মি।
যুবরাজ লক্ষ্মণ না কোনবি মখুৎ পায়রম্মি ॥
খুদোপ অহু পুথোক্লে লক্ষ্মণ-গীবু মমাংদা।
ফম্বিয়ুকো হায়রকই খুদোপসিংগী মথক্তা ॥

ফম্মি লক্ষ্মণ জয়ন্ত দোলায় হুদা পুল্লপ্না।
দোলায় থৌবা চক্তরে মতমসিদা হন্নুনা॥
লক্ষ্মণ-সিস্থ অথোইবা বিষ্ণু অবতারনি।
অমা জয়ন্তনিদো শোরারেনগী মচানি॥
অম-মন্না জগৎসি ঙমগদবা পাম্নলনি।
কনানবু ঙমগনি হনুমানগা অহুম্নি॥
দোলায় চিংবা শগোলদো তপ্পা-তপ্পা চিংলক্লে।
ম ওং অসি উবদ রঘুমণি হায়রক্লে॥
চৎলো চৎলো জয়ন্ত নংগী দোলায় মথক্তা।
থৌবা চক্রে হন্নুনা ঐথোই অনি তোংবদা॥
মতমসিদা জয়ন্ত মাগী দোলায়' কাখরে।
কালদন্ত লান তৌবা মতমসিদা চঙলক্লে॥
অকন-অথৌ অয়াম্বা লোয়নদুনা চঙলক্লে।
মতমসিদা লক্ষ্মণ না সিংহনাদ তৌরক্লে॥
কালদন্ত শাওদুনা তেন খুবাম শৎ-কাপ্লক্লে।
তোঙতান তোঙতান লক্ষ্মণ-না তেন্দো ঙম্না ককথৎলে॥
অমুক হন্না নিংথৌনা পশুপাত থারক্লে।
মতুপ-মতুপ লক্ষ্মণ-না চিঙৈঙ হেক্তা ককথৎলে॥
নোক্ল-নোক্ল লক্ষ্মণ-না অমুক্তা তেন কাপ্লক্লে।
কালদন্ত নিংথৌনা তেন্দো হেক্ত ককথৎলে॥
রাম-না জয়ওইরে হায়না বিষ্ণু অস্ত্র কাপক্লে।
কালদন্তগী দোলায় ককথশ্রুনা লংথোক্লে॥
ইকাইরেদে নিংথৌদো ব্রহ্মমন্ত্র নিংশিংলে।

মতুপুবা লিনগুম্না ব্রহ্মা ময়াম থোক্লক্লে ॥
মমাই মম্নি পাল্লবা ব্রহ্মা ময়াম উরকই।
ব্রহ্মা মশক ওইতুনা মায়া তৌনা চঙলকই ॥
লক্ষ্মণ অমা জয়ন্ত অর্জ্জুন নিংথৌ লোইননা।
মেঘবর্ণ অঙাংসু চঙিঙ ময়াম লোইননা ॥
নিংথৌমচা কয়াসু লক্ষ্মণ মতুং ইল্লকই।
তেঙ্গোলশিংগী মনিম্না পৃথ্বী থক থক নিক্লকই ॥
বিষ্ণুঅস্ত্র লক্ষমণ-না শত্তোক্তুনা কাপ্লক্লে।
লেপ্পা ঙমদ্রে ব্রহ্মাশিং তেঙ্গোল ঙম্না কাইরক্লে ॥
জাঠিশেল শুম্নচিংব মহৈ-মহৈ লঙঙকই।
লক্ষ্মণ তেন্না ককথৎলি ময়াম পুম্বা হরাওই ॥
পশুপাত হায়রিবা খুৎলায় চামা থারকই।
চিঙৈঙ লক্ষ্মণ তেন্দুনা পুল্লপ হেক্তা কক্লকই ॥
মতৌ অসুম লানতৌবা পুং মঙা হেক হৌথরে।
অমুক হন্না ব্রহ্মাদে তেঙ্গোল অমা থুংলরে ॥
হংসরথ তোংতুনা ব্রহ্ম হেক্তা চঙলক্লে।
দোলায় অনি খুদক্তা মায়োক্লনা লেপ্লক্লে ॥
কাপ তরামঙানি ব্রহ্মা হেক্তা রাংখৎলে।
যুবরাজ লক্ষ্মণ-না কাপ কুন্থ্রা রাংখৎলে ॥
যজন চামা রাংখৎলে ব্রহ্মাগীনি মশানা।
যজন চনি রাংখৎলে শাওবতুনা লক্ষ্মণ-না ॥
লৈরি খ্রিং-খ্রিং খিংলকই যুবরাজ লক্ষ্মণ-না।
তেন চামা থায় ব্রহ্মাগী মশাহুদা লক্ষ্মণ-না ॥

তমথীরবা লক্ষ্মণ-গী তেন্না থারে ময়ামদা।
লাই হিংচাবদি মাইথিরে দানবতি হেক চেল্লিদা॥
ব্রহ্মা হুদি অহুদা তেন্না থারে রাম্বরে।
দোলায় থক্ত: ব্রহ্মাদো অশিবগুম রাম্বরে॥
মতমসিদা লক্ষ্মণ-দো বিশ্বামিত্র নির্ংশংলে।
শাউরহুনা লক্ষ্মণ-না তেন্দো মন্ত্র শোল্লক্লে॥
তেন অসিবু উবদা লাই-হিংচাবা কিরক্লে।
ব্রহ্মা পুক্লিং অহুদা অঙকপবু ক্ষংলক্লে॥
অচৎ-চত্তা পুন্নমক ঐনা শেম্বা ঙাক্তনি।
লক্ষ্মণ-গী তেন অমনা ঐগী হকচাং নিকপনি॥
হায়রুরগা ব্রহ্মাদো মৈগী তেনবু কাপ্লক্লে।
যুবরাজ লক্ষ্মণ-না নোংগী তেন্না মুথৎলে॥
য়াম্না কন্না নোংহুনা ব্রহ্মাথক্তা তারক্লে।
নোংহুম-নোংহুম উবদা ব্রহ্মা থোইনা কিরক্লে॥
কালদন্ত নিংথৌগী দোলায় অহু তাওথৈদা।
ঈশিং থকই মীয়ামসু উরবদা ঙকখিদা॥
বন্দা চৎপা কান্দুদা রাম-না পিবা তেন অদো।
শত্তোক্লক্লে লক্ষ্মণ-না সন্ধান হেক্তা তৌরেদো॥
তেনগী মগুণ অহুনা পৃথ্বী থক-থক নিক্লক্লে।
তেন্দো ব্রহ্মা' উবদা মশা থক-থক নিক্লক্লে॥
থারে ব্রহ্মা হুদিদা রাম্বহুনা তুখরে।
জানকীনা পিরকপা তেন্দো তেনগা থোংখরে॥
অরেপ্পনি ঐহাক্না তেন অসিনা হাৎকনি।

ব্রহ্মা ওসি হুমিত্তা নাপল পুষ্পা থুদেক্নি ॥
রাহৈ অসি হায়হুনা তেন্দো শৎ-হেক থারক্লে ।
কালদন্ত নিংথৌগী মণ্ডক্তুদা তম্মক্লে ॥
কালদন্ত নিংথৌদো মণ্ডক তুবৎ ককথৎলে ।
স্বর্গদগী লাইশিংনা লৈনা নোংগুম চাইথরে ॥
হনুমান্নচিংলবা সৈন্যশিং হরাও ইশৈ শক্লক্লে ।
অর্জ্জুন্নচিংব নিংথৌশিং হরাওবদ থেংলক্লে ॥
জয়ন্তনচিংলবা অকন অথৌ লোইননা ।
লক্ষ্মণ-নাক্তা ফম্মিন্নৈ পুক্লিং য়াম্না হরাওনা ॥
খারহ বিনাক য়েরে পুং-শেন মখোল হুংশিরে।
জগোই শাবীনা জগোই শাই ইশৈ শকপী ইশৈ শক্লে
মহারথী চামনা চামরবু হুন্নক্লে ।
ভরত মচা অকনবা ময়াম মাংদা চণ্ডলক্লে ॥
বরুণ-নচিংবা অয়াম্বা মাইগৈ ঙাকপা লাইশিংদো ।
সভা ময়াই অহুদা লাক্লহুন। থুংলৈদো ॥
দেব সভা ময়াইদা হনুমান্না ফম্মিদো ।
য়েৎথংববু মাইগৈদা নাগলোক্না ফম্মিদো ॥
রাম্বরুবা ব্রহ্মাদো উরে পুমণ্ডক ঙকথরে ।
দেব সভা ময়াইদা ফম্বা লক্ষ্মণ উজরে ॥
তপ্না তপ্না চণ্ডলকই সভ ময়াই য়েৌনবা ।
মথুৎ পায়রে লক্ষ্মণ-না মনাক্তুদা ফমহনবা ॥
ব্রহ্মা য়াওরে তাবদা লাইয়াম পুষ্পা লাক্লরে ।
ইরাই গুরুনচিংবা গ্রহ পুষ্পা থুংলরে ॥

মুনিগণশু লাক্সরে যগীনিশিং থুংলরে।
লাইয়াম পুম্বা থুংলরে লক্ষ্মণ নাক্তা কম্মরে॥
ময়াম চপ মান্নবা মথুং লোম্নে খুরুম্মি।
লাইয়াম্মা কিবা কোক্সবা মেঘনাদ হাৎলম্মি॥
ব্রহ্মগুনা রামগী রূপ্পি নংনা জগৎ ঙাকপীরি।
পুর্ণব্রহ্ম রাম-নি নংনা ময়োন ওইবিরি॥
তোঙানদবা মুর্ত্তিনি খণ্ডদবনা ঙাংনরি।
ব্রহ্মা ঐদি খণ্ডজেদো নংগা রামগা মান্নরি॥
তারো ব্রহ্মা ঐগী রা লক্ষ্মণ-না অমুক হায়রকই।
শ্রীরামচন্দ্রগী অভিষেক্তা নহাক লাকউ হায়রকই॥
লাইয়াম পুম্বা পুন্থনা লাকচগেকো ননাইবা।
বরুণ-নচিংগা লাইয়ামশিং লাকচগেকো লোইননা॥
মহাদেব দুর্গাগা গঙ্গানচিংবা পুন্থনা।
পুন্নমকপু লোইননা থুংজরগে ননাক্তা॥
শোরারেনসু শচীগা লোইনংনা লাক্কনি।
মীগী মশক লৌন্থনা নারায়ণসু পোকপনি॥
কণ্ডববু লৌথোক্লি অঙ্কববু ঙাকপীরি।
লক্ষ্মণ-গীদি চরণদা লাইয়াম পুম্বা হায়জরি॥
হায়রম্লগা লাইয়াম্দো নৈফম তান্না হন্নখি।
সুমিত্রাগী মচানা তেঙ্গোল সভা কৌশিনখি॥
মেঘবর্ণ তারোকো ইতোন রা হায়রমগেদ।
তেঙ্গোল অসি মাঙনিকো শিন্নরমগে নঙোন্দা॥
জয়ছন্দ নিংথৌনা ভবানিদাস ব্রাহ্মণদা।

হন্দক্কীদি মতাংসে লাচাড়ীনা লেঙঙ্ দা ॥
রাম-গী নাম্বু তাবা মী শোইরোই পাপ্ন কোকনি।
চিথদনা লেঙঙ্কো নংনা পুক্নিং চঙগনি ॥

## "লাচাড়ী"

শিন্নরমই মেঘবর্ণদা, তেঙ্গোল সভা মতমসিদা ;
চৎকে খল্লি লক্ষ্মণ-দো স্বর্গদা।
দোলায় থক্তা কাখৎলক্লে, লক্ষ্মণ চৎকে হেক খল্লক্লে ;
জয়ম্মগা লাউই সিংহনাদ ॥
মতমসিদা তানবক্লে, সুমিত্রাগী মচা লাক্লে ;
তারবদা শোরারেন হুংঙাইরে।
শোরারেনগা লোয়নহুনা, শচী সতী য়াওবহুনা ;
মক্কাক ওক্কে লাইযামশিং লোয়নরে ॥
বিত্তাধরিনা চামনি, পবেং শানা শাবনি ;
লক্ষ্মণ-গী মঙ্গোল পিরে ময়াম্না।
ময়াবু উজবহুদা, শচী রাবা কোকচরে ;
থাগৎনরে জগোই শাবীশিংনা ॥
লক্ষ্মণ মায়থোং ফজখ্রবা, মরোল অহুম শুমহৎকুম্বা ;
লাইবক ফৈদা মাবু মচা ওইবা।
আকাশসি উরে থন্না, শ্রীমুখগী লাবণ্যনা ;
মতৌ কবম কলানা ফংলুবা ॥

কিজেং লৈতেং কজবী, সাজন লোইরে জগোই শাবী ;
মপুক্কিং চঙনা জগোই শারক্লে ।
মীগী পুক্কিং হুবঙঘা, নিংথিনা শাই জগোই শাবী ;
মুনিগী মন হুবা ঙম্না শারক্লে ॥
মখুৎ অনি লোম্নরেদা, থুরুম্মেদো শোরারেন্দা ;
শচী নাক্ত চঙশল্লি থুরুম্লে ॥
জগোই শাবী জগোই শারে, ইশৈ শকপী ইশৈ শক্লে,
দেবরাজ মুঙঙাইনা তারক্লে ॥
তাতা-থৈয়া তাথৈ হায়না, য়ৈ-পুংয়ৈবনা মুংশিনা ;
তাদৃমি থৈয়া হায়না য়ৈরক্লে ।
বিপঞ্চি হায়বা বংশীনে, মৃচুঙ্গি হায়বা যন্ত্রনে ;
কংশিকর তান্নচিংবা নিল্লে ॥
উপাঙ্গ, পখ্বাজ, হায়রিব, শঙ্খ ধ্বনি মুংশিরবা ;
মঙ্গল ওইনবগীদমক য়ৈরে ।
অসুম তৌনা মুংঙাইবনা, শোরারেন শচী লোইন্ননা ;
মুমিৎ তারে ময়ুমদা হুন্নখরে ॥
লক্ষ্মণ-না হায় জয়ন্তদ', মখুৎ অনি পায়রহনা ;
লান্দা রাবগী মরম খঙহনখি ।
যুবরাজগী য়াথং তাবদা, মরমচু খঙনা জয়ন্তনা ;
চিঙৈঙ হেক কোম্নুং মমুংদা চঙখি ॥
চন্দ্রকলা মনাক য়ৌরে, মথুৎ অনি লোম্নজরে ;
হঙ্গৎলি রারম পুম্বা খঙহল্লি ।
নবুঙোনা থারকপনি, নংবু উগে নিংহৌবনি ;
অরাম খৌরাংগী রারম হঙ্গৎলি ॥

মৌপ্‌বাগী মা তারবদা, থোইদোক্ল ইকাইবগুম্না ;
খুমদে মরা লুকথনা লৈরকই ।
মচিন মৌপ্‌বা লোইনরগা, লক্ষ্মণ নাক্তা য়ৌরক্লগা ;
লক্ষ্মণ-গী চরন্দা খুক্লম্মকই ;
চন্দ্রকলা উরবদা, লক্ষ্মণ থোইনা হরাও-ইদা ;
শোরারেন্না য়াথংদো পিরকই ।
চানবা থক্লবা তৌরো, পুক্কে লঙ্গৈদগী লৌরো ;
ননিং থুংনবা লৌরো তাক্লকই ॥
শন্দেস পূম্বা লৌখি, মনিং থুংনা চামিন্নখি ;
মতৌ অস্তুম অহিং অসি লেনখি ।
ভবানিদাসনা ইবা, ইতিহাস রারী ওইবা ;
তাখ্রবা মীদো পুন্যবু ফংখি ॥
শ্রীজয়ছন্দ নিংথৌনা, বস খঙবা মী ওইহ্নুনা ,
পণ্ডিত্তা লাচাডী ওইনা তাকখি ।
মতৌ অস্তুম অহিং লেল্লে, নোংঙাল্লে হুমিৎ থোক্লক্লে ;
লক্ষ্মণ-না শয্যাদগী লেংথৎখি ॥
চন্দ্রকলা মনাইসিগা, লোয়নবিরে অঙ্গদগা ;
বিদায় লৌরে রণভুমি যোরে ।
শ্রীরাম লক্ষ্মণ-গী রাবীনি, তারবদা পাপ কোকপনি ;
সংশার সমুদ্রদগী লাল্লে ॥
খুদোংথীবা গ্রহদশা, শনি য়েংবা গ্রহদশা ;
লক্ষ্মণ গুণ তারগা দোষ কোক্কই ।

মানা-মানা নিংজবা, থুংহনবিবদা ওইরবা ;
য়ারীসি পুক্লিং চঙগদবা ওই ॥

শ্রীরামচন্দ্রগী অভিষেকী দমক্তা শ্রীনবযুবরাজ লক্ষ্মণ-না লোংপোক্তা ধ্বজয় চংলকপদা কালদত্ত হাংপা অধ্যায় মণ্ডাগুবা অসিদা লোইজরে ॥

## তরুককুবা অধ্যায়

চন্দ্রসেন—বৃহদর্থগী মতাং

য়ারী অসি তারেদো ভীম ধনঞ্জয়নচিংবা।
অর্জ্জুননা হায় তাজগে লক্ষ্মণ মগুণ ফজবা ॥
জানকী রাম অনিনা থুংলায় করম পিথিবা।
মরম অতু হায়বিয় ফংজগেকো তাজবা ॥
মুনিনা হায় তারোকো বন্দা চংপা কান্দুদা।
বকাশুর হিংচাবা রাম সীতা অনিদা ॥
য়োংকে থোরাং উবদা লক্ষ্মণ লিরুং পায়খরে।
বকাসুর হাংলগা রাম সীতা কনখরে ॥
মথোইনিনা পেন্দুনা পিবিরেদো তেন অনি।
লাইহিংচাবা ওমজরো হায়না য়াথং পিবনি ॥
পার্থনা হায় লক্ষ্মণ-সে লিরুং পায়বা হৈখ্রেদা।
মাগী পাম্বোম পাঙ্গন্না অনিহুবু কনখিদা ॥
মুনিনা হায় তারোকো পঞ্চপাণ্ডব মণ্ডামক।
ইতিহাস তারগা ওন্নগনি কৌরবমক ॥

অমুক হন্না অর্জ্জুন্না মথুৎ অনি লোন্নরে।
অমুক হন্না তাজগে অসি মথৈ খঙজরে॥
মুনিনা হায় তারো'শো পাণ্ডব মচা হে অর্জ্জুন।
অসিদগী লাকপনা য়েৌরে অমা চন্দ্রসেন॥
দেশসিদ্দা লৈরম্মি মক্তুরবা বন অমা।
উরী-রারী মণ্ডলবা হৈনম লৈনম সুংশিবা॥
ক্রোষ অনি কোইরবা মমুংদা মুনিশিং লৈ।
মুনি খিবিক অত্থনা উখোং উখোং খুদিং' লৈ॥
মুনিশিংগী মকোক্না শুভঙ্কর ওইরম্মী।
মুনি চামা চামনি মতৌ তম্মী লৈরম্মী॥
কণ্ডুল্য, সৌরভ, অমা সনাতোন মুনি।
শাণ্ডিল্য, কাশ্যপ, অমা জামদগ্নি মুনি॥
ভরদ্বাজ মুনি অমা সদানন্দ ঋষি।
পরাসর মুনি অমা বামদেব ঋষি॥
সাটায়ন মুনি অমা মদগন্ধ চ্যবন হায়বা
পাণ্ডব মচা নখোইদা করি অমুক হায়সিবা॥
লফুগী বন অথোইবা ফজরবা অমা লৈ।
লাইগী কন্যা ফজবী জগোই শাথী কয়া লৈ॥
য়োংনচিংবা ওকফাওবা বন্দা লৈবা কয়ামুক।
মীগা কৈগা লৈমিন্নে হিংসা লৈতে বনসিমক॥
উরবদা বনসিবু হরাওনরে মখোইশিং।
রারী রাতায় শানরে মুংঙাইনরে তেঙ্গোলশিং॥
নিংথৌমচা খিবিক্তো দোলায়দগী কুমথরে।

মোইবুংখোংবা পুংয়ৈবা লক্ষ অহুম চোংথোক্লে ॥
বয়াহ, মৃদঙ্গ, শিঙ্গা কুইনা-কুইনা য়ৈখয়ে :
লক্ষ্মণ-গী মাইগৈ মরিদা চামরবু হুমখয়ে ॥
লিরুং পায়বা লক্ষ্মণ-নি মাঙদা মথুং লোয়বা।
য়েংথংবগী মথুংনা হনুমান্দা পায়রকপা ॥
সহস্র অর্জ্জুন লোয়নৈকো সমকাস্ত লেপকই।
বালি'মচা অঙ্গদ য়োংয়াম পূম্বা অমা ওই ॥
মেঘবর্ণ অকনবা নিংথৌমচাশিং মথৈ।
মুনিশিংদো য়েংনিংঙি তেঙ্গোল লাক্লিবমথৈ ॥
মতমসিদা লক্ষ্মণ-না সিংহনাদ লাউরক্লে।
শুভঙ্কর ধ্যান কায়রে খুত্তা জল' পায় শাপ তৌরে ॥
ঐবু থৌওইত্রবা মী তপবন্দা চঙলকপা।
বাল্মীকিদি বন্দুদা ওইরো মকোক্তো কেনবা ॥
হায়রম্লগা মুনিদো তপ অমুকস্তু হৌথরে।
মকোক্লা পৃথ্বীদা লৈ মখোংহুনা মুংখংলে ॥
মতমহুদা তেঙ্গোলশিং উনরক্লে তশেংবা।
অক্ষৌহিণী তরামঙা নোংশাঙম্বা অকনবা ॥
অমুক শন্না লাউরকই সিংহনাদ নিকথরে।
তপ্প কায়রে মুনিশিং মহৈ-মহৈ শাওনরে ॥
লাপুক তৌরিঙৈদগী শিষ্য কয়া থোক্লক্লে।
মথুং লোয়-লোয়না শিষ্যশিংনা হায়রক্লে ॥
করিদেশ নিংথৌনো নমিং করি কৌবনো ?
সিংহনাদ লাউরিবা নাপল তৌনা করিনো ?

শাওরকুনা মুনিনা ব্রহ্ম শাপ্প তৌখয়ে।
বাল্মীকি বন অতুদা মকোক কেল্লো হায়খরে॥
শুভঙ্কর মুনিগী ধ্যানবু কাইরবদুদা।
য়াহৈ পুম্বা তাবদা খুম্মকইদো তেঙ্গোন্না॥
দশরথ মচানি লিক্লুং পায়বা লক্ষ্মণ-নি।
দিগ্বিজয়বু তৌরকই নোংপোক মাইগৈ লাকপনি॥
য়াম্মা রানা লাকপনা দেশসিদা থুংলরে।
লক্ষ্মণ-গীদি মফমদা য়াহৈ পুম্বা তম্মরে॥
ব্রহ্ম শাপ্প তাবদা পুক্লিং থোইনা য়ারক্লে।
মথুৎ লোন্নৈ লক্ষ্মণ-না হায়জববু হৌরক্লে॥
তাবিয়ুকো হায়জরি ব্রাহ্মণ-শিংগী মকোক্লি।
শ্রীপ্রভুরামচন্দ্রগী ঐসে মনাও লক্ষ্মণ-নি॥
তারবদা শিষ্যশিং চিৎঙৈ হেক্তা চঙলক্লে।
মুনিগীদি মমাংদা য়ারম পুম্বা হঙ্গংলে॥
মুনিনা হায় কৌরুচো রঘুমচা লক্ষ্মণ-দো।
পোকচবগী কান্নরে মাবু উবা ফংবদো॥
চহি চামা তোপ তৌব মাবু উবা ফংদরি।
ঙসি লাইবক ফবনা বিষ্ণু উবা ফংদৌরি॥
মুনি য়াথং পুতুনা শিষ্যশিংদো থোক্লকই।
লেংশল্লসি আশ্রমদা রঘুবীর হায়রকই॥
তারবদা লক্ষ্মণ-না হনুমান অঙ্গদগা।
মেঘবর্ণ অর্জুনগা মথোয়সি লোয়নরগা॥
থোংদা থম্লে ময়াম্মা মথোই মঙা চঙলক্লে।

মুনিগী চরণ অতুদ মঙা অসি থুরক্লে ॥
কোক্তা মথুং থম্লগ' মুনিনা অমুক হায়রক্লে।
রঘুমচা নহাক্না নিঙবা থুংলো পিরক্লে ॥
হাক্নরগা মুনিদো শঙ্খজলবু লৌথংলে।
লক্ষ্মণ মথুং অতুদা শঙ্খজলবু পিরক্লে ॥
লক্ষ্মণ-না হায় মুনিদ' অহানবদা শাপ তৌরে।
হৌজিক্না 'মুক ঐঙোন্দ' বর হেক্তা পিবিরে ॥
অরেপ্পত্থ হায়রগে রঘুবংশদা পোকই।
দশরথ নিংথৌনা অযোধ্যাদা পাল্লমই ॥
মাগী ঔরসদগী প্রভুরাম-বু পোকপনি।
প্রভুরামচন্দ্রগী মনাও মুপা লক্ষ্মণ-নি ॥
ঐখোই'নিনা লাকপদা তারকাবু থেংনৈদো।
মুনিশিংগীদমক্তা মাবু হাৎখিবনিদো ॥
লাইনা ফংবা ঙমদ্রবা লিরুং তেনস্থু ফঙিঙদো।
মীনা হাৎপা ঙমদ্রবা মেঘনাদ হাৎখিদো ॥
অতিকায়নচিংলবা হাৎখিবনি ঐহাক্না।
মিথৌলাদা চৎলগা নিংথৌ ময়াম ঙমখিনা ॥
সহস্র অর্জ্জুন অমদি রাবণ নিংথৌ য়াওবনি।
নিংথৌতগী মশিংনা লিশিং তরামাথোইনি ॥
লিরুং অতু থাঙ্গৎপা নিংথৌ কনা ঙম্নদে।
নিংথৌ মগুণ লৈরবা লিরুং পায়বা ঙম্নদে ॥
রাবণ নিংথৌ কল্লবা মমায় থীখিবনিদো।
নিংথৌ 'পুষ্পা মায়থীরে বিশ্বামিত্র মুনিদো ॥

কৌশিল্লক্কে শ্রীরামবু মতম অসি মক্তদা ।
রামচন্দ্রনা তাহ্না হৌগৎলক্লে কানসিদা ॥
লীরুং অহু পায়খৎপা মরোল অহুম নিকখরে ।
শ্রীরামচন্দ্রপ্রভুনা লীরী হেক্তা চনখরে ॥
উরবদা নিংথৌশিং লীরুং পায়খৎনরক্লে ।
তেন্না নোংতাবগুমনি মৈগুম্নবু চাকলক্লে ॥
নোক্লহ্না হায়রকই প্রভুরামচন্দ্রনা ।
প্রাণগী মশক ওইরবা লক্ষ্মণ লানসে চঙলোনা ॥
নংগী নথৌনাহ্না সীতা ফংগে ঐহাক্লা ।
ঙম্মো নিংথৌ ময়ামসে ঙসিসিদা নহাক্লা ॥
মুণি য়াথং লৌহ্না ঐদি ব্রত তৌরিদো ।
লান অসিবু তৌরদি ঐগী ব্রত কায়রেদো ॥
রামগী রাহৈ তাবদা ঐনা লাম্থেংনরেদো ।
তেন অনি হেক চাবদা রাবণ নিংথৌ চেনখিদো ॥
তেন মঙা হেক-থাবদা নিংথৌ ময়াম ঙম্বনি ।
শোরারেন্নচিংলবা লাইয়াম'পুম্বা নিকপনি ॥
সিংহনাদ হায়বসে ক্ষত্রি ঐগী ধর্ম্মনি ।
মরম করি লৈহ্না ব্রহ্ম শাপ্প তৌগনি ॥
শাপ্তো হৌজিক শেংতোকউ নত্রবদি লানতৌসি ।
ঐবু মরম চাদনা শিরো হেক্তা হায়বসি ॥
রাম-বু পেন্নবগীদি নংনা তপ্প তৌবনি ।
নংনা শাপ্প তৌবদি রাথোক্লবা ওইগনি ॥
ঐবু য়াইফনবদি মুণি নংনা তৌগনি ।

শাপ্ন কোক্কে হায়বরা নত্রবদি লান তৌনি ॥
মুনি নংগী নতৌসে কলি চরিত মাল্লিদা।
করি রাখল তৌরুবা নাপল হেক্তা কাখিদা ॥
তারবদা মুনিনা হায়জরক্লে লক্ষ্মণ-দা।
ফত্তরবা কলিবু শেমহল্লিবা বিধিদা ॥
কলি হায়বা মগুণসে তাজবদা কিখ্রেদা।
মাগী চরিত অতুবু তাহনবিয়ু ননাইদা ॥
অথুক ফত্রবা কলিবু করম তৌনা শেম্মিবা।
কলি ধর্ম্ম করিনো লমচৎ করম চংকবা ॥
নিংথৌপ্রজাশিংত্তুনা করি ধর্ম্ম চৎলকপা।
ফক্রে হায়রি কলিসে করিদগী হায়রকপা ॥
মরাইবক্তা কমদৌনা বিধিনবু ইরিবা।
মাংওইননা হায়বিয়ু তাজরগে অওইবা।
কলিগীবু চরিতসে তাজনীংলে তসেংবা ॥

## কলি চরিত

লক্ষ্মণ-না হায় মরমদো তারো মুনি হায়রগে।
অহানবদা যোগগী ভেদ অতু হায়খিগে ॥
কলিধর্ম্ম অসিদি ঐনা করম হায়সিবা।
লাইরিক্তী অর্থ চৎলরোই তৌরোই বেদ পাজবা ॥
ব্রাহ্মণশিংবু অতুনা গায়ত্রী শোল্লোই চাবদা।
ওইদবা সাক্ষী তৌনিকো নিংথৌগীদি জাগাদা ॥
মুমিৎ মুমিৎ খুদিংগী ধর্ম্মজ্ঞানসু মাঙবা ওই।

অফ-ফত্ত খণ্ডলরোই মথক মখা লৈররোই ॥
কলি কালবু অত্থদা মমাগী শাপপু থুংলরোই ।
শিষ্যগুরু নাইররোই পিতৃ'ভক্তি লৈরয়োই ॥
পণ্ডিতশিংদা থৌওইরোই মূর্খশিংবু থৌওইনি ।
তমথীরবা কলিগী মতিক করি হায়গনি ॥
ব্রাহ্মণ মরল অত্থবু সজ্জনশিংনা হুগনি ।
মীপুমতিংনা কলিদা নিন্দা হেক্তা তৌননি ॥
যুগকী ধর্ম্ম কনবনা নিংথৌনা মীনম ভাংগনি ।
প্রজা মরাল্লৈতবা দণ্ডি হেক্তা পিগনি ॥
সংসারগী মনুংদা ওন্ন-তৈনরক্লনি ।
মতম খুদিংমক্তুদা নত্তবা মিৎয়েং চঙননি ॥
ফত্তরবা মীশিংনা মথুত্তা থাং পায়ননি ।
অফ ফত্ত নাইদনা মহৈ মহৈ য়াম্ননি ॥
মরল লোগে হায়ত্থনা মীগী মথৱাই হাংকনি ।
জ্ঞান লৈরবশিংত্থনা তৌহৈদবা তৌরনি ॥
পাপ তৌবা মীতনা হেল্লগনি জগত্তা ।
থরাইমাঙবা কিরবোই ললবু তাম্নরকপদা ॥
মতৌ অশুম তৌরনি মহামুনি তাবিয়ু ।
মরল পাঙ্গল লিক্কনি কলিগীনি খঙবিয়ু ॥
মন্না-মরাং খজিক্তা থোক্কনিকো কলিদা ।
মরল-বুদ্ধি লিক্কনি মপুন্সিশু তেন্নিদা ॥
যোগ ধর্ম্ম রাৎলনি চাক্তা প্রাণবু লৈনিদা ।
চিজ্ঞাকীদি মরমদা জাতী মাঙনগনিদা ॥

চহি লীশিঙ মঙাদা, গঙ্গাদেবী লৈররোই।
চহি লীশিঙ তরেত্তা তুলসীস্থ লৈররোই॥
চহি লীশিঙ তরাদা হরি অসে লেঙখ্রনি।
তীর্থ চৎপা হরিনাম শোনবা ওম্না লেপখ্রনি॥
ত'রবদা মুনিদো কলিযুগকী শাজৎতা।
অশুম অশুম তারগা অপেনববু নাইত্রেদা॥
মথুং লোমৈ মুনিনা ঋষিকেশ হায়বিয়ু।
কলি চরিত তানিংলি অমুক হন্না লীবিয়ু॥
অতুকথীনা রাবযুগ করিগীবু শেম্বিবা ?
হুমিং থাঙ নহাক্না অকিং হুংথিল শেম্বিবা॥
অবতার তৌত্বনা সেম্মি যুগপু থুদিংদা।
জীবগীগু থরাইনি নংনা শেম্বা জগৎ 'সিদা॥
থবকী মতুংইন্দুনা পুম্নমকপু সেম্বীবা।
তুখোংদা লৈ ব্রহ্মাণ্ড মূর্তিসিনা চাউখ্রিবা॥
হানবিনবা লৈত্রবা পোকপা শিবা নাইত্রবা।
নহাক্তনা ধর্ম্মনি নংনা পুণ্য ওইরিবা॥
শেম্বিবগু নহাক্নি লৌথোব পগু নহাক্নি।
জীবশিংগী আত্মানি নহাক্তনা মরানি॥
নংগী চরণ উফুন্না ব্রহ্মাণ্ডবু শেংলিবা।
অচৎ-চগু নহাক্নি মৈ ঈশিংগু ওইরিবা॥
কাল-যমগী মশকগু নং চানবিহৈবস্থ নহাক্নি।
শক্তি অমা লৈতেকো নহাক্তনা ওইবনি॥
জগৎ অসি শেম্বিরি লৌশিনবগু নহাক্নি।

থবক থবক্কী তুং ইন্না নহাক্তনা শিনবনি ॥
নংগী ইচ্ছা শক্তিনা পূর্ণমকসি ওইবনি ।
নংগী নতিক নগুণবু করিদবু হায়গনি ॥
লৌনম্লিবা কলিস্তু নংনা শেমদোরিনিদো ।
জীবশিংসি হাত্তুনা যমদা নংনা থারীদো ॥
করিগীদি শেম্মিবা বৈকুণ্ঠ হরি নংনা ।
খণ্ডহৌদনা ইকোক্তা যজ্ঞ তাবগুম্মিদা ॥
থৌজাল হৈরা প্রভুনি জগৎসিনা খণ্ডনরি ।
অতুক য়াম্বা জীবশিং করম পাণ্ডা খাথরি ॥
নংনবুদি নত্তনা কনানবু লানবিনি ।
যমগী নরক কুণ্ডদা কলিজীব তারনি ॥

## কলিগী উপায়

লক্ষ্মণ-না হায় তাবিয়ু মহামুনি হায়জরি ।
ঈশ্বরনা কলিসে য়াম্না চান্না য়েংবিরি ॥
কলিগী মতিক মগুণদি করিদবু হায়সিবা ।
মাগী উপায় অতুস্তু হায়জরকে অথোইবা ॥
অনাবদি পোক্লগা হিদাক্না মাঙহনবগুম ।
তপস্যাবু তৌত্নুনা য়াম্না রানা নিঙজগুম ॥
মহাযজ্ঞনচিংবনা লাইবু পূজা তৌজবা ।
লক্ষ লক্ষ বলিদান তৌনা পূজা কচ্চবা ॥
ভক্তি তৌনা কচ্চবা দান ধর্ম্মবু অয়াম্বা ।

কলিযুগকী ধর্ম্মদি লায়না লৈরি রাদবা ॥
হরি নাম্বু থাজনা শোগ্গরবা মীহুনা।
ধর্ম্ম তৌবা ফলদগী হেল্লি নামগী মগুণনা ॥
হায়রিবসি বেদগী রাঙাংনিকো খঙবিয়ু।
শোগ্গরবা হরিনাম পাপ্তো কোকখ্রে খঙবিয়ু ॥
আগমদগী মন্ত্রনা উপাসনা তৌজবা।
দিক্ষা হেক্তো তৌহুনা হরিনাম্বু শোগ্গবা ॥
থাজবগা লোয়ননা হরিনাম্বু নিঙশিংবা।
মীহুবুদি কলিদা ওইরে পাপ্পু লৈতবা ॥
পুণ্য ৎনবা ওইহুনা অক্কবা মী ওইরেদো।
মতম খুদিংমক্তুদা ঈশ্বরনা ঙাকপীদো ॥
কলিদদি পাপশিংদো মহামুনি লৈতরে।
নাম্বু শোনবা মীহুদি জগত্তগী লানখরে ॥
গঙ্গাতীর্থ লূপচবা নাম্বু শোনবা জীবদা।
মাগা মান্নবা পুণ্যদি লৈত্রে মরোল অহুমদা ॥
মতিক চাদে ধর্ম্ম' রা লালগী মতম অসিদা।
শাপ্তো কোক্লো হায়বীরো হৌজিকমকপু ঐঙোন্দা ॥
মুনিনা হায় তাবিয়ু রঘুবংশ অথোইবা।
হায়দোকখ্রব রাক্ষসে ককপা ঙমদে লাইকাওবা ॥
অন্তস্মৃক্তি ওইরগা অমুক পিগে বরদো।
নংগী কোক্তো কেন্দবা লান্দুদবু ওইরোদো ॥
নংগা রামগা নখোইনি রাস্তবত ওইসনু।
ভরত শত্রুঘ্ন মখোইদি মকোক কেনব ওইসনু ॥

থম্বিরোকো লীরুং-তেন অশাওববু থাহনা।
ব্রাহ্মণ হাৎপা তারদি নবক্তস্থ তানিনা॥
লক্ষ্মণ-না হায় মুনি-ও ওন্নতৈনা হায়রেনা।
মপাহুগী মঙকপু মচাহুনা ককপসে।
করিগুম্বা মতমদা উবা তাবা লৈতেসে॥
লৌনম্ববু রাহৈদো ঐঙোন্দদি হায়বিরোই।
লৌনম্বগী রাথন্দি ছিংচাবগী পুকচেল ওই॥
মুনিনা হায় তাবিয়ু মরম অহু হায়গনি।
হিরণ্যকশিপুদো হিংচাবগী নিংথৌনি॥
লাইগী নোংদমদগী মচা প্রহ্লাদবু পোক্লম্মি।
মানা হরি তস্তনা কাউবা লৈতে শোল্লম্মি॥
হরি শোল্লি হাযহুনা মপানবু লাক্লখি।
চীংদোন্দগী মহাকপু লৈখা তানা লংথখি॥
হুগুহুম যাল্লি মঙক্তা সমুদ্রদা লংথখি।
মতৌ অসুম মপানা মচা অসি লাক্লখি॥
তারবদা লক্ষ্মণ-না রাম রাম শোল্লকই।
মুনিনা হায় তাবিয়ু রারী অমুক হৌরকই॥
চন্দ্রসেনবু হায়বসে য়াম্না ভমথীবনিকো।
* নরমেধ যজ্ঞবু তৌরি মহু হায়গেকো॥

---

* পাজল কনবা নিংথৌনা দেশ কয়াদগী মিংথৌমচা কায়রুগা মং মঙক করুগা মৈগী পুজা তৌরকপগী অরোইবা 'হোম' মৈদা থাজনব অদুবু 'নরমেধ যজ্ঞ' কৌই।

লক্ষ-লক্ষ হোম তৌই যজ্ঞ পুর্ণাহুতিদা।
নিংথৌমচা চামনি মরমতুগী থম্মিদা॥
দেশ কয়া চত্তুনা ফারকপবু ঙাক্তনি।
চন্দ্রসেনবু নিংথৌনা মখোয়শিংদো থম্বনি॥
মুনি'রাবু তাবদা যুবরাজ লক্ষ্মণ-না।
করি দেশদগীনো নিংথৌমচাশিংতুনা॥
করমতৌনা চঙগনি মহামুনি তাবিয়ু।
চন্দ্রসেনবু কমদৌনা উনগনি তাকপিয়ু॥
মুনিনা হায় তাবিয়ু যজ্ঞতুগী অকোয়বা।
লিকলাই অঙৌবতুগী য়ুম্বীতনা কোইশনবা॥
শামু লক্ষ তরানা মরোল তরা কোইশল্লি।
মশিং নাইদ্রে শগোলদি পলোন তরেৎ কোইশল্লি॥
লিরুং পায়বা অকনবা লক্ষ তরা কোইশল্লি।
মতৌ অস্তুম তৌতুনা যজ্ঞ অসি চেকশিল্লি॥
যজ্ঞ মৈরী রাংখিবা পুং তরাগুম রাংগনি।
মীওইবদি থম্বীখো লাইফাওবতম কিবনি॥
তেঙ্গোল সভা লোয়ননা নোংপোক থোংদা চঙবিয়ু।
লিরুং পায়বা অকনবা হায়রিবসি তৌবিয়ু॥
মতম'সিদা লক্ষ্মণ-না মুনিদেব খুরুম্নে।
দোলায় তোংলে লক্ষ্মণ-দো অমুক হন্না থৌরক্লে॥
থাশিরমদাই মঙানি পানবা মুমৎ অতুদা।
অক্ষৌহিণী তেঙ্গোলনা তরাহুমদোই থোংতুদা॥
তেঙ্গোল ময়াম উবদা কিরতুনা কায়নবা।

তেঙ্গোলশিংগী পন্নিংদা অর্জুন নিংথৌ থৌরকপা ॥
দোলায়ছুগী মথক্তা ফিরান্দুনা হাইরকপা ।
কালদন্তগী মচা শুচিমুখ থৌরকপা ॥
মচু মবি থোকইদা মাগী ফিরাল অত্থনা ।
মমাই লোংনা য়োংশিংদো চঙলকইদো হরাওনা ॥
য়োংগী তুংদা ইল্লকই মেঘবর্ণ অকনবা ।
মাগী নাক্তা মাতুলী মুংঙাইনবু ইল্লকপা ॥
শওম তেঙ্গোল মযামদো তুংথুদবু ইল্লকই ।
শওম মতুং লক্ষ্মণ-গী মাতুলীনা ইল্লকই ॥
লক্ষ তবা অকনবা লিরুং পাযবা চঙলকই ।
মথোইহুগী তুংথংনা যুবরাজ চঙলকই ॥
নবরঙ্গ সাজম্নি লক্ষ্মণ দোলায় ফজবা ।
যম গুম্না উহল্লি ফিবাল মবি থেংলিবা ॥
দোলায় মথক অত্থদা মনিমুক্তা থাম্লিদে ।
দোলায় থক্ত ঙাল্লকই নোকফেং নোকফেং লক্ষ্মণ দো
সনানা মথোক চল্লবা চামরনা থৌগল্লি ।
ওইদা মোইবুং পাযশল্লি যেত্ত লিরুং পায়শল্লি ॥
নয়ন অনিমক্তুনা মৈগুম্নবু ঙাঙিঙদো ।
শিঙ্গা, বেমু লক্ষনি মাযগৈ মরি থোংহৈদা ॥
বরাহ বিনাক হাম্নবা মন্দিরানচিংলবা ।
দমা হাযবা য়ৈবকই মোইবুং মথোল হৌরবা ॥
তাবা নাকোং পংশিল্লি যন্ত্রশিংগী মথোম্না ।
ইশৈ শকই জগোই শাই তেঙ্গোল মযাম অত্থনা ॥

উরবদা চন্দ্রসেন অঙকপবু ওইরেদা।
শামু শগোল তেঙ্গোম্না কোয়রে মাইগৈ মরিদা ॥
তেঙ্গোল সভা পুন্নমক সিংহনাদ লাউরক্লে।
হনুমন্ত অকনবা শাউরদুনা চোংলক্লে ॥
মেঘবর্ণ ঙঙদুনা তেন হেক্তুমক কাপ্লিদা।
অর্জ্জুন নিংথৌ খুদক্ত লৌরি থ্রিং-থ্রিং খিঙিঙদা ॥
শু'চমুখি অকনবা তেঙ্গা হেক্তা থোঙিঙদা।
পর্ব্বতিয়া নিংথৌগা নিংথৌমচা লক্ষনি ॥
সিংহনাদ লাউরকপা আকাশবু নিনবনি।
ম-ওং অসি উবদা ঙাক্লম্বদো কায়রক্লে ॥
অকায়ববু লম্বীদা হনুমন্ত চঙলক্লে ॥
শাউরে হনু চোংশিল্লি যজ্ঞ কুণ্ড মনুংদা।
চন্দ্রসেনগী মবুক্তা কাওরে হনু মখোঙনা ॥
খুদক্তুদা নিংথৌদো রান্থদুনা ভুখরে।
ব্রাহ্মণশিংদো মথুত্তা লাইরিক পুরে চেন্নরে ॥
শঙ্গোম অফম-অনৌবা চিনিনচিংবা চাথোক্লে।
মৈদা কয়া লংশিল্লে যজ্ঞগী মৈ মুথৎলে।
চন্দ্রসেনগী লান্মীশং ঙাকপা ঙমদ্রে চেন্নরে ॥
হনুমন্ত মতোমদা লান্মী কয়া হাত্তোক্লে ॥
মায়থীহল্লে চন্দ্রসেন হনুমন্ত চোংলক্লে ॥
লক্ষ্মণ চরণ কোন্দুনা হনুমন্ত থুরুপ্লে।
মখুৎ পায়রে কোনবিরে মরায়বক্তা চুপ্লিরে।
নংগী পাম্বোম পাঙ্গন্না মঙ্গলবুদি লৌরুরে।

উহৈ রাহৈ লক্ষনি অচা-অথক পিজরে।
কৃপা ফংলে হনুমান পুক্লিং কয়া হরাওরে।
হনুমান্না হঙ্গৎলি রঘুমণি তাবিসি॥
রণযজ্ঞ অসিদা কোয়বহুনা লৈরসি।
চন্দ্রসেনগী মতৌসে ঐনা অসুম খনবদা॥
মেঘনাদ হাৎপত্নু ঐনা নিংশিঙডু রেদা।
বিভিষণগী থুৎশন্না সীতা ফংই রামনা॥
ঙমগে কৃপা পিবিযু হন্দক ঐগী থুৎশিন্না।
থোং মরিসি অকনবা অমমন্থু শিঙ্খনসি॥
ময়াযসিদা ইবুংঙো লেংদনবু লৈবিসি।
য়াবিবেদো লক্ষ্মণ না হনু লাল্লোঙ শিল্লক্লে॥
নোংপোকথংবা থোঙতুদা মেঘবর্ণ থারক্লে।
মখাথংবা থোঙদনা অঙ্গদবু থারক্লে।
নোংচুপ থংবা থোঙদনা অর্জ্জুন নিংথৌ থারক্লে॥
অরাংথংবা থোংসিনা হনু মাগী ওইরক্লে।
যুবরাজ লক্ষ্মণ-না মযাযতুদা লৈবক্লে॥
মতৌ অসুম চেকশিন্না তেঙ্গোলশিংন্না লৈরক্লে।
চন্দ্রসেন কৌবা নিংথৌদো কবম তৌনি খল্লক্লে॥
মচানিপাগী 'নাক্তা কপ্পা কপ্পা চঙলকই।
চন্দ্রসেন্না মচাদা কপ্পা কপ্পা হাযরকই॥
কনাগীবু মচানো যোং পুত্থনা থুংলরে।
নরমেধ যজ্ঞসে হৌজিক যোংনা থুগাইরে॥
মখোঙনা কাওরে ঐহাকপু লৌরবৈদো যজ্ঞদা।

করিদবু হায়গনি থিনা চৈথ্রে ঐঙোন্দা ॥
মতমসিদা থুংলরে শুভঙ্কর মুনিদো ।
চেং থোইদিং লৈ পুথোক্লে মুনি পূজা তৌইদো ॥
চন্দ্রসেনগী মচাদো বৃহদর্থ কৌইদো ।
যজ্ঞ থুগাই তাবদা মৈগুম্নবু শাউরেদা ॥
হায়য়ু মুনি কনানো' মমিং করি কৌবগে ।
সিংহনাদ ধ্বনিনা পঙেঙ নাকোং খঙজগে ॥
থৌরাং কয়া চাউনবু লাক্লিবসে কনানো ।
তাকপিয়ুনে মুনিনা কনাগীবু মচানো ॥
মুনিনা হায় তারোকে' দশরথগী মচানি ।
মপাঙ্গলনা কনবদি শোরারেন ফাও কিবনি ॥
রামগী মনাও নিপানি লক্ষ্মণ কৌই মমিংনা ।
মেঘনাদ হাৎখিদো লাক্লিববু অসিনা ॥
তারকাবু হাৎখিদো বাম মচিন মনাওনা ।
থুৎলাই কয়া তমখিদো বিশ্বামিত্র মুনিদা ॥
জনক নিংথৌগী যজ্ঞদা চৎপা কান্দা উখিবা ।
লক্ষ্মণ অসি কনখ্রেদা মতমত্তুদা উখিবা ॥
রাবণগী মচা চামনি লক্ষ্মণ সিনা হাৎখিবা ।
মহাদেব দুর্গাবু যাওনা কৈলাস ফুকখিবা ॥
শমখোঙদবু লোৎশিনবা হেক্তা ঙস্বা লক্ষ্মণ-নি ।
বকাশুর অকনবা হাৎপা ঙস্বা লক্ষ্মণ-নি ॥
নংগী যজ্ঞ থুগাইবা হুংশিংকী মচা হনুনি ।
রাম-সীতা অনিবু কনবা ঙস্বা লক্ষ্মণ-নি ॥

মীগী মশক নাব'ণ নি নংগী থোঙদ থুংলি'সে।
ঐনা করি হায়সিবা মাগী মতিক মগুণসে॥
চহি তবানিথোইবু নাবি বদন য়েংদবা।
চহি তরানিথোইবু চাদ-থক্ত ঙমখিবা॥
রাবণ-গী মচা অকনবা ইন্দ্রজিৎপু হাৎখিবা।
অর্জ্জুন নিংথৌ অকনবা হন্দকসিদা ঙম্লকপা॥
কালদন্ত নিংথৌশু লক্ষ্মণ-সিনা ঙম্বনি।
মমাঙৈঙদা শোরারেন ইকাইববু নংবনি॥
হন্দক লাকপা মতমদা তপবন্দা ফঙঙকই।
শোবারেনগী মচানি চন্দ্রকলা য়াওরকই॥
মবোল তবেৎ অসিদা ঙম্বিনবা লৈত্রব'।
যুবরাজ লক্ষ্মণ-নি ঐনা কবি হাযসিবা॥
প্রভুরামচন্দ্রগী অকনববু মনাওনি।
রাম লক্ষ্মণ অনিসি অমত্তনি দেহেদি॥
লানফম কয কযাদা ঙম্লক্রবা লক্ষ্মণ-নি।
রাম না ওইবে সারথি মানা রথী ওইবনি॥
স্বর্গ ফাওবা মহাক্কী মমিংবুদি ফাওবনি।
মাগী মতিক মগুণবু করিদবু হাযগনি॥
গাণ্ডিবগী মগুণনা মরোল অহুম ফাওবমি।
মথোঙ হেক্তো থীনবদা পৃথ্বী থক থক নিকপনি॥
মাগী মগুণ তাবদা অকনবশিং কিনরে।
রাহৈ অসি তাবদা মক্ক ঙম্না লুকথরে॥
চন্দ্রসেম্না মচাদা মুংশিনবু হায়রকই।

নংগী নমিং জগত্তা ফাওরিবনি হায়রকই ॥
মাগী মনাই হুপীদো মায়া তৌরো হরুচো ।
চন্দ্রকলা মরমগী শিনি লক্ষ্মণ লৌরুচো ॥
ফাওরিবনি নহাকসু মরোল অহুম অসিদা ।
মপাগী রা তাবদা ফরগনি খনগ্রেদ ॥
মুনিশী রা কয়াদো লৌথিদরে অপঙবা ।
খুরুম্রক্লে মপাবু বর লৌরে অকনবা ॥
মপাগী য়াথং পুত্থনা হরুবগে লাক্লেদো ।
মাগী তেঙ্গোলশিংত্থনা চেকশিন্নবু লৈনিদো ॥
অহিংসিদা ঐহাকপু মথকলোমদা চঙশিরা ।
চন্দ্রকলা হবসে ম-ওং করম তৌসিবা ॥
অসি থন্না লাকপনা নোংপোক থোংবু য়োরক্লে ।
শামু মপৈ মপৈনা লেপলম্বত্থ উরক্লে ॥
তেঙ্গোলশিংনা য়ামথিবা লক্ষ লক্ষ উরক্লে ।
মপৈ মপৈ খোঙমীনা লৈবা অসি উরক্লে ॥
তেঙ্গোল সভা য়ামখ্রেদা মপৈ মপৈ লৈরম্বা ।
ক্ষণ ক্ষণ খুদিংগী নোং-মৈ কযা কাপ্লিবা ॥
ধুপ থাউমৈগী মনম্না হুংশি রণ যজ্ঞদা ।
উরবদা অকনবা চিংনরক্লে পুক্লিংদা ॥
চণ্ডি পূজা তৌরগা বৃহদর্থ চঙলক্লে ।
মক্ষম মক্ষম খুদিংদা চঙলত্থনা য়েংলক্লে ॥
সনাদনা থাম্নবা শয্যা অমা উরক্লে ।
মগুণ চেনবা মী অনি তুম্নত্থনা লৈরম্লে ॥

অমসিনা শোইররোই চন্দ্রকলা ওইবতাই।
লম্মণ ওইগী মথুৎনা কন্যাগী থক্তা থমই ॥
মথুৎ অত্থু উবদা চিংনরক্লে থোইদোক্না।
ইকাই ইকি হুন্দোক্লে মথুৎ অত্থু পায়হনা ॥
থাঙ্গৎপবু ঙমদরে সনজীংগুম লুমথরে।
ইকাইবগা লোয়ননা ম-ওল ম ওল খঞ্জরে ॥
নারায়ণগী অংসবু ওইবত্তারে খঙলক্লে।
জয়ছন্দ নিংথৌনা ভবানিদাস ব্রাহ্মণদা।
হিংচাবনা কপ্পসি লেঙঙ্‌ লাচাডীগী সন্দদা ॥

## "লাচাডী"

তারুদে মুনিগী রাবু, হৌজিকসি কমদৌনি ঐবু;
ফঙঙরেদো খুদোংথীবা ঐনা।
কুম্ভকর্ণদো হাংখিদা, তাবক্লবনি নাকোংদা;
হৌজিক্তি লেঙবফাও ঙমদ্রে ঐনা ॥
ঐহাক্না নাপল তৌরুব', মশাসিবু পায়রুবা;
মরোল অহুমদা ঙাংনহৌরনি।
মরম অসি খঙলুদনা, রাশকলুবা করমতৌনা;
ইশা ইতোমদা মাঙহজবনি ॥
রাশক্কনা লাকপা ঐনা, হুবা ঙম্রোইদৌরেদনা;
কল্লি হায়নবগী করি কাম্নে।

লক্ষ্মণ-সিনা কনবদি, কৈলাস ফুকই হায়বদি ;
চুম্বতাই য়াম্না কনখ্রেদা হায়নৈ ॥
লান তৌবা মতমদ মানা, সনজীংবু ফুক্রহুনা ;
শমখোঙদা লোৎপা ঙম্বা লক্ষ্মণ-নি ।
যুগ অমা চাদবা ঙম্ব', তূমদবসু ঙম্লক্রবা ;
ব্রহ্মচর্যা ধর্ম্ম চৎথিবনি ॥
তারবদা মাগী গুণবু, রাশক্লক্লিবা ঐহাকপু ;
মুনিনা হায়বা তারক্কে, ঐনা ।
জয়ছন্দ কৌবা নিংথৌনা', রস খঙবা সজ্জন ওইবনা ;
ভবানি কৌবা ব্রাহ্মণদা মানা ॥
পদ ওইনবু নিংথিনা, লেংগদবনি হায়হুনা ;
লেংলক্লি ময়ামগী কান্নবা ॥

## পদ

য়াওল্লক্লে লক্ষ্মণদো শ্রীহস্তদো চিংশিনথি ।
ম'য়া তৌরে খুদক্তা চন্দ্রকলা লৌখৎথি ॥
তমথিরবা রাক্ষস স্বর্গরোমদা ওল্লক্লে ।
রাক্ষসগী মরূপ্তি উরবদা পেল্লক্লে ॥
মতমসিদা ময়াম্না চন্দ্রকলা য়েংলক্লে ।
কলা উদ্রে ময়ামদো হায়নরক্লে থিরক্লে ॥
হাই হাই হায়না লাউনরে অহিংগীদি মতমদা ।
অঙ্গদনচিংলবা থুংলরেদা নাক্কুদা ॥

মহা শব্দ তাবদা হনুমন্ত থুংলরে।
অঙ্গদনা হায়রকই চন্দ্রকলা উদরে ॥
চন্দ্রকলা লৈতরে করমতৌনি হৌজিক'সিদা :
কনানবু হুপ্রবা লৈরমদরে মতম'সিদা ॥
মীকপ থোকলক্লবদি খঙলক্লনি লক্ষ্মণ-না।
থাদোক্লনি রাজভোগ অরেম্বনি খন্দুনা ॥
হনুমান্না হায়রকই অঙ্গদ-া যম য়োরো।
ঐনা স্বর্গ চৎলগে নখোই সিদা থিহোরো ॥
অকনবা 'নি হায়নরে চৎসি বিদায় লৌনরে।
জয়-রাম লক্ষ্মণ হাযতুনা অনি পুন্না খুক্লম্লে ॥
যমগী লৈবাক য়োরক্লে থিরক্লেদো অঙ্গদ।
চিঙৈভ হেক্তা হল্লক্লে যুবরাজ নাক্তুদ ॥
হনুমান্দো চোংলক্লে হুংশিংকবু লোয়নৈদা।
স্বর্গ হেক্তা য়োরক্লে মিৎনা কুপ্পা অমদা ॥
মতমসিদা লক্ষ্মণ-দো মীকপ হেক্ত' থোকইদা।
কপ্লতুনা অঙ্গদ ভুবক্লেদো চরন্দা ॥
লক্ষ্মণ-না হায অঙ্গদ চন্দ্রকলাদি কদাই।
প্রভু থিবা খঙদবে অঙ্গদনা খুম্লকই ॥
অমনা অমুক হায়রকই শোরারেনগী মচানি।
শাপকি মতম লোইহনা স্বর্গদা চৎখ্রবনি ॥
কনানা হায় কলাদো ব্রহ্মলোক্তা উরম্মী।
মাঙ্গম্বদে ব্রহ্মানা য়াম্না শেম্বা উরম্মী ॥
থাগী মুপী রোহিণী লাকপ্রা শাপ্ন ফংহনা।

শাপকী চিঞ্জাক লোইহনা চৎখ্রবরা মহাক্না ॥
কনানা হায় মায়ানা পোক্লবনি জগত্তা।
মাহামায়া অহনা চৎখ্রবনি স্বর্গদা ॥
মতৌ অস্নুম তৌহনা তেঙ্গোল সভা ৱানখি।
লক্ষ্মণ ৱারে মতমসি লৈবাকথক্তা ৱাম্বখি ॥
জয়ছন্দ নিংথৌনা পুণ্য চেনবা ওইবনা।
পদ ওইনা ইরকপা লক্ষ্মণ ইতিহাসদা ॥
পণ্ডিত ভবানি দাসনা মখুৎ অনি লোয়রে।
রামগী চরণ থম্বান্দা খোইমুগুম্না ইগ্গরে ॥
বিলাপ তৌবা লক্ষ্মণ-না লাচাড়ীদা ইগনি।
তারবদা মৌহনা শোইরোই পাপ্প কোকনি ॥

## লাচাড়ী

লক্ষ্মণ-না তুখ্রবহুদা, অঙ্গদ চঙিঙ নাক্তুদা;
শ্রীচরণ অনি থোগল তৌবক্লে।
লক্ষ্মণ-না হায়রকই বাপু, ঐসে লৈরমাল্লে শাপ্প,
অমুক হল্লরোই কোহুংদা হায়রে ॥
মেঘবর্ণ মখুৎ পায়রে, য়েংহনা হুংশিনা হায়রে;
তেঙ্গোলগা লোয়ননা নং চৎলোকো।
কিষ্কীন্ধ্যাদা অঙ্গদ চৎলো, চন্দ্রদি ঐ হাৎপা শক্লো;
অর্জ্জুন নিংথৌ নরৈবাক চৎলোকো ॥
শ্রীরাম-গী মাতুলী কোই, মর্য্যাদা তৌনা হায়রকই;
শ্রীরামদা ৱারী পুম্বা তম্মুরো।

নাগী নাইন লৌথোক্লুনা, অমুক জটা পুরহুনা ;
তপবন চৎখ্রে লক্ষ্মণ-দো হায়রো ॥
ঐগী ইচাশিং অয়াম্বা, সুমিত্রা ইমা হায়রিবা ;
প্রভুরাম-না থাকপিয়ু হায়জরি ।
ইমাদস্মু তম্বিরুচো, বন্দা চৎখ্রে খঙহল্লুচো ;
সীতাদস্মু তম্বিয়ু হায়জরি ॥
রাহৈ অসি হায়রহুনা, লিরুং তেনবু থাদোক্লুনা ;
কোকী লুহুপ লৌথোক্লে লক্ষ্মণ-না ।
রাম-না পীবা মালাস্মু, খুত্তা শিবা খুজি তানস্মু ;
নুপুর পুম্বা থম্লে লৌথোক্লুনা ॥
শাউরহুনা লৌথোক্লক্লে, পৃথ্বী থক্তা হুন্দোক্লক্লে ;
নুংশিবনা চাক্লক্লে থম্মোইদা ।
অক্ষৌহিণী তরামাথোই, রাবনা প্রমাণ লৈত্রবোই ;
মিংলুদগী পিনা চোংনখরেদা ॥
মিত্তগী তাবা পিহুনা, পৃথ্বী থক থক নিকপগুম্না ;
লৈ পরেংনা তত্তুনা তা'গুম্লি ।
হায়রক্লেদো শ্রীলক্ষ্মণ-না, তারো তারো মেঘবর্ণ ;
পিরো ঐ বনগী ফিজেৎ শেৎলনি ॥
মেঘবর্ণনা হঙ্গৎলি, সূর্য্যবংশদা মহেল্লি ;
মতিক চাদবা রাবু থনবিয়ু ।
নংদি যুবরাজ ওইবা, মরোল অহুমদা ফাওরবা ;
অম্মুক চাওবা প্রভুনি রাবিয়ু ॥

ইবুংঙোব্ উদ্রবদা, শ্রীরাম-না রাবা তারেদা ;
ইবুংঙোনা লৈবদা রামসু লৈ ॥
অমতনা অনিথোকপা, থরাইসু অমতা ওইবা ;
জগত্তা নখোইনিনা হেন্না লৈ ॥
রামগী মনাই সীতাদো, রাবণনা ছখিবনিদো ;
চিংনহু মতৌ অতুগুম্বনি ।
পুক্নী অপাম্বা পোকপদি, শোইরোই কর্ম্ম চারবদি ;
কাউবিরবরা নগুণ লৈবনি ॥
জয়ছন্দ নিংথৌ ওইবা, রস খঙবা সজ্জন ওইরবা ;
মাগী ভবানিদাস ব্রাহ্মণ-নি ।
কান্তারসগী অথেংবা, লক্ষ্মণ-না তেংথাজরকপা ;
মসিমক লাচাডৌদা ইবনি ॥

## পদ

অর্জ্জুননা হায হে মুনি ঐগী রাসে তাবিয়ু ।
হনুমান্না চৎখিবা মরম অতু হায়বিয়ু ॥
মুনিনা হায় তারোকো হনুমান্দো স্বর্গদ ।
ইন্দ্রগী কোন্নুং থুংহুনা স্বর্গ মফম অতুদা ॥
হনুমান্না থিরক্লে কদাইরাইদা লৈখ্রবা ।
মায়া তৌরে হায়রগা লৈরম্মেদো হিংচাবা ॥
থুদক্কুদা হনুমান হেক্তা থুংমিন্নররে ।
মতমতুদা কলাদো মিকপ হেক্তা থোরক্লে ॥
তেঙ্গোর্ল সভা লৈরমদে লক্ষ্মণ-দমক লৈরম্মি ।
প্রভু রা'মা হঙ্গেকো চন্দ্রকলানা হায়রম্মি ॥

সিংহাসন্না কদায়দা লৈবাকসিদা হিল্লিবা।
শগোল শামু করন্না কদাইদবু লৈখ্রবা॥
ইপুরোইবা মশকলৌ মায়া তৌবা কনানো।
খাঙবা ঙমদ্রে রাক্ষস নিজমূর্ত্তি ওইরেদো॥
হায়বা হৌরে রাক্ষস রাহৈ কন্না শেমহনা।
চন্দ্রসেনগী মচা ঐ মরোল অহুম ফাওরিনা॥
নপুরোইবা হাংলম্মে পুরক্লেদো হৌজিক্তি।
কদাইদনো শত্রুঘ্ন রামস্থ লৈত্রে হৌজিক্তি॥
অকনবা অমা লৈতরে ঐবু নংনা নিংজরো।
নপুরোইবা লক্ষ্মণ-দো নংনা নিঙবা তোকচরো॥
লক্ষ্মণ হাংলন্নহনা লাক্লবনি পুহনা।
রাহৈ অসি তারক্লে শোরারেনগী মচানা॥
যুবরাজ কদায়দা হায়রম্লগা রাম্থখ্রে।
হা ইবুংঙো নারায়ণ দোষ করিবু লৈখ্রে॥
খোইমু ওইবা নহাক্না লৈহী চুপ্পা কাউবিরে।
সূর্য্যবংশ অথোইবা মফম কৈদা লৈখরে॥
কদাই চংখ্রে হনুমান অঙ্গদনচিংলবা।
লক্ষ্মণ শত্রুঘ্ন খোইদি কদাইদবু লৈগ্রবা॥
কনা লাক্লে হায়রগা ঐগী নিঙবা থুংগনি।
ঐগী পতি লক্ষ্মণ-নি শোরারেন্না ইপানি॥
পুর্ণব্রহ্ম শ্রীরাম-না ইকোক খুম্ফম ওইজরি।
রাক্ষসনা হায়রকই লক্ষ্মণ-গীবু বনিতা।
ঐস্থ নিংথৌ মচানি কাওরিবনি পৃথ্বীদা॥

তাল্-মাপনৃগী পাঙ্গলবু লক্ষ্মণ-তুনা ওইবনি।
মরোল অহুম্বু য়োৎশিনবা ঙম্নববু ঐহাক্নি॥
ঐগী থৱাই হিংহল্লো নৈগী পরেং হুকপিরো।
হাৎলে নপুরোইবদো ঐবু নংনা নিংজরো॥
মণি-মুক্তা পিবিনি সনাতনা লৈতেংনি।
ঐবু নিঙবা মতমদা করি চিংনরগনি॥
অসিফাওবা ঙাংনবা তারক্লেদো হনুমান।
খঙহৌদনা চোংশল্লি থুদকসিদা হনুমান॥
হনুমানবু উবদা হরাওজরে কলাদো।
হনুমান্দি অকনবা বৃহদর্থ অনিদো॥
ঙাংনরকপা অনিগী শব্দ তারে লাইশিংদো।
খুত্তা লিরুং পায়নরে অচৌবা লান হৌরেদো॥
ময়াম লাকপা অসিবু চন্দ্রকলা উরক্লে।
চন্দ্রকলা লাইয়ামদা ৱারমপুষ্পা তমলক্লে॥
ইপুরোইবা হাৎলম্লে হায়রি নিশাচরনা।
ঐবু পুরক্লিবনি থাজরোকো হায়হুনা॥
ঐবু থিরক্লিবনি নুংশিৎ মচা হনুনা।
শোরাবেন জয়ন্তদা হায়জরক্লে কলানা॥
ৱারম পুষ্পা খঙলক্লে শোরারেম্দো খুদক্তা।
জয়ন্তগা লোয়ননা লিক্রুং পায়রে মথুত্তা॥
মখোয়'নিগী তেন্তনা নোংগুম্নবু মমলক্লে।
মিৎনা কুপ্পা অমদা হিংচাবা চেনগে নিঙলক্লে॥
মায়গৈ মরিমক্তুদা লাউনবনা নিম্নখ্রে।

ময়ামসিগী শব্দনা পৃথ্বী থক থক হেক নিকখ্রে ॥
প্রজাপতি ব্রহ্মাসু মতম'সিদা তারক্লে।
মাগী তেঙ্গোল লোয়ননা মতমসিদা থুংলরে।
মায়গৈ মরি হুপ্লক্লে লাইগী তেঙ্গোল ময়াম্না।
রাক্ষসবু ফারক্লে হনুমন্ত বীরনা ॥
উরু উরু লৈরগা লৈবাকথক্তা ফুথরে।
রাক্ষসছু রাম্বুবে মশাগী শরা তেকখরে ॥
লাইয়াম পুম্বা খুরুম্লে হনুমন্ত বীরনা।
অতাওবনি হনুমান থাগৎলক্লে লাইয়াম্না ॥
চথোরুবা ঙম্নদে মাবু কিনখিবনা।
হৌজিক মাবু ফাবিবে মতিক চাউবা নহাক্না ॥
রাক্ষসদো পুনশিল্লে হনুমন্ত বীরনা।
মাতুলীনা দোলায় থৌ চন্দ্রকলা লোয়ননা ॥
থৌরক্লে হেক দোলায়দো লক্ষ্মণ নাক্তা থুংলরে।
বালিমচা অঙ্গদ লাকপা অসি উরক্লে ॥
মঙ্গল ওইরে হায়ছনা য়োংগী তেঙ্গোল লাউরক্লে।
য়েংউদনা হনুসে থবক মঙ্গল ওইরক্লে ॥
দোলায়দগী কুমথরে হনু লক্ষ্মণ খুরুম্লে।
মখুৎ পায়রে হনুমান আলিঙ্গনবু তৌবিরে ॥
অযোধ্যাগী মুঙডাইবা পিরবনি নংঙোন্দা।
রঘুবংশ ঙাকপদি ওইববনি নহাক্না ॥
দশরথ ইপাগুম ঙসি নংনা তৌরকপা।
অরাবা কয়া লান্দুনা চন্দ্রকলা পুরকপা ॥

মক্কম কৈদা থেংনবা তম্মু হন্নু ঐঙোম্দা।
কনাগী মচা হিংচাবা করি কৌবা মমিংনা॥
হনুমান্না হঙ্গংলি নরনারাণ তাবিনি।
বৃহদর্থ কৌইদো চন্দ্রসেনগী মচানি॥
স্থরস্থনা পুরম্মি অমরগী লৈবাক্তা।
মক্কমহ্নদা ননাইনা চিঙৈঙ হেক্তা য়োৎবদা॥
কাওনৈ থিন্নৈ ঐহাক্না অকনবা লান তৌইদা।
শোয়ারেম্মচিংলবা লাক্লে মতম অহ্নদা॥
হংসবাহণ তোংহ্ননা ব্রহ্মা লাক্লে খুদক্তা।
রাক্ষসবু পুন্নেদো ঐগা মায়য়োক্নহ্ননা॥
পুজরক্লে ননাইনা ইবুংঙোগী মাঙসিদা।
ননাই অসি হাৎলগা থাবিখরো যমলোমদা॥
চন্দ্রকলা মতমসি লক্ষ্মণ মাঙদা থুংলরে।
মপুরোইব চরন্দা পঞ্চাঙ্গদা খুরুম্লে॥
নোক্লহ্ননা লক্ষ্মণ-না তারো প্রাণগা মান্নবী।
য়ারম পূম্বা হায়য়ুকো ধর্ম্ম য়েংনা চান্নবী॥
মতৌ করম তৌহ্ননা হিংচাবনা পুবনো?
মতৌ করম তোৎনা সতী ধর্ম্ম ঙাকপনো?
চন্দ্রকলা খুম্নকই অরেপ্পহু তাবিয়ু।
অমরগী লৈবাক্তা চৎলুবা য়া তাবিয়ু॥
নংগী মূর্ত্তি লৌহ্ননা ঐবু নিংউ হায়রকই।
খুদক্কুদা হনুমান মাংদা হেক্তা চঙলকই॥
স্বর্গ চেকপল অহ্নদা ঐবু থম্মি হন্নুনা।

মাগী মূৰ্ত্তি হিংচাবা লেপ্পক্লেনে খুদক্তা ॥
উরবদা ননাইদি অঙাওবীগুম কপচৈদো ।
ননাই হনু হিংচাবা কন্না লানবু তৌরেদো ॥
করি অমুক হায়গনি নরনারাণ প্রভুদা ।
লক্ষ্মণ-না হায় হে প্রিয়া তম্মগনু ঐভোন্দা ॥
নংগী থবক অপূম্বা শিৎ-শিৎনমক খঙজরে ।
ঐগী মূৰ্ত্তি লৌহনা হিংচাবনা পুবিরে ॥
মতমহুদা করম্না নংগী সত্য ভাকপকো ।
সূর্য্যবংশ নিংথৌদি দোষ লৈবা য়াদেকো ॥
অরাবগী মরক্তা তারগনি শোইদরে ।
নংগা লোয়নরবদি ঐহাক অসি মাঙজরে ॥
মরোল অহুম অসিদা মিংচৎ খিবা ওইগনি ।
নংবু ঐনা খনবদি মতিক চাদ্রে হৌজিক্তি ॥
অহুম্মক্তি ওইরগা হিংচাবসি হাংকেদো ।
রাহৈ অসি হায়রগা মরূ হেক্তা লূকথৈদো ॥
চন্দ্রকলা মিত্তগী পিনা থবাক চোংথরে ।
খল্লুবদা রাখরে লৈফম মফম খঙদরে ॥
ভবানিদাস পণ্ডিতনা পায়াৱদা ইবনি ।
লক্ষ্মণ-গী ইতিহাসবু তাবা পাপ্প কোকপনি ॥

## লাচাড়ী

লক্ষ্মণ চরণ কোল্লহনা, হঙৎলি চন্দ্রকলানা ;
করি দোষ লৈহনা তাকপিবা ।

বিষ্ণু অবতার নংদি, করম হায়বিরি ঐবুদি ;
পাপ পুণ্য ননাক্তা ঙাক্তা লৈরিবা ॥
ঐহাক্তি পাঙ্গল শোনবীনি, নংদি পুর্ণব্রহ্ম কলানি ;
ধর্ম্মগী লাই কৌবিরো মাঙসিদা ।
ব্রহ্মানচিংবা লাইয়ামশিং মাঙসিদা কৌবিয়ু লাইশিং ;
য়াথং পিয়ু যমনচিংবা লাইদা ॥
চন্দ্র সূর্য্য হায়রিবদো, কৌবিয়ুকো মখোয়শিংদো ;
অহিং হুংথিল চিত্রগুপ্ত কৌবিয়ু ।
কৌবিরগা হংবিয়ুদা, পাপ পুণ্য মখোইহ্নদা ;
য়াম্না শন্দোক্লবু হায়হনবিয়ু ॥
জানকীগুম্না ননাই ঐ, মৈ হইকপদি তৌবিম্ন ঐ ;
অহিং হুংথিল মনুংদা লৈবানি ।
নংস্থ রাম-গা মান্নবনি, অকনবশিং তাবিগনি ;
তাবিয়ু বিষ্ণু অবতারনি ॥
বেদ মরিনি পুরাণ-না, তরামরি লৈ মাংসিদা ;
পাঠ তৌরি মুনি লিশিং ’মনা ।
লমচৎ ফৎলমদ্রবা ঐনা, ধর্ম্ম ঙাকলমজ্রবা ঐনা ;
বীর কুলদা লৈনি করম্না ॥
পূম্নমক হায়রগা কলা, পুক্নিং কাবা ঙমদ্রে কলা ;
মিত্তা পি হকচাং তনিক তনিকই ।
হনুমাম্না হায়জরকই, রঘুকুলমণি ননাই ;
ভাগী পাপ লৈতে ননাই খঙঙকই ॥

প্রভুদি অবতারনি, পাপ্প কয়ম লৈহনগনি;
কলাসিস্থ চমদ্রবী অমনি।
মতমসি লাকই ইন্দ্রস্থ, থুংলরে অমা ব্রহ্মাস্থ;
হুমিৎ-থাগু লাকমিন্নে মথোইনি॥
থুংলরেদো ধর্ম্মবাজ, মাইগৈ ভাকপা লাইয়াম সভা
অহিং-নুংথিল দণ্ড ক্ষণস্থ।
কুবেব বরুণস্থ লাক্লে, অযাম্বা মুনিস্থ লাক্লে;
সিদ্ধ মুনি জগোই শাবীশিংস্থ॥
ধর্ম্ম-অধর্ম্মস্থ লাক্লে, পাপ-পুণ্য কর্ম্মস্থ লাক্লে;
থুংলবে মার্কণ্ডনচিংবস্থ।
চিত্রলেখানচিংবা লাই, স্বর্গগী জগোইশাবী লাই;
থুংলবেনে চিত্রগুপ্ত লাইস্থ॥
মাইগৈ মবিদা লাইশিংনা, চেদা যেক্লিবা লাইগুম্না;
য়েংখিবদা লাইশিংনা ফজবা।
শ্রীযুতনতিল্লবা পণ্ডিত, খুরুমজরি রঘুনাথ;
শ্লোক অমৃত থুগাইহুনা লেংবা॥
নিংথৌ যাথং মতুংইন্না, ভবানিদাস ব্রাহ্মণনা;
ইজরি প্রভুরামগী কৃপানি।
রাম ইতিহাস ওইবা, তারুবদা পাপ্প কোকপা;
শ্রীলক্ষ্মণ দিগ্বিজয়গী রাবিনি॥

## পদ

ব্যাসনা হায় তারোকো ৱারম পুস্বা হায়গেকো।
জগত্তগী লান্নবা নাকোং থম্না তারোকো॥
ভীম-ধনঞ্জয় হায়রকই মথুং অনি লোম্ননা।
মতৌ করম তৌহুনা শাক্তি পিবা লাইয়াম্না॥
ব্যাসনা হায় তারোকো শোরায়েম্না হায়রকই।
রঘুবংশ মন্থুংদা নখোয়নিনা থোইরকই॥
রামগী কলা অমনা লক্ষ্মণ ওইনা পোকপনি।
রঘুবংশ নিংথৌনা করম তৌনা মরুনি॥
থোইদিংমুক্তা পাপ লৈতে কন্যাসিগী মশাদা।
অওইবনি হায়রিসে রঘুমণি নঙেঙান্দা॥
মথুং অনি লোম্ননা লক্ষ্মণ-না মুক হায়রকই।
ইকু নিংথৌ তাবিয়ু হঙ্গচ্চরক্কে ননাই॥
প্রভুরামচন্দ্রনা ৱায়েল্লিদো পৃথ্বীদা।
নিংথৌগী ভার অসিবু শিন্নবিরি ননাইদা॥
ঐনা পাপ্পু লৈরদি পুণ্য পুস্বা মাঙগনি।
পুণ্য পুস্বা মাঙলদি রামচন্দ্র রাগনি॥
দেবরাজ তাবিয়ু ৱারম অহু হায়বিন্থু।
কন্যাসিগী মরমদা ঐবু ইকাইহনগন্থু॥
মরাল লৈতে হায়রক্লে প্রজাপতি ব্রহ্মানা।
চন্দ্রকলা সতীনি মাদি দোষ লৈতেনা॥
মায়গৈ ঙাকপা লাই মরি সাক্ষি তোরে অমমম।

অহিং হুংখিল অনিস্থ হায়রক্লেদো অমমম ॥
পাপ্তো থোইদিং অমরোম চন্দ্রকলা লৈতেকো।
চিংনবিন্থ ননাইসে প্রভু লৎনবিন্থকো ॥
মথুৎ অনি লোম্নন৷ চিত্রগুপ্ত হায়রকই।
কন্যাসিদা পাপ লৈবা খণ্ডজরক্তুরেকো ঐখোই ॥
দশরথ নিংথৌস্থ লাকই শাক্ষি পিরক্লে।
হুম্ফ্ মরি যোগিণী লাকই শাক্ষি পিরক্লে ॥
দুর্ব্বাশা চ্যবননচিংব' মুনি ঋষি অয়াম্বা।
পাপ্তো লৈতে কন্যাসে রঘুম'ণ অথোইবা ॥
ঐখোয় ময়াম হঙ্গৎপা লৌবিত্রবা ওইবদা।
রঘুবংশ শাগৈদি মহা পাপ্প লৈনিদা ॥
লৎনবিন্থ কন্যাসে লৌশিনবিযু প্রভুনা।
অনিশুবা রাম নি খণ্ডনবিকো জগৎনা ॥
লাইয়ামশিংনা হায়রকই লক্ষ্মণ মথুৎ পায়রগা।
লৌশিনবিরো ননাইসে অশাওবা কোকপিরগা ॥
লাইনা হাযবা অহুফাও য়ানিংদরে লক্ষ্মণ-না।
ঐবু করি কমদৌনা তৌনি খল্লি লক্ষ্মণ না ॥
হনুমন্তবীরনা হঙ্গংলিদো মতম'সে।
হৌজিক লানবু ওম্ন'দি দোষ লৈতে কন্যাসে ॥
লেঙবিরকপা লাইশিংস্থ ফম্মো কুম্মে য়েংবিরো।
বৃহদর্থ লোইননা লান্দা মায়োক্লবিরো ॥
অহুনবু মফরে লাইয়ামশিংস্থ হায়রক্লে।
অহুদদি লক্ষ্মণ-স্থ লান তৌবা য়ানক্লে ॥

বৃহদর্থ নাক্তুদা চন্দ্রসেনস্থু থুংলরে।
শগোল শামু দোলায়স্থু রথী সাজন লোইনরে ॥
লিশিং অনি অকনবা লক্ষ অহুম লাম্মীনা।
লিরুং পায়বা মখৈনা লক্ষতরা লোয়নৈদা ॥
অষ্টচক্র ব্যুহদো শেম্মক্লেদো শাউহুনা।
উন্নবদা লক্ষ্মণ-গী রা ভাংনদ্রে তেঙ্গোলনা ॥
সিংহনাদ মখোন্না নাকোং য়ৈশন্নখরে।
জীব 'পুম্বা তাবদা হাহাকার লাউখরে॥
মতম'সিদা লক্ষ্মণ-গী তেঙ্গোল সভা ময়ামদো।
সিংহনাদ লাউরকই অতিয়াসে থনখ্রেদো ॥
রামগী জয় হেক লাউবেদো দোলায় হেক্তা তোংখৎলে।
পুংগী-শেনগী মখোলনা পৃথ্বী থ্রক থ্রক নিকখরে ॥
মেঘবর্ণ হৌগৎলে খুত্তা লিরুং পায়খৎলে।
মখোংহনা চৎপদা পৃথ্বী নিকুম থোক্লক্লে ॥
হনুমন্ত বীবস্থু মতম'সিদা থোক্লক্লে।
অঙ্গদনা চোংলকপা তেঙ্গোল শমজি খাইনরে ॥
সহস্র অর্জ্জুন হৌগংলে খুত্তা লিরুং পায়হুনা।
সোমকান্ত হৌগৎলে সিংহনাদ লাউহুনা ॥
মগুণ নৈবা রথীশিং লাম্দা মমায় ওনশিল্লে।
তেঙ্গোলশিংগী ধ্বনিনা পৃথ্বী থক থক নিক্লক্লে ॥
সিংহনাদ লাউনরে তেঙ্গোল অনি মায়য়োক্লৈ।
মেঘবর্ণ থৌজিল্লি ব্যুহ থোঙদা মায়য়োক্লৈ ॥
নৈরম্মুদো হায়হুনা লিরী থ্রিং থ্রিং খিংলকই।

অমাঙ অতা লৈত্রবা তেন্দো হেক্তা কাপ্লকই ॥
শিঙখাববু ঙমদনা তেঙ্গোল কয়া তুম্লক্লে।
তেঙ্গোল কয়া চেম্নরে মায়য়োক্লবা ঙমদরে ॥
যম কালগুম্না খল্লক্লে কিখিবনা নিক্লরে।
শামু শগোল তোংলবা রথী কয়া লৈখরে ॥
অষ্টচক্রব্যূহদো তেন্না হেক্তা কাপখেক্লে।
ভরত মচা অকনবা দোলায় অত্থ থৌজল্লে ॥
তুংওইননা চঙশিল্লি হনুমন্ত অকনবা।
অক্ষৌহিণী অহুমনি তেঙ্গোল সভা চঙশিনবা ॥
মেঘবর্ণ অকনবা নৈহৎলকৃপা উরকই।
বৃহদর্থ চন্দ্রসেন পুক্লিং রাখল তৌরকই ॥
চন্দ্রসেন্না হায়রকই চঙলক্লেদো য়েক্লবা।
দোলায় তোংলে বৃহদর্থ চিংলি শগোল অম্নবা ॥
কাপথোক্লকপা তেন্দুনা মৈনা ফ্ ফ্ কাম্লক্লে।
মেঘবর্ণ মমাঙদা দোলায় হেক্তা থুংলরে ॥
দোলায় অনি মায়য়োক্লে লিরী হেক্তা খিঙনরে।
অকনববু অনিসে বিবা লৈনরক্তরে ॥
নাপল তৌনা তেনশংলে মেঘবর্ণ অকনবা।
নোংনচুবা মতৌগুম তেন্না পূন্নম মন্নকপা ॥
নোংশাগী তেন কাপ্লক্লে বৃহদর্থ অকনবা।
মেঘবর্ণ অকনবা পশুপাতনা ককথংপা ॥
মৈগী তেনবু কাপলক্লে বৃহদর্থ বীরনা।
নোংগী তেন্না মুৎথংলে মেঘবর্ণ বীরনা ॥

ঈশিং হেক্তা চাউরক্লে ঈরাক্লরে তেঙ্গোলশিং।
ব্রহ্ম অষ্ট্র কাপ্তুনা হিংচাবগী লিরুংশিং॥
ককথত্তুনা থাদরে মথুৎ খুৎলাই পায়ত্রেদো।
লোখত্তুনা পায়হল্লে সারথিনা লিরুংদো॥
লিরুং অহু পায়হুনা তেন্দে অমুক কাপ্লক্লে।
মেঘবর্ণ অকনবা মঙা থোক্লা ককথৎলে॥
ইকাইহুনা হিংচাবা গদা হেক্তা লংলক্লে।
গদাহুনা থাবদা মেঘবর্ণ রাম্থরে॥
চিংঙ্গেঙ হেক্তা সারথি দোলায় অহু পুথোক্লে।
কনামতা উহৌদে হুংশিৎকুম্না য়াঙথরে॥
চন্দ্রসেনগী মচানা সিংহনাদ লাউথরে।
ঢাক ঢুল যৈরে অয়াম্বা য়ৈরহুনা হরাওরে॥
মেঘবর্ণ রাম্থবা উরক্লেদো হনুমান।
অঙ্গদনচিংলবা য়োংগী সভামা সুছেন॥
তেঙ্গোল সভা ময়ামদো হেক্তা চঙশিন্নরক্লে।
অঙকপগী মশক্তি অকল অথৌ চঙলক্লে॥
ময়াম অসি অমতা ওইনা পূল্লপ থুংলরে।
নিংথৌমচা কয়াসু শীংথারুবা ঙমদরে॥
তেঙ্গোল অনি অকনবা তুনরক্লে অয়াম্বা।
বৃহদর্থ মতমসি লিরী হেক্তা খিংলকপা॥
লিরী নাকোং ফ'নচিং ঙম্বমথৈ কাপ্লক্লে।
হনুমানগী মশাদা তেন চামা হেক থাজক্লে॥
তেন তরা হেক থাবদা অঙ্গদদো নিকথরে।

তেন তরেৎ হেক শুছেন্দা থাবে মশা নিকথরে ॥
শ্রীবামগী মাতুলী লক্ষ্মণগীসু মাতুলী।
তেন কুল থাবত্নদা মশা হেক্তা নিক্লক্লি ॥
তেন অমতনা শগোন্দো চামা চামা হাৎথরে।
চীংত্নমগুম্বা শামুদো চাত্রেৎ হেক্তা তুথরে ॥
থোথোক অসি উরক্লে হুংশিৎকী মচা হনুনা।
মবুক্তুদা কাওশিল্লে বজ্রগুম্বা মখোংনা ॥
ইকাইবগা লোয়নন নিংথৌমচা লিরুং পায়।
হনুমন্ত অঙ্গদ অনি পূন্না থারকই ॥
মতৌ অসুম প্রহর মঙা চুপ্পা লান তৌই।
হনুমন্ত মতমসি রাম্বত্না তুরকই ॥
উরবদা তেঙ্গোলশিং কায়নত্না চেন্নরে।
লবণ সমুদ্রত্বন ঈথক হৌগুম চেন্নরে ॥
অর্জ্জুন নিংথৌ ঙক্তুনা ফুক হেক্তমক হৌগৎলে।
কালদন্ত মচাগু লান শোক্লগে থৌজিল্লে ॥
বিকর্ণ নিংথৌসু নাপল তৌনা চঙশিল্লি।
নিংথৌ মচ অমদি মকোক ওই'থৈ থৌজিল্লি ॥
অক্ষৌহিণী মারনি নিংঙাইদনা থৌজিল্লি।
ঢাক ঢুল সিঙ্গানচিংবা বাঁশী য়াওনা হেক নিল্লি ॥
অকনবশিংদো থৌজিল্লি হাৎলু-তুপ্পু লাউত্না।
নিংঙাইদনা থৌজিল্লি সিংহনাদ লাউত্না ॥
মতৌ অসি উবদা বৃহদর্থ নোক্লকই।
করি উশিৎলুদনা তেঙ্গোল ময়াম য়েংলকই ॥

ময়াম অসি য়েংহুনা লিরী হেক্তা খিঙলকই।
অমঙ্গুম লান্দুদা তেস্তনা হেক কাপ্লকই॥
পশুপাত ভিণ্ডিবান নাগপাশ তেনয়ামদো।
অতৎ-অথম নাইদনা কাপ্লকইদো তেনশিংদো॥
দোলায় ককই কনাগী লিক্লং ককই কনাগী।
করি অমুক হায়গনি মখোঙ ককই কনাগী॥
মশিং থাবা ঙম্লরোই শগোল শামু তুম্বিবা।
তেন অমনা লান্মীদো হাজারনি ককথৎপা॥
দোলায় শগোল তাউথরে করি অমুক হায়গনি।
তেঙ্গোল পূম্বা লক্ষ্মণ-গী হ-হাকার লাউবনি॥
মীগী মকোক অককপা মপৈ ওইখ্রে ঈরক্তা।
লাঙজা উমাইবী তোংই অককপা কোক মথক্তা॥
তেন চাম্মা হেক চাবদা অর্জ্জুন নিংথৌ চেল্লেদো।
থরাই পুরে হায়রগা সমকান্ত চেল্লেদো॥
বিকর্ণদো মতোমদা মঙাইহৌরে লান্দুদা।
তেন অহুম হেক কাপ্তুনা অকনবশিং কনথ্রেদা॥
লক্ষ্মণ তেঙ্গোল খুদক্তা লাউরহুনা হায়রকই।
মতম ইচ-চাদনা প্রলয়বুদি ওইবতাই॥
মতমসিদা লক্ষ্মণ-না তেঙ্গোলশিংদো উরক্লে।
মেঘবর্ণ তুরিবা ময়াম পূম্বা উরক্লে॥
হনুমন্তনচিংবা য়োংগী তেঙ্গোল তুরিবা।
অক্ষৌহিণী তরেৎনা উরে লক্ষ্মণ নিক্লম্বা॥
অঙাওবগী মতোগুম নিংথৌমচা' লৈরম্মি।

উরবদা লক্ষ্মণ-দো পুক্লিং অহু শুক্লম্মি ॥
তেঙ্গোল কাইবা উবদা দোলায় হেন্তো থৌজিল্লি।
মহাদেবনা ত্রিপুর লাক্লখিশুম ওইরক্লে ॥
শঙ্গাইসেয়া পাইবগুম দোলায় অহু থৌরক্লে।
কৈরম্মুদো হায়রতুনা সিংহনাদ লাউরক্লে ॥
মঙ্গলতুদা তেম্পোংদো চাম্মা হাপ্পা পোতুনা।
দোলায় লক্ষ অমনি লক্ষ অনি ফিরাম্না ॥
অক্ষৌহিণী ভরানি সিংহনাদ লাউরকই।
লগোল লামু ময়ামদি শিংথাবদা শুম্নরোই ॥
মত্তৌ অম্রম তৌতুনা লক্ষ্মণ অসি চঙলক্লে।
উরবদা তেঙ্গোলশিং ভপথনবা য়াদরে ॥
মতম'সিদা লক্ষ্মণ-গা বৃহদর্থ উনরে।
মতম'সিদা লক্ষ্মণ-না লাউরতুনা হায়রক্লে ॥
ঐসে রঘুবংশগী মচানিকো উদরা।
থাদোক্লগা ঐহাকপু লাম্মী নংনা হাংপরা ॥
হায় হিংচাবা হায়বিগে নবুক তপ্পা তাজরো।
ঐগী নাক্তা লাকপদি হাংপিরগে শিজরো ॥
ঐগী তেনগী মগুণদি লাই হিংচাব নিকপনি।
শোরারেনগী চেকপনবু থুগাইবদো ঐহাক্লি ॥
কালঞ্জরগী লান্দুদা মহাদেব ঙমইদো।
কালদন্ত লান্দুদ ব্রহ্মা অহু রাষ্ট্রেদো ॥
রাবণ নিংথৌ লোইননা লানবু তৌম্বা কান্দুদা।
মেঘনাদ হাতুনা থাথিবনি যমগীদা ॥

ভপবন্দা ফংলকই শোরায়েনগী মচাসে।
অসিদবু নহাক্না করি কিত্রিবনোসে॥
অক্ষৌহিণী তরেৎনি নংনা হৌজিক হাংখিবা
অত্তাঙবনি নহাকসে ওইরে ওইরে অকনবা॥
অকনবনি হায়হুনা জগৎসিদা থাগৎনি।
নাপল পংতৌ ভৌগজু নপুন্সি তেম্মনি॥
তারবদা হায়রকই বৃহদর্থ বীরনা।
সূর্য্যবংশ শাগৈগী যুবরাজ নহাক্না॥
অনিগুবা রাম-নি খঙনরিকো জগৎনা।
নংগী নতিক নগুণবু খঙনরিয়ে জগৎনা॥
দেশ কয়া নহাক্না ঙমলহুনা লাকপনি।
রাম-না নংগী সারথি ওইজবগী ঙম্বনি॥
ঙসি নংগী দোলায়দা য়াম্বুং রাম-দো উদেকো।
চিংনদরে হৌজিক্তি হায়রিবসি তাজোকো॥
যমগী থানা য়েহনগে নংগী লান্মী কয়াসে।
ঙসি নমিং মুৎথৎকে লক্ষ্মণ হায়বা নহাকসে॥
অকনববু অনিসে মহৈ মহৈ লাউনরে।
মহা রথী অনিসে খুবাক প্রোক প্রোক খুনরে॥
দোলায় অনি লেপ্পরে অকনবা লান তৌমোরে।
হাংপা ঙম্বা অনিসে মহৈ মহৈ লেপ্পরে॥
সিংহনাদ অনিগী পৃথ্বী থ্রক থ্রক নিকথরে।
মত্তম হুদা অনিসে খুৎলায় হেক্তা শৎনরে॥
অনি'সিগী পাঙ্গলদি তেঙ্গোল পুম্বা ঙরুম্নে।

লাইরিক চাউনি হায়তুনা শম্না হেক্তা ইজরে ॥
মহাবীর লক্ষ্মণ-না সরজ্জলবু কাপ্লক্লে।
মশাতুদা য়েনা থাই ঈদনা হেক শিম্থরে ॥
রাম-না জয় ওইরে হায়না তেন তরা হেক থারক্লে
তেন মঙানা মবুক্তা পুল্লপ হেক্তা থাজল্লে ॥
তেন মরিনা অমুকসু শগোল মঙক ককথংলে।
উরবদা লাইয়ামশিং মশা থক থক নিক্লরে ॥
নিংথৌমচা খুদক্তা লৈবাক্তা দোম তুখরে।
যুমরাজ লক্ষ্মণ-দো নোংশা লালাউ লাউখরে ॥
অসিদগী লক্ষ্মণ-দো নোংপোক্লোমদা ওল্লক্লে।
চন্দ্রসেনবু মপাদো মাংদা হেক্তা থেংনরে ॥
দোলায় অহু থৌজিল্লু লক্ষ্মণ-সিনা হায়রকই।
চন্দ্রসেন-সে ঙসিদি যমগী থানা থাব তাই ॥
মিংনা কুপ্পা অমদা নিংথৌ মনাক য়োরক্লে।
সুমিত্রাগী মচানা লিরী অমুক থিঙলক্লে ॥
তেন্দো খুবাম শত্তুনা অমুক হেক্তা কাপ্লক্লে।
কাপ্লক্লিবা তেন্দুবু ককপা কনা ঙমদরে ॥
মাংদা শামু লক্ষনি মখোং তুবৎ ককথরে।
তেন মঙা কাপ্তুনা শামু তেঙ্গোল তুখরে ॥
শগোল চাত্রেৎ পুল্লপ্পা খোংমী কোটি য়াওখরে।
মখুত্তা শেল জাঠি পায় চহুম পুল্লপ তুথরে ॥
শাওরকপদা লক্ষ্মণ-দো যম্মক্না চপ মান্নখ্রে।
অতৎপবু নাইদনা তেঙ্গোল কয়া ককথংখ্রে ॥

উরকপদা চন্দ্রসেন অঙকপদা ওইথরে।
তেঙ্গোল কয়া খুদক্তা কাইত্নবু চেম্নরে॥
লক্ষমণ তেনগী মমাংদা খাংবা ঙমত্রে তেঙ্গোলদি।
শঙ্গোমগী সমুদ্রত্নদা ঈথক হৌরকপগুমনি॥
খুদক্তুদা চন্দ্রসেন খুত্তা লিরুং পায়থংলে।
অকিববু খাদোক্লে লিরী খ্রিঙ খ্রিঙ খিঙলক্লে॥
মখোইনিগী অকনবা শব্দতনা নিল্লক্লে।
থরাই পীকপা মৌশিংদি থরাই পাইথোকখিদৌরে॥
চন্দ্রসেনবু নিংথৌদো লিরী নাকোং চিংলক্লে।
খঙহৌদনা লক্ষ্মণ-গী তেন্দো থবৎ ককথংলে॥
অমুক হন্না লক্ষ্মণ-না লিরুং তেনবু ককথরে।
দোলায় শগোল পুল্লপা ককথত্তুনা থাধরে॥
পগুপাত খুৎলায়না ককথৎখবে লুহুপ্তো।
ককথৎথরে লক্ষ্মণ-না ফিবান চৈথোক মাপন্দো॥
পুং মঙা মন্থুংদা রথা চামঙা হাৎখিদা।
পার্থনা হায লক্ষ্মণ-সি মগুণ যাম্না লৈখ্রেদা॥
অত্থক য়াম্বা রথাবু মতোমতনা হাৎখিবা।
মাগী লিরুং অমনা লিরুং চামঙা ককখিবা॥
মহামুনি হায়বিয়ু লক্ষ্মণ মগুণ পেনদরে।
মতোমতনা লানতৌবা তাজবদা মুংঙাইরে॥
মুনিনা হায় চন্দ্রসেন মপা অত্থ তম্মক্লে।
খঙহৌদনা চন্দ্রসেন মায়া অমা তৌরক্লে॥
ফজরবা বন্দুদা পুখ্রা অমা উরক্লে।

মুনি কয়া বন্দুদা কমহুনা ধ্যান তৌরক্লে ॥
লৈসু লাংলি অয়াম্বা ফজবনা ওকখরে।
উরবদা লক্ষ্মণ-দো অওকপবু কওলক্লে ॥
মতমসিদা চন্দ্রসেন ব্রাহ্মণ ফিজেৎ লৌহুনা।
কৌরহুনা লক্ষ্মণ দা হায়রকইদো মুংশিনা ॥
রঘুমচা হে লক্ষ্মণ রাররিনি লান তৌবা।
পোত্থারখো মসিদা কংবিররো অঙ্গওবা ॥
হৈনম লৈনম মুংশিবা ঈশিং লৈরি অহাওবা।
পোত্থাবিরো মসিদা পাঙ্গল ময়েং হাপ্পবা ॥
রাহৈ অসি তাবদা লক্ষ্মণ পুরিং লাংওকপা।
লানগী মতম অসিদা পৃথ্বী বন বু ওইরিবা ॥
কদ্দাইদগী লাক্তুনা মুনি ধ্যানবু তৌরিবা।
মায়া তৌবা শারিবোই ওইদবনা অওইবা ॥
লক্ষ্মণ-না হায় হিংচাবা ঐগী রাবু তাজোদা।
হৌজিক মায়া তৌবা শায় ঐগী ইমাং অস্নিদা।
খওলে খাওড়ু ওসিদি বিষ্ণু অস্ত্র শক্তোক্লে।
তেনগী মগুণ অহুনা শনজিংবু নিকথরে ॥
ঈশিং তুংকম অপুম্বা খোৎ খোৎপা হেক কংখরে।
লৈরম্লিবা মায়াগী বম্রচিংবা মাংখরে ॥
মতম্সিদা চন্দ্রসেন শঙ্খী মশক লৌথরে।
উরবদা লক্ষ্মণ-দো কিখিবনা নিকথরে ॥
শঙ্খীগী লান ঐহাক্তি করিমতা খঙদরে।
মতৌ করম তৌগনি শঙ্খী লানবু খনখরে ॥

মতমসিদা লক্ষ্মণ-দা চন্দ্রকলা' হঙ্গংলি ।
কারি কিবিরিবনো ননাই কলা লৈজরি ॥
পুং অনি-মরিদংবু তেনগী ফিজং থনবিনি ।
মহুংহুদা ননাইনা অথউবদো হঙ্গংনি ॥
তারে রাখা কোক্তুনা লক্ষ্মণ মোমোন নোকথরে ।
পুং অনি রাংনবুদি তেনগী ফিজঙ থনখরে ।
মতমসিদা রাম্বা মেঘবর্ণ হৌগংলে ।
হনুমান্নচিংলবা রাম্বরুবা হৌগংলে ॥
ওম্ন তৈন লাল্লোংসে উরবদা ভকথরে ।
লক্ষ্মণ-না হায় বাপু নং লানসে ঙাকউ তাকপীরে ॥
ঙায়হাক্তুদি ইতোম্দি শত্রী লাল্লোং তমথিগে ।
লানসে ঙম্নবগী থুদকসিদা লান তমগে ॥
নোংপোক মাইগে ঙম্মুগে রাশক্লিবা ঐহাক্লি ।
রামগী মাংদা রাশকপা করম মাংহল্লমগনি ॥
রাহৈ অসি হায়তুনা চন্দ্রকলা লোইনরে ।
শত্রীগী লান পুং অনি মনাই কলা' তান্নরে ॥
নুংঙাইরেদা অকনবা লান্দা অমুক মাই ওল্লে ।
হনুমান্না চিংলবা সাজন ঙম্না তৌরক্লে ॥
অহুদগী চন্দ্রসেন লানসে কন্না তৌরক্লে ।
মওং কয়া থোক্তুনা শত্রীগী লান হৌরক্লে ॥
পাইরম্নুনা হিংচাবা লান তৌবা 'মুক হৌরক্লে ।
মথক্তগী কাপতুনা হাংলি তেঙ্গোল উদরে ॥
মৃগ অস্ত্র চামনি লক্ষ্মণ-না মুক কাপশল্লি ।

চন্দ্রসেনগী মবুক্তা তেন্না য়ৈনা থাজল্লি ॥
পুং মঙা হেক চুপ্নবু মতৌ অসুম লানথেংনৈ।
উরবদা শোয়ারেন ব্রহ্মা পুন্না ঙকমিন্নৈ ॥
শাউরত্তুনা লক্ষ্মণ-না তেন অমুক হেক কাপ্লক্লে।
চন্দ্রসেন খুদক্তা তুবৎ হেক্তা ককথৎলে ॥
মতমসিদা লক্ষ্মণ-না চীংগী তেন্দে' কাপ্লক্লে।
চন্দ্রসেন্না চীংত্তুবু নাপীগুম্না ককথৎলে ॥
শক্তিসেন্নচিংলবা লক্ষ্মণ-না অমুক কাপ্লক্লে।
দোলায় লিরুং লক্ষ্মণ-না ককথত্তুনা থাধরে ॥
ব্রহ্মলোকপু ঙমগ্রবা তেন অমমুক শত্তোক্লে।
থুনা য়াংনা লক্ষ্মণ-না শন্ধান হেক্তা তৌরক্লে ॥
তেন অসিবু উবদা লাইয়াম পুন্না নিক্লক্লে।
ভুৎ ময়ামদি কিবনা হা হা হায়না লাউনরে ॥
পৃথ্বীদা লৈবা জীব ঙম্না মশা নিকথরে।
হিংচাবগী মরুপ্তি রাস্তত্তুন তুনরে ॥
লক্ষ্মণ-না হায় হে তেন নং অবতার ওইরবা।
নংবু শেমখি প্রভুনা ফত্তববু মাংনবা ॥
বিষ্ণু মাগী খুত্তগী মহাদেবনা ফঙই।
নোংমা মুমিৎ শোয়ারেন শিবালোয়দা চৎলমই ॥
মেঘনাদ হাৎনবা তান্নে রাম দা পিরকই।
ফত্তববু হাৎনবা ঐঙোন্দমুক পিরকই ॥
মসি হায়না তেন্দুদা মন্ত্র ওইনা পিরক্লে।
লিরী হেক্তা থোংবদা কাল সর্প ওল্লক্লে ॥

লিরী নাকোং ফংন চিং তেন অসি হেক থারক্লে।
চন্দ্রসেনগী মঙক্তা তুবৎ হেক্তা ককথৎলে॥
ফজরবা কোক্তুনা লৈমাইথক্তা কেল্লক্লে।
মহাবীর লক্ষ্মণ-দো সিংহনাদ লাউরক্লে॥
লাইয়ামশিংসু হরাওরে লৈনা নোংগুম চাইথরে।
হনুমান্নচিংলবা য়োংয়াম জগোই শারক্লে॥
মথুৎ লোন্নে তেঙ্গোলশিং য়াথং ভাইগুম লেপ্লকই।
চন্দ্রসেনগী বন্দীদা লৈবা নিংথৌ তারকই॥
যুবরাজ লক্ষ্মণ-না চন্দ্রসেনবু হাৎপসে।
মথুক্তা লিরুং পায়তুনা নিংথৌশিংদো লাকইসে॥
দোলায় মথক অতুদা লক্ষ্মণ লৈবা উরকই।
পুর্ণিমাগী থাগুম্না মায়থোং অদো উরকই॥
হংস রথ তোংতুনা ব্রহ্মা ওইদা থুংলরে।
মাগী দোলায় তোংতুনা শোরারেনসু থুংলরে॥
চেদা য়েকপা লাইগুম্না লাইয়ামশিংগা নিংথিগুম।
মহারথী শিংতুনা চরান্নবা নোংশাগুম॥
হনুমন্ত অঙ্গদ চৎলি লেপই থৌগনগুম।
অযোধ্যাগী সভাদা রাম চন্দ্র ফজগুম॥
নিংথৌমচা পুন্নমক মওং অসি উরক্লে।
মথুৎ লোন্নে ময়ামদো লক্ষ্মণ চরণ চঙজরে॥
রাম-চন্দ্র খুরুমজে নারায়ণবু খুরুমজে।
খুরুমজরি লক্ষ্মণ-বু রঘুমচা খুরুমজে॥
মিংনা থম্বাল মাল্লবা খুরুমজরি লক্ষ্মণ-বু।

শেম্ব য়োকপা নহাক্কি মুংশিবিরি জগৎপু ॥
সূর্য্যবংশ থোইরেদা নংনা পোকপ মরম্না ।
মীগী মপোক ওইবিবে লাইবু হেনবা নহাক্না ॥
ঙসি মুমিং অসিদা ইপামক্না মাম্নরে ।
নংগী চরণ অসিদা ঐখোই পূম্বা চঙজবে ॥
রাহৈ অসি তাবদা লক্ষ্মণ অমুক হায়রকই ।
চঙজরদি ঐঙোন্দা কিবগনুকো নখোই ॥
রাহৈ অসি হায়দুনা পানা খুদপ পিবিরে ।
অকন-অথৌ পূম্নমক মথুং ঙম্না লোম্নবে ॥
মতৌ অসুম তৌদুনা নিংথৌমচা নিন্নৈদা ।
রঘু কুলমণিদি দোলায থক্তা ঙাল্লিদা ॥
চন্দ্রসেনগী মকোক্না তোঙান তাবা লানসিদা ।
মাংডে পাবুং হায়ডুনা নিংথৌমচা কপ্লিদা ॥
লান্মীশিং লাওবকপা অক্ষৌহিণী তরাহুমদোইনি ।
চন্দ্রসেনবু কৌদুনা তেঙ্গোল হেক্তা কপ্পনি ॥
কপ্লগনু খামজিল্লি বৃহদর্থ বীরনা ।
অক্ষৌহিণী তবাগা চঙঙক্লেদো লান্দুদা ॥
যজ্ঞ শালা কোইশল্লে হাংলো থিল্লো লাউদুনা ।
সিংহনাদ লাউরকই তেঙ্গোল রাবা নৈতনা ॥
সিংহনাদ লাউইদো শগোল শামু তোংবশিং ।
মেঘবর্ণ হৌগৎলি তারে মযাম ধ্বনিশিং ॥
অঙ্গদনা চিংলবা যোংগী সভা পুদুনা ।
নোংপোক থোংদা লেংবিনি ইতোল লক্ষ্মণ হায়রক্লে ॥

অর্জ্জুন নিংথৌ নোংচুপকী থোংবু পুবীরুরোকো।
মথা থোংদা মাতুলা ঐথোইনিবু লৈগেকো॥
ঔরাং থংবা থোংসিস্ন ঐনা হেক্তা পুজনি।
মফমসিদা তেঙ্গোন্না লৈরসন্ন ঙাক্নি॥
বৃহদর্থ মতমসি খুত্ত লিরুং পায়খৎলে।
তেন তরা হেক কাপ্পদা তেঙ্গোল থক থক নিক্রক্লে॥
লক্ষ্মণ তেঙ্গোল ময়ামদো মপৈ মপৈ তুরক্লে।
চাম্মা চাম্মা অকনবা তুরকপসি উরক্লে॥
তেঙ্গোল সভা নোংশাগী মাংদা শঙ্খৌ চেনগুম্মি।
লক্ষ্মণ তেঙ্গোল অপূম্বা মতৌ অশুম তৌবনি॥
তেঙ্গোল তুবা উবদা শাউরে রথীশিংতুনা।
হনুমন্ত অঙ্গদ শাওরে তুবা উবদা॥
সহস্র অর্জ্জুন হাযরিবা সিনচিংবা অয়াম্বা।
অক্ষৌহিণী তরাহুমদোই লাম্মীশিংদে শাওরকপা॥
অরাং থোংদ লৈবিবা লক্ষ্মণ হেক্তা উরক্লে।
তেঙ্গোল রথী ময়াম্না কাইনবসে উরক্লে॥
দোলায় থৌরো সারথি মাংওইননা লানসিদা।
বৃহদর্থ ঙসিদি থাগে যমগী থানাদা॥
দোলায় থৌরো সারথি অজ্ঞা অসি ফংবদা।
মিৎনা কুপ্পী অমদা দোলায হেক্তা থুংঙিদা॥
সিংহনাদ লাউবদা আকাশসি থনখরে।
সিরী খিংঙে হায়রগ নাপ্পা ফংনা চিংঙক্লে॥
মহৈ মহৈ হংনরে মখোইনিসে লানসিদা।

উনরগা মখোইনি মহৈ মহৈ লাউনৈদা ॥
বৃহদর্থ হায়রকই নংবু হাংকে লাকপনি।
অহানবগী লানফমদা ইপা নংনা হাংপনি ॥
অক্ষৌহিণী তরেৎসু নংনা লোইনা হাংখিদো।
পাঙ্গল কনবশিংদগী অতাংবনি নহাকতো ॥
করি পুণ্য তৌহনা সুমিত্রানা ফংজবা।
রাম-না নিংথৌ নহাক্না যুবরাজ ওইরিদো ॥
মরোন অহুম অসিদা পূজা তৌবা ওইরিদো।
নংগী গুরু কনানো বংশ মমিং খঙনিংঙি ॥
লাইদগীবু হেল্লবা মিংচৎ খুংলায় য়েংনিংঙি।
বৃহদর্থ রা তারে লক্ষ্মণ-নামুক খুম্মকই ॥
তারো ঙম্না হায়রগে নংনা অমুক হংঙকই।
দশরথ ইপানা মচা পোকতরহুনা ॥
মহা যজ্ঞ তৌরক্লে ভক্তি লৈনা ইপানা।
মুনি লিশিং নিপান্না যজ্ঞহুদা ফম্বনি ॥
মতোন লোম্বা লৈতনা দান যজ্ঞ তৌবনি।
পূর্ণাহুতি মতমদা লফোই অনি ফংবনি ॥
পুরক্তুনা ইপানা কৌশল্যা কৈকেয়ীদা পিরে।
সুমিত্রাবু ইমানা মতমসিদা চঙঙকই ॥
মখোইনিগী লফোইদো তখাই তখাই পিরকই।
অহুগুম্বা লফোইনা ঐহাক অসি পোকপনি ॥
শ্রীরামগী পক্ষদা ঐনা জগৎ ঙম্বনি।
খুংলায় তম্বা গুরুনা বিশ্বামিত্র মুনিনি ॥

খুৎলায় চাংতন্নবগী শোরাবেন্দা চৎপনি ॥
খুৎলায় মখল কয়াসে নিংথিজনা তম্মকই।
ঐগী লান্দা লাইয়ামদো চেনখিবনি হায়রকই ॥
হায়নবগা অনিদো লান্দা কন্না পারক্লে।
লাই হিংচাবা পাগুন্না মখোইনিসি থেংনরে ॥
দোলায় ফিরান অনিনা হায়না হুন্না ফজরে।
মখোই নিগী মনিন্না পৃথ্বী থক-থক নিক্লরে ॥
অমুক হন্না মখোইনি দোলায় হেক্তা তোংখৎনৈ।
মহৈ মহৈ অকনবা তেন্না নোংগুম কাপশন্নৈ।
পাঙ্গল কনবা লক্ষ্মণ নি বিষ্ণু অবতারনি।
সম্মোহ তেন কাপ্পুনা তেঙ্গোল কযা ককপনি ॥
দোলায় চৈখোক অযাম্বা খোংমী-লান্মী ককথৎলি।
হুংগুক য়োংগুক অয়াম্বা তেন্নচিংবা ককথৎলি ॥
শামু তেঙ্গোল ককথৎলি তেন্না লক্ষ থাহুনা।
লাংজা লমহুই শিংহুনা শহুম চারি হুংজাইনা ॥
মশিং নাইদে শগোন্না চাম্মা চাম্মা তুরক্লে।
খুৎলায় কযা কক্লকপা মশিং থিবা ঙমদরে ॥
শোরারেন্না পীরকপা তেন্দো শৎলি লক্ষ্মণ-না।
চক্ষু শাবা চক্রেগুম ঙাওনরেদো তেঙ্গোলনা ॥
নোংচুপ থোংদা ঙন্নক্লে অকনবা লান তৌহুনা।
নোংপোক থোংদা চৎলক্লে রঘুমচা লক্ষ্মণ-না ॥
তেঙ্গোল লক্ষ অহুমনি খুদক্কুদা হাত্তোক্লে।
নাপল তৌনা লক্ষ্মণ-না মখা থোংদা চৎলক্লে ॥

অহুমস্থ ঙমহুনা সিংহনাদ লাউরক্লে।
রানবনা তেঙ্গোলশিং হা-হা হায়না লাউনরে ॥
থোংমরি হেক কাইহুনা মহৈ মহৈ লাউনরে।
পরলোইগী কান্দুদা সমুদ্র ইথক হৌগুম্লে ॥
রামগী মনাই ওইবা পণ্ডিত ভবানি নাথনা।
বৃহদর্থ তুবসে ইগে লাচাড়ী ওইনা ॥

## "লাচাড়ী"

বৃহদর্থ চঙঙক্লেদ, সিংহনাদ লাউরক্লেদা ;
নিক্লক্লে রণযজ্ঞ ভুমীদা।
লাম্থোং মরি নিক্লক্লেদ, সিংহনাদ তারকপদ ;
লাইফাওবা কিবনা নিক্লখিদা ॥
মহারথী অপুম্বদা, চিঙৈঙ দোলায় তোংখৎলেদ ;
বৃহদর্থ থুংলরবহুদা।
তেনগ তেনগ ককথৎনৈদো, কম্না জাঠি য়ৈনৈদো ;
বৃহদর্থ লিরী হেক চল্লিদা ॥
রাম্ফক ফুরিৎ লিশল্লক্লে, গাণ্ডিব লিরুং পাইখৎলে ;
তেন খুবাম খুবাম রথীদা থারে।
য়োংগী তেঙ্গোলদো কাইরক্লে, শওমগী তেঙ্গোল কাইরক্লে
অচৌ অচোবা রথীস্থ কাইরে ;
লক্ষ্মণ-গী তেঙ্গোল অপুম্বা য়েংবদা উরে অমম্বা ;
উরবদা লক্ষ্মণ-না শাউরক্লে।

মখোই অনি থেংনরক্লে, লক্ষ্মণ-না লিরী চিংলক্লে ;
উবদা যম-গা চপ মান্নরক্লে ॥
মক্তুবা খুৎলায় থারকই, তেন্দো হুং হুং পাইরকই ;
পৃথ্বী অসি থক্ থক্ হেক নিক্লক্লে ।
সিংহবান অমুক কাপ্তুনা, থাই বৃহদর্থগী পুক্তা ;
মনঙ্গলদা ফাওহ্নদা পাইথোক্লে ॥
বিষ্ণু অস্ত্র কাপ্লক্তুনা, দোলায় ফিরান ককথক্তুনা ;
কপচ শগোল থাদৈ কক্তুনা ।
শগোল শামু অয়াম্বদো, ওয়া হেক্তা তুরক্লেদো ;
উবদা মরু লুকথৈ রথীনা ॥
অমুক্তা সিংহবান শৎলি, থাজিল্লি তেঙ্গোল তুহল্লি ;
ঈদনা ঈচেন নাইনা চেল্লক্লে ।
বৃহদর্থগী তেঙ্গোলন', পোইন্নদা লিক্লা তাগুয়া ;
উবদা বৃহদর্থ নিক্লক্লে ॥
শামুনা লক্ষ অনিনি, ফিরান-সু লক্ষ অনিনি ;
লক্ষ্মণ-গী তেন্না পূল্লপ ককথৎলে ।
মাগুম্বা রথীদি লৈতে, মমাংদা লেপ্পা ওমখিদে ;
মিৎকুপ্পদা হজারমা ককলে ॥
তেঙ্গোল অক্ষৌহিনী মাপন্নি, লান্দা মাংওইনরকপনি ;
মথংশিংনা ককথংলে লক্ষ্মণ-না ।
উবদা লাইয়াম পূম্বা, হৌরক্লেদা স্তবন তৌবা ;
অরাবা তারে বৃহদর্থনা ॥

লক্ষ্মণ-না হায় তারো তারো, হে হিংচাবা নং খঙজরো;
ঙমগনি খল্লিবরা লাউরক্লে।
লক্ষ্মণ-গী রা তারবদা, বৃহদর্থ রাখরেদা;
চেনগদবগী মাইগৈ য়েংলক্লে॥
মতমসিদা লাইয়ামশিংনা, তাক্লক্লেদা লক্ষ্মণ-সিদা;
চেনগদৌরে হিংচাবা লাওরক্লে।
লাইগী রাবু তারবদা, নাগ পাশ লৌখৎলেদা;
মাইগৈ মরিমক্তা থিংজনখরে॥
তেন অমা হেক লৌখৎলক্লে, তেঙ্গোল সভা কোইশিল্লক্লে;
লাউত্থনা হায়রক্লেদা লক্ষ্মণ-না।
রাশক চেৎপা শ্রীরামনি, মনাও হুপা লক্ষ্মণ ঐনি;
পাপকী লম্বী চত্তুবা ঐহাক্লা॥
মতমসিদা হিংচাবদো, থুনা য়াংনা চেল্লক্লেদো;
নোংপোক থোং তম্না হেক্তা চেল্লক্লে।
মতমসিদা সারথিনা, থুনা য়াংনা থৌজিন্দুনা;
বৃহদর্থ হেক্তা থেংনরক্লে॥
ব্রহ্ম অস্ত্র কাপশন্দুনা, থাজিল্লক্লে থজিন্দুদা;
দোলায়দো কক্তুনা হেক হুন্দোকই॥
অরাবগা লোইনত্থনা, হিংচাবদো খঙহৌদনা;
অরাং থোংদা হেক্তমক চেল্লকই॥
মানা চেনবা মাইগৈত্থদা, লক্ষ্মণ-না হেক্তা লেপথিদা;
অমুক হুদিদা তেম্না থাজিল্লে।

থোকক্ষম খংত্রে হিংচাবদো,        মখাথোংদা চেল্লক্লেদো ;
মমাংদা লক্ষ্মণ হেক্তা লেপ্লক্লে ॥
তৌখিবা লানগী মওংদো,        শিংথাবদা ঙম্নরোইদো ।
শন্দোক্লবদি লাইরিক চাওখ্রনি খল্লে ।
থোং মরিদা চেল্লকপদা,        চেনফম থোকফম লৈত্রবদা ;
লক্ষ্মণ-গী মাংদা হিংচাবা লেপ্লে ॥
লক্ষ্মণ-না হায় হে হিংচাবা,        করি মরমগী চেল্লিবা ;
ক্ষেত্রি ধর্ম্মদি নং খঙত্রেদনা ।
খঙলরোই ধর্ম্ম শাস্ত্রদি,        হিংচাবা হায়বা নখোইদি ;
মীগী মপোক্তা পাম্মি নবুক্লা ॥
অচৌবগী মতৌগুম্না,        নাপল তৌরবা নহাক্লা ;
যুগ খুদিংদা পাপ্তি কোক্লরোইকো ।
লক্ষ্মণ-গী রা তারবদা,        বৃহদর্থ খুম্মকইদা ;
ঐবু করম নংনা হাৎকনিকো ॥
ঐবু হাৎপা নহাক্লা,        বিধাতা হায়বা লাই অহুনা ;
মচিন মরিনা শিংথাবা ঙম্মোই ।
লক্ষ্মণ না হায় নোক্লহুনা,        হায়রিবসে তাজোদনা ;
নংগী রা পুম্নমক ঐ খঙঙরোই ॥
তারকা হাৎপা কান্দুদা        মুনিশিংনা হরাওহুনা ;
নংবু হাৎনবা রারম তাক্লকই ।
নহানমুক্কী মপোক্তুদা,        পোকই ব্রাহ্মণগী শাগৈদা ;
দীক্ষা পূজা গুরুদগী লৌরমই ॥

য়াম্না হরাওবা কান্দুদা, গুরু থুংলৈ মতমত্তুদা;
থোঙ্গান্দা থুংলৈ দ্বারিদা খঙহল্লি।
মখুৎ অনি লোন্নতুনা, হঙ্গৎলরে থোংশংবনা;
থোংদা গুরু থুংলরে হঙ্গৎলি॥
হায়রকইদো মন্ত্রিশিংনা, পুশিল্লকউ হায়রতুনা;
গুরু পুশিল্লক্লে দ্বারিতুনা।
নোক্না গুরু খুরুম্লগা, সিংহাসন্দা ফমহল্লগা;
ঐ নিংথৌনি নাপল তৌরতুনা॥
গুরু' হায় মপোক তরেত্তা, ওইরুরে পাপকী থবক্তা;
ফত্রবা হিংচাবা ওইরুরোকো।
গুরুগী রাহৈ তাবদা, হাযজরেদো মতমতুদা;
তাবিয়ু ঐনা হঙ্গচ্চগেকো॥
শাপ তৌবিগন্নু ঐঙোন্দা, গুরুদি ইপাগুম্নিদো;
দোষ হাপপিগনুকো ননাইদা।
মপাখ্না শাওরবদি, খাঙবা ঙমনি কনানদি;
চঙজরি হায়না তুরে চরন্দা॥
শিষ্যগী রাবু তাতুনা, অমুক হন্ন হায় গুরুনা;
তাজ্জৌ নিংথৌ ধর্ম্মনা মচিনি।
মমা মপা গুরুতুদা, খুরুমগনি অষ্টাঙ্গনা;
পূজা কান্দা পঞ্চাঙ্গ' খুকমনি॥
হায়ারিবসে থৌওইদ্রাদ, শোইদ্রে নরোক্তা তাবদ্নি;
নমথিবা মরক্তা তায় জীবদো।

ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবপু উরগা, মাগী পুক্লিং হন্নাওরগা ;
তৌনি গুরুনচিংবা পূজাদো ॥

অথুম-অহাওগা লোইননা, ভক্তি তৌদুনা মীতুনা :
গুরুনচিংবা পূজা তৌজনি ।

যমগী হুতনা ম পুররোই স্বর্গদা কাবদি শোইরোই ;
পুণ্য চেনবা হায়বত্থ ওইগনি ॥

গুরুবু উরে হায়রগা, মঙ'-রকপু খুরুম্নগা ;
শিখ্রবা মঁদো যম্না ঙমদরে ।

য়েংউ শোরারেনসিদগী, ব্রহ্মলোক লৈরে সিদগী ,
শ্রীবৈকুণ্ঠবু অমুক লৈথরে ॥

অত্থগীদি মথক্তুদা, গোলোক অমুক লৈথরেদা ;
মফমত্থদা দেব নিরঞ্জন লৈ ।

গুরুদগী মন্ত্রত্থনা, হরিত্থবু ফংলত্থনা ,
শোইদনমক গোলোকধামত্থদা লৈ ॥

গুরুগী কৃপা লৈরদি, ব্রহ্মবধ পাপ কোকপনি ;
খঙঙ্ মসি মরুওইবা রানি ॥

মৈহুংদসু মা চাকলরোই, অ-কালদসু শিবিরন্নোই ;
পূম্নমকসে গুরুগী কৃপানি ॥

নহাক্কী নাপন অত্থদা, শাপ তৌখিবদো গুরুনা ;
কোকপা ঙমখিদ্রে শাপ্তো খুদক্তা ।

মপোক তরেৎলক হেক চুপ্পা, পোকউ হিংচাবা ওইত্থনা ;
প্রাণ থারকউ বিষ্ণুগী মথুক্তা ॥

চহি তরানিথোই চাদবা, ব্রহ্মচর্য্য ধর্ম্ম চৎপা ;
মহাক্কী খুত্তা নংগী প্রাণ থারো ।
হায়রম্লগা গুরু লেংখ্রেং নং হিংচাবগী পুক ওনখ্রে ;
শিরেদো রারী লিগে খঙজরো ॥
যম-গী হুতনা লাক্লহুনা পাস দড়িনা পুন্দুনা ;
নংবু লাক্লৈদো হেক্তা ফংবদা ।
মওং নাইত্রবা হুতশিংনা, মখুত্তা খুৎলায় পায়হুনা ;
চঙশল্লক্লে হুতনা মমাংহুদা ॥
পুং অমদা হুতশিংহুনা, লাক্লরেদো ফুরহুনা ;
পুল্লে থাধরে নরক কুণ্ডদা ।
চহি লিশিং অহুম চুপ্না, থাধরে নরক্তা হুতনা ;
অহুদগী পোক্লে হিংচাবদা ॥
কনাগুম্বী য়েংদে ঐসে চহি তরানিথোই মকসে ;
মরমহুনা ঐ ইন্দ্রজিৎ হাৎলি ।
ম্লাহৈ অসি তারবদা, বৃহদর্থ অকনবনা ;
খঙজরে হৌজিক্কি নংসে লাইনি ॥
মিৎকুপ্পদা শিরনিদা, বৃহদর্থ কপ্লক্লেদা ;
মখুত্তা লিরুং পায় তেন হেক শৎলে ।
লক্ষ্মণ তেন শন্তুনা কাপ্লে, হুমিৎ কুম্লা থোকপগুম্লে ;
য়াম্লা কম্লা অনি লান থেংনরে ॥
লক্ষ্মণ-গী তেন মমাংহুদা, হিংচাবশিং খাঙঙমন্ত্রেদা ;
পৃথ্বী লপত্রেনা তৌবগুম হাইরে ।

ব্রহ্মানা পীবা তেন কাপ্লে, হিংচাবা হুদিদা থারে ;
বৃহদর্থদো ঙাওহনা তুরে ॥
অমুক বিষ্ণু অস্ত্র কাপ্লে, মঙক্তা তুবৎ ককথৎলে ;
মকোক ওইবা বৃহদর্থ তুরে ।
মহারাজ জয়ছন্দনা, পদ লাচাডৌ খাইহনা ;
জগৎকী কান্নবা খনখরে ॥
শ্রীরাম-বু খুরুমহনা, ভবানিনাথ ব্রাহ্মণ-না ;
শ্রীলক্ষ্মণ দিগ্বিজয়বু ইজরি ॥

## পদ

নিংথৌমচা তুবদা তেঙ্গোল সভা কাইব্রেদা ।
মেঘনাদ তুবদা লঙ্কা কাইগুম কাইখিদা ॥
মগুণ লৈবা হিংচাবা কাইরহনা চেন্নরে ।
চেলহৌদবা লান্মীশিং ওম্না থোইনা খাঙনরে ॥
লক্ষ্মণ তেঙ্গোল অপূম্বা সিংহনাদ লাওনরে ।
সিংহনাদ লক্ষ্মণ-গী তাবা ঙম্না মিপাইরে ॥
প্রভু রাম জয় ওইরে য়োংয়াম পূম্বা লাওনখি ।
রথী পূম্বা নুংঙাইরে ইশৈ হেক্ত শরুখি ॥
ব্রহ্মানচিংবা লাইশিং লাওরহনা হায়রক্লে ।
ফত্তববু হাত্তুনা ননাই ঐখোই ঙাকপিরে ॥
ফত্তরবা ক্ষেত্রিগী শঙ্কা পূম্বা কোকচরে ।
প্রভু ঋষিকেশনা ঐখোই' রাবা কোকহল্লে ॥

ইন্দ্রজিৎপু হাত্তুনা পৃথ্বী লূম্বা কোকহল্লে।
মানা হন্দক লাক্তুনা বৃহদর্থ ওইরক্লে ॥
চাদ থক্তা ঐহাকপু অমুক হন্না নিংলক্লে।
ঐগী ইনাক য়ৌরক্লে মানা বর নিরক্লে ॥
অমর পিয়ু নিরকই রঘুবীর তাবিয়ু।
লাইয়ামশিংদো কিনরে বর-মপী তাবিয়ু ॥
খল্লুবদা ননাইনা বর পিখি লান্দুদা।
লক্ষ্মণ নংনা হাৎকনি মরম অতু খওচনা ॥
রাবণ হাৎননবগী রাম অবতার তৌই।
ইন্দ্রজিৎপু হাৎনবা প্রভু নংবু পোকলকই ॥
লক্ষ্মণ-না মুক হায়রকই তারো ব্রহ্মা হায়রক্লে।
রাম পোকপা মরমদো হায়রো মতু তারগে ॥
ঐনা খওই নারাণদি বৈকুণ্ঠদা লৈবনি।
নারাণ পোকপা মরমদো লিরো মতু তাগনি ॥
তারবদা ব্রহ্মানা মখুৎ লোম্নে হঙ্গৎলে।
রাবণ নিংথৌ অকনবা লান্দা য়াম্না কনখরে ॥
মাইগৈ তরা মহাক্না বিজয় তৌখি কান্দুদা।
মেঘনাদ ইন্দ্রজিৎ মচা নিপা কল্লিদা ॥
মখোই অনি হাৎনবা নখোই অনি পোকপনি।
পরম বিষ্ণু রাম-নি নংনা খওবিরিবনি ॥
নখোই নিবু লাকপদা বৈকুণ্ঠবু হাংহৌরে।
ফত্তরবা ক্ষেত্রিবু মাংহন্নবা পোকপিরে ॥
নংনা পোকপীরতুনা শান্নবীরি পৃথ্বীদা।

রাম-গী মিৎলুদগী নহাক অসি পোকপিদা।
পাম্বোম লিশিং পাল্লিদা নঙাক্তনা লংইদা।
নংবু উবা মতমদা লাইয়াম পূম্বা কিনৈদা॥
নংনা পোকপা কান্দুদা য়েংবা ভমদে ব্রহ্মানা।
মমিৎ নিপান থনখরে পাম্বোম লিশিং উবদা॥
মহাদেবনা হংঙি নংবু উবা মতমদা।
মিত্তা পোকপা মূর্ত্তিসে করি ওইনি প্রভুদা॥
তারবদা নারাণনা মহাদেবদা হায়রকই।
মেঘনাদ হাৎনবা শক্তিনিকো হায়রকই॥
ঐগা লোইনরক্তনা অযোধ্যাদা পোক্কনি।
মাগী লান্দা ফত্ত্রবা মী-সে যমদা থাগনি॥
ব্রহ্মাগী রা তাবদা লক্ষ্মণ-মুক হায়রক্লে।
নংগী থৌজান্দগী ঐ রারী তাবা ফংজরে॥
খোংমী লাম্মী পূম্নমক ফম্মি পোত্থানখরে।
নিংথৌমচা চাম্মনা লক্ষ্মণ স্তব তৌথরে॥
চন্দ্রকল মতমসি লুক হৌরেদো চানবা।
লাইয়াম পূম্বা নিমন্ত্রণ কৎলে চারে অয়াম্বা॥
বৃহদর্থ তুবদা লানয়াইহুদা ময়ামদো।
শিহোদবা খরনা লক্ষ্মণ চরণ চঙজেদো॥
বিরভদ্র মতমসি নিংথৌ হাপ্লে লক্ষ্মণ-না।
হৌজিক ঐগা লোইননা নংসু চৎসি তাকপীদা॥
রাম নাম্বু তাবদা পুক্লিং হকচাং য়াওগনি।
নুমিৎ নুমিৎ খুদিংগী পাপ্প কোকপা ওইগনি॥

ভক্তি তৌনা তাজবা অহুগুম্বা মীওইদি।
অশ্বমেধ পুণ্যদো লাইনা ফংবা রারীনি॥
জয়ছন্দ নিংথৌনি রাম চরণ নিংজবা।
ভবানিদাস ব্রাহ্মণ মরৈবাকী ওইজবা॥
রাম ইতিহাসসে পদ ওইনা ইজরি।
পুণ্য চেনবা রারীবু তাবীগনি নিংজরি॥
রামগী ইতিহাসসে পুক্লিং চঙনা তারদি।
ভবনদী অসিবু শোইরোই মাঁদো লানবদি॥
অহিং-মুংথিল নাইদনা শোনবীগনি রাম-বু।
রাম নামনা জগত্তা ওইরি অথোইবদবু॥

শ্রীরাম চন্দ্রগী অভিষেকী দমক্তা যুবরাজ লক্ষ্মণ-না নোংপোক মাইগৈ জয় তৌরকপদা চন্দ্রসেন বৃহদর্থ হাৎপগী মতাংনা তরুকশুবা অধ্যায়দি অসিদা লোইজরে॥

## তরেৎ শুবা অধ্যায়

কাব্যকান্ত কোমুংদা পানবা মনোভদ্রগী মতাং॥

রঘুমচা লক্ষ্মণ-না মসিদগী থোরক্লে।
মহারথীশিংছুনা লক্ষ্মণ থোগল তৌরক্লে॥
মরক্তা লৈবা রথীশিং লান্দা কয়া ঙমখরে।
চেং থোইদিং লোইনছুনা পূজা তৌই চঙজরে॥
মতৌ অসুম লাকপনা মাইল কয়া থোরক্লে।
মনুভদ্র কোমুংদো মাংওইননা উরক্লে॥

লিক্লাই য়ুমগী মতৌগুম মুংশিত্তা শায় কোম্নুংসে।
লক্ষ্মণ পুক্নিং ঙকখরে উরবদা কোম্নুংসে॥
লক্ষ্মণ-না হায় হে অর্জ্জুন ঐগী য়াবু তারোকো।
চংখোল্লবা কোম্নুংসে কনাগীনো হায়য়ুকো॥
ফজখ্রেদা উবদা লংডি য়েক্লি খোংলিবা।
কোম্নুংসিগী মতোম্দা শঙ্খ চক্র উরিবা॥
মহাদেব অসিনা ত্রিশুল পায়না লেপ্লিবা।
কোম্নুংসিগী মমুংদ মশীং নাইদে লৈরিবা॥
লঙ্কাগুম্না ফজবা শোরারেনগী লৈবাকলা।
বৈকুণ্ঠবু নত্রগা অমরগী কোম্নুংলা॥
লৈপল অকোইবসিদা কোকিল খোংই মুংশিনা।
অমরগী মতৌগুম উরে ঐগী মিৎসিনা॥
রথী লক্ষ লক্ষনা সিংহনাদ তৌরিবা।
কনাগীদি শক্তিনা ঙম্বীনবা লৈত্রবা॥
অর্জ্জুন নিংথৌ তাবদা মখুৎ লোম্নে হঙ্গৎলে।
পুক্নিং চংনা তাবিয়ু লিজরগে হায়রক্লে॥
কাব্যকান্ত কোম্নুংনি বিষ্ণুনবু শেমগ্রবা।
মিৎনা কুপ্পী অমদা কোম্নুং অসে শেমখ্রবা॥
মনাই ভক্তি উত্নুন' মহাদেব' ঙাকপনি।
মীওইবগী শক্তিনা ঙম্ফদ্রব' কোম্নুংনি॥
মনোভদ্র নিংথৌনি কোম্নুংসিগী মপুনা।
করি ওইনি খঙদরে লাক্লিবসে ঐখোইনা॥
নিংথৌমচা কয়া দা চঙঙক্তুনা থুকম্মি।

অভিষেকীদমক্তা মাগী চরণ চঙলম্মি ॥
মতমত্থদা ননাই ঐ অভিষেক্তো য়াওইকে ।
পুক্নিং তপ্না তাবিয়্ মাগী ধর্ম্ম হায়গেকো ॥
মাগী তেঙ্গোল মশিংদো হঙ্গচ্ছগে তাবিনি ।
শিংথাবদা ঙমলরোই তেঙ্গোল য়াম্না লৈবনি ॥
মনোভদ্র মমিংসে তারকপদা লক্ষ্মণ না ।
চিনবান মথক মথাদো থরক থরক ক'থুনা ॥
নয়ন অনি উইথবে পুক্নিং অদো হম্বরে ।
তেঙ্গোল অক্ষৌহিণী কুল মবুক ঙম্না লাংখরে ॥
থুৎলাথ থাধৈ রথীশিং দোল যদগী কুমথনৈ ।
শগোল শামু কয়ান খেক্না খেক্না হেক লাউনৈ ॥
খঙহৌদনা শগোলশিং খঙবগুম্না কাইরকই ।
উরুবদা তেঙ্গোলশিং খঙহৌদনা কায়রকই ॥
ওইথোক্তবা উবদা লক্ষ্মণ পুক্নিং ঙকখরে ।
পুকচেন চাওবা অর্জ্জুন-না কবম তৌনি হায়রক্রে ॥
করি মবম লৈবগে কোন্নুংসিদ নাবাণ-না ।
মফমসিদা লাক্লিবা বৈকুণ্ঠ নারাণ-না ॥
মতমসিদা থুংলবে দুর্ব্বাশা মহামুনিদো ।
উরবদা লক্ষ্মণদো লৈবাক্তা হেক কুমথৈদো ।
শ্রীহস্তদে লোম্নৈদো থুরুম্মক্লে মুনিদা ।
মুনি লাকপা উবদ হরাওরক্লে পুক্নিংদা ॥
মাংওইননা সনাগী আসন অমা থারেদা ।
মুনি চরণ অহ্দা যুবরাজ চঙজৈদা ॥
পূজা তৌই মুনিবু ধুপ দীপ চেং থোইদিংলা ।

লক্ষ্মণ ভক্তি উবদা পেনবিখরে মুনিনা ॥
মরম পূম্বা মুনিনা হায়বা হৌরে খুদক্তা।
তারো তারো লিরগে রঘুমচা নংঙোন্দা ॥
নংনা অঙাং ওইরিবৈ বিশ্বামিত্র মুনিনা।
হিংচাবনা ঙমদবে লাইনিংফমদা মুনিনা ॥
রাম-গা নংগা পুত্থনা হাত্তোকখিদো হিংচাবা।
মতৌ অশ্ম তৌত্থনা তপবন্দো ঙাকখিবা ॥
মিথিলাদা রাম না লিরুং থুদেক হাক্তুক্তা।
নিংথৌমচানা লিশিং তরামাথোই কান্দুদা ॥
সীতাগীদি মরমদা লান হৌরক্লে কান্দুদা।
রাম ইঙ্গিং তৌরকই যুবরাজ নংঙোন্দা ॥
লাম্থেংনরো হায়ত্থনা রাম য়াথং পীরক্লে।
নিংথৌ কয়া রাবণ-নচিংলববু মাইথিরে ॥
মাগী মাগী লৈবাক্তা নিংথৌমচা হন্নখি।
মত্থদগী স'তাদো লুহোংত্থনা লৌরকখি ॥
সীতা পুরে হায়রগা অযোধ্যাদা হল্লকখি।
পরশুরামচন্দ্রগী নাপল অত্থ মাংহনখি ॥
পিতৃ সত্য পালনগী রাম বন্দা চৎখিদো।
সূর্পণাখ মনাতোন লক্ষ্মণ নংনা ককখিদো ॥
হাৎখিবনি হিংচাবা লিশিং তরামরিনি।
পুক্লিং তপ্পা তাবিযু সম্না সম্না লিগনি ॥
সূর্পণাখা হনখরে পাউ তম্মুরে রাবণ-দা।
তারবদা র'বণ-না মৈবু থোক্লা শাওখিদা ॥

মাযা তৌবে বাবণ-না সীতা হেক্তা হুখিদা।
সীতা থিবা কান্দুদ বালি নিংথৌ হাৎখিদা॥
সুগ্রিবগা মরূপ ওই সমুদ্রবু থিংখিদা।
সুমিত্রাগী চৌংথাংদা তেঙ্গোল ময়াম থুংখিদা॥
মতমত্তুদা নহাক্না মেঘনাদ হাৎপিখি।
রাম-না বাবণ হাৎলগা সীতা সতী পুরকখি॥
অযোধ্যাদা বাম সীতা নিংথৌ রাণী ওইবে।
মচানক্কী মতৌগুম প্রজা পুম্বা যোকপিরে॥
অভিষেক্কী দমক্তা রাশক্রবে কান্দুদা।
নোংপোক মাইগৈ ঙম্লক্লে নংগী রাশক অতুনা॥
মরম কবি লৈত্তুনা চিন্তা তৌবি প্রভুনা।
নংগী নতিক নগুণদি লৈতে মবোন অহুমদা॥
লক্ষ্মণ-না হায জগৎসে ঙম্লনা ঐহাক্না।
প্রভুরাম চন্দ্রবু অভিষেকতি তৌনিদা॥
মনোভদ্র দেশসে যৌরবপবু কানসিদা।
মাগী মগুণ তাবদা ঐগী পুক্নিং চিংনৈদা॥
মতৌ কবম তৌবগা ঙমগদগে তাকপীযু।
রঘুবচা হাযজগ পুক্নিং তপ্না তাবিযু॥
মমাংঙৈগী মতমদা বক্ষভুজ কৌরবা।
ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মী ভক্তি য়াম্না লৈরবা॥
ষরেশ্বরী কৌরবী মচানুপী লৈরমই।
চহি লিশিং অমনি মানা হরি নিংলমই॥
পেনখ্রত্তুনা হরিনা দবশনবু পিবিরে।

পাম্বোম মরি পাল্লব' মূর্ত্তি ওইনা পিবিরে ॥
উরবদা হরিগী চরন্দুদা তুখরে।
কোনথৎপিরে মনাইবু শ্রীহস্তনা শোকপিরে ॥
মহৈ ম্বাল্লে মপোবসে হঙ্গচ্চরে কন্য-না।
মখুৎ অনি লোন্দুনা লেশি লৈথোন তৌজৈনা ॥
খুরুমজরি নারায়ণ লাইশিংগীসু মপুনি।
শঙ্খ-চক্র থোনবিবা নিরাকারসু নংনি ॥
খুরুমজরি ননাইনা চানবিয়ুকো ননাইবু।
মতৌ অসুম খুরুমথি পুং অনি চুপ্পবু ॥
নংনা নিংবা থুংজবো শ্রীহরিনা পিবিরে।
কন্যাগী রা তাবদা শ্রীহরিনা পেনবিরে ॥
ষরেস্বরী য়েংলগা করি বর পাম্বগে।
কন্যানা হাযজৈদো ননাইদা বর পিবিগে ॥
হান্না রাশকপিরগা কোন্না বর নিগেনা।
কন্যাগী রাহৈ তাবদা হায়বিরক্লেদা হরিনা ॥
সত্য সত্য নঙোন্দা বর পিনি ঐহাক্না।
কন্যা-না হায় হুংঙাইবে সত্য তৌবে প্রভুনা ॥
কোন্নুং অমা মথক্তা নিংখিজনা শাবিয়ু।
সুমেরুগা মান্নবা লৈপন্তনা কোইবিয়ু ॥
সংসাবসি ঙম্নবা শগোল শাম্ন থমবিয়ু।
শিংথাবদা ঙমদ্রবা তেঙ্গোল কয়া থম্বিয়ু ॥
নংগী থৌজাল পীবিয়ু ইচা অমা ফংজগে।
ব্রহ্মাণ্ডগী অকনবা পুম্নমকপু ঙমজগে ॥

নবুক্লিংবু মুংঙ ইনা থৌজানবীরো ননাইদা।
নারায়ণ-না হায়রকই বন্যাগী রাহৈ তাবদা ॥
আকাশদা করম্না ঐনা কোনুং শাগনি।
নহাক্কীদি নমাংদা তৌই ঐনা সত্যদি ॥
ঐগী সত্য কাইনবা নহাক্কনা শিনবনি।
কন্যা-নমুক হায়রকই ঈশিং কংফাল নাইবনি ॥
পাপ পুণ্য ধর্ম্ম কর্ম্ম পূম্নমকসে মাংবতাই।
বৈকুণ্ঠগী কোনুংস্মু শোইদনমক কাইবতাই ॥
সমুদ্রগী ঈশিংস্মু শোইদনমক কংনিদা।
ইকাইরেদো নারায়ণ বন্যাগী রা তাবদা ॥
বিশ্বকর্ম্মা কৌরক্লে মতমসিদা নারাণ-না।
লাক্লে বিশ্বকর্ম্মাদো মখুৎ লোম্নে মাংদ্রদা ॥
ননাই ঐবু কৌবিবা করি থবক তৌজোগে।
নোংথকসিদা শারোকো কোনুং অমা য়েংঙগে ॥
মাগী মতোল অতুনা সনজিংগুম রাংহল্লু।
হন্দক্কীবু কোনুংসে অঙকপবু ওইহল্লু ॥
কোনুং শাবা লোইথরে মুংঙাইজরে কন্যাদো।
করি বর পাম্বগে শ্রীহরিনা হায়বিদো ॥
কন্যা হায়জৈ ইচামা পিবিরোকো ননাইদা।
দেব দামুদরদো রাহৈ পূম্বা তাবদা ॥
মন পূরুষ নহাকপু রা হায়গেকো নংঙোম্দা।
কন্যা অসে লুহোংগে ঙসি নংগী নক্ষমদা ॥
কোনুংসিদা চঙথরো নচা অমা ফংলুরো।

ষুরেশ্বরী লোইশনা কোনুং মনুং য়েৌখরো ॥
মতৌ অসুম তৌহনা অহিং লেল্লে হরিনা।
মাগী ঔবসদগী মচানিপামা ফংলেনা॥
উরবদা কন্যানা পুক্লিং য়াম্ন হরাওরে।
অহুগীবু তুংহ্নদা নাবায়ণ-না হায়বিরে ॥
মনোভদ্র থোনবিরে ময়ামদবু খঙহল্লে।
ঙসিদগী হৌহনা অভিষেকপু তৌবিরে ॥
চহি কোটি অহুমবু রাজভোগ চাসনু।
লক্ষ্মণ থুস্তা তুরগা স্বর্গলোক্তা কাসনু ॥
অসি হাযরে হাযরগা অন্তর্দ্ধানবু তৌখরে।
মনোভদ্র নিংথৌসে মতৌ অসুম লৈখবে ॥
মাগী প্রজা অপুম্ব লাইনা ঙক্ষদরবা।
মানা তৌবা ধর্ম্মদো হায়গে কর্ম্ম অপুম্বা ॥
নোংঙানবগা হৌগৎলি গুরু পূজা তৌজেদো।
স্নান-পূজানচিংবা হরিভক্তি তৌইদো ॥
কৈজোম শেৎলে হায়বগা হরি কীর্ত্তন তৌইদো।
নিতৌ নিতৌ থুদিংগী পুং তরাবু নিংঙিদো ॥
পাম্বোম মরি পাল্লবা হরি ফংঙি নীতিগী।
প্রহর মঙা চাওই মাগী সভা অহুগী ॥
বৃহস্পতি গুরুনা ফ'ম্ম মাগী সভাদা।
মাংওইনন ফম্মিদো ব্রাহ্মণ মখ ম সভাদ ॥
প্রজাশিংনা য়েৎওইনৈ মগুস্তনা চংথোনবা।
লাম্মীশিংনা ওই ওইনৈ মশীং থাবা ঙমজবা ॥
তাহল্লিদো গুরুনা ধর্ম্ম শাস্ত্র পাহনা।

নিতিগী স্নান তৌজেদো অধর্ম্মবু কিডুনা ॥
মনোভদ্র হাৎনবা মরম অতু তাবিয়ু ।
লক্ষ্মণ-নমুক হায়রকই তাজগেকো হায়বীয়
পুক্লিং অসি নেমজগে মরম অতু তারগা ।
মুনিনা হায় নহাক্পা শিব পূজা তৌরগা ॥
মহাদেব উরনি নংনা লান্দো তৌবিয়ু ।
খঙবীরগা মরমদো শোইদনমক ঙম্বিয়ু ॥
হায়রম্লগা মুনিদো অন্তর্দ্ধান হেক তৌখরে ।
তারবদা লক্ষ্মণ-দো পুক্লিং অতু নিকখরে ॥
হনুমানবু কৌশল্লি রাহৈ খর হায়রকই ।
মেঘবর্ণ লোইননা তেঙ্গোল ঙাকউ হায়রকই ॥
হনুমান্না হায়রকই ঐদি য়োংগী জাৎনিদো ।
ঙমজদেকো লানসিদা ঐনা লিরুং পায়বদো ॥
মতমসিদা লাক্তুনা মেঘবর্ণ খুরুমই ।
ননাই ঐনা ঙাকচগে তেঙ্গোল সভা হায়রমই ॥
রাহৈ অসি হায়তুনা লক্ষ্মণ চরণ খুরুম্লে ।
মচাগীদি মফমদা অরাবসি শিম্নরে ॥
চুপ্পিরম্লে মচাবু শিব পূজা চৎলক্লে ।
মনম নম্বা লৈ চামা উপহার লোইননা ॥
কোরি পাত্র মন্নুংদা শিব-লিঙ্গ লিংখৎলে ।
উপহার লোইননা শিব পূজা তৌরক্লে ॥
মহাদেব পেনখরে লাক্লে মাংদা লেপ্পরে ।
রঘুমচা করিগী ঐবু পূজা তৌবিরে ॥

লক্ষ্মণ না হায় তাবীয় মনোভত্র হাংনক্সা।
মহাদেব ঐহাক্সা পূজা তৌরা ফংনবা॥
মহাদেবনা হায়রকই ঐদি মরম খঙদেকো।
পূজা তৌরো ভবানী মণ্ডোন্দবু হায়য়কো॥
ভবাণীনা হায়জনি হাৎননবা মরমদো।
করিমতা কায়রোই ঐবু পূজা তৌবদো॥
তারবদা লক্ষ্মণ-না ভবাণী পূজা হৌরক্রে।
জুবা-পুষ্প লক্ষ'মা কোরি পাত্রদা হাপ্লে॥
অথুম-অহাও অমদি চিনি অকেং'নচিংবা।
মহাদেবী পেল্লহুনা লক্ষ্মণ মনাক চঙঙকপা॥
ভবাণীনা হায়রকই রঘুমণি কমদোবা।
নংগী নতিক নগুণনা মরোল অহুম ফাওখ্রবা॥
লক্ষ্মণ-না হায় তাবিয়ু রাহৈ খব হায়জগে।
পূজা তৌরি নঙাকপু মনোভত্র হাৎচগে॥
মতৌ করম তৌরগা হাৎপা ঙম্নি তাকপিয়ু।
হঙ্গচরি ননাইনা মরম অহু হায়বীয়ু॥
ভবাণীনা হাযরকই রঘুমচা তাবিয়ু।
গঙ্গাগী নাক্তা লেংবীয়ু গঙ্গাদবু হায়বীয়ু॥
ঐদি হায়বা ঙমজবোই মহাদেবনা শাওনি।
হায়রিববু রাহৈসে হংলগহু হৌজিক্তি॥
মহামায়া খুদক্তা অন্তর্দ্ধানবু তৌখরে।
লক্ষ্মণ-বীর অকনবা তেঙ্গোল নাক্তা চঙঙক্রে॥
রঘুমণি হায়রক্রে তেঙ্গোল সভা য়েংলগা।

গঙ্গা উনরুখিগে, গঙ্গা মনাক চৎলগা ॥
হনুমান্না হায়রকই রঘুমণি তাবীয়ু।
য়েংউ নংবু নত্তনা করম লৈনি খনবীয়ু ॥
থাবু নত্তুরবদি রুহিণীদো লৈররোই।
মুমিৎ থোক্লক্ত্রবদি থম্বাল অতু শাৎলরোই ॥
বিষ্ণু লৈকম স্বর্গনি মুপীগী হিংকম পতিনি।
সেনাপতি লৈত্রবা তেঙ্গোল করম হিংগনি ॥
রাহৈ অসি তাবদা লক্ষ্মণ শরজাল শৎলে।
তেঙ্গোল মাইগৈ মরিদা যম কালবু ওইহল্লে ॥
মমাইহুদা মুংঙাইনা তেঙ্গোল সভা থমখরে।
মতমসিদা লক্ষ্মণ-না ময়ামদবু হায়বিরে ॥
চন্দ্রকলা নহাকস্ন চৎলো ঐগী দেশদা।
মনোভদ্র নিংথৌনা হায়খিগনি থোওইদে ॥
লানবু লাকই হায়খিনি যুবতীবু লোইননা।
তেঙ্গোল অক্ষৌহিণীগা চৎখরোকো লোইননা ॥
রাম চরণ খুরুম্মু ঐগী য়াথং ইনখরো।
ঐহাক্তবু নিংহুনা অযোধ্যাদা লৈরুরো ॥
নিংথৌ পুক্নিং চান্নবা ভবানি-না লেংজখি।
চন্দ্রকলা কপ্পসে লাচাড়ী লেংউ তাকখি।

## লাচাড়ী

তারবদা চন্দ্রকলা, শ্রীচরণ-দা পায়রে কলা ;
দোষ করি লৈখরে প্রভুদা।

ঐনা পুণ্য তৌরকপনা, নংবু স্বামী ওইজহনা ;
ফংজবা করি দোষ লৈখিদা ॥
তাবিয়কো রঘুমনি, নংগী আজ্ঞা পুবা ঐনি ;
চৎলো অযোধ্যাদা তাকপীরে ।
চচ্চরনি ননাই ঐনা, গতি লৈতে নং নত্তনা ;
খল্লুবদা ঐসে থোইনা রারে ॥
গতি লৈতে নং নত্তনা, রারে খনবদা ঐহাক্না ;
নংবু নত্রবদি অরেম্বনি ।
চুংঙাইরিবা বৈভব অসি, নংবু নত্রবদি হুনিসি ;
নহাক্তনা গতি ওইজবীনি ॥
নংগা লোইননা ঐহাক্না, নহাক্কী সেবা তৌহনা ;
লেনগে ঐহাক্না জগৎ অসিদা ।
হায়রগনু প্রিয়া নংনা, ঐগী য়াথং পুরহনা ;
লৈরুরো চুংঙাইনা অযোধ্যাদা ॥
নংগী দোষ লৈতেদনা, মনোভঙ্গ নিংথৌসিনা ;
নোক্লগনি হায়না খনবগীনি ।
লান্দা যুবতি য়াওবা, ইকাইদে হায়না নিংখিবা ;
উশিংলোই মানা নাপল তৌখিনি ॥
মাগী দেশদা লৈত্রবোই, অকনববু লৈতবতাই ;
মরমসি খনখিনি নিংথৌসিনা ।
তেক্তোল অক্ষৌহিণী পুহনা, চৎলু কলা নং চুংঙাইনা ;
লৈরম্মু সীতাগা লোইনহনা ॥

লক্ষ্মণ রাহৈ ভাবদা, চন্দ্রকলা লাংতক্লেদা ;
চরণ-দা খুরুম্মি বিদায় লৌরে।
তেন্‌ঙোলনা অক্ষৌহিণীগা, চৎলিদে। চন্দ্রকলাগা ;
খল্লুবা পুক্লিং লাংতক্লখরে ॥
জয়ছন্দ নিংথৌ ওইবা, রস খণ্ডবা সজ্জন ওইবা ;
মাগী ব্রাহ্মণ রতন ভবানিন'।
রাম ইতিহাসসিবু, পুক্লিং য়াম্না হুংঙাইনবু ;
লেংজরি পাপ কোক্লবা হায়ব্রনা ॥

## পদ

চন্দ্রকল চৎখরে যুবরাজ লক্ষ্মণ-না।
গঙ্গা মনাক য়ৌরক্লে চিংথৈ হেক্তা লাক্লুনা ॥
পুং তরা হেক চুপ্পা মন্ত্রগী শক্তি তৌরকই।
উনদরে গঙ্গাদো যুবরাজ শাওরকই ॥
শাওরে থাং-হেক পায়খংলে ককথৎলগে হায়ব্রনা
গঙ্গাদেবী চোংথোক্লে মাগী মূর্ত্তি পুব্রনা ॥
রঘুমণি শাওবিম্ন মথুৎ লোম্লে হায়জরে।
মনোভদ্র হাৎপগী ননাইদবু শাওবীরে ॥
উনব্রগা অত্তুকপু য়াম্না থীনা শাওবীবা।
অপংবদা লৈতরে প্রভু নংগা মাম্নবা ॥
চন্দ্রকলা ননাইদি করিগীনো থাগ্রিবা।
তোল্লবীবু ননাইদা করম পূজা তৌবিবা ॥

নতোক সিশিং পানবনা অবতার তৌরনি।
ননাই নাক্তা লাকচরি কম্বিণীবু কিগনি॥
রাম-গা গুণ মান্নবা পৃথ্বীসিদা লৈবরা।
লান্দা নংবু পানবা কনা লৈনি খনবরা॥
রাহৈ অসি তাবদা থুরুম্লক্লে লক্ষ্মণ-না।
তাবিয়ুকো হে দেবী হায়জরিকো ঐহাক্না॥
মনোভত্র হাৎনবা খুৎলায় অমা নিজগে।
মরম অদু নংঙোন্দা লাক্লিবনি হায়জগে॥
খণ্ডদদুনা ঐহাক্না চন্দ্রকলা থাখরে।
খুদোং থিবা হৌজিক্তি ওইরগনি হায়রক্লে॥
গঙ্গানা হায় ঐহাক্কী ইতুং ইল্লু চৎলসি।
গঙ্গা বর পীবিয়ু ঙসি প্রভু লাকপসি॥
হায়নদুনা গঙ্গাগা হুংঙাইনবু লেংলক্লে।
রঘু মচা লক্ষ্মণ-না তুংইন্নবা লেংলক্লে॥
পুং অনি হেক চুপ্লবু কংফান্দগী লেংলক্লে।
ঈশিং অদো কংখরে যুবরাজ উরক্লে॥
গঙ্গানা হায় লৈপুংসে কাপথাইরোকো হায়রক্লে।
রাহৈ অসি তাবদা খুৎলায় হেক্তা কাপ্লক্লে॥
লৈবাক অদু থুগাইরে যুবরাজ লক্ষ্মণ না।
উপাল মনা পান্দ্রবা অমা হৌই ফজনা॥
মশা মরি লোংলমই থেঙ্গু মরি তোংলমই।
* তেন মরি লোইনবা উরবদা ঙকলমই॥

---

*উশা উশা থাদংদা থেঙ্গু অমমম তোংঙ, মচিন্দা তেন অমমম চিক্কুনা লৈরম্মী।

উরবদা লক্ষ্মণ-সু অঙকপবু ওইরমই।
লক্ষ্মণ অসি ঙকথরে গঙ্গাদবু হংলমই॥
থেঙ্গুসিদা লৈরিবা তেন অসিবু কমদোবা।
গঙ্গানা হায় শোকপিয়্ লক্ষ্মণ পুকচেন চাওরবা॥
হায়জরক্লে তুংহৃদা মরম পুম্বা খঙবীসি।
তারবদা লক্ষ্মণ-না শোকপিরক্লে থেঙ্গুসি॥
খুদকসিদা মরিদো মুপীমচা ওনথরে।
উরবদা গঙ্গানা মরম অত্ হায়রক্লে॥
য়েংউ জগোই শাবীনি রস কাইবা মরম্বা।
জগোই তানবু কাইবদা মহাদেব শাওহনা॥
গঙ্গাদবু চংথরো থেঙ্গু ওইনা পোক্তুনা।
তারবদা হায়জবে মথোই মরি অসিনা॥
কয়া কুইনা লৈরগা শাপসে কোকপা য়াগনি।
হায়বিরক্লে সিবনা লক্ষ্মণ-নদি শোকপীনি॥
মতমহৃদা কোক্তুনা ঐগী নাক্তা লাকচৌকো।
মরম খঙবা শিবনা বর পিদবনিকো॥
মরম খঙবী দুর্গানা ঐগী নাক্তা থারকপা।
মরমহনা ননাইসে থেঙ্গু ওইনা লৈরকপা॥
নংগী থৌজাল ফংলেদো কাজখ্রনি মুংঙাইনা।
য়াহে অসি তাবদা পুক্নিং মুংঙাই লক্ষ্মণ-না॥
মথোই মরি খুদক্তা মথুং লোয়রক্লেদো।
নর-নারাণ প্রভুনা মীগী মশক লৌবীদো॥
শোকপীহনা লানবীয়ে ননাই ঐখোই মরিবু।

নিরাকার নহাক্নি জীবগী ওইরি মপু ॥
ফত্তববু হাৎনবা অবতার তৌবনি।
ইপামক্কা মাম্নরে হৌজিক স্বর্গ কংলনি ॥
জগৎসিদা প্রভুবু ওমবিনবা লৈরোইকো।
লক্ষ্মণ-না হায় লাইগীগু মুংঙাইরনি কিমুকো ॥
মনোভদ্র হাৎনবা পিরো তেন্দো ঐঙোন্দা।
লীলাবতী পিরক্নে মক্তুবা তেন প্রভুদা ॥
ননাই ঐগী তেনসিনা মনোভদ্র হাৎপিয়ু।
মতম কুইনা ঙাইহনা থমজবনি য়েংবিয়ু ॥
চন্দ্রমুখি থুদক্কা তেন পিরক্নে ফজেদো।
তেন অসিনা হাৎপিয়ু নীলকান্ত নিংথৌদো ॥
রসবতী হায়জরে তাবিয়ুকো য়েংবিয়ু।
ননাই ঐগী তেনসিনা লাইয়াম পুম্বা ওম্বীয়ু ॥
কলাবতী হায়রকই রঘুমণি য়েংবিয়ু।
ঐগী তেনবু অসিনা পাতাল ভুবন ওম্বীয়ু ॥
জ্বালামুখী কোবা তেন পিরে গঙ্গা দেবীনা।
হিংচাববু হাৎপিয়ু ননাই ঐগী তেনসিনা ॥
তেন মঙাদো পিরক্নে মথোই মঙা অসিনা।
উরবদা হুংঙাইরে যুবরাজ লক্ষ্মণ-না ॥
মথুং অনি লোন্দুনা যুবরাজ লৌথরে।
উরবদা লক্ষ্মণ-না রাখল অমা থল্লক্নে ॥
অমুক হন্না হংওক্নে যুবরাজ লক্ষ্মণ না।
রাখল তৌনা হায়রকই করম পোকপা মথোইনা ॥

স্বর্গ মর্ত্ত্য থাতুনা করম লৈরি : গঙ্গাদা ॥
গঙ্গানা হায় তারোকো রারম অহু হায়গেদা ॥
অথুপ্পা রা কয়াবু নিংশিংঙকই নহাক্না ।
অনন্তশয্যাহুদা নংনা চেপ্পিঙৈহুদা ॥
সংসারবু শেম্মগে পুক্লিংদবু খল্লক্লে ।
হৌবা লোম্বা পুম্নমক নহাক্তনা শেম্মক্লে ॥
মতমহুদা প্রভুনা গুণবু অহুম শেমখিদো ।
অহানবদা তৌহনখি শক্তি কয়া পোকখিদো ॥
সত্ব, রজ, তমশু পুক্লিংদগী পোকখিদো ।
তেন মরি'মুক প্রভুনা চংথোম্নবু শেমখিদো ॥
গুণ অহুমগী থুংলায়দো অহুম থোকপ্রে মসিদা ।
থুংলায় অমা অসিনা শক্তি করম্বনোদা ॥
তেনবু মরি গুরিবা করম তৌনা ওইখিবা ।
মতমহুদা নারাণ-না মহাদেবদা হায়বা ॥
মনোভদ্র কৌরবা পোক্লে মগুণ লৈরবা ।
মাবু হাংপা থুংলায়দি য়াররোইকো অচম্বা ॥
মংগী জতা মুংদগী থুংলায় অমা শারোদো ।
মহাদেব লাকতুনা থুংলায় অমা পিরৈদো ॥
মমাংঙৈগী রাফমু নিংশিংজরি ননাইনা ।
কদাইরাইদা হংঙক্লে নীলকান্তবু অজ্ঞান-না ॥
করম্বা কান্দা হাংলনি অথুপ্পহু থাভজগে ।
গঙ্গানা হায় আবিয়ু অথুপ্পহু হায়জগে ॥
মথারোমদা রাম-না চংলুববু কান্দুদা ।

লৌনমক্তুনা প্রভুনা পুরকনি লান্দুদা ॥
অভিষেকী মতমদা নংনা মাবু হাৎকনি।
রা অমতং হায়জগে পুকচেন চাওবা তাবিনি ॥
স্নান তৌবিয়ু গঙ্গাসে তর্পণ অতুক তৌরম্মু।
পিতৃবর্গ লাম্নবা দান ধর্ম্মবু তৌরম্মু ॥
গঙ্গাদেবীদা হায়রকই মরম পুম্বা হায়গেদা।
পানথৎলকপা রাকচিংগী একাদশী সুমিত্তা ॥
স্নান দানবু তৌরদি পুণ্য চেনবা ওইরেদা।
স্নান তর্পণ তৌব্রবা হায়রিববু অসিদা ॥
শাগৈ কোটি লোইননা বৈকুণ্ঠবু ফংনিদা।
ঐগী রাহৈ কয়াসে লৌবিব্রবা ওইবদা ॥
নরক্কবু তাসন্থু শাগৈ কোটি লোইননা।
রাহৈ অসি হায়াবরে খুরমহোরে গঙ্গানা ॥
লক্ষ্মণ বীর লেংলক্লে তেঙ্গোল সভা য়োরক্লে।
প্রভু উরে তেঙ্গোলশিং পুম্নমকসে খুরম্লে ॥
হনুমন্ত কৌহুনা হাযরকইদো লক্ষ্মণ-না।
মুংশিংকী মচা নংসে হনুমাম্নি খণ্ডনৈনা ॥
অতুম্নদি ওইরগা রাম-গী মচা হায়নৈকো।
মনোভদ্র হাব্রদি পোথাববু লৈরোইকো ॥
নংনা অতুক চৎলগা খণ্ডহল্লুচো ইপাবু।
লীরু চৎলু নহাক্লা তেঙ্গোলশিংগী মগুণবু ॥
ঐগী ইগুণ কয়াস্থু থাগৎলুগো নহাক্লা।
প্রভুরাম-গী মগুণদি খণ্ডিঙ মরোল অহম্না ॥

চন্দ্রবদি নহাক্স কনা লৈতে হায়নবা।
লানবু তৌগে হায়রগা সাজন তৌরো হায়রুবা ॥
নত্তরগা মচাশিং লোইনা চঙজৌ হায়রম্মু।
নিংথৌহনা ভাত্রদি নংনা থোকপা তৌরম্মু ॥
কুক্তোক্তুনা কোন্নুংদা পুরকউকো নহাক্লা।
ঙমজরকউ হন্দক্তি বর পিরে ঐহাক্লা ॥
মনোভদ্র পুল্লগা পুরকউকো ইনাক্তা।
চৌংবু কুকপা ঙম্বা নং লঙ্কা মৈবু থাখিদা ॥
কাব্যকাস্ত কোন্নুংসে কয়ামরুম লাপকনি।
চাম্বা পাকপা সমুদ্র চোংবা ঙম্বা নহাক্লি ॥
মনোভদ্র পোরকউ থিল্লগনু হায়রকই।
রাহৈ অসি তাবদা হনু·স্ত হায়রকই ॥
উপায় উদে চৎনবা রঘুমণি খনবিয়ু।
আকাশদা পাইহুন লৈ'রবসে য়েংবিয়ু ॥
কোন্নুং অসি য়ৌববু ঙমগনিবু খন্দরে।
তারবদা লক্ষ্মণ-না শিরুং তেনবু লৌখৎলে ॥
তেন অহুম হেক শক্তোক্লে কৈরাকুম্না শারক্লে।
তাবিয়ুকো প্রভুনা হনুমাননা হায়রক্লে ॥
ঐগী হকচাং অরুম্বা কৈরাকসিনা ঙম্মোইদা।
লক্ষ্মণ-না হায় তারোকো হে য়োং হায়বা নহাক্লা ॥
নংগুম্বগী অরুম্বা ঐগী তেনবু তেক্কনি।
প্রভুরাম-না পুরবা ঐগী তেননি খঙগনি ॥
সনজীংগা মায়বা কৈরাকনিকো হনুমান ॥

পদধূলি লৌরক্লে তারবদ হনুমান ॥
কাথৎলক্লে কৈরাক্তা রামচন্দ্র নিংত্থনা ।
হন্না হন্না থুরুম্মি কৈরাক্তুদা হনুনা ॥
লক্ষ্মণ তেনগী পাঙ্গন্দো রানা খাঙিঙ নোঙ্গুনা ।
চিটৈঙ হেক্তা কারক্লে সুংশিৎকী মচা হনুমান ॥
পুং তরাগী লম্বীদঃ কাব্যকাম্ভ থুংখরে ।
অমরগী লৈবাক্কুম উরকপদা ফজরে ॥
খল্লুবদা হনুমান রাখল মচি ফংলক্লে ।
হয়িং ওনগে নিংথৌগী নাক্তা চঙগে খল্লক্লে ॥
তসেং ঐগী মুত্তিসে চঙলবদি মনাক্ত ।
মতৌ অস্নুম তৌহনা উরবদি মতমদা ॥
থরাই পুরে হায়রগা প্রভু নাক্তা য়ৌররোই ।
মতমসিদা সনাগী হয়িং ওনথ্রে চঙঙকই ॥
নিংথৌ নাক্তা তসেংনা থুংলরেদো হনুমান ।
রাম-লক্ষ্মণ মনাইনি হায়রকইদো হনুমান ॥
ঐহাক অসি ফম্মগে মন্ত্রিশিংগী মনাক্তা ।
নিংথৌসিনা উনবা খল্লত্থনা ফম্মেদা ॥
মতমসিদা উরক্লে অকন-অথৌ ময়াম্না ।
কদাইদগী লাকপনো করি মায়া তৌত্থনা ॥
সনা মানবা হয়িংদি পৃথ্বীসিদা লৈতেনা ।
লাইনচিংবা গন্ধর্ব্ব থাংবা ঙমদে ইমাংদা ॥
শিনিংত্থনা লাকপরা অপংবা নং খঙঙুনা ।
রাম-লক্ষ্মণ অনিদো তেন অনি হেক চাবদা ॥
চেনজখিনি মথোইদো অযোধ্যাদা ওন্দুনা ।

হনুমান-না হায়রকই তারো মন্ত্রি নখোইনা ॥
নাপন তৌনা হায়বশাই লিবিগেকো ঐহাক্না ।
তসেংলবা রারীদো তাজো নবুক তপথনা ॥
দশরথ' মচা রাম ভগবাননি খওজরো ।
রাম-গী মনাও লক্ষ্মণ-নি কল্লবনি তাজরো ॥
দিগ্বিজয়বু লাকইকো সংসারবু অপূম্বা ।
অকনবা লান তৌহ্নবা মেঘনাদ হাৎলকপ ॥
অকনবদা মহাক্কা মাম্নববু লৈত্রবা ।
শিব-দুর্গা ওমহ্নবা পাবিজাৎপু প্পরকপা ॥
মিথিলাগী লৈবাক্তা মাগী মগুণ খওখ্রবা ।
ফত্রববু অপূম্বা হাত্তোক্লবা পোক্লকপা ॥
চন্দ্রসেনবু অমদি বৃহদর্থ হাৎলক্লে ।
পুম্নমক্কী মঙ্গোলবু পিরকপদি ওইরক্লে ॥
নচা ননাই লোইননা লক্ষ্মণ চরণ চওজসি ।
অহাংবদা কোন্নুংসে শারি নাপন তৌগুমসি ॥
লক্ষ্মণ বীর উবদা নাপন পুম্বা তেক্কনি ।
বৈকুণ্ঠগী মবুঙো শ্রীরাম লক্ষ্মণ-নি ॥
মাগা রাথোক্লরদি অপংবদা ওইগনি ।
হনুমন্ত কৌবদো খঙেঙা নিংথৌ ঐহাক্লি ॥
ছঙ্গচ্চরি মহাশয় নতিক নগুণ চাওবনি ।
প্রভুরাম চন্দ্রগী অভিষেকপু য়াওবিনি ॥
চক্রশালা ওমগনি লক্ষ্মণ অসি লাকইদো ।
মাগী লাম্মী তেঙ্গোলদি অক্ষৌহিণী কুম্নিদো ॥

মেঘবর্ণ অকনবা অর্জ্জুননচিংবা অঙ্গদা।
কালদন্ত বিকর্ণ নিংথৌ মচা য়ামথ্রেদা॥
লান্দা কনবা ঙাক্তনি নিংথৌমচা কয়াসি।
য়াঙাংখিদ্রে নিংথৌশিং তারবদা য়াহৈসি॥
মনোভদ্র সভাগী মীয়াম পুম্বা নোকখরে।
মহাশব্দ লোইননা ময়া ক্রক ক্রক চিঙরে॥
তারবদা হনুমান থম্মোই কায়গদৌইদা।
মনোভদ্র নিংথৌগী সেনাপতি ফখ্রেদা॥
ধর্ম্মদেব কৌইদো ধর্ম্ম য়াম্না চেল্লিদা।
য়েঙঙহুনা হায়রকই মনোভদ্র কানসিদা॥
নাগপাস, পুন্দুনা পুরকউদো লক্ষ্মণ-দো।
শগোল শামু য়ামখ্রেদা লক্ষ অহুম লোইনৈদো॥
চৎলো চৎলো লক্ষ্মণ গী লান্দা নমাই ওনখরো।
রামদি লাক্কে লক্ষ্মণ-দি মতিক চাদে চৎলুরো॥
মাগা লাম্থেংনবদি মতিক চাদে ঐহাক্তি।
শোরারেনগা মায়েদো ইচাদশা য়াম্বদি॥
লক্ষ্মণ হেক্তা পুন্দুনা পুরকউদো ইমাংদা।
মতমদুদা খুরুম্মী মন্ত্রি হেক্তা চৎলিদা॥
মোইবুং খুৎলায় মখোন্না পৃথ্বী থক থক নিকখরে।
লিরী থ্রি-খ্রিং খিংনৈদো তেঙ্গোল সভা চৎলক্লে॥
মহাবীর হনুমান মাংওইননা থৎলিদা।
শামু তেঙ্গোল চঙকই লাম্থেংনবা কানসিদা॥
অন্তকালদা শিবনা হাৎকে চোংথোক্লকপগুম।

চেকপনথক্তা হনুমান হুংগা উগা নোংতাগুম ॥
দোলায় অমা পায়তুনা দোলায় অমদা ফুজল্লি।
খোংনা হেক্তা কাওবদা শামু কয়া তুহল্লি ॥
সিংহনাদ লাউথনা তেঙ্গোল তম্না ফুজিল্লি।
খোংমী কোটি অমনি যম-গী থানা য়োৗহল্লি ॥
ঈনা তুরেন ওনখরে সমুদ্রগুম ওইরক্লে।
মাইখিরেদো তেঙ্গোলশিং মহৈ মহৈ চেন্নরে ॥
ধর্ম্মদেব থুদক্তা হনুমানগা উনৈদা।
তারো তারো ফজ্রবা সেনাপতি তাক্লেদা ॥
লৌক্লগনি লক্ষ্মণ-বু নিংঙাইদনা চৎপশাই।
নাপন তৌবা নহাক্না সংশারদা হায়বশাই ॥
যম-গী থান' উরনি নবুক্তুদা খল্লুকো।
লক্ষ্মণ ঙস্বা থম্বিখো মনাই ঐবু ঙমজখো ॥
ঐবু ঙম্মে হায়তুনা নিংথৌদবু উহনখো।
নোংশাগীদি মমাংদা লমহুই অতু হিংহনখো ॥
মুন্না য়েংউ ঐহাকসে নংগী যম-নি খঙজরো।
ঐবু ঙম্মে হায়রগা লক্ষ্মণ লোবা চৎচরো ॥
নংদি ঙসি হুমিত্তা ঐনা শোইরোই হাৎকনি।
নমিৎ থিৎনা য়েংজহৌ শোইরোই নংবু হাৎকনি ॥
হায়রম্লগা চোংশনখি মাগী দোলায় পায়খরে।
আকাশতা পুথৎলে চাম্মরকপু লৈখরে ॥
চিংঙৈ হেক্তা ফুদৎলে দোলায় অতু লৈবাক্তা।
সেনাপতি থাধরে মথ্বাই থারে খুদক্তা ॥

নৈবাক থক্তা ভুখরে অক্ষৌহিণী অহুমদো।
হা হা হায়না লাউথুনা প্রজ' পুম্বা রানৈদো॥
কাইথুনবু চেন্নরে নৈপন মমুং অথুদা।
ধর্ম্মদেব খুদক্তা পৃথ্বী থক্তা ভুখরে॥
শগোল শামু অপুম্বা কাইনথুনা চেন্নরে।
কনা অমা নাপীচিক হনুমান্দা হায়জরে॥
কনা অমা চেনসল্লি নিংথৌদবু তমথরে।
মতৌ অসুম তৌথুনা হনুমান্না হাৎথরে॥
মনোভদ্র উবদা পুক্লিংদবু কিথরে।
মচা যুবরাজবু কৌশল্দুনা হায়রক্লে॥
বিধিনবু তম্মাল্লে ধর্ম্মদেব তুরেদো।
ঐগী ইমাং অসিদা লান্মী কয়া তুরেদো॥
বিধাতানা তম্নবোই লানবু থোকউ হায়থুনা।
যোংথ ফারু চৈঙেমক পুরকউকো নহাক্লা॥
বজ্রগুম্বা খুৎলায়না হাত্তোক্লম্মু য়োংনাওদো।
থুরম্মকই মপাদা কাব্য-কান্ত বীরদো॥
ইপা ইবুংঙো ননাইনা পুজরকপা ঙমজরোই।
রাম-লক্ষ্মণ অনিদে বিষ্ণুমক্লি হায়রকই॥
পোক্লবনি ফত্রবা হাৎননবা জগত্তা।
দেশ কয়া ঙমথুনা লাক্লিবনি ননাক্তা॥
হাৎপা ঙমনি নচানা নিংজদেকো পুক্লিংদা।
মপাদবু থুরম্মে রাহৈ অসি হায়থুনা॥
হায়রম্লগা মগাদো য়োং ফাগে থোরক্লে।

অক্ষৌহিণী মণ্ডানি তেঙ্গোল পুংবু রৈরক্লে ॥
ফুরো হাৎলো লাউহনা তেঙ্গোলশিংহ চণ্ডক্লে।
খোঙকম অনি অহুমবু তেঙ্গোল লাম্মী চণ্ডক্লে ॥
উরবদা হনুমান হেন্না হেন্না শাউরক্লে।
শনজীংগী মত্তৌগুম হনুমন্ত চাওরক্লে ॥
উরবদা তেঙ্গোলশিং রাখিবনা মীপায়রে।
উরক্লেদো য়োংগী মিৎ কুফেৎ কুফেৎ তৌরক্লে ॥
হনুমানবু উবদা শামু লাম্মী তুরক্লে।
উরবদা খুদক্তা নিংথৌমচা শাওরক্লে ॥
থারে তেন্না হনুমান খুদক্তুদা শাওরক্লে।
চোংশনখরে হনুমান দোলায় হেক্তা কাখরে ॥
কাব্য-কান্ত মহাক্কী শগোল মরি লৈথৎলে।
শিবতারে খন্দুনা কাব্যকান্ত চোংথোক্লে ॥
দোলায় অমুক তোংহনা লান্দা মায়য়োক্নরক্লে
হনুমন্ত চোংশল্লি মল্ল-যুদ্ধ তৌরক্লে ॥
অনিসিনা য়ৈনবা শব্দতনা নিনখরে।
প্রহর অমা চুপ্পবু কন্না যুদ্ধ তৌনরে ॥
কাব্যকান্ত অকনবা মশা হেক্তা চোকথরে।
খুৎলায় থম্মে মহাক্লা মখুৎ লোয়েন্নে হায়জরে ॥
কপিনাথ তাবিন্নু হনচ্চরি ননাইনা।
ইপানা ঐ থারকই য়োংহ ফারু হায়হনা ॥
নংবু ঙম্মে হায়রগা ঐনা পুবা ঙম্মরোই।
নংনা খর লেংবিয়ু নিংথৌ নাক্তা হায়রকই ॥

খুরমজরি ননাইনা পুক্লিং তপ্পা খনবিযু।
রাশকলুরে ননাইনা রাশক ধর্ম্ম ঙাকপীযু॥
ইখুৎ লোম্নরত্নুনা হাযজরিকো নংঙোন্দা।
নোক্লত্নুনা হায়রকই শুংশিৎকী মচা হন্নুনা॥
নংনা ভক্তি লৈরদি চৎসি নিংথৌ মনাক্তা।
দোলায়ত্নদা তোংমিন্নে মখোই অনি লাকইদা॥
মনোভদ্র মনাক্তা চৈঙৈ হেক্তা থুংঙিদা।
দোলায়দগী কুমথরে চঙিঙ সভা ময়াইদা
হংবা হৌরে হনুদা মনোভদ্র নিংথৌনা।
তারো তারো হনুমান ঐগী রাসে তপথনা॥
ঐগী তেঙ্গোল কমদৌনা সেনাপতি হাৎলিবা।
লানবু তৌব চৎখিবা ঐগী তেঙ্গোল অয়াম্বা॥
হাত্তোক্লেদো নহাক্না নাপন তৌনা লম্বীদা।
ইন্দ্র, যম, কুবের, মরুণ দণ্ডধরনা॥
ঐগী খুৎলায় উবদা মখোই পূম্বা নিক্লিবা।
করমতৌনা ঐহাক্কী তেঙ্গোল সভা হাৎলিবা॥
নংগী নাপন তেক্কুনা শিবা তারে হৌজিক্তি।
লাইনা শেম্বা কোন্নুংনি লাইগী তেঙ্গোল ঙাক্তনি॥
ঐগী তেঙ্গোল হাৎপদি অতাংবনি নহাকসে।
হায়য়ু তাগে লক্ষ্মণ-গী মগুণ অতু তাগেসে॥
নিংথৌ কয়া লাকমিন্নে মমিং করি কৌবগে।
নংগুম্বসি কয়ানো তেঙ্গোল কয়া য়াম্বগে॥
দোলায় তোংবা রথীনা কোটি কয়া য়াওরকপা।

লিরুং পায়বা হৈরবা কোটি কয়া ইল্লকপা ॥
তারবদা হনুমান খুম্মকইদো খুদক্তা।
ননাকোংহ্ শেংদোকউ তেঙ্গোল মশিং থাগেদা ॥
পাঙ্গল কনবা লক্ষ্মণ নি বিষ্ণু অবতারনি।
ফত্তববু হাৎনবা সংশারদা পোকপনি ॥
তান মাপনবু ঐাংলবা যুবরাজ লক্ষ্মণ-নি।
থা কোটিবু ওমজবা নারাযণ গী মাইথোংনি ॥
যুবতীগী মন হুবা ওম্বা লক্ষ্মণ মূর্ত্তিনি।
লিরুং হেক্তা খিংবদা পৃথ্বী থ্রক থ্রক নিকপনি ॥
তমখিরবা হিংচাবা লৈবা মথৈ হাৎলিদো।
তেন অমা হেক শৎলগা লিরীদা চাম্মা থোকইদো ॥
কাপ্লকপদা লিশিংথোক থাবকপদা লক্ষনি।
পৃথ্বীসিগী মনুংদা পাঙ্গল কনবা লক্ষণ-নি ॥
নিংথৌ মচা খিবিক্লা কিনবিযে পুক্লিংদা।
নিংথৌমচ' কুন্নিদো নোংপোক মাইগৈ অসিদা ॥
লিশিং কুম্বা দোলায়না শাজন লাকই য়ামখ্রেদা।
লক্ষ তরামরিনি শগোল শামু য়ামথ্রেদা ॥
খোংমীতনা য়ামখ্রিবা লক্ষ তরা লাকইদা।
অকনবনা যামখ্রিবা কোটি তরেৎ লাকইদা ॥
মতিক চানা মখুত্তা সেল জাঠি পায়হুনা।
দোলায় উচ্চশ্রবনি তোঙিঙ লক্ষ্মণ বীরনা ॥
* নবরঙ্গ সাজন্নি নোংশানা চৎপগুম্মিদা।

---

*শামু তোংবা পরেং শাগোল তোংবা পরেং খোংমী লাম্মী অচৌ অশিক নাইহুনা চৎপবু নবরঙ্গ সাজন কোই।

ফিরান মচু অঙাংবা নোংপোক মথা থনখ্রেদা ॥
মচু মুব ফিবান্না নোংচুপলোমদা থনখরে ।
মেমানবী ফিরান্না অরাংলোমদা ফজরে ॥
ফিবান লক্ষ মঙানা মযাইতুদা ঙাল্লিদা ।
অশাওবগা লোইননা হৌবক্লবা লান্দুদা ॥
ব্রহ্মা অমা শোবারেন কিরে ধ্বনি তাবদা ।
লাইযাম পূম্বা কিবনা নিক্লহ্না থাঙনৈদা ॥
লক্ষ চাম্ম চুংগোই পায কোটি অহুম পুংযৈবা ।
লক্ষ অহুম অকনব লান্দা থৌনা ফরবা ॥
কোটি তরা লিরুং পায দোলায মাইগৈ মবিদা ।
সুংঙাইবগা লোইননা লাক্লিবনি খুদক্তা ॥
চৌংগী উফুল মরিকপু খঙবা ঙম্রা থিহনা ।
ঙম্মরোইকো শিংথাবা অযাম্বা তেঙ্গোল অসিনা ॥
অসিগুম্ব লানসিদ থেংনকবো থাবিবা ।
ধর্ম্মদেব রথীদো ঐনা হেক্তা হাৎপীবা ॥
মহাবাজ হাযবিগে নাকোংচঙনা তাজৌকো ।
নোংশাগীদি মফমদা লমহুই কবি তৌনিকো ॥
শত্রুং হায়বা শাহ্না শামুদবু কৈদৌনি ।
সমুদ্রগী ঈশিংবু থকপা করম ক'গনি ॥
নোংশাগুম্না কল্লবা পৃথ্বীসিদা লক্ষ্মণ-নি ।
অঙাংগুম্বা নহাকী তেঙ্গোলসিনা কৈদৌনি ॥
হায়রক্লিবা পূম্নমক তাবে সভা ময়ামদো ।
খাক্লা খাক্লা নোক্লক্লে দরবার সভাদো ॥

অহুগুম্বা তেঙ্গোলনা লান তৌনি লাক্লিবা।
তেঙ্গোল থর হাৎলগা নাপন তৌজ শাল্লিবা॥
শগোল শামু তেঙ্গোলশিং সাজন ভম্না তৌনরো।
লক্ষ্মণ-সিগা লোইননা লাম্থেংননি খঙজরো॥
চৎলো চৎলো হনুমান লক্ষ্মণ মনাক য়োথরো।
খঙহল্লুরো লক্ষ্মণ-দা রারম পুম্বা তমজরো॥
অতোপ্পদা চৎলবোই সুংঙাইজবা কংবদো।
কংজরবোই হুজিক্তি সুমিত্রাগী মচাদো॥
হনুমান্না হায়রকই চৎসি নংগ লোইননা।
খন্নমগনু নহাকপু হাযবিবকই লক্ষ্মণ-না॥
থাদোক্লম্বা নহাকপু হৌজিক ঐনা ভম্মবোই।
নংনা যাদ্রে হাযবগা কোন্নুং পুরকউ হায়রকই॥
নংবু থাদোক্লম্মগা ঐনা হুজিক চৎলদি।
ইরু অসি কোক্লগা শোইরোই দেশ থাবদি॥
বিষ্ণু অবতাবনি যুবরাজ লক্ষ্মণ-দি।
নংবু হাৎকে হাযদুনা রাশকথ্রেদো হন্দক্তি॥
মাগী রাশক অসিদি সুংদা লাইরিক ইগুম্নি।
লক্ষ্মণ হেক্তা উবদা শোইদ্রে যম উগুম্নি॥
মাগী তেনগী পাঙ্গলনা লঙ্কা বাবণ নিকপনি।
লাইহিংচাবা গন্ধর্ব্ব নিক্তুনবু থাংবনি॥
মাগী মাংদা কবন্না চেনগদৌরি নহাক্না।
শিরবদি তোক্লেদো বাজ-ভোগতি চাত্রেনা॥
নিংথৌনা হায় তেঙ্গোলশিং সিংহনাদ লাউরোহায়।

শগোল, শামু অপুম্বা গুম্না সাজন তৌরোহায় ॥
ভারবদা হনুমান বিদায় তৌরে চৎখরে।
যুবরাজ লৈকমদা হনুমন্ত থুংলরে ॥
খুরুমহুনা হায়রকই মখুৎ অনি লোন্দুনা।
হজচ্চগে তাবিনি রঘুমণি ননাইনা ॥
হয়িং ওল্লে হায়রগা নিংথৌ মনাক য়ৌজৈদো।
মন্ত্রিশিংগা নিংথৌগা মীনা চোম্না ফম্মিদো ॥
মতমহুদা চগুজবে মফমহুদা ননাইনা।
মন্ত্রিশিংনা হংগুকই ননাই ঐবু য়েংহুনা ॥
ঐনা হায়বা রাশিংদো করিমতা তাদরে।
লানবু চৎলু হায়হুনা সেনাপতি থাখরে ॥
মতমহুদা ননাইনা মাংদা থৎলে লান তৌরে।
লমহেল্লি হায়হুনা ধর্ম্মদেব হাৎচরে ॥
শাওরহুনা নিংথৌনা যুবরাজ থারক্লে।
মাগী ভক্তি অহুনা ননাই ঐবু গুমখরে ॥
ইমাই থিরে হায়হুনা মখুৎ লোন্নৈ হায়জরে।
মাগী ভক্তি অংনা নিংথৌ মাংদা ঐ পুরে ॥
হংবিরক্লে ঐগোন্দা মনোভদ্র নিংথৌনা।
তেঙ্গোল কয় পুরকপা লক্ষ্মণ অহু হায়হুনা ॥
সেনাপতি কয়ানো নিংথৌমচা কয়ানো।
দোলায় তোংবা রথীনা মশিং কয়া য়াম্বনো ॥
হেন্না হেন্না থাহুনা থাগৎলম্ম ননাইনা।
লানথেংনবা লাকহৌরে মনোভদ্র নিংথৌনা ॥

দোলায় তোংখৎপিরোকো রথী পুম্বা লোইননা।
সনজীংগী নোংপোক্তা হংগচ্ছগে ননাইনা॥
লানকম ওইরে তেঙ্গোম্না ঙক্ফদ্রবা জগৎনা।
কর্ম্ম ফলনা ফরগা হিংগদব' মঙাইদা॥
মাগী লিরী খিংবদ' লাইহিংচাবা নিকখরে।
করম্বা তেনবু কাপ্পগা হাৎকদগে খঙদরে॥
তারবদা লক্ষ্মণ-দো রাঙাংদনা লৈখরে।
মনোভদ্র হাৎপসে পুক্লিং চিংলপ তৌখরে॥
তেঙ্গোলসিগী মঙ্গুংদা উপায় লৈতে খল্লুদা।
মুংশিৎকী মচা হনুমান পুক্লিং তপ্না তারোদা॥
দেশ কয়া ঙমহুন লাংক্লিবনি ঐথোয়না।
কবি গতি লৈবিবা হন্দক্লৌদি লানসিনা॥
অমরগী লৈবাক্তা শগোল হুবা হাক্তক্ত।
তেন মঙানা যজ্ঞগী শগোল অহু লৌরুইদা॥
নাপীগুম্না ককথৎলি বীর রথী অপুম্বা।
হন্দক্লিদি লানসিদি পুক্লিং চিংনৈ খল্লুবা॥
অহুম অহুম ওইরসু নৈগী কর্ম্ম ফলনিদা।
সিংহনাদ লাউহুনা রথা সাজন তৌরেদা॥
তারবদা রথীশিং দোলায হেক্তা তোংখৎলে।
সিংহনাদ লাউরকপা আকাশসি থনখরে॥
মতৌ অম্নম তৌহুনা সাজন তৌরে লক্ষ্মণ-না।
মতমসিদা থুংলরে মনোভদ্র তেঙ্গোম্না॥
কোটি মাপন রথীনা শগোল কোটি ভরানি।

কোটি তরা লিরুং পায় খুত্তা শেল জাঠি পায়বনি ॥
শামু কোটি মাপননি তমথিনবু কল্লবা।
সারথিগী ধ্বনিনা পৃথ্বী থক থক নিক্লকপা ॥
মোইবুং সড়িক মথোন্নে পুংগা সেনগী মথোন্না।
ফিরাল লৈনা হায়রকপ ফজে ঙমথৈ লৈতনা ॥
চুঙগোই থাংবু পায়রবা লক্ষ তরা খুদক্তা।
অশাওবগা লোইননা চঙিঙ লক্ষ্মণ মনাক্তা ॥
মনোভদ্র নিংথৌসু থৌদোরক্লে দোলায়দো।
সাজন অনি অসিদি ফজবামা ওইগ্রেদো ॥
ফিরাল চৈখোক মরিদো সনানা মথোক চল্লিদা।
দোলায় থোই সারথি মৈশুম্নবু ফজৈদা ॥
পঙতি পঙতি লৈবদো চতুরঙ্গ দোন্নিদো।
মাইগৈ তরা ঙাকপা লাই উরবদা শুংঙ ইদো ॥
মনোভদ্র নিংথৌনা অর্দ্ধ চন্দ্র ব্যূহ শায়।
শগোল দোলায় মচুদি শিংথাবদা ঙম্নরোয় ॥
যুবরাজ কাব্যকান্ত থোংশংনা লৈখরে।
লৈব য়াবা মফমদা মহৈ মহৈ শিনখরে ॥
তেঙ্গোল কয়া লোইননা নিংথৌ লৈখি ময়াইদা।
লানগী ধ্বনি খঙহল্লি সিংহনাদ লাউইদা ॥
মতৌ অসুম তৌত্লনা যত্তন তৌই নিংথৌনা।
নিংথৌ সভা ময়ামদা হায়রকইদো লক্ষ্মণ-না ॥
নিংথৌ মচা কয়াসু য়াওরকইদো লানসিদা।
অর্দ্ধ চন্দ্র ব্যূহসে কনা ককপা ঙমনিদা ॥

ককপা ভম্বা চোংথোকউ ঐগী রাবা কোক্কেদা।
ককপা ভম্বা মীহুদি মরোন অহুম ফাওনিদা॥
অর্জ্জুন নিংথৌ হায়রকই ব্যূহ অসি ককপদি।
মীগী শক্তি লৈররোই ব্যূহ ককপা শক্তিদি॥
রাহৈ অসি নিংথৌশিং চপনান্নন হায়রক্লে।
তারবদা লক্ষ্মণ-দো চিন্তা শক্তুম ওইরক্লে॥
সারথিবু কৌশল্লি রাহৈ থর হায়রকই।
শগোল অহু চেকশন্ন যতন তৌরো হায়রকই।
য়োংলৌ কোনহৌ অহুনা শগোল থাবী লাকসল্লো।
মণি-মুক্তা থামহুনা ফজনবু পুরক্লো॥
অশুক-কনবা লানসিদি ঐহাক্নবু তৌরক্তে।
মারা ঐরা তুগনি লাইগী নোংদম মথওদে॥
মনোভদ্র হাত্তুনা মঙ্গন ওইনি খণ্ডদেকো।
রঘুবংশ তুমগনি হায়বহুশু খণ্ডদেকো॥
হায়নহুনা সারথি শগোল ইরুজথোক্লে।
মথল মথা য়ান্নবু শগোল অহু লৈতেংলে॥
মুংশিং কুন্না য়াংবগী মতৌগুম্না মাল্লেদা।
মতৌ অস্থম সারথি দোলায় অহু থারৈদা॥
শৈন্য তেঙ্গোন ময়ামস্থ দোলায় থৌদোক্লরক্লে।
সিংহনাদ লাউবদা পৃথ্বী থক থক নিক্লক্লে॥
সারথিনা দোলায়দো থৌই শাজৈ থাখরে।
লক্ষ্মণ মথুং অনিনা লিক্লুং চেংনা পায়খরে॥
মিংনা কুপ্পী অমদা নোংপোক থোংদা থুংলরে।

কাব্যকান্ত মনাক্তা মতমসিদা থুংলরে ॥
কৌরহনা লক্ষ্মণ-না হায়রে কাব্যকান্তদা ।
মরোন অহুম খাঙঙমদে ঐগী তেনগী মমাংদা ॥
স্বর্গপুর হায়বসে লান অহুমলক ঙম্বিকো ।
পিতৃ গণবু পূম্নমক উদ্ধারবু তৌইকো ॥
জানকীগী হাক্তক্তা ইন্দ্রজিৎপু হাৎলিদো ।
নংনা লানসে ঙম্বদি ওম্ন তৈন ব্রানিদো ॥
কাব্যকান্ত' হায়বকই নংদি বিষ্ণু' ওইবনি ।
নংবু ঙম্বিনবদি জগত্তা লৈত্রবনি ॥
ক্ষেত্রি ধর্ম্ম কিহনা নমাংসিদা লাকপনি ।
নবুক্লিংদা হুংঙাইনা নিংথৌ নাক্তা হনগনি ॥
তারে লক্ষ্মণ শাওরক্লে সরজালবু শক্তোক্লে ।
মশা পূম্বা অহুদা তেন্না য়ৈনা থাজল্লে ॥
মনোভদ্র তেঙ্গোলথক তেন্না পোইহু লিক্লাগুম ।
ককপা ঙমদে লক্ষ্মণ-গী তেন্না যমগী মতৌগুম ॥
রথী মকোক লক্ষ্মণ না কয়া কয়া ককথৎলে ।
শগোল লক্ষ অহুমনি মতমসিদা ককথৎলে ॥
ককথৎপগী ঈহনা তুরেন ওইনা চেনখরে ।
থোং ঙাক্লম্বা লাম্মীশিং কাইহনবু চেনখরে ॥
অকাইববু য়েংহনা তেন তরা হেক থাজল্লি ।
অর্দ্ধচন্দ্র ব্যূহদো কক্লে দোলায় থৌজল্লি ॥
মখোইনিগী লানজাওসে লাইয়াম কুম্মৈ য়েংঙক্লে ।
লিরী হেক্তা খিঙঙকই য়েংখিবদা হুংঙাইরে ॥

রঘুমচা লক্ষ্মণ-না নাপীগুম্বা ককথরে।
কুরুকান্ত মচাদো মতমসিদা থোরক্লে॥
কুরুকান্ত মহাক্কী দোলায় লিরুং ককথরে।
মাইগৈ ঙাকপা লাইশিংগু মহৈ মহৈ লাক্লরে॥
দোলায় ঙম্না তোংহ্রনা লানজংলক্লে লাইশিংদো।
সিংহনাদ তৌবদা পৃথ্বী থক থক নিকইদো॥
মাইগৈ ঙাকপা উবদা লাওরকইদো লক্ষ্মণ-না।
থরাই লৌনি ঙসিদি ঐগী খুৎলায় অসিনা॥
নখোই পুম্বা লাক্লবা বাবণ নিংথৌ হাৎখিবা।
হৌজিকসিদা নখোইনা করি লানবু চঙঙকপা॥
মাইগৈ ঙাকপা লাইশিংদো মখুৎ লোন্নে হায়জরে।
হঙ্গচ্চগে তাবিযু রঘুমণি হায়রক্লে॥
বিষ্ণু বাক্য অত্নবু করিগীদি ইন্দনি।
মাযা তৌরে হায়বগা লানবু য়াওনি থঙবিনি॥
নংগী লানবু অসিদা মতৌ অস্তুম য়াওনিদা।
রঘুমণি শাওবিন্নু লিরুং হেক্তা পায়রেদা॥
তারবদা লক্ষ্মণ-না সরজালবু কাপ্লক্লে।
তেঙ্গোল সভা মথক্তা যম-কালবু ওহরক্লে॥
সম্মোহ বাযুব্য তেন চাম্মা চাম্মা কাপ্লক্লে।
দোলায় শগোল লোইননা চাম্মা চাম্মা ককথংলে॥
উহৈ মুনবা কেনবগুম পৃথ্বীথক্তা তুরক্লে।
দোলায়দগী রথীশিং পৃথ্বীদা কোক কেল্লক্লে
মশিং নাইদে তুরকপা উরবদা কিনরে।

লান্দা হৈবা বথৌশিং মহৈ মহৈ তুখরে ॥
শগোল, শামু য়ামখ্রেদা কোটি অহুম তুখরে।
ফিরানশিংগী মশিংদি মশিং নাইদে ককখরে ॥
উরবদা লাইয়ামশিং কায়নতুনা চেনখরে।
মাইগৈ মরি শমজি খায মহৈ মহৈ চেন্নরে ॥
চেলহৌদবা কয়ানা নাপী চিক্লে হায়জরে।
ঈনা সমুদ্রগুম্লে দোলায় থৌব য়াদরে ॥
মতৌ অসুম হাত্তোক্লে রঘুমচা লক্ষ্মণ না।
আকাশসি থনখরে সিংহনাদ মখোননা ॥
নোংশা লাল্লাউ খোঞ্জেন্না পৃথ্বী থক থক নিকখরে।
খুদোন অহুম পৃথ্বীসি রসাতলদা নমখরে ॥
অর্দ্ধচন্দ্র ব্যূহদে মচেৎ মচেৎ কায়রক্লে।
মনোভদ্র নিংথৌগী দোলায় মাইগৈ খণ্ডদরে ॥
মতৌ অসুম তৌবসে মনোভদ্র উরক্লে।
লক্ষ্মণ মাগী তেনসিনা ঐগী তেঙ্গোল মাংখরে ॥
পুং শেনদো য়াথং পি দ্রঙ দ্রঙ হেক্তা য়ৈরক্লে।
খৌজল্লক্লে খুদক্তা লক্ষ্মণ মনাক য়ৌরক্লে ॥
মনোভদ্র লক্ষ্মণ গা অনি মায়য়োক্নবক্লে।
যুবরাজ লক্ষ্মণ না লাউরতুনা হায়রক্লে ॥
ধর্ম্ম লৈবা নিংথৌনি মরোন অহুম খণ্ডনৈদো।
দোলায় তোংলো চৎলসি রাম-গী নাক্তা য়ৌশিদা ॥
অভিষেকপু য়াওরগা নরৈবাক্তা হঞ্জখো।
নরৈবাক্তা হুংঙাইনা অমুক হন্না পাঞ্জখো ॥

য়াত্রবদি ঙসিদি যমগী থানা থাবা তাই।
য়াহৈ অসি তাবদা মনোভদ্র খুম্মকই॥
সেনাপতি ঐহাক্কী তেঙ্গোল ঙম্না হাৎখ্রেদো।
করম হুংঙাইরবনা রামগী নাক্তা চৎনিদো॥
যুবরাজ সেনাপতিনচিংবা ঐহাক্কী।
পুন্নমকসি লোইননা লাকমিন্নবা ঐহাক্কী॥
লৈত্রে হৌজিক মতমদা অযোধ্যাদা কৈদৌনি।
ঙসি হুমিৎ অসিদা শোইরোই নংসে হাৎকনি॥
নংনা মায়া তৌহনা নিংথৌমচা ঙম্বনি।
ঐগী তেম্না নহাকপু যমগী থানা য়োৌগনি॥
হায়রম্নগা নিংথৌনা পশুপাত থারক্লে।
নোংজুথাগী মতৌগুম তেন্তনা মমথরে॥
লক্ষ্মণ-গীদি সারথি নিক্তুনবু থাঙক্লে।
থাঙবা ঙমদ্রে তেঙ্গোলশিং মাইগৈ মরি কাইরক্লে॥
উরবদা লক্ষ্মণ-দো খুৎকাপ কুংশিল্লক্লেদো।
তেঙ্গোল সভা লোইননা সিংহনাদ লাউইদো॥
মনোভদ্র নিংথৌগী দোলায় লিরুং ককথৎলে।
কোক্তা উপ্পা লুহপ্তো খুদক্তুদা ককথৎলে॥
অতোপ্পবু দোলায়দা অমূক হেক্তা কাথৎলে।
খুদক্তুদা লক্ষ্মণ-না তুবৎ হেক্তা ককথৎলে॥
দোলায অমদা চোংথৎলি লিরুং হেক্তা পায়থৎলে।
তেনমঙানা লক্ষ্মণ-গী হকচাংহদা থারক্লে॥

রাম-গী মনাই ওইরবা পণ্ডিত ভবানি ব্রাহ্মণ-না।
মনোভদ্র হাৎপসে ইরি লাচাড়ী ওইনা ॥

## লাচাড়ী

কল্লববু লক্ষ্মণ-নিনা, তেন্দো খুবাম শৎলক্লেনা ;
ককথৎখরে নিংথৌগী লিরুং তেন।
মথংশিৎনা কাপ্লকইবা, ককথৎলে দোলায়নচিংবা ;
লিশিং লিশিং ককথৎলি লিরুং তেন ॥
বিষ্ণু অস্ত্র শৎলক্লেদো, মহাবীর লক্ষ্মণ অদো ;
তেঙ্গোল লক্ষ লক্ষ হাত্তোক্লক্লে।
সিংহ অস্ত্র শৎলক্লেদো, মনোভদ্র কল্লবদো,
লক্ষ্মণ তম্না হেক্তা পাইশল্লক্লে ॥
লক্ষ্মণ মশা থক থক নিক্লে, তপ্লক্লা তেন্দো কাপ্লক্লে ;
মনোভদ্রগী তেন ককথৎখ্রে।
লিরুং চেৎনা-চেৎনা পায়নরে, পোথানবা লৈনদরে ;
মৈনা চাকপগুম পোথানদরে ॥
মল্ল-যুদ্ধ থেংনবদি, কুম্মৈ সুংঙাইরে লাইয়ামদি ;
অমুক হেক লিরুং পায়থৎনরক্লে।
মখোয়নিগী তেনগী ধ্বনি, তাবা পৃথ্বী নিক্লকপনি ;
পৃথ্বী মাতা খাংবা ঙম্লক্তরে ॥
লক্ষ্মণ হক্লা শাওরত্তনা, তেন্দো কাপ্নে ফুইনা ফুইনা ;
লক্ষ লক্ষ রথী তেন ককথৎলে।

লক্ষ্মণ-গী তেন্দো য়ামথরে, থরানমিচাকুম উথরে ;
তারকপদা চাম্ম চাম্ম থোক্লে ॥
শগোল, শামু প্রোপ প্রোপ তুরে, তেঙ্গোল তুরে কাইনয়ক্লে ;
মরোল অহুম অসি নিক্লক্লে ।
শ্রীলক্ষ্মণ মথন্নতনা, অকনবা রথী কক্তুনা ;
থাদৈ পৃথ্বা থাঙবা ঙন্নক্তরে ॥
বসুমতি পৃথ্বীসিনা, ষণ-বীগী শক্তম লৌহুনা ;
মতু পোম্না চঙজরে হঙ্গচৈ ।
নংনা শাওরকপা কানসিদা, মনোভদ্র হাৎনবদা ;
হৌজিক খুত্থপ মঙাসি নমথজৈ ॥
নংদি নর নারাণ-নিকো, রঘুমণি তাবিয়ুকো ;
নংগী মায়া পুম্বা থাদোকপিরো ।
তারে লক্ষ্মণ হায়রক্লে, তাবিয় ইমা হায়রক্লে ;
পুং অনিরোমসিদদি থাঙবিরো ॥
লান তৌবা খুদিংহুদা, অরাবদা ওইখরেদা ;
হন্দক্তগী অরাবা পীররোই
রাহৈ অসি হায়রত্থনা, লিরৌ খিঙঙক্লে লক্ষ্মণ ;
থাচিক্তুনা ঙ. ঙ.ং হেক ঙংঙকই ॥
বজ্র মানবা তেন শৎলক্লে, মনোভদ্র দোলায় ককথৎলে ;
লৈবাক্তা নিংথৌ হেক্তা লেপ্পক্লে ।
থুনা য়াংনা লক্ষ্মণ না, নায়িক বানবু শঙ্কুনা ;
তেনগী মচিন্দা মন্ত্র শোন্নক্লে ॥

হেক্তা য়েংবা অহুদা, মৈনা ফি ফি কাম্মক্লেদা ;
উরবদা মাংলে হায়না লাউবা ।
দশরথ মচা ওইবা, রাম-গী মনাওমক শেংলবা ;
ঐনা যুবরাজমক ওইরবা ॥
ঐগী ছন্দকী তেনসিনা, মনোভদ্র হাংলহুনা ;
মরোন অহুম ফাওবা ওইগে ঐনা ।
রাম রাম শোল্লহুনা, খুহুম চেৎনা পায়রহুনা ;
লিরী নাকোং ফংনা চিংলক্লেনা ॥
লিরীদগী থোরকপদা, লক্ষ্মণ দ' অমুক খুরম্মীদা ;
নিংথৌ মঙক ককলুরগে হায়না ।
তেন অসি মনোভদ্রনা উত্তরক্লেদো মৈগুম্না ;
রাম রাম শোল্লক্লে নিংথৌনা ॥
পাইশল্লক্লে খুদকসিদা, ককথৎখরে ওকশমহুদা ;
রাম নাম শোল্লহুনা তারক্লে ।
রাম-গী নাম হন্না শোল্লে, থরো থরো হেক ওল্লক্লে ;
কোক ফারে আকাশদ লংখৎলে ॥
নিংথৌ শিরে তারবদা, কুরু কান্ত চঙঙক্লেদা ;
অমম্বা ফংনা লান্দা চঙঙক্লে ।
জয় ছন্দ নিংথৌনা, রসসিন্ধু পাম্মহুনা ;
ভবানি দাস ব্রাহ্মন্দা লেংহল্লে ॥

## পদ

কুরু-কান্ত নাপনসে তারবদা লক্ষ্মণ না।
লিনগী তেনবু শত্তুনা কাপথোরক্লে লক্ষ্মণ-না॥
সিংহবানবু কাপ্তুনা কালসর্প ককথরে।
পশুপাত লক্ষ্মণ-গী তেন্না কবচ ককথরে॥
অর্দ্ধচন্দ্র কাপ্তুনা মখুৎ অনি ককথরে।
বিষ্ণুবানবু নোত্তুনা মণ্ডক তুবৎ ককথরে॥
নিংথৌমচা তুবদা তেঙ্গোল সভা কাইনরে।
লাইয়ামশিংনা খুদক্তা লৈনা নোংগুম চায়থরে॥
হনুমন্ত বীরসু জগোই শারে অর্জ্জুনসু।
দমামাসু য়ৈরক্লে নিল্লে শঙ্খ ঘণ্টাসু॥
মতৌ অসুম মঙ্গলগী ধ্বনিতনা নিনখরে।
কাব্যকান্ত বীরদো লক্ষ্মণ নাক্তা চণ্ডজরে॥
প্রভু নংদি জগৎনা খণ্ডিঙ নারায়ণ-নিদো।
নংবু ঙম্বীনবদি জগৎসিদা লৈরোইদো॥
চণ্ডজরেকো চরণ-দা পিনবিয়ু কিদবা।
লক্ষ্মণ-না হায় হৌজিক্তি কিরগনু তশেংবা॥
অযোধ্যাদা চৎলসি ঐগা লোয়নরভুনা।
নিংথৌ হাপ্পিরগনি হৌজিক নংবু ঐহাক্না॥
হায়বিরগা খুদক্তা সিংহাসন্দা ফমহল্লে।
শ্রীহনুমক্না লক্ষ্মণ অভিষেকপু তৌবিরে॥
অহিং অমা মুংঙাইনা পোত্থাখরে লক্ষ্মণ-না।
নোংঙানবদা তেঙ্গোলশিং হল্লক্লেদ লোয়ননা॥

কাব্যকান্ত অকনবা লক্ষ্মণ তুংবু ইগুরে।
লক্ষ্মণ মুংঙাইরম্বনা মরৈবাক্তা হল্লক্লে॥
মতাংসিবু ইজরি ভবানিদাস ব্রাহ্মণ-না।
মতাং অসি তাবদা পাপ্পু শোইরোই কোকনিদা॥

## নিপান শুবা অধ্যায়

লক্ষ্মণ-মা অযোধ্যাদা হল্লকপা অমসুং রামগা উনবা॥

ক্ষণ ক্ষণ খুদংগী সিংহনাদ লাউরকই।
চন্দন মনম নম্লবা মুংশিংনা লিরি হুম্মকই॥
কনানা শিঙ্গা বেনু খোং কনানা ঢাক ঢুল য়ৈরকই।
কংশি করতান মখোম্নে পৃথিবীসি নিক্লকই॥
তেঙ্গোলশিংগী ধ্বনিগা যন্ত্রশিংগা নিনথরে।
কনা' চামর হুম্লকই কনা ইশৈ শকচরে॥
নবরঙ্গ সাজননি যুবরাজনা লেংলকপা।
পুংগা সেনগা লোইননা হরাওনবু লেংলকপা॥
মতমসিদা হনুমান থারক্লেদে লক্ষ্মণ না।
রাম-গী নাক্তা য়ৌখরো খঙহন্নুরো নহাক্না॥
রঘুনাথ কমমম্মী মমাই নোংপোক ওন্দুনা।
লক্ষ্মণ লক্ষ্মণ শোন্দুনা পুক্নিং চিন্তা তৌদুনা॥

মতমসিদা হনুমান রাম-গী চরণ খুরুম্লে।
প্রভু নংগী থৌজাম্না চক্রশালা ঙমজরে॥

নংগী থৌজান অমদি জানকীগী থৌজান্না ।
অচৌ অচৌবা নিংথৌ লাক্লে লান্দা ঙমহন্না ॥
মনোভদ্র হাত্তোক্লে মপান্থোমগী পাঙল্লা ।
কালঞ্জর অকনবা লায়না হাৎলে লক্ষ্মণ-না ॥
চন্দ্রসেন্নচিংলবা নিংথৌমচা য়ামখ্রেদা ।
যুবরাজ লক্ষ্মণ-না পূন্নমকপু ঙম্মিদা ॥
নরমেধ যজ্ঞ কাই রারী লিগে তাবিনি ।
চন্দ্রকলা হুবগী বৃহদর্থ হাৎপনি ॥
কালদন্ত হাৎলম্মী অর্জ্জুন নিংথৌ ঙম্মকই ।
বিকর্ণগী লৈবাক্তা মহারাণী হাৎলমই ॥
চুম্মী তপবন্দুদা চন্দ্রকলা পুরকই ।
লক্ষ্মণ বিজয় রারম্বু থঙবিরনি হায়রকই ॥
ননাই ঐসে হঙ্গৎলু থারকপনি লক্ষ্মণ-না ।
নিংথৌমচা চাম্মকুন ঙম্মকইদা লক্ষ্মণ-না ॥
লক্ষ্মণ মমিং তাবদা ঙমফত্রবা ওইথরে ।
মীওইববু লক্ষ্মণ না শোরারেন্দা চৎলুরে ॥
রাহৈ অসি তাবদা রামচন্দ্র কপ্লক্লে ।
অতাংবনি হা লক্ষ্মণ হন্না হন্না থাগৎলে ॥
সূর্য্যবংশ অসিদা ঐনা নিংথৌ ওইরবা ।
অঙাং করি লৈতবা চক্রশালা ঙম্নকপা ॥
অতাংবনি সুমিত্রা লাইবক কৈদা ইত্যাদি ।
মগুণ লৈবা লক্ষ্মণ-বু মহাক্নবু পোকপদি ॥
হৌগৎলোদা ভরতনং তাকপিরমই রামনা ।

মাংওইননা পুরকউ ঐগী থরাই লাক্লেমা ॥
রাহৈ অসি তাবদা হায়রকইবে ভরতমা।
থুনা রাংনা হৌজিকমক তেঙ্গোল সাজন তৌরোনা ॥
পুষ্প রথ সাজন তৌ থুদকসিদা পুরকউ।
কোটি অহুম দোলায়দো সাজন তৌরো পুরকউ ॥
শামু কোটি অমগা শগোল কোটি তরাগা।
রাম-গী মনাই লাম্মীনা অক্ষৌহিণী তরাগা ॥
পুষ্প-রথ তোংখৎলে প্রভুরামচন্দ্রনা।
সাজন পূম্বা লোইখরে ভরত শত্রুঘ্ন অনিমা ॥
সনাগী দোলায অহুদা ভরত নিংথৌ তোংখৎলি।
পুষ্প-রথ অহুদা প্রভুরামনা তোংখৎলি ॥
যুবরাজ শত্রুঘ্ন শগোল মুইদা দোলায়দো।
য়েংখিবদা অযোধ্যা কজবদা ওইরেদো ॥
অর্জ্জুন নিংথৌ মতমসি মখুৎ লোয়ে হঙৎলে।
মক্তুবা কোঙুং উরিসে কনাগীনো হংজক্লে ॥
নিংথৌ কনা পানবগে পাঙল কয়া কনবগে।
কোঙুংগীদি মীওইসে থৌমা কয়া কবগে ॥
লফু মুন্ডিও লম্বীদা ঘোট পূজা তৌইদা।
সনাগী চকু থুদিংদা ঈশিং থম্না হাপ্লিদা ॥
নিংথৌসিগী চেকপনসে থোইনা হেম্না কজেদা।
উরবদা নিংথৌশিং কিখিবনা ভাওনৈদ্দা ॥
লক্ষ্মণ না হায় ভারোকো অর্জ্জুন নিংথৌ মসিনি।
শ্রীরামচন্দ্রনা পানবা অযোধ্যা লৈবাক্নি ॥

লম্মু য়ুঙিঙ ঘোট পুজা তৌরিবসি য়েংঙুকো।
ঐবু লাক্লে হায়ত্থনা তৌরিবনি খঙঙুকো॥
নংগী মাংদা লৈরিসে প্রভু রাম-চন্দ্রনি।
মঙ্গল তৌরিবনিকো খুঙ্গংশিংগী মীশিংনি॥
য়েংউ চুড়া মতোনগী ফিরান মরি ফজবা।
রাম-গী পোথাকয়িকো খ্বাইদগীসু ফজবা॥
ঔরাং থংবা চুড়াসে ভরতকীবু মযুম্নি।
মথাথংবা চুড়াসে শত্রুঘ্নগী দোলাননি॥
হিঙ্গল মচু মাল্লবা চুড়া অসি য়েংঙুদা।
মথাথংনা লৈরিসে ঐনা তুম্মী মসিদা॥
মতোন মরি ফাংবসে বৈকুণ্ঠবু য়েংত্থনা।
বিশ্বকর্ম্মা খুৎহৈবা শাহনবনি মহাত্মা॥
মিৎকী মহৈ য়াল্লবা অহুগুম্বা কোন্নুংনি।
লৈতে বাম-গা মান্নবা মবোন অহুম' খঙগনি॥
ঐগা মায়য়োম্লত্থনা লাম্থেংনবা লৈরোইকো।
বৈবস্বত মনুদা ব্রহ্মানবু হায়খিকো॥
সংশায়গী রায়মসু হায়গে অর্জ্জুন তায়োকো।
বৈষ্ণব পুকচেন চেল্লবা লাইরিক হৈবা নংনিকো॥
অবতার তৌবনি রাম না রাবণ হাৎনবা।
ঐনা পোকই জগত্তা ফত্রববু হাৎনবা॥
তেম্না থারে অপংবা মীনা ঐগী হকচাংদা।
রাহৈ খর অতোপ্পা রায়ী লিগে তারোদা॥
দ্বাপর কৌবা যুগতবু ওইরকপবু তারোকো।

দেবকীগী গর্ভদা অবতার তৌনিকো ॥
কংস হায়বা শিশুপাল দন্তবক্র হাৎকনি।
চন্দ্রবংশ শাগৈদা অবতার তৌগনি ॥
অর্জ্জুন হায়ব পাণ্ডবকী মচা অমা পোক্‌নি।
বিধিনা তমখিবদগী রাথোক্লবা ওইগনি ॥
মচিন মনাও চাম্মগা মঙাগা লাম্হৎনগনি।
তমখিরবা অর্জ্জুনগী তেস্তনবু মমগনি ॥
ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণনচিংবা ময়াম হেক্তা হাৎকনি।
কৃষ্ণ অর্জ্জুন হায়তুনা মতমতুদা নিনগনি ॥
পাণ্ডব গীতা হায়তুনা মতমতুদা খণ্ডননি।
অষ্ট-গীতা হায়তুনা জগৎসিদা ফাওগনি ॥
উঙ্কার প্রণব রাফস্থু ঙাংনগনি কান্দুদা।
তারবদা অর্জ্জুনদো খুরুম্মক্লে চরন্দা ॥
উঙ্কার প্রণবকী রা লিবীয়ুকো নারায়ণ।
লক্ষ্মণ-না হায় তারোকো লিরক্লগে হে অর্জ্জুন ॥
অচিকপদা ফমতুনা প্রভু রাম-না ঐঙোন্দা।
থোইদোক্লবু ফরবা প্রণব মন্ত্র তম্বিদা ॥
নির্ব্বান্দগী ফংখিদো শোরারেন'মা ব্রহ্মাস্ত্র।
তারো হায়গে অত্নমক উঙ্কার নির্ব্বান লম্বীস্থ ॥
উঙ্কার প্রণব অসিদি সংসারদা পোক্তরে।
মাগী মনগী তুংইন্না সংসারদা পোক্তরে ॥
ব্রাহ্মণ ওইবা অথোইবা মাংদা গুরু থম্লগা।
দণ্ডবতপু তৌতুনা মখুৎ অসি লোম্লগা ॥

ফিরোই ফিঙাম য়াওনবু গুরুদবু কত্তুনা।
নির্ব্বান মন্ত্র অসিবু তমজরবা মীহূনা ॥
মীশক অহু মরাল্লে শাগৈ কোটি লোইনমা।
পোকপা শিবা নাইরিয়ে শিংথাববু ঙমদনা ॥
নির্ব্বান পথ চৎপদি সংসারদা পাক্তরে।
গুরু অজ্ঞা তুংইমা তোংজববু ওইজরে ॥
ব্রহ্ম মণ্ডল অহুবু মিংশিংজবা অহূনা।
পুক্লিং লেপ্পা মীহূদি লাল্লে সংসারসিদা ॥
গুরু অজ্ঞা নত্তনা নির্ব্বান মন্ত্র তৌরবা।
য়াওরে মীহূ জগত্তা পোকপা শিবা হায়রিবা ॥
নির্ব্বান পদ অসিবু মবুক্লিংদা পামজনা।
গুরু পাদদোক লোহূনা ভক্তি তৌবা মীহূনা ॥
সন্ধ্যা অহুম অসিদা গুরু অহু নিংলদি।
শাগৈ তরেৎ মরাল্লে মানা মুক্তি কংলদি ॥
সংসারদা লানবদি গুরু সেবাতনিকো।
হায়রিবসি তৌরদি মুক্তি পদ ফঙেকো ॥
নিংখিজবা পোৎলম্ন কংনিংত্রবা গুরুদা।
ভক্তি করি য়াওত্রবা ব্রাহ্মণ গুরু চরণদা ॥
অহুগুম্বা মীশক্তো পাপ চেল্লবা ওইরেদো।
মহাক্তবু নত্তনা শাগৈ পূম্বা মাঙিঙদো ॥
সনা-লুপা লোইননা ফিরোই ফিঙাম য়াওহূনা।
ছন্নি-মক্তি খন্দুনা গুরুগীদি চরণদা ॥
মণবু অমা ওইরম্নু গুরু সেবা তৌজবা।

অহুশুম্বা মীশক্তো কঙিও লাইবু ওইজবা ॥
গুরু উরে হায়রগা থৌওইজবা মবুক্তা ।
পঙ্কত নরক তারে মানা শিবা কান্দুনা ॥
গুরু উরে হায়রগা ভক্তি তৌবা মীহুদি ।
সংসারগী মনুংদা পনথদরে মীহুদি ॥
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অহুদা মরিরকপু কোইহুনা ।
থুরম্লবা মীহুদি মাগী পাপু লৈত্রেনা ॥
শুপাচম্লবু হায়রগে অথুপ্পদি ব্রাকম্নু ।
মশান ওইনা নিংগনি দেব নিরঞ্জনহুবু ॥
ধনঞ্জয়না হায়রকই মহামুনি তাহল্লু ।
রারী অস্ত্র তারগা কুরু তেঙ্গোল ওনহল্লু ॥
মহা মুনি লীবিয়ু মতৌ করম্ লাকপগে ।
ব্যাসনা হায়রকই তারো অর্জ্জুন লিরগে ॥
পুষ্প-রথ তোংহুনা রাম-চন্দ্র থোরক্লে ।
উরবদা লক্ষ্মণ-না লাপ্তরুবু কুমথরে ॥
লিরী খ্রিঙ খ্রিঙ খিঙলগা সিংহনাদ লাউরকই ।
পুংয়েবগী মনিম্না আকাশসি নিল্লকই ॥
ঠন ঠন লাউবা শব্দনা পৃথ্বী থক থক নিকথরে ।
অগরু চন্দন চাইহুনা ফজবদা ওইথরে ॥
নিংথৌ মচাময়ামদো দোলায়দগী কুমথৈদো ।
লক্ষ্মণ য়েৎলোম ওইরোমদা ইনবা নিংথৌ কুমথৈদো ॥
বট-বৃক্ষ মখোংদা প্রভু রাম-না ফম্মী ।
লক্ষ্মণ-নবু চিংলবা নিংথৌমচা লাক্লম্মী ॥

মতমসিদা য়াথং পী মিৎস্না খম্বাল মানবনা।
শত্রুঘ্ন কল্লবনং চৎলো তেঙ্গোল পুন্থনা॥
রাম-গী য়াথং ফংবদা চৎলে শত্রুঘ্ন-না।
মতমসিদা চৎলক্লে রথা পুম্বা লোইননা॥
রাম-গী য়াথং ফংবদা লক্ষ্মণ ওকে হায়ন্থনা।
তেঙ্গোল সভা পুন্নমক য়েংবিরক্লে রাম-না॥
মতমসিদা শত্রুঘ্ন লক্ষ্মণ মনাক য়োরকই।
চীংশাং নাপোম মাল্লবা লিরুং চেৎনা পায়রকই॥
উরবদা তেঙ্গোলশিং হা হা হায়না লাউনরে।
করি দেশ' অকনবা লানজঙঙক্লে লাউনরে॥
লক্ষ্মণ-না হায় তেঙ্গোলশিং লানবু লাকপা নত্তেকো।
ঐগী ইনাও শত্রুঘ্ন লাক্লিবনি য়েংউকো॥
উরবদা নিংথৌশিং মহে মহে খুরম্মী।
মতমসিদা শত্রুঘ্ন লক্ষ্মণ চরণ খুরম্মী॥
মচিন মনাও অনিদো কোন্নরক্লে হরাওনা।
লক্ষ্মণ-না হায় কদাইদা লৈহৌবগে রাম-না॥
শত্রুঘ্ননা রাম-দি বট বৃক্ষ মখোংদা।
শরৎথাগী মতৌগুম ফমহৌইদো হরাওনা॥
মতমসিদা লক্ষ্মণ-দো রাম-গী নাক্তা চঙঙকই।
উরবদা তুংঙাইরে রাম-গী চরণ খুরমই॥
তগুপ তরাং হৌগৎলি আলিঙ্গনবু তৌরকই।
শোরারেনগা শচীগা লৈমিন্নগুম ওইরকই॥
চুপ্পী মশিং নাইদনা হন্না হন্না লাইবক্তা।

রাম-না লক্ষ্মণ পমত্তুনা জগোই শারে খুদক্তা ॥
ভবানিনাথ ব্রাহ্মণ-না পয়ারদ ইরমই ।
ইতিহাস অসিবু পাপ কোক্লবা ইরমই ॥

## রাম-না জগোই শাবা

পুংয়েবনা পুং য়েরে ইশৈ শকই কয়ানা ।
লক্ষ্মণ কোনবা মতমদা মুংঙাইবগা লোইননা ॥
লক্ষ্মণ ফংবা মতমদা প্রভু রাম-না মুংঙাইবা ।
শিরুরবা দেহনা হিংলকপগুম মুংঙাইবা ॥
নংনা অস্থম লাক্লগা উনগনি হায়বসে ।
থল্লুদরে হৌজিক্তি ফংজরেদো মাইথোংসে ॥
গাণ্ডিববু লিরুংদো খুত্থম চেৎনা পায়বদো ।
সিংহনাদ লাউবদা নাকোং মরৈ হনবদো ॥
গাণ্ডিবগী ধ্বনিনা লাইয়াম সভা নিকপনি ।
মীওইবগী দেহেনা করম তৌনা থাঙগনি ॥
সুমিত্রাবু ইমানা নংবু ফংবা লাইবক কৈ ।
দশরথ ইপানা নংবু পোকপা ঐগী কৈ ॥
কালঞ্জর অকনবা যুবরাজ মহাকস্থু ।
মতৌ করম ঙম্লকপা কালদন্ত নিংথৌস্থু ॥
করম্নবু ঙম্লকপা চন্দ্রসেনবু নিংথৌস্থু ।
করম তৌনা হাৎপগে মচা বৃহদর্থস্থু ॥
মনোভদ্র নিংথৌদি পূজা তৌই জগৎনা ।

হাংলম্বগে মহাকপু মওং করম তৌত্থনা ॥
সাহসবু উবদা ময়াম পুম্বা কিহনবা ।
লিক্লং অত্থ মক্তনা নিংথৌ ময়াম ঙম্লকপা ॥
অসি হায়রে লক্ষ্মণ-বু কোল্লে জগোই শারক্লে
নিংথৌ সভা হবাওরে জগোই ঙম্না শারক্লে ॥
পুং য়ৈরক্লে কনানা কনা যন্ত্র খোংলক্লে ।
উরবদা ময়ামস্থ জগোই শাবে হবাওরে ॥
পুং-সেনবু য়ৈত্থনা সিংহনাদ লাওরকই ।
পৃথ্বী খাঙবা ঙমদরে থ্রক থ্রক হেক্তা নিক্লকই ॥
পৃথ্বী নিকপা উবদা যুবরাজ লক্ষ্মণ-না ।
তাবিয়ুকো শ্রীরাম হঙ্গচ্চগে ননাইনা ॥
স্নুংঙাইবগা লোইননা জগোই শারী প্রভুনা ।
ঐখোইনিগী ভারবু খাঙবা ঙমদ্রে পৃথ্বীনা ॥
মনোভদ্র হাংপা কাল পৃথ্বীদা ঐ রাশকথি ।
অমুক হন্না অকাম্বা পিবরোইকো হায়বিথি ॥
ইচিন ইনাও অনিনা স্নুংঙাইনবু জগোই শাই ।
খাঙবা ঙমদ্রে পৃথ্বীদি য়েংউ থক থক নিক্লকই ॥
হনুমানগী মফমদা প্রভু নংনা হংবিনি ।
তৌরক্লিবা ঐগীগুণ মানা ঙম্না থঙবনি ॥
রঘু-মণি স্নুংঙাইবে জগোই শাবা তোকথোক্লে ।
ফম্ফম অমত্তদবু রাম-লক্ষ্মণ ফমথরে ॥
জয় ছন্দ নিংথৌনা রাম-বু খুরুম্লত্থনা ।
শ্লোক্তগী থুগাইবে ইহল্লক্লে মরোন্না ॥

ভবানিনাথ ব্রাহ্মণদা নিংথৌ য়াথং পিহ্না।
পদ ওইনা ইরময় মরৈবাক্কী মরোম্না॥

## রাজানতি

অহুগীতুং অহুদা চক্রশালা' নিংথৌনা।
রাম-গী চরণ খুরম্মা অমমম্বু চঙহ্না॥
পুং মরি হেক চুপনবু স্তবন তৌই নিংথৌশিং।
অমমম্বু লক্ষ্মণ-না খঙহল্লিকে; নিংথৌশিং॥
ভরত শক্রুঘ্নসু খুরুম্মক্লে নিংথৌশিং।
পূণ্য শক্তম ওইজবা উজরেদা নিংথৌশিং॥
লক্ষ্মণ মখুৎ লোম্নরে ভরতকীদি মফমদা।
পক্রুঘ্ন খুরুম্মে লক্ষ্মণ-গীবু মফমদা॥
মতৌ অসুম তৌহ্না নুংঙাইমিন্নৈ ময়ামসি।
করিদবু হায়সিগে পাণ্ডব মচা রারৌসি॥
রাম লক্ষ্মণ অনিদো পুষ্পরথ তোংখৎলে।
তুংদা রথী অকনবা কয়া কয়া চৎলক্লে॥
তেঙ্গোল অসি' ধ্বনিনা পৃথ্বী থক থক নিকথরে।
পুংগী সেনগী মনিন্না মরোন অহুম নিকথরে॥
রাম-না হায় হে-লক্ষ্মণ ঐগী রাবু তারোকো।
মনোভদ্র হাৎপদা পৃথ্বী করম রাখিকো॥

মত্তৌ করম বরবু পিথিবগে হায়রকউ।
তাগে ব্বারম অথুপ্পা ইয়াম্বদা লিরকউ॥
লক্ষ্মণ-না হায় তাবিয়ু মরম অহু হক্কৎকে।
মনোভদ্র হাৎপকাল চিংনথিবা তম্মক্কে॥
করম তৌনা হাংকনি চিংনহুনা ননাইনা।
শিব-দুর্গা গঙ্গাসু পুজা তৌই ঐহাক্না॥
শিবগী শাপ ফংলবা দুপী মরি লাল্লম্মী।
জগত্তবু থোইরবা তেনজৈ মরি ফংলম্মী॥
অহুদগী ননাইদো লোইনহুনা লান তৌই।
লান্দো প্রভু কনখ্রেদা চিংনববু ওইরকই॥
অর্দ্ধচন্দ্র কৌরবা ব্যুহ অমা শাখ্রেদা।
নিংথৌমচা অপুম্বা উরবদা কিনৈদা॥
নিংথৌমচা অপুম্বা হডিঙ ননাই ঐহাক্না।
ব্যুহ অসি ককথৎকে কনামতা হায়ত্রেনা॥
মতমহুদা ঐহাক্না মাংওইননা লাঞ্জংলে।
ব্যুহ অহু ককথৎলে খুদক্কুদা থৌজল্লে॥
গরুড়না লিন্দুবু য়োৎপগুম্না হাত্তোক্লে।
ইতোমতনা রথীশিং কম্না কয়া হাত্তোক্লে॥
তেন্দো য়ামখ্রে তম্নকপা ইতোমতনা ককথৎলে।
পোইন্নু থাগী লিক্লাগুম তেন্তনা তম্মক্লে॥
ঐগী খোংগী ধ্বনিনে তেঙ্গোলশিংগী মনিম্নে।
জীব পুম্বা রাহুনা হা হা কার লাউনৈনে॥
মাগী মূর্ত্তি পুথোকই খাণ্ডবা ভমত্রে পৃথ্বীসে।

ননাই ঐগী ইকমদা হায়জখিদো পৃথ্বীসে ॥
থাঙবা ঙমত্রে ইবুংঙো নংগী চরণ ভারিসে।
থুহুপ মঙা নমথরে পাতালদবু ঐহাকসে ॥
অমুক হন্না নঙোন্দা লানগী ভারি পিররোই।
মরমসিনা অমুক্না ভারি পিবা য়াররোই ॥
মওং কন্না তৌহনা লাম্হৈংনরকপনিমা।
হায়বিয়ুকো প্রভুরাম করি ফলবু ফংগবা ॥
জীব কয়া হাৎপগী পাপ্না থল্লে ঐহাকসে।
ঐনা শিরে হায়রগা শোইরোই নরক তানিসে ॥
সূর্য্যবংশদা পোকপদি ইহাকথক্তা মাংলেদো।
নিংথৌ দোষ লৈতবা হাত্তোক্নু মাংখিদো ॥
য়ামখ্রেদকো ঐহাক্না হাত্তোকখিবা নিংথৌদো।
নিংথৌমচা ঐহাক্কী হৌনবনি হায়বিদো ॥
মায়া লাংদা তাহনা ধর্ম্মবুদি খন্দরে।
করম কোক্নি হায়বিয়ু পাপ্না ইশা থনখরে ॥
নংগী নরমগীদমক তানশল্লুবা পাপনিদো।
নরক্তবু তাহনা লানঙমদবা তারেদো ॥
শ্রীরাম-না হায় লক্ষ্মণ মহু করি খল্লিবা।
ব্রহ্মজ্ঞানগী সাধননা পাপ্তো কোকপা ওইনিবা ॥
নংনা লানবিরমগ্রদি কনানদি হাৎপিনি।
মমাংঙৈগী রারম লৈ মতুমকপু হায়গেনে ॥
মমাংঙৈগী মতমদা গালব নিংথৌ পাল্লক্ষ্মী।
অশ্বমেধ তরারক মপাঙ্গলনা তৌরম্মী ॥

নিংথৌ কয়া মহাক্না মশিং নাইদে হাৎখিদা
তপস্যাবু তৌদুনা বিষ্ণু চরণ ফংখিদা ॥
মায়াধর নিংথৌনা সত্য যুক্তা পাল্লম্মী ।
মাগী মনাও হুপানা জগৎ অসি ভম্মম্মী ॥
ব্রহ্মজ্ঞানবু তৌদুনা নিরঞ্জনবু ফংখিদা ।
করি রাখল তৌরুম্মু মরম অদু লৈরিদো ॥
মন্ত্র অহুম লৈরিকো নির্ব্বান মন্ত্র অথোইবা ।
তরানিথোইরক শোল্লগা জগৎ হেক্তা লাম্লবা ॥
হুমিৎ হুমিৎ খুদিংগী চাক্সী দানবু তৌগনি ।
যুবরাজ রারুদু পাপ্তো মতোম কোকচনি ॥
নক্ষ্রগনা নহাক্সী পীরো পাপ্তো ইথুক্তা ।
পুক্লিং তপ্না লৈরুরো অযোধ্যাগী লৈবাক্তা ॥
লক্ষ্মণ-না হায় ঐহাক্না নিংথৌ ওইবা কৈদৌনি ।
লাইনিংবগী বন্দবু লাইনিংববু চৎকনি ॥
শ্রীরাম-না হায় নংনা বন্দা হেক চৎলবদি ।
রাম-সীতা ঐথোইনি শোইদ্রে নতুং ইনবদি ॥
ঐগী থরাই নহাক্নি থওলি জগৎ পূম্বনা ।
অযোধ্যাদা হল্লরোই অমুক হন্না ঐহাক্না ॥
চৎমিন্নসি ঐহাক্না ব্রহ্মপুর লৈবাক্তা ;
পুক্লিং করি রাগনি মরম অদু থওনিদা ॥
ঐথোই অনি চৎলসি নিংথৌ সভা লৈরমথো ।
লক্ষ্মণ ঐগা লোইননা ব্রহ্মা মনাক য়ৌশিকো ॥
রাম লক্ষ্মণ অনিসে হায়রম্লগা লেংলক্লে ।

যুবরাজ লক্ষ্মণ-দা মরম পূম্বা হায়রক্নে ॥
তারো তারো প্রাণভাই অচেৎপন্থ হায়গেদা।
পরমাত্মা জীবগা তোঙাম্নদে খণ্ডঙ্দা ॥
পরমাত্মা দেহবু থাদোক্তুনা চৎলগা।
জীব অন্থ য়াওখিদো দেহে অন্থ মাংবগা ॥
মহাবিষ্ণু ফঙিঙদো করি চিংনৈ হে-লক্ষ্মণ।
মতৌ অসুম জগৎসে শান্নরিদা নারায়ণ ॥
অচৎ চত্তা অমদি পাৎ-কংফাল অপুম্বা।
পাপ পুণ্য হায়রিবা অচৌ মচা অয়াম্বা ॥
মতৌ অসুম নারাণ-না সংসারবু শেম্বনি।
মানা মানা তৌজবা পাপ পুণ্য ইবনি ॥
যমরাজ অন্থনা দোষ অন্থ ইবিরি।
লক্ষ্মণ-না হায় তাবিয়ু মরম অন্থ হায়জরি ॥
পরমাত্মা জীবগা তোঙাম্নদে হায়রদি।
দেহে অসি থাবগা পরমাত্মাগা চৎথ্রদি ॥
যম্না করম জীববু পুল্লন্থনা লাক্নবা।
মুড্গারনা চিংলবা খুৎলায়না করম ফুবিবা ॥
কয়া কয়া নিংথৌশিং য়ানন্থনা কপ্পীদা।
তসেংববু তাকপিয়ু লৌনমবিন্থ ননাইদা ॥
অরাবগী ইপাক্তা লংথবিরে ননাইবু।
অফবগী থবক্কি হায়বিরেকো অন্থবু ॥
জীব হিংশা তৌবদি মহাপাপনি খণ্ডনরি।
ব্রহ্মানবু তমথ্রবা ককপা ঙম্মোই নিংজরি ॥

ময়াম অসি হাৎপগী পাপসে কয়ম কোকনি ।
হিংসা তৌবা নিংথৌগী য়ারী কয়া লিখীনি ॥
য়থী দোষ লৈত্রবা কয়া কয়া মাংহনবা ।
অসুক য়াম্বা পাপ তৌবা ঐনা করি কায়বা ॥
নংগী নমাং অসিদা শিরগনি তসেংনা ।
ঐনা হয়েং শিরগা লাক্লগনি যম-দূতনা ॥
কয়াংসিদা শিরগা শোইরোই হরি ফংগনি ।
ভ্রুলযোগদা চত্নুনা ব্রহ্ম তেজ ওইখিনি ॥
নত্রবদি মহাশয় শা-ঙা-মকপু ওনখিনি ।
হিংসা তৌবা পাপ চেনবা মপোক অমা ওইখিনি ॥
ঐগা মান্নবা পাপ তৌবা সংসারদা লৈরম্মোই ।
মথোক কাবা লৈগুম্মি হুংঙাইবনা মঙগুম ওই ॥
মিংনা কুপ্পা অমদা পুন্সি অসি লোইখিনি ।
ঐগী ঐগী হায়রিসে মঙদা শঙ্গোম চাগুম্মি ॥
সংসারগী মহুংদা ঐনা পোক্লরিবসে ।
কয়া কুইনা পুন্সিনি মঙগী মতৌগুম্মিসে ॥
রাম-না হায় ইনাও হায়রক্লগে অরেপ্পা ।
জীব হায়বা অসিদি লৈতে অমা অরেপ্পা ॥
হায়না হায়না লাকপনা শঙ্গোম সমুদ্র য়োরমই ।
য়েরুমগুম্মা তাওরম্মী কোটিদগী অমা তাই ॥
রাম-না হায় য়েংঙু ভাই সংসারগী মওংদা ।
অমুক লুপ্পা অমুক তাও ওইরি মওং কয়াদা ॥
লক্ষ্মণ-না হায় হে প্রভু ডিঙ্বা অসি মতৌবু ।

সংসারসি শেম্বনি খল্লি ঐগী পুক্লিংবু ॥
যুগ শুরে হায়রগা ডিস্বা অসি মাংবনি।
মতৌ অসুম প্রভুন' শানববু জগৎনি ॥
মতমসিদা ব্রহ্মাদো খঙলহুনা থোরক্লে।
শোয়ারেনসু খুদক্তা হুংঙাইহুনা থুংলরে ॥
ভক্তি তৌনা খুরুম্মী রাম-লক্ষ্মণ চরণদা।
করি রাথোক্লরবা তাকপিয়ুকো ঐথোইদা ॥
লক্ষ্মণ না হায় তারোকো দেবসভা হায়রগে।
জীব মাগী পাপ্তবু ককপা কনা ঙমদগে ॥
ঈশ্বরনা চৎখ্রগা হকচাংহুনা লৈহৌই।
জীবহুনা যম্নবু ঙকশম থৌরী পুনহৌই ॥
রাম-না হায় হে-ব্রহ্মা লক্ষ্মণ পুক্লিং তপহল্লু।
ব্রহ্মানা হায় হে-লক্ষ্মণ মরম অহুমক খল্লু ॥
নচিন ননাও মরিদি যমগী দায়বু লৈতেনা।
নিংথৌমচা হাৎপদি মরান লৈতে থোইদোক্লা ॥
মরান হায়বা লৈতেদা প্রভু নংগী নথৌনি।
ফজ্রবদি মীশিংবু হাৎননবা পোকপনি ॥
ফত্তরবা হাৎপদি করি দোষ লৈগবা।
মতমসিদা থুংলরে চিত্রগুপ্ত হায়রিবা ॥
খুরুমহুনা হায়রক্লে লক্ষ্মণ-গীদি মনাক্তা।
তসেং তসেং হায়জগে রঘুমণি ননাইনা ॥
নচিন ননাও মরিদি চৎলোই যমগী মনাক্তা।
লক্ষ্মণ-না হায় তারোকো ঐনা রাবু হায়গেদা ॥

জীবশিংগী থৌদাদি নংনা খঙবা ঙাক্তনি।
চিত্রগুপ্তনা থুম্মী হঙ্গচগে তাবিনি॥
বিষ্ণু নিন্দা তৌবা মী য়াম্না মাবু লাক্লেদো।
তুলসি সেবা তৌত্রবা গুরু খ-ওইত্রবদো॥
অন্তগুম্বা পাপীদো যমগী থানা য়োৌয়েদা।
মীগী দানবু মাংহনবা থাজববু হাৎপদো॥
অন্থগুম্বা মীশক্তো শোইত্রে যমবু য়োৌরেদো।
মমা মপা অমদি গুরু-ব্রাহ্মণ' শাওবদো॥
মখিত্তুদা য়েত্তুম্না শোয়ত্রে হেক্তা থিল্লেদো।
ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণবশিংত্থদা মরান পিবা মীশিংদো॥
নরক কুণ্ড ময়ামদা মশিংগুনা লুপ্লিদো।
মতোমদগী মখনবা মীগী লৈবাক লৌবদো॥
শিরগবু জীবদো বিষ্ঠা কৃমি ওল্লিদো।
মানা মানা তৌজবা দোষহুনা ফঙখিদো॥
গঙ্গা স্নানবু তৌরবা তুলসি সেবা তৌরবা।
অতিথি সেবা অমদি বিষ্ণু পূজা তৌরবা॥
ফত্রবা রা ভাংত্রবা জীব হিংসা তৌত্রবা।
অন্থগুম্বা মীশক্তো ঙমত্রে যমনা লাক্ববা॥
হরি প্রিয়া তিথিদা চরাহেনবা মীশক্তো।
যম্বু হায়বা নিংথৌনা পূজা তৌই মহাক্তো॥
শিরমদায়দা হরিনাম শোল্লহুনা শিবদো।
পাপ্প কোক্লে মহাক্ত বৈকুণ্ঠদা কারেদো॥
পুরাণ তরা নিপানবু তাবা ধর্ম্ম তৌবদো।

মাগী কর্ম্ম ফত্তবা কোকচববু ওইরেদো ॥
বিষয়দব্ লৈরগা দানবু ধর্ম্ম তৌরবা ।
মানা ফংবা ফলহুবু হায়জরগে তসেংবা ॥
মবুক্সিংবু হরাওনা হরি সেবা ফংজবা ।
ওইজরেদো জীবদো হরিগবু লৈজবা ॥
দানবু ধর্ম্ম তৌবদো অথোইববু যোগনি ।
শূদ্র ওইবা মীহুনা শূদ্রদা দান তৌরদি ॥
তৌরিহুত্তা মফঙিঙ মাগী ফলদি ইবুংঙো ।
পণ্ডিত্তবু তৌবা দান লিশিং কয়া ফঙিঙকো ॥
বেদজ্ঞাদা তৌবা দান মশিং নাইদে ফঙবা ফল ।
গুরুদবু কৎপা দান মশিং নাইদে ফঙবা ফল ॥
সন্ন্যাসদা কৎপা দান ময়ামদগী হেল্লিদে ।
গুরুগীবু য়াথংদি হরি' য়াথং মাম্নেদো ॥
গুরুভক্তি লৈবা মী যমগী দায়বু লৈত্তেকো ।
সংসারদগী লান্দুনা হরি পদ ফঙিঙকো ॥
ব্রহ্ম জ্ঞানগী মন্ত্রবু নিংশিংজবা মীহুনা ।
গুরু কৃপা লৈরদি হরি ফঙিঙ মীহুনা ॥
হম্না হম্না পোক্লিবা হম্না হম্না শিরিবা ।
ব্রহ্ম মন্ত্র শোল্লদি য়াওদ্রে পোকপা শিরিবা ।
সংসারদা পোকপদি লৈনি সংসারসিগা ।
নিরাকার ওইগনি সংসারসি কাইরগা ॥
পোকপা শিবা নাইহুনা ওইরিববু জীবদি ।
অসিগুম্বা মগুণসে সংসারগী মওংনি ॥

হায়রিববু পুম্বসে খণ্ডবিরবা প্রভুনি।
ননাইনবু হায়জবা পুম্নমকপু খণ্ডবিনি॥
জীব লক্ষ হাৎলবা অত্থুগুম্বা মীশক্তো।
ব্রহ্ম মন্ত্র শোল্লগা পাপ্পু পুম্বা কোক্লিদো॥
হায়রম্লগা লাইয়ামশিং বিদায় তৌরে চৎখরে।
তোংমিম্নরে দোলায়দা চিঙৈঙ অমুক হল্লক্লে॥
শঙ্গোম সমুদ্রত্থদা অমুক হন্না থুংলরে।
ডিম্বা তরামরিদো তাওরত্থনা লৈরম্লে॥
লক্ষ্মণ-না হায় হে-রাম অঙকপনি তৌরিসে।
ডিম্বা তরামরিদা মঙঙাইরম্মে তাওরিসে॥
রাম-না হায়দা হে-লক্ষ্মণ সংসারনি ডিম্বাদো।
মতাং অসিদা তোক্লসি রারী শাবা ঙম্মোইদো॥
হায়না হায়না লাকপনা তেঙ্গোল ময়াই য়ৌরকপা
তিংথৌ মতোন লিক্লাগুম কুচুত্থনা ফজবা॥
উরবদা হন্নাওরে পুংগা শেলগা নিল্লক্লে।
তেঙ্গোল ধ্বনি হুংঙাইবা পৃথ্বী নিকুম ওইরক্লে
তেঙ্গোল সভা পুম্নমক রাম-লক্ষ্মণ থুরম্লে।
হুংঙাইবগা লোইননা অযোধ্যাবু তম্মক্লে॥
সনথোংবু য়ৌরক্লে তেঙ্গোল সভা লোইননা।
জানকী উর্ম্মিলা খুদকসিদা থোরকই।
পুণ্ডরীক সুদক্ষিণা তুংওইননা ইল্লকই॥
শ্রীকৌশল্যা কৈকেয়ী সুমিত্রাবু কায়রিবা।
পুম্নমক্না উরক্লে শ্রীরাম-লক্ষ্মণ ফজবা॥

মঙ্গল ওইরে হায়তুনা লাউরে নিংথেমচুবীশিং।
হরাও মথোই কাহুনা শারে জগোই শাবীশিং॥
হরাওবনা নিনথরে মপান নাইদে চুংঙাইবা।
যুবরাজ লক্ষ্মণ-না মতমসিদা উরকপা॥
শ্রীজানকী পুগুরী অনিমকপু খুরম্রে।
চুংশিনবু য়েংহুনা সীতা তম্পাক্তা কোল্লে॥
নপাম্বোমগী পাঙ্গলনা মহারাণী ওইবনি।
ইন্দ্রজিৎপু হাত্তুনা সীতা ঐবু কনবনি॥
নোংপোক মাইগৈ ঙমহুনা হৌজিক অমুক থুংলরে।
ইচামক্তা ওইররোই ইপামক্তা মান্নরে॥
রাম-সীতা ঐখোইনি নহাক্তনা কল্লক্লে।
ঐগী মরমসিদদি নংসে ইপাগুমথরে॥
নংনা ভৌরক্লিবসে মীওইবনা ঙম্মরোই।
হায়রকগা সীতানা খুজেং পায়রে চিংশিলই॥
তম্পাকথক্তা পল্লগা হরাও জগোই শারক্লে।
ফঙঙমদ্রবা মচাবু ফংজবগুম হরাওরে॥
জয়ন্তবু শচীনা ফঙজবগুম হরাওরে।
সীতাগীদি তম্পাক্তা যুবরাজ নিংথিরে॥
লাংজাগীদি মচিম্না শতুম চিকুম ফজেদো।
মমাগীদি তম্পাক্তা মচানবু ফজেদো॥
মচাগুম্না লক্ষ্মণ-দা অমৃতবু ইনবিরে।
উরবদা শ্রীরাম ঙমখৈ লৈতে হরাওরে॥
নিংথৌ ময়াম লোইননা জগোই শাবা হৌরক্লে।

লাইয়ামশিংনা স্বর্গদা উরবদা সুংঙাইরে ॥
অচুদগী লক্ষ্মণ দো তম্পাক্তগী কুমথরে ।
পুণ্ডরীক মতৈমা লক্ষ্মণ চঙিঙ থুরক্লে ॥
লক্ষ্মণ কোক্তা নাম্লগা রাখল অমা খল্লকই ।
হয়েংমুক্কী মপোক্তা ইপুরোইবা ওইনিংই ॥
নিংথৌ সভা ময়াম্না উরবদা হায়নখি ।
কল্লিদকো সুগ্রীসে উদরিদা হায়নখি ॥
লক্ষ্মণ-সিনা কনবদি পৃথ্বী থক থক নিকইদো ।
জানকীনা পম্লগা জগোই হেক্তা শাথিদো ॥
মতমসিদা লক্ষ্মণ-দি মমা পুম্বা খুরুম্মী ।
মথং মনাও নাইনবু আশির্ব্বাদ তৌরম্মী ॥
অযোধ্যাগী মীশিংদো উরবদা হন্নাওই ।
পাণ্ডব মচা অর্জ্জুননা অমুক হন্না হংঙকই ॥
মচিন মনাও মরিনা মাইগৈ মরি ঙমথিবা ।
করম্ববু তারগা পাপ্পু কোকপা য়াগবা ॥
ব্যাসনা হায়রকই লক্ষ্মণ বিজয় রাকমসে ।
হেক্তা তাবা মতমদা মাংথিগনি পাপ অসে ॥
নোংপোক বিজয় রারীসে তাজববু মীশক্তো ।
মপোক কয়া তৌবপাপ লাইনা হেক্তা কোকইদো ॥
ইতিহাস অসিবু তাজরবা মীশক্তো ।
মাগী নিংবা থুডজৈদো য়েক্লববু মাঙিঙদো ॥
তারো হৌজিক করম্না মথা বিজয় তৌরকপা ।
তাজবদা মীতুনা হরি চরণ কংলবা ॥

রাম-লক্ষ্মণ মগুণনা জগৎ মঙ্গল ওইরিদা।
নিংশিংজবতদবু পাপ্প পুন্না মাংনিদা॥
মথা' বিজয় তাবদা যমগী দায়বু লৈরোইকো।
ঔরাং বিজয় তাবদা পাপ্প পুন্না কোকনিকো॥
নোংচুপ বিজয় তাবদা হরি চরণ ফংনিদো।
মাইগৈ মরি বিজয়বু তাবা নিংবা থুংজেদো॥
অমুক তারো লিরগে মথংগীবু রারীদো।
নিংথৌমচা পুন্নমক সনাগী য়ুম' থমথ্রেদা॥
সভাময়াইহুদগী রঘুমণি চঙখরে।
যুবরাজ লক্ষ্মণ-সু হুংঙাইনবু চঙখরে॥
রাম-লক্ষ্মণ রারীবু তাজরবা মীশক্তো।
রারসগু তম্মকপা লাইনা কোকপা ঙম্মীদো॥
রাম-গী পুক্লিং থুংনবা লক্ষ্মণ বিজয় রানিদো।
পুক্লিংচেৎনা তারদি য়েক্লববু মাঙিঙদো॥
অতোপ্পা নাম লিশিংগা রাম-গী নামগা মান্নেদো।
অতনববু থাতুনা রাম-গী নাম শোনসিদো॥

## তথাহি

রাম নাম সুধাধাম ত্বরান পারিচীয়তে। কতাস্রোনরর পারে কাকথা এব দুর্ম্মতে॥ কর্ণত্বং শৃণু রাম-চন্দ্রচরিত্রং কিং গীতবাতাদিভি, পশ্য রাম-ময়ং নীরিক্ষ সকলং রামাৎ পরং ত্যজ্যতাং॥

মতাংসিদা শ্রীপ্রভুরামচন্দ্র অভিষেকী শ্রীলক্ষ্মণ-সু লোয়ুদ্রোক মাইগে দিগ্বিজয় তৌরুবা অহানবা খণ্ড লোইখ্রে।